# খম্বা থোইবী পুন্সি ৱারী

## অনিশুবা শরুক

### পুনেমজ্ঞ-বা

হন্ হয়াকে, খোয়্ুম লায়নিংথৌ,

চীংগু লাইমরু শিদবা,

কোরৌ নোং অমাঙবদগী—

পানবা কৈরেন তোংহুনা, চাংখ লময়াই শমহুনা

নিংথৌ লোখা পুডদা খুন্দারকপা লায়নিংথৌ

চীংগু নখোঙ থাবু খুরুমজর্ৱ ।

# যণ শেনবা

নোংমগী কোয়ো হুমিক্তা অমুদোম নোংম্মাই থম্মা
নমথাও শোয়োক্তা চৎলিঙৈদা মীনা ঙাওনবা তাক্লে,
করি হায়নয়থনো হায়বরু, মনাও ইবুংঙোগী পুক্নম যণ
মসিবু শেনবা ঙম্লবদি মনা চাউনা ফংখ্রিদা,
নিংথৌনমু চানগনিদো, অচানবা মনাই ওইগনিদো!
মোংবা ময়ুমদা হল্লক্লগা মচেম য়েংগুনা হঙ্গৎলকই
'ইমা শকপী ইচেমহল, নণবানা পাউ'ম তাজরকই,
অচুম্বা চুমদবা অ-শংবত্ত তাকপিয়ূগবা।'
'ইচেমগী ইবুংঙো ইত্থ নিংথৌ, করি বানো ফংঙ্গবা?'
'কেগে মোইরাং লৈবাকসিদা, বাঙ্গোল নিংথৌ কোবা'মা
মাগী যণ অমা লৈ হায়না হায়।
যণথ্রবু শেনবা ঙম্বা মীদি মনা চাউনা পীগনি হায়
নপা শলত্ত শেনজরগে, ফরেৎ শেনজা তানজরগে।'
'হায় হায় ইবুংঙো মাঙগেদনা, বাঙ্গোল নিংথৌ হায়বত্তদি
নিংথৌগী মনাও ইবুংঙোনি, সনা কোয়ুংদা লৈবনিদো,
নঙনা করম চঙলুগনি, ইচিল ইপবা ইবানিদি
পলেম ইমানা নাউয়োক্কবা পহো ইপানা নাউকোন্দবনি,
থোগল্লোন চৎনরোল থঙদনা মপুগী শঙ্গায় চঙলুবা
চৈরাক ফংহনা তোকনি, চৎলুহকো ইবুংঙো।'

মচেমনা য়াত্রবদা হুমিক্তুমা তোক্লে। মথংগী হুমিক্তমু অমুক হায়হনা য়েংই, মচেম্মা ময়াদে। মথংগী হুমিক্তমু অমুক চৎলুগে হায়না মতকই। মচেম্মা হায়বদা অমুক্তা হীকতোচরক্কবা থম্বনা মচেম্মা য়াদে হায়রবা ফাওবদা হল্লা হল্লা তক্লিবসিবু করিগী মওইরিগবা।

মাগী থমোয় লুংতুদ' পাংশিং লাইনবু ইনশিনবরা ?
থম্বা লৈবা ঙন্নগুরে, মচেম তাকহন' মচৎলগে
কম্ব রাথল তৌবক্লে, অহিংদা শেমশাবা লোইশরে
বাগী কাঙক্লৈ লকোনবা, ফমুং মনাক্তু' থমজিল্লে।
মথংগী ইঙ্গুং ঙাল্লকপদা, মচেমনা য়াকাইদ্রিংঙদ
কাঙক্লৈ নাকন্দা ফেপ্পুনা থম্ব' ইরেন থোরক্লে।
মরাক তবেৎনা তাইরবা লৈরুম 'খুমিৎথুম্বা ইনশিল্লে
ফিমুংদ' কাঙক্লৈ লোমলগা য়াঙবী লমজাও পাংলক্লে।
মীরক তিঙ্গ্রিবা থম্বনি, কোমুং কলোমদনে থঙদেদা।
অচৎ অঙক উনবশিংদা থম্বা মানা পাউহংক্লৈ
'তাদ, পঙ্গো, ইপঙ্গো, বাঙ্গোলনিংথোগী যুমসিবু
কদায়রবাইদা লৈবগে, ত্রেঙ্কোন্দা অমুক্তা তাকপিদুবা।'
হুংশল চাউবা কনানা মাবু য়েংদুনা তাকপিরম্মি,
'হা ইবুংঙো নহাকপু সনা কোমলম মঙাযব,
অরাম তম্পাকযুম মঙায়যূ. থৌদোল ... বাহৈদো
নিংথৌ নাকোং য়োথুবদি অকনবা চৈথাক ... গনিকো,
থরা চৎসে হাযরগা পুত্রী থাদ্র ... নি
মতুগী কারক্ত চঙশিন্নগা তেক থেকাচনবা কোনাতুদা
সনা সঙ্গাই 'লৈবনিকে' '

তাকপিরম্বা মতুংইন্না অঙাঙনা চঙলকপনা সনা শঙ্গায় উরে।
পম্মনা চঙশিনকপনা হোজং য়োরকপদ থোঙশঙবা নিপা তরামাথোই
লৈরম্বতু থেংনরে' কোম্মুং চঙবা হাযবতুদি মথোয়দা হান্না চঙজগে
হায়গনি হায়ব' থম্বা থঙলুদে। চুম্না লৈরিবোই নীংতুনা বামচেৎ অমা
হায়রমদনা তুমিন্না চঙথে। মপু উবদা থোঙশঙবশিং অতুনা থৎলো
থৎলো হায়না পুমনিল নিম্লক্লে। থবসু তাদবা নত্তে, তায়, চুম্না কাগী

তৌনরিবোই নীংঙ্ঙনা হন্না অমুক্তা য়েংলুদে, চৎলিবা ফিভমস্তু ইকায় 'কায়দনা অত্তুম চঙখি। খম্বগী চীংলেম্বা, থওইদবা মতৌস্তু উরগা নিপা ভরামাথোইদুনা খল্লকৌই, 'লৈপাকমচাশা, তাম্নগুমশি। ঐখোয় ময়াম্না শুক লাউথোংবা অসিদা মসিগী নিপাসি হন্না ফাওবা য়েংলক্কে। ৱাঙ্গোল নিংথৌগা চান্নবা মী ওইরম্বা তাই।' অস্তুম হায়নহ্নুনা ময়ামদু লৈচেরে। কনানা য়েংলি, ফাহৌদবা চুমদেদা। কনানা থুন্নি, ফাক্নরগা চান্নবা ফারকই হায়দুনা ংখোয় লৈবন্থু হায়দুনা তান্তোরকখ্বদি। অসোমদা হুম্না য়েংনরিবৈঙ চৈরকসিদা, খম্বনা চঙশিনখিবসি শঙ্গায় শূমাঙ য়ৌখে। মতম অসিদা মনাও ইবুংঙোদি মাঙ্গোল খেনজোংলাংদা লেঙথোক্লি। খম্বনা ইন্ম চন্না হংজরকই, 'লৈরিবসিবু ৱা অমত্তা হংজগেবা ?' মপুদা মদু হায়গদবা মোইরাংদা পোক্কে। মনাও ইবুংঙো সনা মায়থোং ফজ্জপ য়েংথোকলক্কগা তুমিন লৈ। খম্বনা অমুকস্থ থরা নক্না চঙশিনখে, দারি মনাক য়ৌরগা হংলকই, 'ৱা অমত্তা হংজগে ?'

'হে, নঙবু কনানো ?' ৱাঙ্গোল নিংথৌনা হংলকই। খম্বনা ইচম হেক চন্না চীঙ্গোই মপাঁও মেক্ককই, 'ঐনি, ৱাঙ্গোল নিংথৌগী শঙ্গায় হায়বদুবু অসিরা ? মশাবু কদোমদা চখোকখিবগে ?'

ৱাদু তাবদা মথংথনবনা, 'ৱাঙ্গোল নিংথৌ হায়বদু নঙ মশক থঙবরা ?' হায়না হংলকই।

খম্বনা 'ঐ থঙজদে।'

করি থন্নুরবনো থঙদে, য়াম্না শাউরকপা য়াবা মতাং অদুদা ৱাঙ্গোল নিংথৌনা ভাহাক ৱাখল ভৌক্করগা তাকপিরকই, 'ৱাঙ্গোল নিংথৌ কৌবদু ঐনি। নংগী ক্লায়নিংবা করি লৈ ?' খম্বনা অৱাংথংবা শূম-জীদা, মশাদি ফকলাং মরুমদা লৈরগা মকোক-মথৈ লীংথোকলগা হংলকই, 'ৱণ অমা লৈ হায়বদুবু লৈবিব্রা ?,

মনাওইবুংঙোনা, 'লৈগেরা ?'

খম্বনা, 'শেনজগে।'

মনাও হৈবুংঙোনা, 'হে অঙাওবা, মোইরাং অসিদা নোংবান নোংবান হায়দুনা ফাওরিবত্‌ ননা তাদ্রা। অতুগুম্বা নিপা অতুনা তম্বা নিপা নিক্‌ংগা লোয়ননা চঙতুনা শলসি থৌরি খাদোক্লবদা গুনশিন্দুনা তান্নবকপদা থোঙ লোন্দুনা খাঙনখি। নঙ নখন্তনা শেল্লুরবদি নখবায়দুম মাঙগনি।'

খম্বনা, 'তাক্ক তাকপিয়ু, কাইবক য়েংজগে।'

অনিনা মপালদা ঙাংনবা অনিনা মমুংদা তাজরি

অমনা মজাইবেপ্পা থোইবীনি, অমনা মনাই সেমুনি।

মপু মনাই অনিনা নাপা-চীক্লা বা তারৈ।

'সেল্লু নঙবু তাবরা, পাবুং সনা মাঙদা

থোগল্লোল কায়না ৱাঙাঙবা, কেগে মচা কনানো,'

মখক য়েংলুসি, মখক খঙলুসি হায়দুনা নিঙোল কাগী লুখুমগী থোঙনাউত্‌ থোইবীনা তপ্পা মী তাদনবা হাংববু কে....' লাউখি। 'কে...' সি কদায়দনো হায়দুনা খম্বগী মিংয়েং অদুনা কোইখি থিরকই। খম্বনা য়েংশিল্লকপা থোইবীনা য়েংথোক্লকপা, মীংকা মীংক খম কেক খেংনবা, হন্দোক্লবা য়াখিদে, লৈথোক্লবা ঙম্মখিদে। অনিমক খাই লাউবৈ মতু চুংবৈ। অতুবৈগী ঈথাই তুরেল মপান্দা হায়নখিবা ৱাফমত্‌ অনি-মক্কী খমোয়দা ফাওরকপগুম তোই। মীংকম ইহোং হোংদোকপা তৌদনা থোইবীগী মীংলুদা লাইজা ঈগৌরকই। ঙাহাক তৌকম খঙদনা লৈরু-ৱবা মতুংদা খম্বনা ইগ্নফি মমুংদগী কাঙৈজেদো শং থিন্দোরক্লগা হায়রকই, "মগম্ববু কদোমদা লৈবনো, তাক্ক তাকশিবু। ঐনা পেৎকপা তৌজ-ক্নরগে?" 'মরীল ফংরদা নহাসে, তু, আদগী উমংসে শম্বলগী উমুংনা হৌবনি। মমুংদা শল অত্‌ লৈবনি। থাগুক য়েংলগা নমুম তম্বা হনখো, পঙনক নকশিন্নবু, নখবায় মাঙহুনা তোক্কনি।,

মপু য়াথং ফংবগা মমায় নোংপোক ওন্নক্লে,
খম্বা উমং পাংখিবা ৱাঙ্গোল নিংথৌনা য়েংহৌই,
চাউকান চাউকান কানখিবা, তম্নাং তম্নাং চংখিবা,
তঙাতঙা লাউবা খোঙথাঙদা, মালেম নীক্লা লৈহৌবা,
'সিগুম্বা নিপা অমতং, ঐগী ইচানিকা হায়রবদি
শিরবস্থু ওক্লনিকো, ইচামক ওইনা ফংদ্রবস্থু
ইমাক ওইনা ফংলবস্থ, ইচা মথলমদি ওইগনিকো,
হে থাংজিং, লাইনিংথৌ, মোইরাং, পোকপা শোরারেল,
চীঙ্ নঙনা কুবিয়ু, সিগুম, ইমাক পীনবিয়ু।'
অসি ৱাদি হায়রদুনা মনাও ইবুংঙোনা থোনিজে।
অসোমদনা খম্বা, উমংগী মনাক য়োথরে।
মীগী শউম ফংবদা শল, মঙক থাঙ্গত্তুনা য়েংলক্লে,
খম্বা লেপ্লম্বা উবদা শাউবনা ফৌফৌ কাম্লক্লে
থোংলম অনি খোংপাক্লে, খুমাঙনা নৈপ ক্ল খোংপদা।
মমীৎ অনিগুনা লম্বদি অতিং তাংলো খেঙলবগা
নৈকায় পাথং অঙাঙ্গুবনিংলা হাউমি পাবোং থানগুম্মি।
মকুম্না ফেৎ ফেৎ তাইরকপা অকিবগী মশাক্ল।

মণগী ধমকা ঙাহাক য়েংলুরগা খম্বনা, রো রে-রো, রে, তে, তুমিন নৈয়ু, হায়না অমুক্কুং লাউরকপবু মণ গী থমোইদা তিং পাম্লি। অদুমকপু শফম্নিনা উশিত্তুনা খম্বা তম্না শেম্বাং পাইবগুম চেনশিল্লক্লে। খম্বনা রো হায়রবদি তেরো হায়বনি। নঙনা তেদ্রবদি ফুরবা তারে হায়দুনা কাংকৈক্ষ ৱাংনা হাইগত্তুনা ঙাঙবা চিরক্তা দম লাউনা অমুক্কুং পাথবদু মণ মকোক পুমঙাও ঙাওই, উরু উরু নৈ, তুবমক্কি তুদে। খম্বনা, 'থঙত্রা' হায়রকই। ঙাইহাক্কুং উঙঙুরগা মণদুনা মচীনা কোক্তুনা হাইরগে নীংদুনা চেপ্তুক তৌনা অমুক চেনশিল্লক্লে। খম্বনা,

নং য়াম্না লম হেল্লি, নমাংগোনন্দু থংগাইরগা লোইরে হায়দুনা তোংশা য়াওদ্রবা মনগী নাখাওদা হুমকাক লাউরা অমুক্তং ফংবক্তু মণদু মথম্মোইদা নাখাঙ য়াওরম্লরোই খনমাল্লে, ঙাহাক চপ লেপই। তাক্লাদুনা থম্বনা শম্বল মমুঙদা চোংশিনখিদুনা শলগী মমৈ পায়খ্রে। মমৈনা খুঞ্জি ওইরে, অঙাঙনা বাগী কাঙচৈজ মরুনা শলগী অনোম্বা য়াংলেম্বা দম দম ফংখ্রকপদুদি লুখ্রাবী ময়ুমদা অমোংপা মোম্পাক ফংবগুমই, উকুল ফং ফং হৌই। শলনা ময়াঙ তেকথোক্লুনা চেমবগী ফীভম অদুদি হায়নীংঙাই লৈতনা থীখ্রে। শিবা তারে হায়দুনা শল শম্বল নমথায়দুনা চেপ্তোকখ্রে। খম্বা মমৈ থাগে ফংনা ফংনা ইন্নরকপনা মোইরাং কাঙচৈজবুঙ য়োরক্লে।

থাংজিং মাগী লোংদম অঙকপনি। জুমিং অসিমক্তদা নোংবাননা জুচিংবা শনজেনবা নিপা কুম্ব্রা কাঙচৈজবুংদা লৈরম্মী। শনজেনহনবা নোংবান্না লাউরকই, 'হায়, হায়, হায়, শল অঙাঙবা হোইরিবাদা, মীরক্তা লাক্তনা মী শোক্তনিকো।' হায়বগুম্নদনা শল অদু উবদা মী পুম্নমক কায়দুনা চেন্নরক্লে। খম্বা শলগী মমৈদা চেংনা পায়রগা অরাংলোমদা, অরাংলোমদা, হায়দুনা মংগাংলকপদু শলদু অরাংলোমদা চেনখৎলি। খম্বা শলগী মমৈ থাদোকপা, ফবে ফবে নবুক থন্নবা চারে, খিক্তং চাবদা থল্লনি, নশাদি চৈফম্না ...দনা।' শলদু থরা চৎলগা ভোংতক তৌবা অমদা থক থক নীক্তুনা লেপ্তুনা লৈখ্রে। মফম চাবা অমদা খম্মু কমদুনা পোথাই।

'১ অসোমদা নোংবান্না শনজেল্লোই য়েংদুনা হায়রকই,
হায় হায় শনজেল্লোই মচাশা, আদগী নিপানি কৌরুচো,
শনজেনহনবা ইবা তাদনা, কাঙচৈজবুংদা কম্বিগী শনশেনবনো,
ঐগী য়াথং লৌরোরাও, নত্রগা শলদু পুথোকখো হায়মু।
নোংবান য়াথং পুরদনা, পাথং অনি খোঙশাল্লক্লে,
'হায়, নিপা নহাকপু ওজা শনজেনহনবনা লাউ হায়রে

ঐথোয় শঞ্জেনবুঙদা শনশেনবদি শমজেনহনবই য়াথং লৌগদবনি
য়াথং লৌগে লৌরোহায়, নত্রগা নশগ পুথোকখে হায়।'
অনিগী ৱাপু তারগা খম্বনা পাউখুম পীরকই,
'য়াথংদু হয়েংমুক্তা লৌরগে হায়রু, হন্দকমুক্তি লৌগৌ.র,
ঐনা লাক্লীংহনা লাকপ নত্তে, শলনা চেনশিনখিবগী তৌবনি,
ঐদি লাকপা ঙম্লরোই, শলসি থাদোকপ য়দেকে,

পাথঙ অনি অদূনা ৱা অদু অমুক নোংবান্দা তম্লরে। তাবদ
নোংবান ফং শাউই—'নথোয় তরা চত্তুনা লমহেনবা নিপাসি থৌরিনা
পুন্দনা পুরকউ। নিপা তরা থৌরী পায়হনা খম্বগী মনাক্তা চঙশিনখি,
অমনা হায়, 'নিপা, নহাক পুন্দুনা পুবা তাবে' হায়রগা পুনগদবা
চেক্তা তোংনৈ। খম্বা শাউগৎলকই 'তে, মতোইননা নথোয়, পরপ
পরপ চৎখো, নথোই ঙজা শনজেনহনবা অদ লাকউ হায়য়ু। মী
তোয়না থারক্লবদি ঐ লাকনি হায়য়ু। ঐনা লাকলবদি য়াংলেন শরু
শৎকনি হায়য়ু।' নিপা তরা খম্বদা চঙবা ঙমদে, চেল্লক্তনা নোংবান্দা
তম্লরে। নোংবান শাউবনা মৈ হৌহনা খম্বা তম্না পরপ চেক্তা চঙলকই;
খম্বদা হংলকই, 'অঙাংশিংদা করি করি হায়খি?'

খম্বনা, 'ঐনা য়াংলেন শরু শৎকে হায়খিবনি, তম্লর?'

নোংবান্না থল্লি, লাকচবা পঙয়া য়ারোইদব নিপানি, ৱাফম অম
রোমদা হোংদোরকই, 'মুক্তা থরা থরা তৈত্রা?

'লাম্বা থিংদে' খম্বনা নূংশিদনা খূন্দোরকই।

নোংবান্না, 'কাবক কাবক্তি তৌইদনা।'

খম্বনা, 'পাম্নবদি শান্নবা য়াই।'

খম্বা নোংবান অনিমক মফি প্রপ্রপ শেমজিনৈ।'

চরৈ তাপ তাপ পায়নহনা কনানা ঙম্বা য়েংনরে।

খম্বনা তাঞ্জা ঙায়রগা খুদোঙহাইদি থারকপা

মেংখাম শেমদি শাতৌত্রে লৌ খিংবা নংহৈত্রে
খুদোং শাইদ্রী মতেংনা খম্বনা নো খ'নবু লংঙকপা
শনজেনহনবা নোংখানদে, মখোঙ মখুৎ চপতিংলে
রাংনা পাইদুনা লাকপবু শনজেল্লোই মরামগী মমাংদা
পুপ লাউনা তাররে, তাররে, তাররে।

লোংখার পাইরকপা মপাই, তারকপ খু 'তু উবদা শনজেল্লহা মথামজু মতৌদ এক্তি চৌরুহুনা নোকপা খাঙনখি। নোংখাম্বু নাবগা ইকাইবগ পুনশিজুনা ভাহা ক্তি কাগত্তে খম্বনা অমুক লাউরকই,— 'নবুক চমখগা হৰকখিগেরা'' নাংখাম শনজেরহাশিংদা, 'ঙসিগীদি হল্লক্রবোই, অমুক্তা হায়খো'।'

মী মশক খঙউকো' হাযনরগা খত্তদো কাওরেন শনজাউরোমদা কাংজিন ঈশ্বিক পাখি। চৈগী চৈদোন মরেন খঙখে কাওরেন। যুম নম্র প্রপ পাংহনখি, কিখী কিকম তৌই মখাদা। রাঙ্গোল নিংথৌ শঙ্গাম ত্নৌরক্তে মপম যনফম চঙখে। পোরোল চেংনা থারগা খম্বা মনাও ইবুংঙোগী শঙ্গাম কয়া চঙলক্লা মনা মাঙ্গোলদা ফমফম লাংলিবা মনাও ইবুংঙোদা খুকমজৈ, অদুগ হাযরকই, 'যণ খমজরম্রে। রাঙ্গোলনিংথান', 'নঙ শনমদি কথারক রাইবিরকই?'
খম্বনা, 'শলসিদি মবুকপু ওয়োক্তা ফখে, ঐনা হেক হায়রামখৈ মাই।'
রাঙ্গোল নিংথৌ খাজদে, হংলকই, 'তৌজিকম্ম মারমখিত্রা?'
খম্বনা, 'ঙসাই মারবদি তৌজিকম্ম মাফম থোকইনা'।

রাঙ্গোল নিংথৌনা 'অদুদি মেংলুসি লাউ।'— মপু মনাই ভুংগা মাঙগ যণফমলোমদা লাকই। কাওরেন অমু মুংঙাইতনা ভুংথাংনা, মপুক্রীদা, ওয়োক্তা খীন ফুবিরমখেদা করবা নিপানো, হায়না খল্লুনা লৈরম্বগুম তৌই। মতাং অদুমক্তদা খম্বনা 'হায় হায়, যণ, নঙ থোরকউ, কুথৈ মেংগে হারবা মাওরে।'

নঙনমু ইমোম লাংলেনবু নচলমক্কি থল্লকো। ইপানা হায়গে হায়বদি নবুং অসিগী হাওত্রক অসি থন্নবা চেঙ হাপ্পিথে।

'ফনি. পাবুং হায়রুনা খোইবীনা মনাই সেনুগা লোয়ননা চেঙ হান্দোকপা হৌরক্কে। মঙাইবেম্মা খোইবীগী পুক্রিং মথে লাংবদু মঙাইবেম্মা তরামাখোই উথি। মচাগী মবুক থঙবদি মমানা হৌনবনিনা মচাগী পুক্রিং অমা ওৈরে, ময়া মশক য়েংহৌদবা য়াদে থন্নরক্কে। মমা অহোম্বীনা, 'ইমাগী ইবেম্মা ফুংশিবী, ইচানা চেঙ হোনবদ্র রাগনি, ইমাখে রঙ্গ য়াওবীগে' — হায়দুনা চেঙ হোনবা পাংলক্কে খোইবী সেঙ্গু মপু মনাইশু অদু মঙাই, মমা ইবেম্মা তরামাখোইশু অদু মঙাই. থম্বগী মশক কুইনা য়েংহৌনব হায়দুনা চেঙ থক্কিক থক্কিক্কা পুদুনা হোনবা হৌরক্কে। কেপ্পুনা লাকচরকপ্লনা কুইনা চঙজরবসু হাত্রক্কে থল্লক্কে। বাঙ্গোল নিংথোদি চেঙদু কুইনা তোনমনবা অদুদা ইমুংদগু চেঙ অমত্তা তৈরম্লরোইদোবোই নীংগে। চীন-থোক্কা হংলকই, 'তয়ুম, নঙগীদুবু ঙমগদৌম্লিবরা ?'

খম্বন', 'থাঙ্গহু না অমত্তা য়েংজখিগে ?' — হায়দুনা থাঙ্গত্তুনা য়েংবনু ইয়াং য়াংই, লম্মোনবীনা খুদাংদা শেনগাউ পুনবদা শেনগাউগী অক্বা উনবগুমই। অমক্তা অসিদা খোইবীনা মপানুংদা য়েংলগা, 'চেঙদা মপীবিগদ্র, এনছাংদি হাপ্পীরোইদ্রা ?'

'ইপাদা অম্বক হংদ্রবসু নহাক্কা পীনীংবদু অদুম পীখে।'

'অদুদি খোংজাই নিংথৌনা কংলম্বা মাইরেল অসি পীথোকথগে!'

বায় মাপল খুপাক্কা কোনবা খুরুপ মরি মথায় শাংবা মাইরেলনি, চকম চংতোপ্পা অমদা ফংবা নৈত্রবা, মনও ইবুংঙোনা পবায়গা চপমান্নবা থমজ্জবনি। খোংজাই নিংথৌনা কংলম্বদগী মী অরাকপা খুদিংদা পু-থোক্কনা লেম্মজরিবনি, হুম্নকই—'মদু নঙবা অতৈ পীগে হায়ব্রা ?' মঙাঙ্গবেম্মনা তাশিন্নদনা মাইরেলদু চিংবা হৌরক্কে, সেঙ্গু অচানবীনা

পাংখ্রে, অহূ ফাওবদা থোঙজিল লাম্থোকশা ঙমদৱে। থোইবীনা ইকাইখূম্না খম্বদা হেংলকই, 'ও তাচৌ, তাম্বিবরা ?'
খম্বা লৈহৌনা য়েংলকই। থোইবীনা মথা তারকই,
'মাইরেল থাংবশি অমুক্তা য়াওবিয়ু, হৌপি পাঙ্গলনিনা ঙমদরে '
খম্বা চেনশিল্লক্লুনা মাইরেল থাংবা পাংলরে। চেঙপোৎ মথক্তা মাইরেল হাপচিল্লে, কবো পৈম্বা পীদুনা পুনশিহল্লে। য়েংবদা ৱাঙ্গোল নিংথৌ পুমপেল পেনখ্রে, হায়রকই, 'নচিল নোংপোকপাগী পোংয়োমসিদি মমাঙদসু উথিদ্রি, মতুংদসু থোক্লরোই, মনিং অম থোক্লসি চেঙপোৎ মথক্তা মাইরেল তোপ্পা হায়দুনা।' ময়াম পুম্নমক ৱা লাউনা নোক্লে।

'ঐ চৎচরগে' হায়দুনা খম্বনা ৱাঙ্গোলনিংথৌবু খুরুমজরগা চেঙপোত্তু মরেংবাক্তা হাইগৎখ্রে। মনাও ইবুংঙোনা তাকপি 'তমুম, নঙ তত্তুন' লাকউ ঐগী সিদা।'
'ফগনি, লাকচগে।' খম্বনা খুমৈ অহূগা থোঙ শাল্লকই।
হোজং ময়া য়োরকপদা ঙাইহৌন লৈরম্লবী মজাইবেম্বা থোইবীনা লৈরক মচীল তাম্না লোয়নখরুগা হংলকই – 'কৈদোংগী অমুক লেঙবিরক্কদগে?'
খম্বনা শং খুংদোরকই, 'খরায়না শিদা লৈবগা পাগাংনা কদায়দগু লৈরুগদগে, ইতত্তুনা লাকচনি '
থোইবীসু অহূম্বদগী হেম্না হায়নীংঙাই খনবা থোক্লে মশাদু বিভুলা চুপ্পমই। খম্বনসু মথা তাম্মদে, চুমথ্রিং মথুম মোংবা মরানয়াই তমখ্রে।

মপা ইবুংঙো পুরেম্বনা শায়মবা য়ুমজাউ মাঙ্গোল অহূদা খম্বনা চেঙপোৎ অচৌবা দম হেক থাদবদা মচেম ইবেম্মা খম্ব ঈয়ুংদগী চেপ্পোরকই, হংলৈ, 'ইদুনিংথৌ, কদায়দগী চেঙনো', কদায়দগী মাইরেলনে ? ইচেমদা শেংনা তাকউ, নচেম তাদনাক্ত নঙন চংলুরিবসিবু কদায়দনো ?'
মচেমগী মকমদা নোম্লকপগা লোয়নবা খম্বনা পাউখুমজরকই,

# লোইবী শাংজনবা

নোংমগী কোয়ৌ হুমিত্তা, হুমিংবা মত: ফবদা
অমুত্তোন নোংমাই শাজৌন্না, মচেম থম্বুবু য়েংদুনা,
ইমা শকপী ইচেমচল, নপুবানা বাবু হংজগে
হুতি নোংহুম খুদিংগী অমুক হন্দ্রবদ চংথুগ
হুমিংবা বাত্তোল লোম্লগা মেংবা য়ুমদ চক্রকপা
ভরানা চেংজেল পুরকপা, কার লমদা লেঙবনে
চেচৈঙ্গ কদাঙদা নৈংনে, কৌগৈ কদ মদ খিনবনে ?
পালেম পম্মৌ নৈরিতৈ পলেম পম্মৌ অনিনা
মরুপ কনাই ময় নয়ম ঐথায় চৈচৈঙ্গ খিল্লুম গ
পলেমশকপী ইচেমচল নপু ঐঙেম্মা তাকপিয়ু।
মপুবাগী ব হৈ তাবদা থম্ন পোনজেন লায়রবী
মীংলু মাপোম অদিদ পিংংই ঈরা শিন্তখি.
হীক্লা কপ্পা খোনককনা মপুবাগী মকমদা হায়রকই,
"হা ইবুংঙো ইহু নিংখৌ নংবু তাবরা,
পলেম পম্মৌ অনিনা কনাইগীদা কৌগৈমক্তবু খিল্লমদে,
মচেম্না অয়ুক য়েন্দা অঙনবদগী নৈকায় কোয়না চংলগ
কৌম্বু খুংলং চংলুবনি, ইচিল ইপুরা হিংননবা
কৌগুমলদো চেং ঙটনা লোরকপনি, ইবুংঙো :"

পাখঙ ফারক্লবনিদো থম্বা। মচেমগী য়ৈর তারগা পম্মৈ থক থক নৌকই, মীংলুদা পীরাং ঈরোই, "ইচে ইরবম্ম:, হুতিগী শুক্লাং পায়বনা ইচেমগী খুদাল তাঙবুম হৈয়েদে:। ইচেম্না কোয়না নিরগা ঐনা কয়ম চাগবা। ইচেমচল হয়েংমথৈদি নৈকায় চেঙনিবা চংপিনু।

ঐ চাউ.র, পাক্লিদৈদা ইচেম্মা ঐবু পোক্লুনা পমদুনা য়োক্লকপা লমন শিংজরংগে। লোইবী চী জাউ কাবগা পাযেল শীংজা ল ংঙ্গে, ইচেম্মা মোইরাং কৈথেলদা য়েংনবিয়ু। অশীংপা খবক্লুনা তরা চেঙজা ৱ ল্লগা ইচিল ইপুবা কি লমি।' ইপাই চাউবী খম্বু মৌপৱাগী ৱ ভাবদা ৱাবন থগ্নে'য় লায়ুম ক'য়খে।

'ইচেমগী ইবুংঙো' নুংশিবা, নংবা শাউবা তৌগনু
লোইবী চীংজাও কাখিনু, মোইরাং পন্থাল লানখিনু
অহম লম্মন হায়রম্বা পুৱাগী ৱারী লীপে তাউ।
হৈরাং চুম্বা পানবদি ত'উজিং মরায় লুকপনি
লৈবাং য়াম্বা শ'ংপদি শিঙেন মরায় লোংবনি
লায়ন মপোক ঐখোয়দি হৈরাংগী লমচৎ লোগদবনি
লৈরাংগী শাজৎ তম্লোইদবনি, শীংজনবা চৎকে খল্লখিনু।'

মচেম য়াক্লবদা খম্ব মথা তাখিজে। অহিংগী তাংলোনা লোই-খিক্লুনা ইনুং ও ল্লমদ.ইগী মতমদুদা েোমপোক হৌগৎলক্লে, কোয়েৎ তোলোক মাংওইনা, খাংজৌ লেংদা থোংক্লুনা লোইবী চীংজাও পাং-লক্লে। মানা মক্ল্ল লাকপনি অম্বু মঙোল্লগী হানবা মীনা পীক খল্লক্লে। হৈকোক খাগী মতমদা শীংজা হৌবা মক্লমসে চীংমায় চীং-মায় ওইনা কৈয়ে। মাদি কলহৌবস্ত নক্লে. ঙসিদা চৎমুবনিবা য়ানকম কংক্লে। অমুম অম্বম চৎখিবনা হাওগী পায় অমনবা উমুং থেনজা মচা খৱদং হৌরবক্লু নহানগী লোইফাম খাজদা খাম্বী হৈনা চাকখোক-খিক্লুনা কম্বক্লি থ ক অসিদা কাবক কাবক য়েম্নীং হুল্লকপা অক্লুঙম্বা অনদা চঙক্লুনা মীনা পামনা হুন্দোক্লম্বা শীংজা অমুবু মক্লে কৌবদা খম্বুবা তৌদনা অকবনি খম্বুনা পাযেল লাংলক্লে। শীংবুল কোজ্জা থোংক্লুনা মোইরাং মাইকৈ পাংলকপা, খাংজিং মাবা শীনবনি, ক্ষী ল থা চংখরে। লম্বী হৈখিক্লুনা ৱাঙ্গোল নিংথোগী পনথোও মমাঙগী

তিক্লোই লম্পাক অতূদা তারবে। লম্পাক্তূদা পাথং তরামুক কয়নই, অত্তোম নোংবানশু যাওই। নোংবান্না থম্বযু লাপ্তক উবদা নীংশিংই — নহাল মুক্তা থাখিবা নিপাদো। ওইবরোই শেংযংত্র, নহানগী লমন্দু কোকথোক্লরগে থক্লহুনা পাথত্ত অনি থংরকই, 'নহে য আদগী নিপাসি কৌরুংচা' পাথত্ত অনি চেল্লক্নূনা থম্বদ হায়রে, 'ওঝাংনা নংল উ হায়রি। ওঝাগী মনাক্তা চংসি।' থম্বনা হংই, 'ওঝা হায়বদি কনানো?'

'মইবাং নোংবান হায়বা ওজাতুনি।'

'নথোয় ওজাতুনা কৌরিবত্ত কারগীনো হংলক্ত্রা?'

চত্তুবা যাদ্রোইদোবিব।'

'মবৈ তেনৈনু, চত্তুবা যাদ্রোই হায়রিসিনি।

ঐ লৈরংগে, কবি হনো হংলুথো।'

মিত্তাই কোনবগী ইবাংসি উবদা অত্তোম নোংবান অরাংফদগী লাউরকই, 'হায় যাদ্রবদি মনা পাথত্তুনা চিংলকউ' হাবদ থম্বা থংমায় মংচং মচেং কায়খবশুমই, লৈপাক্তা শীংলাং মংলাইদ, নোংবানগী মনাক্তা প্রপ প্রপ লত্তুশিল্লি, হংলকই, 'নথু থো কবিগীনো?'

নোংবান্না, 'মুক্ত তম্বীগে কৌবনি'

থম্বন, 'পোকপদগী উনংদ্রিবা নত্তন হৈসে মুক্ত হৈ হৈকে লংমম থত্তই!'

নোংবান্না, 'কাবক কংলকপু হৈক্তত্রা? মযামসিগী মহুক্তগী অপাম্বা অমা থনক্তৌ। নথোংবনা শানবা হেংলগ অশোংদু অত্তানতু লাকপিগে।'

শানব ভারবদি নহাক্তা শানবা তাই।'

'ঐগা শানরবদি কোনথাক লোবা যাবরে হৈনে' নোংবাননা পোত্তনা থূম্রকই।

থম্বন', 'অদনি ঐনা পানীংলিবা।'

'কঐ কবে অদুদি' - ইকাইংখাত্তদগী নোংবান মকি লেংথে, থংমু অহাংত্তাই। অনি মংক কাপ তাপ পাইদ কোনদৈ, গাদ তাপ

থম্ লায়র-পোনজেনবী, মচেনগী নাক্তা থুংখরে।
মপুবাগী মত্তৌ উবদা. থম্ বাবনা থেংখরে
ইচেমগী ইবুংঙো সুংশিবা. ইচু নিংথৌ ইবুংঙো
পাখেল শীংজা অসিদি য়োল্বসু শীংলোইদো
নমায়বনা লাউবদি শরী লিবপোপ লাউলকই
নউনা লাউবা পাখেলসিদি কনানসু পাম্বীরেঞ্জ
নপাক্লদি থীংলেদো, বাবনা পল্লোম লোয়্নেদো
নউগী শীংনসু শীত্তনতোক. ঐনসু চয়া তালকৌদ
তয়া চেউজা কংলরোই, চয়া হেনবদা তারেদো।'
মীংলুদা পিরাং চেঙ্গবী মচেমগী মবা তাবদা
ইকাইখুংশি রাম্নবা খম্নদা পাউথুমজরকই,
'ইমা শকপী ইচেমহল, করিগী অচুক বাবগে ?
লাইগী নোংদম লাকনি, শীংজা অসি য়োনবিরু
য়োইরাং কৈথেল অচৌবা সু ঙাই মাইফবতা মকাত্রা ?
অহোঙবা থিবা লাকপদা ইচেমগী শীংজা শাংকাদ.
শীংবা শীংলে হায়রগা ঙসিগী চয়া বানগনি
শীংবা শীত্তে হায়রগা কয়েংগী মতম ঙাইরসি।'
মপুবাগী বাঙাঙ তাবদা থম্ কপপা তোকথরে,
,হা ইবুংঙো ইচু নিংথৌ কৈফরা তাঞ্জোব নহাকপু,
ইচেম শীংজা য়োল্লগে য়োইরাং কৈথেল কারু.গ,
ইচেম্মা কৈথেল কুম্নক্তিবফাওবা চয়া চেঙজেল লাউলক্তিবা
ফাওব, পল্লৌগী য়োংবা শম্নাইখুংদগী চংথোক্লমগসুকো ইবুংঙো
মচুনিংথৌ মপুবাদা পুকমেন পাউমেনখুনা
থম্ লাইবক চাউবিনিদো অমোংপা
ঔশিং মনমদি তাজবা লোথোক্ননা শেংচরে

চৈরি মস্তক ত্তৌবনা পুথোক্ত্‌না ইনশিন্নে
কৈজ্জা পোপত্তেক লৈহৃনা শীংবুল কোকতা থোনগংলে
নুমিংনা বাত্তোল লোমলকপা মুংশাঙ্গী প্রতাপ কল্লকপা
অদ্রুণ্ডবা মত্তমদুদা মোইরাং কৈথেল তমলকলে।
ফজৈ হায়দা! খম্ব্‌দো, তুখোঙ লাইম নংজৈদা
কুচুনা লৈহাউ লৈরেমনি, চাকচা খুবক ত্তৌখিবী
চেংলৌ মায়খোং য়েংবদি থাজগুমনা ঈংবীনি
লুনা কজবী হকচাংদা, অমনবা চৈরেনা কুপপদি
থাজবু য়াহনা উমগুম্বী, নংমিৎপু লৈচিননা খনগুম্বী
ফজবা মনি মচুম্ব্‌ কদি মচেৎনা পুনবগুম
মনিগী মগুন হম্ভদবগুম অমোংপা চৈরেনা লৈত্তেংবী
খম্ব্‌ পোমজেন লায়ববী য়েংবগী মীৎকম হোংনীংদে।
অহুম ত্তৌনা লাকপনা মোইরাং কৈথেল মৌয়ক্লে।
শীংয়োনবী ময়ামগী মরৈদা, খম্ব্‌ শীংবুন থাথরে।
কৈথেল মীয়াম তিনথংলকপদা শীংদি প্রপ প্রপ লৈনবক্লে,
শীংয়োনখী ময়াম পোং শীংথেু, খম্ব্‌ মথন্ত ঙায়হৌরে,
মাগী শীংজ: অদুদি উয়ুঙ থেনজা ওইবনা
কনাবন্থ পামবীদে, কনানা হয়কাও য়েংবিদে।
কো.য়ৌদি স্থ ঃ চং.থৈবনা মিনা কয়াঙ লোম্লকএ।
খম্ব্‌ পুক্লীং বায়ক্লে, ঙশিঙ্গী হুমিৎ অসিদি
তয়া চেঙজা ফংলয়োই, কয়ি উপাই থিসিগে
মওল মওল খন্‌বগা খম্ব্‌ কম্বা য়াবক্তরে,
চেঙদাইকমদা চঙলক্লে. কোয়েং কোয়েং য়েংলক্লে,
চেঙদাইবী কনাদা চঙসিগে কনাগী মকমদা হায়জসিগে
চেঙদাইবী অহল ওইয়বী, চুবাদা হৌবা শম্লাংনা

লৌরাই থারবোর মপাল শাবগুম্বী
চারকুং ময়েং তারবী, হুদু মাইল কারবী
চেঙদাইবী অহল অসিদা হায়তুনা য়েংগে থরক্লে।
পুক্নীংদম্ মোল্লবী বাঙাউদম্ তোনজবী
লৈশি লৈথোং বাঙাউবা হায়জরকই থমুনা,
'হাদ ইমা হিবেম্ম' নমোগ্না ইমা কৌজগে
নমোগ্না হায়জবা হাইরেসে ইমা অমুক্তা তাবিয়ু
নমোম কাররবী শীংথোনবী ঙসিগী শীংদ শীক্ত য়
ইমা থগ লৌবিয়ু ময়ল মতীক চাবা থিজরোই
ইতনিংখে খমগা ইচিল ইপুরা অনিগী
তা চঙ্গা পীবিয়ু, মতুদগী চেন্না হায়ররোই।'
থমুগী তাঙ তাবদা, অহল ওইবী চেঙদাইবী
থমুনু মুন্ন য়েংলগা চিঙ্গাই মপাও লেপ্লকই,
'ইমাগী নাংনেন নুংশিবী, পীনিংদে দা ইমানা
ইমাগ্ন নঙগুম তোনবনি, পীনীংবা পীবা ঙমদ্রদ্রা
ঐনা তোল্লিবা চেঙসিদি ইনাকখুনবগী মপোকনি
মমল পীদনা পুরকপনি লৌজক মাঙবা য়োন্দবা,
ঙসি শীঙবা থোক্লবদি অমুক হনজিনবা হাবনি
নঙোন্দা থম্না পীরুরগা, অহৈংসিনা শীঙ্গবাদ
ইনাকখুনবা মরলদি মাঙফরোই, ঐগী গাকি লৈতরে।
ইমাগী ইমোম নুংশিবী, ইমাগী তুংদি ইল্লকউ,
লৈবা ঙম্না কনা থিরুসি পীবঙবা লৈত্রা হংলুসি'
থমুই খুজেং পাররদনা চেঙদাইফমদা চঙলকএ,
'হা ইচে ইনেম চেঙদাইবি, ইচা ইনাও থিবিকমক,
ঐগী তুংদা ইজিবী, অঙাঙগী মচম ওইদ্রিবী

শম্লাং কোরকক্লম্বিবি লৈশা মথোক কাম্বকপী
শীংজা য়োনগে লাকচবা, পামেল শীংজা শীজ্রু হায়
শীংজা মান' শীজ্রুবদি তম্বা চেঙজা কংলয়োই
মপন্না নিশা অমগা মাগা চাবা ওক্লবা
মাগী শীংসি লোহোম্বগা তম্বা চেঙজা শীবিথো।’
অহলগী মারা তাম্বগ', লৈত বাগী তাম্বগা
কনাঙ্গ পীগে হায়রক্তে, পামদে ঙমদে তাক্লনি।
‘পলেম ইমা মুংশিবী, নমোম ঐগী মমজা
ইমানা ওহাক বাবিম্বোদা, ইমাগী নমন তোমজবে।’
অসি হায়না হায়ম্বগা খুমন চহু থম্‌দো
শীজবা শীংবুল মনাজা অমুক লাক্‌না কম্বরে।
তাংজ মায়থোং লৈদ লুক ক্রিজিনা কোক্তি কুপ্পগা
হিক হিক লাউনা কপ্‌না, পলেম মমাবু কৌরক্লে,
‘হা ইমা ইবেম্মা! পলেম উথিজ্রবোই!
অমুম তৌনা ব'না বানা লেনগদোবগী শক্লকপুদি
পলেম ইচিল ইপুবাবু লোশিনবিম্বোপবা নচাবু।
থম্‌ মারা নীকপথোল থাংজিং লাইমা তাথরে,
‘পাম্বোইবী নহাক চংমুনে, খুমন চহু থম্‌গে
মোইরাং কৈথেল মম্বাম্বদা কপ্‌নবু লৈরেবে
থম্‌ই শীংজা শীংহম্‌চো, মচিনমপূবাগী চেঙজা কংহম্‌চো
বাবনা অমুম হেনজিনক্‌না থম্‌ থবাম মাওথিবিকো।’
মপুগী মাথং পুহনা পাম্বোইবী মোইরাং পাংলক্লে.
সনা কোমুং চঙদুনা থোইবীগী খম্বোইদা কমথরে।
মরাই লেহ্‌ কৌরক্লে, ‘লেহ্‌ অচানবী তাবম্না,
মোইরাং কৈথেল কাক্লশিং লৈনীংবদি লৈক্লসি।’

## লোইবী শীংজনবা

নমাই সেজুনা য়হাথৈজে, 'কবি ৱাখো সনাহুল
মুমিৎ মুংবা মতমমিদি কাবা মতম চাদরে
মুমিদাংবাইগী মতমদা হকচাক লাংবা লেঙ্গরোকসি।'
'ঐদি কানিংবনা শিক্লোরে, নুংগী মতমদু ভাইররোই।'
থোইবী শেমশাবা লোইশরে, সেজু শেমশাব লোইশরে।
নিংথোগী মজাইরেম্মা, অরঙ পোকপী থাদোই
কোরৌ মুংশা মরক্তা কেগে কৈথেল পাংলকপা
তপ্ন থাংবা খোঙথাংদি ফুদিত্তা নাঙজোং চোংঙমই
তোমাং মুংশিং নামিবী মজারোলী থংগোনবী
সনাগী খোগল তোরকপা লিরি লিরি হুরকপা
লাইথুবাবী নমথাংদে মুংশিংকি মায়রোং ইন্দুন।
নমথাঙগী ফিদোল পাইরিরে, পাইরিরে
করিগা প্রেমান তোগমি, কম্লেন লোক্তাক মপান্দ
উরোক নাইতোম পাইবগুম্বা পাইরিরে, পাইরিরে।

মতৌ অঙুম লাকপনা মপুমনাই মোইরাং কৈথেল য়োরে। কৈথেল শীনবা থুংনা ক্লোয়চৎ চত্নুনা সনা মীৎয়েং তাই, অপ স্ব অমত্তু লৈতে, লৈনীংবা অমত্তা য়াওদে। হন্নসিয়া নীংলকপা মতমদুদ কৈথেলগী কা-চিন অমদা থয়্দুনা মথক্ত নুংগুক মুংজানদুনা ফম্বদুদা সনা মীৎয়েং হেক তাকই। মজাইরেম্মা খুদোম্নগী কোকতোনফাওবা ফাওন ভু থ্যাও চুংই। ইথং থংনা সেজুগী খুদাং তাপ শায়দুনা কাররকই, 'হা সেজু অতানবী, অা মথা থংবা কৈথেল চিথেক্তা শম্লাং কোয়ককম্মিবী অমা কপ্পি কপ্পি কম্মিবসে উত্রা? কৌরু চৎলু, কাবিগী কপ্পিবনে হংগে।'

সেজু থুনা খাংনা চংখিদুনা থয়দা, 'মা ঈতা কপ্পিবি, ননবু ঐনা কৌরিয়ে।'

খম্বনে, ইতা ইবেম্মা ঐবু কৌবিরবু করি ঙাকপিগদবা লৈবগে ?'

সেহুনা, 'ৱাঙ্গোল নিংথোগী মমোম্মোই, সনা ইবেম্মা ঙসি সনা কৈথেল লেঙথোরকই ! নঙবু উরুবদগী কোকচো হায়হুনা ঐ কৌবা লাকপনে। সনা নাক্তা চৎলুসি।' সনা য়াথংনা কৌরি ঙাবদা মীপাই-চাউবী খম্বু, লায়রৈচাক থাঙবগী ৱাবনে সনা য়াথংবু কিজবনে থাঙকম খঙখিদ্রে, কিনা মোল্লুক্না হংজে, 'ঐবু কৌবিরিবা অসিবু করিগীনি হায়বা খঙরিবরা ?'

'মবম থোইদোকপা খঙলক্কে, কোকচোদমক হায়রকই, চৎসি লাকও।'

সেম্বুগী ৱাহৈ ঙাবদ মখুৎ তরা লোয়হুনা খম্বু
'ঐদি লায়রবী মচানি, পলেম পম্মৌ লৈজরবী
তোনবদা মতোন লোম্লবীনি, সনা থোগজোল থংজরবী
ইতা, ঐবু ঙাকপিয়ু, সনা নাক্তা পুশিনবিগনু।'
সেম্বু য়াবা লৈখিদ্রে, চক্তবা য়াদ 'ঙক্রুবদ',
'ঐনা লেংলিবা চৈরসে অমুক্তা হনা য়েংলকউবা
থোগন য়াবা চৈরি নত্তে ঐবু সনা নাক্তা পুবিগনুবা।'
হন্না হন্ন হায়জরকপদ, সেম্বুগী থম্মোয় পেংথরে
ফরে লৈহৌরে হায়রম্লগা সনা নাক্তা কনথরে।
লোইবী হাওম্বীনি অসিদি, কান্নরয়োই লেঙলসি হায়রুরে।
সেম্বুই মরাক্তৈ ঙাবদ থোইবী শাউবনা মৈহৌথে,
"হায় লৱায় খুম্বু থোঙজোবী শক্তাদি করিনোমা মাম্মদনা
নঙনা করি খঙলদনা, করি কয়া ঙাঙজবা শাই
মীওইবগী মপোক্তা, কনানা হ'ও কনানা মৈতৈ
খরায়দি চপতুম মায়কনি করিবু থেম্মবা লৈবগে,
পুহুনা লাকউ হায়রগা, হাও মৈতৈ থিরুবদি
নশম লোয়... .হায়দোক্কে।"

ইবেম্মী অশাউবগী বাহি ভাবদা সেম্বু থম্বাগী মনাক্তা ভক্কিং ভক্কিং চেনখ্রে, "ইতা! ইতা! নংবু কম্বা হোৎনবদা ঐহাক অবা-বা তারে। চত্তবা মাঙ্গে চংসি লাকও। নংগী অব যহু ভসাই ঐনা কম্বা হোৎনবহু হৌজিক ঐগী অবাবসি নং অমুক কন্নো; নংবু পুরক্লবদি ইক ঃকাকনি হায়রেহৌরে।"

ঐনা চত্তুগা ইতাগী অবাবা ভাগদব: লৈরবদি করে ইতা চংলসি—হায়দুনা থম্বা সেম্বুগী মতুং ইন্না। সনা মাক মৌরক্লবদা থম্বানা লাপ-তক খুক্খুদক কুন্দুনা হক্কংচরকই—হা ই মা সনাহল, ভোক্লবিবু কৌবিবা, ভাকপিগদবা করি ওইরবনে, নন'ই সদা লৈজরে।

খোইবীনা,— থম্বা মকা চত্তলকউ, ইতা শকচেনবী,—শক থত-নসি, মিংনা করি কৌবগে, য়ুম্ম'ক কয়ুম নীঙ্ক'লনো, লৈকাহন কৈদ লৈবগে, অরেপ্প বাবু হায়রোলাও।

থম্বা,— ননাইগী ইমিংদি লায়রবী কোই য়ুম্মাক্পা লায়রবম নিঙ্কোগনি চেক্লে পাক্তনি।

খোইবীনা,— হাইমাইপেম্ম', করি মিংদানো, করি য়ুম্মাক্কো

লায়রবগী লায়রবতাক্তা
লায়রবদগী হেক্কোকপা ওয়রোই
নখোয়গী অহল লমম্নো
মিংলা য়ুম্মাক্পা অমত্তা হোংদোকউ হায়মু।
মীওইবগী লোনচত্তা, মচানিংজোল পোকপীদি
মশক মাম্না থীরবসু মিংদদি কজহনগে হায়দুনা
'রাশিভোখী' হায়দুনা খোজিবনি।

থম্বা,— পলেম পল্লো লৈজত্রে, লৈকামনা মোক্লনা চাউবনি খোইবিনা,—হোয়নে ইতা, ঐসু নংবু থিরকপা কুইরেদা,

অংগংবা ৱাকয় হায়জগে, ইচুমিংবো অমা নৈনৈখেগে
মচেৎ ঐবা পুশিল্লগা, মাহৌ চাবা কংগদবনি,
ঐদি ইরাইবক কন্দবা সঁবাধুংগী মুকচম কংজবেদো
কোরৌ মুমিংনা থেংনকপদা, পক্তৌগী থোঙ্গালদা লেপতুনা
লায়না মপুক পাখিতুনা, মচেম লাঁকপা হায়দুনা
চেপথ-চেপথ ক্ষেনমগনি, ঐবু ৱাবা ভাবিরমগনি।'

অহু ভাবদা থোইবীনা, — ভগাই ঐনা হংবনি নুংমপুনা কনা-মক্তা নৈতে হ'য়বগা হৌজিক্তা অমুক অমা নৈরবোইদ্রে, ইভা ? মপুৰাহু কৰাম চাউরগে ?

খম্বা — অঃ মব শাহুবা চংগা ৱা ৱা ভমজবে। খম্বগী পাউখুমগী অ.লংবহু মক'ইবেম্ন পেশ্কে, মোকনি থোকনি ভৌরহুনা মখা তারকই পীক্লিডৈদা পাংলম পক্তৌনা হক্কোকলম্নেহু হায়। নহুমিংবোদুবু নংগা থংবগ্র, ইভ ? হৌজিক যব শ হুবা চংলিবা ? মপাহুবু লায়বা অমা নৈরগ্র হায়নি ? খম্ব চেনকম নৈতে, 'লায়দা থোইবোকপদু চেনে, ঐগা হেক থংনব। ইচুমিংবোনি।'

পাওদুম ভাবদা থোইবী লেহু থীক থীক কোউই। থোইবীনা হায়রকই,—ইভা লায়রবী, নহুমিংবোগী মপুক থরনুবা ভরা থাজনা নৈতে, নংনা কোরেল ভ্রবদা পুথে, হৌজিক মপুক থাদনবা চাবে।

মতুং তাবদা পুক্তিং হক্কোওনা যাগী চনা চাজবে। চাকশঙদা থোইবীনা যাগী থাকদা মুকচমদো থপুক কদনা লেখজিন্দুনা চদোম অচৌবা অমা লেঙ্কে, মপাখক হুমিক্ত্না ব্রত কথবে। চাবা তোক্ত্না কমকম লাংদা কম্লবে ৱারী ৱাতাই ভাহাক শাম্লবে। পংকুই কুইনা পহুনবা তৌপনা খম্ব হননবা লেমশাবে। থোইবীনা হায়খি:- ইভা নহাক থাংবা চংখে১, ঐনা লেখা চবোমদে পুমগা নহুমিংবো চাউজল থীবহু পীজক ইভা নংগী চৈ-লিহু থোংনবথে্, খন কবা অমা শিল্লগি —অসি হায়হুনা থোইবীনা খম্বগী

শেংঙন ইননবা চৈরৈ ফিরোংলকলে। থম্নুনা চৎচরগে হায়না থোইবীগী মাথং নিজরকপা মতাংদুদা থোইবীনা থম্নু হেংদুনা হায়রকই —

'হন্দ ইতা ফজবী, লায়রবী কোন্নী নহাকপু
চৈরৈ অমনবা শেংপদি ওয়োক্লদি নীংদ্রিদা
কেয়ে নোয়ে ফজরে হেংবগী পেনবা নাইদ্রে,
মরাননাইদা লৈরোনা লঙনিংথৌ অদুদি
চৈরৈ ফিক্কুন শেংলমনি, অদৈ শেংনিংঙাই লৈরম্লোই,
নংন অনৌবা শেংপদা, মাঙ্গ শেংকে হায়গনি।
ইতা, মানা ফি পীয়ু হায়দুনা নিংঙাই তৌরবদি
ইতা নংনু করম তেংঙদগে হায়রি। অদুনা মাগীস্থনে,
থৈজোম মচা অমা পুবিথো হায়বা।'

মরাক্তা থাংমা পাকপনি, মমুংনা খুদুপ অনিনি
পাবনা চউম থৈজোমনি, পীকপদা মরুন মথোইরে।
থৈজোম অত্ত উইদা থম্নু নোক্লিংবা থাংঙমদে,
ননাই ইরুমিংথোংদা পীক্লগী পীকলি হায়রবু
মপেংপ মতাং হায়না থৈ, সিগী থৈজোমসি শেংপদি
ইরুনিংথৌ ইপুরানা তরাদা ফদী কি'গুম্নি
থোইবীনা অমমুক পুথোকই, থম্নুগী খুত্তা পীরকই,
মমুংনা খুদুপ তককি, মরাক্তা খুদুপ অমা মথায়নি
থম্নু পুক্নিং হাজরে কাবক মাদো' মাল্লে খুমজরকই
মংগী নপুরা অসিদি, ইতা, চাউদি পঙচাউ চাউত্রিনা
খুদুপ তরুক্কী থৈজোম কাবক য়াবা তারবদি
ফুরিৎ 'অদুগা পুবিথো, হায়রম্লগা থোইবীনা
ননাই উপু মমুংদা চেংনা লোননা থমজবা
মথংঙমকনা তুজবা, খুদোল ফুরিৎ পুথোকলে,

কবন্ধ কোয়ৌ অ দা, তৌথিবা মপোক নৌংশিংবদা
য়াথলনা নাপগু তৌজহুনা, চারনি খন্নুনা তুবনি।
অদুগুম্বা ফুরিক্তো ঙসিদি থোইবী পুথোরকলে
করি খম্বুবদগীনো থংলেদ্রা তাইগী থোইনশিনবু হাওবরা ?
ফুরিংসি চাগদ্রা য়েংউনে, চাগদবা ওইরবদি মসিনা
ইতাগী নপুরপীদমক্তা ফুরিংজিগা কৈজোমদুগা পুথরো
ফুরিং অমু উবদা খনগু চানি খনজরে,
সগাইরেম্বা ফুরিংসে চারম্বগু ময়ারেদা
করিগুম্বা চারমদ্রবগু নপহুনা হাবুনা তোংনজরগে
অদুদি ননাই চংচরগে, থমনুনা থোইবীবু পুক্নমজৈ।

থোইবীনা :— ফরে ইতা, চংলো, অদুগনে কয়েংদি লোকতাক ঙাক্নৈ-দৌরি, নহাকপু য়াওদবা য়াদেকো হায়রকই। কয়েংগী লুমিত্তা মচেম্বু লাপ্পা পুথোকলগা মপুর নিপানু মচেম থিবা লাকহনগে অদুগা মপুরাগী মশক য়েংগে, শকখঙনগে হায়বা তাথল অমা মজাইরেম্বগী য়াথলদা লাকপদগী লোকতাক ঙাক্নৈবগী থোরম অসি থুদকত্তা লাচলকপনি।

ফনি ইবেম্মা, ননাই থোগল ইঙ্গগে — হায়রম্লগা থম্নু চেনন চেননা মমুম পাংলকলে। অসোমদনা কমদৌরি ; খম্বনা থোঙ্গাল থোকতুনা মচেম লাকপ্রা হায়না তোয়না তোয়না য়েংলম্মী। মচেম্বা লাপ্পা লাকপদু মাঙ্গি মাল্লগা চংথিবদা শেংখিবা চরৈদো শেংলক্লবা অদুদা মাল্ল নম্র হায়দুনা চেপনা চেপনা মুম্র মুম্র য়েংলকই। মোপরাগী মতৌ উবদা অরাপপদগী মচেম্না লাউজরকই, ফ ইবুংঙো মুংশিবা, ইম্নুনিংথো লায়রবা ইচেম লাক্লে, হায়রগহু। ইচেম্না হয়াচাক পুরক্লে"খম্বা মপুক্লি থংহ-হয়াউজৈ।

মপুথোইবা শিথুবা লুখুবী, পাম্বি অপিখক থোকথৌবী
কৈথেলগী মতম য়োম্রকপদা পাম্বি য়েংদুনা হায়রকই

থাংজিংনা ঈমায় শীবা নম, হুপ্লো মায়াম থাম্বহুনা
লোক্তাক শন্না হোল্লকপা, কেগে থাঙ্গ কদোংকদাং চীং
থাঙ্কম মচা মচিংশোয়, উতং কাপ্তু হুইথাচীং
শাগং পরেং খোংবা চীং লোইম্নু ফৌরুপ থালৌচীং
মশন পাবোং থাংবা চীং কোলোয়না লোইবী থাঙ্গ মীং
লোইবী চীংতুগী চীংজিনদা মপু মনাই থুংরে।

ৱারী নাতৈ থংলগা, থাঙ্গচীংগী ৱারী লীজরমগে।
তখেল নৈবাক্তা নৈজবা সুবল লায়রবা মচানি
মানা চাকনিবা চৎপদা, খোয়ুম লাইরেম্বী লাইফদিবী
কম্বীদা চোংহুনা শাংরম্বা খেংনরুরে মহাক্তা।
মকোক্তা য়েৎপা কোয়েৎনা লাইরেম্বী তম্না হুন্নকপদা
কোয়েৎ কাংদা থুংরে, চেনবা মাদহুনা ফাথেদে।
থুজেং পালোইনরদুনা সুবলনা ময়ুমদা পুবকলেদে।
মাগী মোংবা মরানয়ায়, লাইরেম্বীদু থম্নকপা
তরা চাকসু চাদেদো, ৱাসু লাংসু ঙাংদেদো
খোয়ুম নোংদমখোল অমদম্বীদি লাইরেম্বীবু
সুবল কৌবা লায়রবনা তালোই শীংদা চল্লুরে
ছাঙ্গা থুদক অদুমক্তা পাখি অমা শাংলরেদো
লাইরেমবী মোমোন তৌদনা তাইবং মীরোলনা হায়রকই,
পাখি নচাসে লৌজকৌরো, ঐদি ইফমদা হনথরগে
ৱাহৈদি অসি হায়কল্লগা পাইকদিবী লাইরেমবী মাঙখোকখরে।
সুবল দশা তহৌরেদো অৱাবগী ঈপাক্তা লুপহৌরেদা
নারা মোকপগী ৱাবনে চানিংঙাই নৈতবগী ৱাবনে
মকোক্তা মথুং হাপ্লকলে, মচীনবান থুক থুক কংলকলে।
নোংমগী কোয়ৌ হুমিক্তা অহিং নোংমাই অথেংবদা

খোয়ুম লাইকদিবীনা কোংগৌথকপী লাউথরকই,
'হয়েংগী ইনুং ঙামবদা, লাইজ ঈরম মপানদ' ঙাইয়ু,
ভুবী লাইরেল পাখংবা অরাং পাংনা লাকনি,
মাগী য়েংথংবা চীয়োংদা অরুংবা অমঃ য়াঙবনি
চিংনমনা মস্ লোকহৌ, অবাবা খিবিক কোকুনি।'
মথংগী ইনুং ঙাংনবদ হায়বা পুমবা খোংকলয়ে
ভুবি লাইরেল চীয়োংদগী সুবল অরুংবা শংহোয়ে
অয়াংবদ করিনো হায়বদু থাওলেন অমা ওইরম্লে।
থাওলেন মাইদি ওইরমবা তাই খললদুনা সুবলনা
থাওগী সাক্ষি য়েংলকলে, অপাম্বা পোং নিরকলে,
নাবা ইচাগীদমক্তা খোংম্লাং পুকথম্রবা পীবিয়ুগবা।
কেপাম মঙা থললব', অঙাংগী খোম্লাং পীরকলে
য়ুমলেননিরে ললথুম নিরে মনাইমশল নিজরেদো
অরাং অপা লৈরক্তরে নিংথৌগী প্রমান ওইরকলেদো।
লৈবাক নিংথৌ তারকলে, সুবল মায়ু কৌথংলেদো
কবম্ব নিংথৌগুম পানথংলকপা মরা মপাউ হংলকলেদো
ম'নিংথৌগী মকাদা সুবল চীংথদনা ভমখোকচৈ
বরী পুমবা তারগা নিংথৌনা মাঙোন্দা হায়রকলে
নংগী মাইওইব থাওলেন-দা, ঐঙোনদা অমুক্তা উহলু।

নিংথৌগী য়াথংনা অকনবা ওইখিবমা স্নবলনা থাও অছু পুথত্রুনা উৎলয়ে। নিংথৌনা অমুকস্ন থাও অদু অহিং অমা মাগীদা থমস্নু মথংগী নুংমিন্তু লোয়ে তাকপিরে। অহিং অপুমক্তদা নিংথৌনা থাওশা-বা কৌথত্রুনা থাওদুগা চপশাম্নবা থাও অমা শাহল্লে। মথওগী অমুক্তা স্নবলনা থাও লোয়বা লাকপা মতমদা মাঙোন্দা অশাবা" থাও অছু পীরে, অশেংবা থাওদু নিংথৌনা লোক্তুনা থমখে। স্নবলদি থঙদবনিনা

অশাবা থাঙচ্ পুক্না মমৎ মদা হনখি অতিংগী মতম ওইরক্লবদা থাঙ মায়ওইবা অসিনা হৎনেল কে মুংদগী পহৈরোবখে, মৈতৈ সনা লৈবাক তম্লক্লে। ইহাল হানবদ কংলৈপাক মাইস্কুলদা তাই, মচুদগী অমুক চোংলকপনা শাথোং নিঙ্গেলদা তাই লোংচুপ পাংনা অমুক চোংলকপনা লমলেল লোক্তাক্তা তাররে। থাঙলেন অচুনা ঈরেল মুংদা অমুম চংলকপনা চৌংগী চৌংথোং থোরক্লে। পনবা তৌদনা চৌংলোন তম্না কাখে। মসিদগী চৌং অসিবু পোইরৈ থাঙকা চৌং (মকুংদা থাঙ্গা চৌং) কৌখিরে।

অসিগুম্বা চৌং অসিগী চৌংথোংদা লোক্তাক ঙৈরুনি কায়ন লেঙলকপা মঙাইরেম থোইবীনা ঈন পান্নরে, থারে, শাংরে, লেম্মৈ তাদি অমত্তু লক্লে। মনাই সেন্নুম্ব শোনশল্লি, অচুদত্তু মরক্তে ... অমত্তা কাদনা তাহাক শোনবমথে শোরম্লগা থোইবীনা হায়রকই — ইতা লায়রবী, নহাক ঈন শোনলম্ম, সেন্দু ইবংনি চৌংথক কাচুনা লমদম পোইরৈ মেংমুংগে।

মতৌ অগুমবা চৌংথোঙদা থম্না ঈন চিংলোবে, অচুপা মপুমনাইনা চৌংথক কাদুনা লোক্তাকী অকোয়বা পোইরৈ লমদম মেংলকপবু মেংবগী পেনবা নাইখিদে।

কজথেদা লোক্তাক্তো, নুংশিথেদা লমদমদো
চেক্লা থোক্লেল নত্তব লাইজ ঈথোল নত্তনা
পুমচৌক চৌকই মকমদো কনাগী থোক্লেল ত''দদো
লংলবা লাইজা ঈমায়দা চৌংথোঙদা হৌবা নাপীগী
মমিনা বোম বোম হায়রকপা পুক্লিং হুবগী 'মথক্লি।
চেকলাগী শঙ্গ শঙ্গনা ঈপাক লায়া পাইরকপা
অমুক কায়না অমুক পুনশিন মেংবগী পেনবা নাইদেদা
বোংচুপ পাংনা মেংখিবদা থাংজিং চৌংজাউ উয়ক্লে
চৌংগী মাপোম থুদিংদা থোংজাইগী পামলো মৈথাবা

মৈথুনা নোংদোল থোখিবা, মৈথুগী পরেং অহুবু
তোর্বুং হুংশিং লিরিবনা লৈনা লৈনা হুমদোকপদা
চুমথ্রিং কান্থা মৈথুদো মচাই মচাই কাইথরে।
লোইবী চৌংশাং থুংনবা মৈথুনা ইচাই চাইখিবা
লোংবী চৌংগী মথক্তা চয়ে ফিশাঙ তিংঙমই।
মোইরাং পাংনা য়েংলকপা মবুধৌ থাংজিং কোয়ুংদা
থামেন চৎপা ফিয়ালনা কোয়ো থক্তা পাইবদি
হুংশিংকী ঈপোমদা কায়বদি উয়োক পরেং পাইঙমই।
অশুম অশুম য়েংলুরগা পুক্নিং হুংতোললকভুনা
থাংজিং লাইবু কৌহুনা সনা ইবেম্মা তেংথাখি,
থুরক সনা লৈকাঙুং থুদোল তাংবুম থেকতুনা
থুনিং মোদোন কাঠহুনা থুবাক লাইথল শাহুনা
"কেগে পোকপা শোয়ামেল মোইরাং থাংজিং কোইবেললাই
চৌংঙ্ নংগী থোজ'ম্মা লায়রবীগী মপুবাদো
কেগে লোকতাক ময়ায়দা অমুকতদি পুখিরকউগবা;
নত্ত নোংদম খীবীনা থোয়রাংজবু মথাক্নি;
নিংথৌগী মচা ওইরবী ঐনা কোয়ো মৈশা থাঙনা
লোইবীথকতা ফম্নিবা মাহাকতবু ঙাইবনি
নশুনা মীংবা থুংজগে থোজানবীন্ লায়নিংথৌ।"

থোইবীগী তেংথাথোল তাবদা মোইরাংদা মবুধৌ থাংজিংনা অমুদোম লোংথাইগী থম্মোয় মন্নুংদা চঙখিহুনা অপ্পা হেক হায়ঙমই,—হায় থবা অপঙবা, নংদি সিদা কৈদোরি? আদা কেগে লোক্তাক ময়ায়দা থোইবীনা নংবু ঙাইবদা শিদোরে, চত্তবা য়াত্রে, চৎলো। থবচু লাবনমু মবুক তংকদোরে, মচেম হন্নকপা ঙাইবা ঙম্নোই চাথোক্নগে হায়হুনা ইমুং চঙলুবমু ঙসাই মচেমা হৌহুনা থম্নবা চাকলেন্দু থিবা কংদরে,

য়েংগে লেঙখি। গিরি গিরি অনিনা শুরুগী মায় খোঙ্গুল লীয়রকখি। চীংলক লাবগে হায়দুনা অনিনা লাইজ ঈরালমদাইদা ঙা অচৌবমু কৌখি। ঙা অচৌবনা নথোয় অনি অমমমতা ওইনা লাম্নগে, অনি পুন্নপ তোংবদি ঐ ভয়োই হাৎরে। লেমনৈ ঙাগী মপুক্কিংগী বাহু গিরিগিরা অনিনা উথে। গিবানা ময়াম্বু দা ঐ তাল্লম্মগে, চৈশুহু ঐভোন্দা পীবিয়ো হায়না লৌহুনা ঙা অচৌবদা তোংথরলে। লাইজ ঈয়ায় থৌরকপদা ঙা মহাং তৌবক্লে, মইমহুনা হাইগছুনা গিয়াবু কোৎখনবা হোৎনয়ক্লে। গিরাবদি লাইনিনা ঙাহু নমহুনা কংফালদা হুনগৎলে অহুগা মন্দীল-মনাও চঙদুন ইচঙ চঙবা মতোংমথৈ লৌথোক্লুনা চাথোক্লে অহুগা মক্ক মথৈদা থাদোকখে। মনম অসিবু লম্নলন ঙাচাপুং কৌখে। ৱাংলেম মিকুপ খরা লৈবগা শুরুম্ব থুংলয়ে, ঈবানগ হায়দুনা লেমনৈ অচৌবা কৌরকপদা মক্ক ঙাক্কা লাক্লে। ফিভম অহু করম ওইরক্লিবনো হায়হুনা থিগৎলকপদা গিরিগিরা অনিনা ঙাগী লম কেনবা ৱাহু তয়ে। লাই নথোয় অনিদা কাও অহুক উশিল্লুনা তৌবদি হয়েং ভাইবং মীদি থাঙবা ঙম্রোই অহুনা ঙা মং মহুংদদি ঐগী লম অমদগী হেয়া শাংদব ওইমু হায়না তাকপিখে। ঙাবু কম তমদুনা পী হায়হুনা মকমদুবু ঙায়ম হায়ন কোলোয়নৈ। মহুংদা শুরুনা ঙা অচৌব অসিবু ঙাগী মতেংগা শগী মতোংগা তাইশিন্দুনা অমুক হন্না শেমখি হায়হুনা মাগী মমিং শয়েং হায়না থঙনখি মাবু শয়েং পোহাম নিংথৌ কৌনখি।

অহুগুম্বা থমংথোংগী লমদম অহুদনি খম্বা থুংলয়িবা। খম্বাল ময়াম শাংলিবহু উই। কজ্রবা খম্বাল অমা হেক্লগা মকোক্কা থেৎচিল্লি। চাক লাম্ব কগদ্রা হায়দুনা খমচেৎ হেক্কুনা চায়। নুংশিং চপ লেপখে, নুংশানগ শায়কপনে পোংথাকম লৈত্রা, য়ুংলকপবু চীংখাদা পামেল উজ্জাউ অমা উয়ে। চীং কাঙদ ১ হ ৰাঙভিয়ে, লৈবায়দ লৌ ঙাশনে অদুগা পামেল উথক্কা কাখৎলগা লোক্কাকী কজবা অদু য়েংবা কৌয়ক্লে। লোক্কাকী কজবা উক্কবগা খদা অবাবা পুম্বা কোকখে, পুক্কিং

ইনৌ নৌখে, কোয়েৌথক্তা চেক্লানা শঙ্গু শঙ্গু পাযবদু উবগা খম্মা তেংথাই –

> হা চেক্লা মাইকবী,
> নখোয়দি অনি অনি কাংদোংঙিম্বিদে
> লাইবক থীব ঐগাক্তু ইথক্তু
> পাযেল উতোম্না কৈদৌরিবনো ?

স্থম মাক্কবদা থাংজিংগী নোংদমদগী মাগী ফুরিৎথাউদা তৌদ্রি যাংগু মাওয়াংগ্রে ; খম্ব অমুক তৌদ্রি থাংলাক্ত খুংশিরব স্বর, খোংচক লৈথাগা লোয়ননা থাংজিংনা পুক্সিদুনা থাঙ্গ চীংথক্তা লম য়েংলিবী খোইবীগী মাকোংদা য়োঁখে। ভাহাক চ'করগা থাংগীনা কাযরকই,—হা মেনু অচানবী, খয়ংখোংগী লমচদা তৌদ্রি মখোল অমা তাবিবসিবু নমু চ ইবং মীবু ওইরিব্রা, তায়ুং লাইবু ওইরিব্রা মাগী তৌদ্রি মরোলসে ত্রৈগী থমোং হুরেদা। থাংজিংদা ওন্দুনা অমুক ইদুখৌ খাংখং খোইরেক্লোই, তৌদ্রি-খোংবা মিপাসে নমু চাইবং ওইবরিদ অমুক্তা পুন্বিরকউ কাহজুন খুক্রাইজ।

তৌদ্রি খোংহুনা কাপ্র র ই মচেম শিদবা হাদে তাযজ্নুা থম্বা অমুক হি হোন্দোক্লকপনা, ভাখাদৈমগী লমদমদ' মচেন ঈন শোন্দুনা লৈবদু উরে। আদ লৈরিবী নুপী অসিদ' ইচেম উব্রা হানুগে তাযজুন' খম্বা মাংনা হি হোনজিন্নকপদু খন্নুনা উই—কনাবু ওইরিগবা লাক্সিবসে, ইচেমগী ইবুংঙোদুম মানখেদা। খরা খরা নকশিল্লকপদা মপুরানি খোংমদ্রে তাযবা থস্তনক্লে। মায় নকশিল্লক্লবাদি খোইবীনা খচখিবা তারে হাযজুন কম্না হম্না মথুং খংপা হৌরক্লে। নোংমাইগী মচেগী কাযবা থক্তলে, মাবু কক্নো হাযরে হাযজুনা শবৈ থুনা হিমায় লৈজুনা হম্না হোনখে।

সোমদ: খম্না হিমায় লৈজুনা হনখিবসি থাঙ্গ চীংথক্তগী থাদোইনা উই ; মনাই সেহু য়েংজুন' চীঙ্গোম মপাউ মেক্লকই,—ভযুম সেহু অচানবী, আদ মমায় লৈখিবা হুপাসে লায়রবীনা মথুং খত্তোকপদগী হনখিবনি,

লাপথোকখিদোরে অমুক্তা থাম্মউ। মেমনা লাউরকই,—হা তাদা, কনানো, লাক্লুবা লাক্লবদি মোননব ময়াকউ, নিপা মান্দবা মতোঙ্গম শানার লৈতুনা হল্লিবা কন্নিনো? চৎথিব য়ায়োই, অসোমদা হল্লকথো। মেমনা বাহু তাবদা খন্ন হুংশাথীবা অম্না য়াওথে, থুৎথা য়াংনা হোনগৎথে। মহু উরগা থোইবীনা মেমনা শাউরকই,—মেমু, নংগী য়াইহু কনমন্দুনা লাকপি.ব্র, মী থাম্বু অতুম হায়না থাবরা, হায়রুরগা থোনজেল বাংনা লাউরকই,—

হা, মোইরাং পাথং কনানো ভাইহাক্কদি লেপ্লিথো,
কৈগী পাঙ্গল নাপীনি, চেক্লাগী পাঙ্গল হুংশিংনি
ভাগী পাঙ্গল ঈশিংনি, নুপী ওইবীগী থবার প'ঙ্গলদি নিপানি
পাঙ্গল শোয়বীনা কৌজন্নি, ভাইহাক্কদি হল্লকথো।

তাবদা খম্বা তুঙ্গৎই, কনাগুম্বীবু ওইব্রিগবা, হুংশিথেদা মপাওসে; টংচেম লৈরমদবমক ওইরম্ববদি শুরাগী নিংবা থুংজনগদবনি, য়াদবা মত্তাং থোকথে—সুম হায়না থল্লহুনা হয়, খেংল-খেংলহুনা হি তপ্পপ্পা হোনথে। থম্বনা মহল্লক্তবদা থোইবীনা মেমদা হায়রকই,—চীংথোঙদা অমনা কমহুনা ল'ক্রগু, হল্লো, হল্লো, হায়না ঈপ্সিং পীরবদম্ব ঐথোয়না লাউজবা কন্নি কাম্ননি? নিংথেৌলগী নীংবা কাম্নহনবী লায়রবী হাংবীসিদ চপ্লবতদা মাগী য়ান্নী থোঙ্গুল তাগনি। চীংথোঙদা কুমক্তুনা থোইবীনা খম্বদা হংলকই-ইস্তা কনানো নংনা হৌজিক তাপ্লোকখিবা নিপানো?

খম্বা—ঐনা কনাবু তাপ্লোকথবগেনে, ঐদি কনাম্ব লাকপা উথিদেনা, সনাহল।

থোইবীনা—থুপকনু কাম্নদে, নপুবা ওইরবদি হয়াওবিগে হায়রব্নি।

খম্বা—ইপুরাগা নংচদে ঐম্ব উজহৌদে।

থোইবীনা—অহু ওইরবদি হয়ানবা ওইবা তারে।.. ওরাং ঐনা নপুবা গীনি হায়হুনা পীথিবা কৈজোমদো, কুরিত্তো ভসি লাৎলকই।

মপুবাগীদমক পীথিবা মিরোংস্নু মানা হত্না লীংলকপা
অত্তদস্নু নত্তনা ঙরাং অয়ুক অঙনবদা পাবুং সনা থোঙ্গাংদা
পাবেল শীংবুল পুদুনা লাক্লগা খোইবী ঐগী থবাইস্ন মানা
পুথ্রবনি। করম্বা মতমদা হৱানবা ফাসিগে থম্দুনা লেয়কপা
কুইরবনি। ঙসি তাঞ্জা চ বিষ্ণুদা ফ হৌদবা য়াদে। অসি
হায়রম্লগা খোইবী বাকচৈ কি তোংথংথে, মনাই সেম্নগা
লোয়নবত্তুনা থম্বা ফাগনি হায়দুনা হ্ম রম্মকপবু—থবদি অম্ম
অম্মুম থাপতোকখিবনা পিশক পীক্লা উরে। খোইবীনা
অমুক হন্না লাউরকই,—চা পাংং মহাকপু ঙরাং কিংখোগী
সনা য়াথংনা, ঙসি কুমিৎ অসিদা লোক্তাক্তা নিপা ঙৎস্তা
কৃষা য়াদে হায়না পাউজেনথিববু, নহাক্তা ঙসি লাক্লিবা,
ইপাগী মীনা থেংনরবদি নথরায় মাঙগনি; মহোয় লাংলেন
খোইবী ঐনা নথরাই কনগে তাম্মরকপনি; ঙাইহাক্তংদি
লেপ্পরথে।

তাক্লরগা থম্ব অকিব অমগা লোয়নন ফিত্ত ঙমজবী শ কুদা থে নথে।
তানবা ফংলয়োই হায়বা উরবদা খোইবী থম্রগী মনাক তান্ন অমুক
হোমজিল্লে অত্তুগা ঙন্নরে,—ইতা লায়রবী, নিপাদো মশক থঙলক্রে,
কোমুং য়োরগা মী থাত্তুনা ফারগে; হৌজিক্তি কল্লসি লাকও।

অশ্নম তোনা মপু মনাই কত্তম মোইরাং য়োরক্রে। লোক্তাক মপাম্দা
হি থাঙলত্তুনা খোইবীনা,—ইতা লায়রবী, ঙসি ঐথোয়না খোয়ক্লিবা অসি
তাঙথ্রবা মতমনি, নংগী নরাময়াই ঙাইহাক য়োৱমগে চৎসি, হায়রকই।

থম্রমা থুম্লকই,—ননাই ঐগী য়ুমদি অা থুন্দোংদনি, য়ায় থাপথে।
বায়নি. ঙসি শঙ্কায় য়োবিরে', হয়েং লোংমা লেঙবিয়কউ। বায়ী
শাবা লাকপনা লংল্লং অহম ফাংবদা লেপ্পত্তুনা বায়োইটৈন। খোইবীনা,—
কয়ে অচ্চাদি হয়েং অমুক লাকলগে।

খম্বনা মবেম্মবু খুরুমলগা মথাপাংনা হাইখ্রে, থোইবী সেম্বুনা অৱাং পাংনা। খম্বনা চৎনা চৎনা খল্লি — চি লাউনা হিংহৌইদা ঙসিবু পনাইবেম্মনা চত্তবা মাদে হায়না ইন্নরকলম্লবদি। হয়েংসিদি ইচুনিং-থৌজু ঙক্তা লৈকায়দা থেদোকখ্রগে। পনা ইবেম্মনা লাক্কনা হংলবা মতমদনা ইচুনিংথৌ ইপুংগাদো ঙরাং কযুংদা ঙমদুনা থবথনি, ঐনা কায়কপদ খম্বম মাঙ্গয়রদে কায়না খুমদোক্কে। অহম্লা ৎম্লা খম্লা মুংঙাইবগী শর হোন্দোক্কন খম্বদো হম্না ভুনা য়েংবা তৌদনা চুমদিং ময়ুম তমনা প্রেপ প্রেপ চৎলি।

অসোমদন থোইবীনা সেমুদা হায়রি, - সেনু, মসিগী লুপীসে মরৌ লৈনরে, লাপতক মতুং ইন্দুনা ময়ুম থঙদোকলুসিনে। মপুনাই অনি খম্ব উইহন্দনা মতুং ইল্লকলি।

খম্বনা থোঙ্গাল হেক লানশিল্লকপদা মপুবানা মাঙ্গোলদা কমতুনা লৈবদু উই। অঙাং নং লাক হেনমাল্ল, ঐনা য়ুমদা লৈরঙ্কো হায়রগা লোক্কক্ক কুল্লক্কনা বা থোক্লরেদো, হায়বগী মওংদা মখুৎ হায়ক্লরে। খবদ্র ঙসাইস্থ খুৎ হায়রগা মী লৈরম্মী, কৌজিকম্ভ খুৎ হাইয়কলে, মী ইল্লরকই, ঐবু ফাবা লাকলব্রা খন্দুনা ইমুংদা চেনশিনখ্রে। পঙনা পঙইবত, ফুরিৎ ফৈদোন হোংদোক্কে কোকয়েৎভুদস্থ লৌথোক্কে, কোকপী খম্মাল ফাওবা শক্তোক্কে। ঙসি তৌরিবসিবু করিনো খন্দুনা ইঙক ঙক্তা ইমুং লমহাম্মদা চপ লেপতুনা লৈ। মচমনা মাঙ্গোল কাথংলকপগা শাউনা চৈরকই, — লায় শঙ্গাউমা ঙমওন খুংদব, লফুনা মচি কাদবা,

চাউরিবা মচাউদি য়েমগাই পকাং, পঙইবদি ঙক তরেৎনা ওজিল্লে।

কায়গীদমক লোক্কক্কা লাকপগে? স্নেন হায়যু!

খবনা মক্ক লুকলহন, — চাক লাম্মনুনা কদায়দা খম্মবগে হংজগে লাকপনি।

খম্বা, — চাক্তি লায়রী, চক্ ফজবা নৈতে মুমদি।
থন্না, — থরা চায়গা নমুক্ত থনদবরা ?

মপু মনাই অনিদো খুমন খোঙ্গাল তৌরকলে,
ইমুংদা মচিনমপুবা ওংবব খোইবীনা খোঙ্গ পদা তাখিল্লি,
হা সেমু অচানবী, তুমিন তুমিন চৎসিকো
লায়রবীগী ইমুংদে কনাবোমা নৈংবকে
ঐখোয়গী শামিন কংহনগনু, লোৎখিনিকো তম্বাসে।
প্রেক প্রাক ক্রোক-ক্রাক লাউহনগনু
নংমা মখোল খোকচল্লবদি নখোঙ খুদেকনি থঙ্জোকে।
সেমু দম্বা তাখরেদা, লোক্তাক ভাবৈব চৎপনি
লংহো পুংজম অহনবা, লংদি লোয়প তৌবম' সেং
মনা খোগদমু নংনবা চৎ, কিগী খোঙ্জনবা ফা
চয়ৈ কোইবী কিবাগ্র' খুবোম তোংশাদা নৈবদা
খোঙথাং খোঙথাং খুদিংগী শুদ্রাং শুদ্রাং লাউরকলে।
মখোল খোকতনবা হোৎনবদা মখোঙ ন'মদি থাঙ্গৎলগা
নাবনা হেকচা মচোংদে মখোঙ নিঙ্গমা থাংজরু।

মতৌ অসুম তৌনা মপুমনাইনা লোংয়াই মাগী মরানয়াই ছুমাং থেলোং শময়না প্রা প্রা চঙশিনকনা, সনাই-এম্মনা দামী মথকতা খোঙ নাম শৎ হেক থাঙ্গৎপা মতম অসিমকতদা ইবেম্মনা ইল্লিবা চয়ৈ নমথোং নিংখিবী অমু মালংবা মুংশিংনা শম হুমকপনা চয়ৈ কিদোল অমাং পাংনা পাইথৎখি। কিদোলনা ফম পাইখিবচু ইমুংদগী থন্না উই থাই লাউই, মখিৎমনা ইমং নংথংলি, মচুনিংথোদা মী লাকলে চেন্ন্ হায়গে তৌবদা হায়বা হেক ভমখিদনা 'হা !!!!!' হায়দুনা লাউখে। খম্বা মকম ময়াং থচনবা ইমুং মচুং অমুখুবা কোইহেন চেনবা তৌরকলে।

ইযুং অহুনা কোকইবন্ত, মাইথোম অমত্তন্ন লৈতে, ফক-ভাং অমত্ত খাদেদো। কমথক শগাই মাওদে, কাওখলগু খল্লে, উপুগু থিল্লে। ইকোক কোকপা ইহাং হাওবা ইযুংথুদা তাহাক কোইচেল চেন্নৱগা লোৎকম থিবা খঙদ্রুনা সনামহী মমাঙদা কমথখ্রে। তৌরিবহু বদা খম্বনা মাঙব তারে হায়ত্রুনা কোইয়েং য়েংলকপবু ইযুংথুদা লশিং কা... ন শেগায়বা অমথক লৈ। মহু লৌহুনা থবগী মথক্তা কুপশিনবি...। কাপোম্না থরবুদি থুমজিনখ্রে অহুবু মকোকথকী থবাল অহুদি কাপোন অহু ফাওদোকত্রুনা মথকতা লিখত্রুনা লৈরে। মপুন্না লোৎখ্রে হায়রবদনা খম্ব্ প্রেপ প্রেপ মপান্দা চেন্থোকখিববু মাঙ্গোলদা সনাইবেম্বা লৈ ম্লে।

খম্বনা, — হয়েং লেঙবীর .. হান্নরগা হৌজিক লেঙকইব অ ..বু করম্বা অথুবা লৈরবগে ?

থোইবীনা,—ঐথোয়রোমদা চৎলুবনি, খুদি থীবনা শিগদোরে। নথোয়-রোমদা ওন্নকপদগীদি খুদি অহুকতা থীজ্রি। থোঙগী মতুং ইন্নক-পদা নথোয়দা লমথুংলরে।

খম্বনা.—কদাইদা লেঙশিননি, মতিকচাবা ফিদা অমকাওবা কৎনিংঙাই লৈজদে।

থোইবীনা.—ফিদাদি লায়রিদা, মাঙ্গে'ল অসিহুম, লমদা ফুদা শেমজিললু কুমশিদি কাংশং ওইথোকসি। ইতা, ইযুংনা কা কয়ামো সিবো ?

খম্বনা,—কাদি মাপলনে, ইযুংদদি লেঙশিনবিন্নু, মপাললোমদগী থীবিন্নু।

থোইবীনা, — কন্নি ৱানোদা ইতা, নয়ুম য়েংগে হায়বনি, নপোৎ নচৈদি হুন্নোইদা।

খম্বনা ইকায়রপনা, — হুবা ৱাবা পোৎপুদি লৈজবা নত্তেয়ে, কোকফায় মিন্নাং থাংবা অসিদা ইকাইজবনি।

থোইবীনা ইপল পন্নমদনা ইযুংদা শং লৈশিনখ্রে, কোয়েং য়েংবা হৌন্নকলে। ইহাও হাওই। মনীংথোঙ কাওত্রুনা মী চেনখিবগী খুদম

লৈরক্লা থেংনরি, পৌরোন থাম্লনা অতুম মরৈ ! অতুম য়েংশিনক
মুনামহী কাচিন্দা শঙ্গোংগী চিথেক্তা কাপোক অমা উপ্তুনা লৈবা, মতোম্দা
থম্বাল অমা থিগংশদু উবদা খোইবী ইঙক ঙকই। মতুদা শংত্রীক
য়েংলগা করিনো হংগে হায়দুনা থয়্দা, কো ইঙা, হো ইতা লায়রবী,
হায়না কৌরকই। থয়্না, শোয়ত্রে খঙখিবা তারে, হায়দুনা পাথংখি-
দুনা, করি ভইরবনো সনাহল, কায়দনদি খুমদদুনা, ও, লাইনে লাইনে,
কায়দুনা খুমকই। হংত্রিবা বাবু থয়্না খু লোকলকপা অতুদা বাথল
ঈংবী খোইবী ভাব তাবা য়াবা মথৌ তাখে।

খোইবীনা, — করি লাইনো অসিদি ?

থয়্না শেমজিনবা পাউখুম অবা পীরকই, — ইপা-ইপু পোকপনি, অহল
লমন লাংলমই।

খোইবীনা, — লাইগী মমিং করি কৌই ?

থয়্ন, — লাইগী মমিং হায়বদু ইপাইপু পোকপা, মসিদগী তেনবা
মমিংদি ঐ খঙজদে।

খোইবীনা, — ইপাইপু পোকপা লাই খেইরবাদ ঐশু কুংম্বা পারে।
ইতা মংদি খঙলিনি. লাই অসিনা পাম্বা পোৎসি কারনো ? থম্বাল
অমশু থেৎপা উই, লাইনা পাম্বসিু থম্বাল অসিনা লাইরত্র ?

থয়্ তৌকম খঙদে। খুমকই, — ননাই ঐনা কৎচরম্বা থম্বালমি।
লাইগীদি অপাম্বা পোংকী মশক লৈরম্লোই, পুক্রিংতমবু শেংলবদি
কংলুবা পূমনমক লৌবিগনি।

খোইবীনা, — সেনু, নং কবোক খয়া লৈক, চেলমু। ঙসিদি লাই
অসিদা থৌনিদবা য়াদে।

সেদুনা কবোক লৈবা চেনখি্ৈঙ, খোইবীনা লাই শত্রী তৌদুনা
লৈখে। ইকুই কুইদনা সেম্লদো চুজাক কবোক খয়াপুন্না চেললকলে। লা
লাতোল অমা হেকহললুরে। খোইবী মশামকনা লংতোল অতুদা চুজাক

কবোকতু হাপ্তুনা লাইমাংদা থারে, অচুপা খুরুমলদুনা কৎলকই,—'হে পোকলেনপোকপা লায়নিংথৌ, ঐনা কৎচরিবা কবোকসে অশেংবা লাই ওইরবদি খুৎথেংননা লৌবিয়ু, শাক্তিমনবা ওইরবদি তুমিনন্না অহুম লৈবিয়ু। অদুনি কবোক অসিবু লৌবিরবদি পুন্সিচুপ্না থাদোক্তনা নীংজগনি মহাকপু।'

মতম অসিমক্তা খম্বদে কাপোন মসুংদা, অমম্বোবদা নোক্লীংবা থাওবদা অৱাবা ওইরে অমবোবদা অমুক খঙলক্লগা করি থোক্লগবা হায়বগী মিপাইবা অমদসু হুমাং কয়ে। তাঞ্জা অসিদা থোইবীগী ৱাহৈ তাক্লবদ অরুব অমা অমুক লাক্লে। কৎলবা কবোক অদু খুৎথেংননা লৌদবা তারবদি শ শিন্নগান হায়ন লৌদৌরি, কাপোন কাওবা থাজৎতুনা থেংলবা তারি খুং খিন্নাক্তুনা লৌক্লবগা কমদোবা? পাইমা পিবুকসুংদা ওহাক মঙল মঙল খল্লবগ, অশেংবা লাই ওইবনা কপদমাক্লে, হায়দুনা মথুৎ নামনা কাপোন্দু মখেক হায়গৎলগ নামমা কবোক লাক্লে। মথুত্তু হেক উন্দা থোইবীনা লাউরকই,—হো ইতা লায়রবী, লাইনা কবোক চারে, লাইনা কবোক লৌদুনা চারে' য়েংলরাউও!

খম্বু লেৎফম লৈখিত্রে; খনোয়সুংদা পৈক্লে,—'ইচেমগী ইবুংঙো পঙগেন্দকো! করি সুংগী পঙবনে? কবোক চারে নোয়রোইকো, চান্দ্রে মযেং তারোইকো।' খবা ৱাবগা শাউনীংবগা লীপক্লদুনা হায়রকই —হো ইবেম্মা, ঐখোয়গী ইপাইপু পাকপা লাইদু মঙং অমনি। মথি ক্ষোংবা সুমিত্তদি মীমাঙ পোমাং নাইদবনি। মথুং হেক্ত থিগ্দোয়ক-পনি-মসি হায়বম্লগা খম্বুদি হিক-হিক কপথোকথে। খম্বনা কপ্পা তাবগা খবন খল্লকই, ইচেমা কপ্লিবসিনদি ঐগী কবোক মচাদু শোয়রবা তারে, অদুনদি ঐ চনখ্রগে। মতাং অসিমক্তদা থোইবীনা, হে পোক্লেন পোকপ ইবুংঙো, লৎনদনা লৌবিবগীদমক খুরুমজরি মনাইনা, হায়দুনা মবোক লৈবাক শোক্না খুরুম্নকই। মসিগী মীকুপ অসিমক্তদা খম্বা

কাপোন ইহোক্লম্লগা চেনখ্রে, মনীংথোঙ পেমোল শৎলগা মপাল থোকখ্রে। মতম অসে সুমিৎস্তু থাপ্লদুনা ইমম মল্লে। খুদক অদুদা থোইবীনা,—লাই চেনখ্রে থৎলো থৎলো নৈকাইশ,—হায়না হৌনা লাউরকই। খম্বা চেনশিল্লক্লু হংজরে,—ইবেম্ম কয়ি তৌরবগে লাউরিবা অদুবো?

থোইবীনা,—মথোই অহল লমম্র লাংলম্ব লাই অদু চেনখ্রে। ঐনা ভসি লাকপসি নংগী মাইক খুদম্ম। মাবু লাংলমক্তদা নহাক লামম্না তানবনি। নখেই লাইদ চেঙ উতোং নিপাম্র মবুক খনবা ভম্রল্লেই, কৎমুবস্তু খুংথংনলা লৌবনিনা। ইতা, নং হমংমথৈদি সুংঙাইম্নি, ঐন ত স্থ কপিম্রবনি অমুক হনজিন লক্লমে ই।

খম্বা খুমজৈ,—থঙপেদকো ইবেম্মা ভসিদ লেঙবিবকপদ লাইম্র তৌনম্বু কাংথোং ইচাক্ত চাইবেদ।

থোইবীনা,—বাকমুদা ইত, লাইগীম্র লাইগী খংকপ। কৌজিক্তি সুমিৎস্তু তাখ্রে, ঐ হনবম্ভ ভম্রখোই, কনানো অমা নেক্লগা ভাহাক্তা থিলহমুদনা।

খম্বনা,—নৈকাই ইবুং ইপবা অমত্তা নেকচক্লবা মাবিম্রোই। সুপীমক ওইমবম্বু নমাই ঐহাক সনা থোগল তৌজগে।

থোইবী,—মহুম ঐ সুকচং চৎলোই। মখস্ত মস্তন সুপী তরুক্তা খিম্লবম্ব চৎপা ভম্রোই। নৈকাইগী নবুং নপুবা অমত্তা মামোক হাম্রগনা নহাকমক্তী মপুবা অমা নৈ হাম্রবম্ব কদাম চৎখ্রে, মাবু কৌরগা খিলহল্লু।

খম্বা,—ইহু নিংথৌ অদুদি লোক্তাক্তা থোইচোম্রা চৎখি।

থোইবীনা নোকচেং তৌরদুনা,–ওয়াংদি শল শাদুনা চৎপদা মঙাইবি হায়বদু ঙসিদি থংচাট চাউখিদুনা লোঙ্গাঙ, থোইচোঙ্গা চৎলবে'ইরে।

খম্বনা,–মনাইশা হক্তংপদা লানথিখনি, শনখেন শমজাক ঙম্বে হায়খ্রবনি।

থোইবীনা,–অচুক পীক্লিব অঙাংমুনা মম্বা ফাওবা লুসিন্দ–লোক্ত ক লাইনা চাথুনি, কৌথংগিরোদনা।

খম্বনা,–হল্লকপা মতমদি ঙসাইনা হেল্লবনি, মমাম্বগী মযুমদা য়াইরেক তমদুনা লৈখোক্লম্লনি।

খম্বগী চেন্ন-থৈনা খুম পাওখুমসি তাকয়গা থোইবীনা শাউরংননা হায়বকই,–সমু, সক থেংথবা অসিদা যুমদা হনব হৌনজে, খিনবিনবদু লৈত্রবনিনা ফম নচে হৌপ্পাস।

হায়বগা সেদু নমথাং শয় তিংথোকই,–চেপ্পিয়ো অসিদা। ফজং অমফাওবদু লৈতদে।

থোইবীনা,–মোন য়াওবা য়াউদবা, ফজং লৈবা লৈতবা ইশী শিন্দুন তুমথোকসি। হয়েং ইমুং ঙানবগা ইপাগী মনাই মরাম খিৎকনিদন মখোয়গী মুংসিদা ফংবদা মচিন মপুবা থাদোক্লোই, ফাদুনা পুহনগনি। পাবুংনা ঐখোন্দা হংনিদনা, নশানা য় চুনা চংপ্রো, কনানা খেঙনো? মতুংদা ঐনা খুমি, ইশানমক য় দে, কনানমক শেমদে, মশক ইশক থঙনদে, ঐখোয়না লম্বেলদা চংলিতৈদা ইরাদা ফিবুল নমদুনা মমুশ য়োনা চিংশিল্লি। মুনেদা হক্লগে কয়া হোংনজরবনি, মখোয়না হাংকে তুপকে তৌদুনা ঐখোয়বু ফাদুনা থম্লিবনি। মখোয় মচিল মপুরাসে, কবি হায়গে সেদু, হয়েংদি পাবুংনা থোকপা অচুম তৌরম্থুনি, কো।

থোইবীনা চাওনা হেক লেপখিরা থকংলবী খম্বু কেয়ুংলক্লী চেক্লোকথে, খম্বু কোয়থি থিরক্লে। খম্বদি অবাংথংনা লদু মখোঙদা ফুনিরা

লোক্তুনা লৈরম্মী। থম্বুনা চাকথম নাউথম থবগী খুঃজং পাম্লোইনদুনা পুম্নক্লে হায়রকই,

ইচেমগী ইবুংঙো মুংশিবা, ইতুনিংথৌ লমঃথাইবা
নওনা শানবা থবক্তি, মুৎপ ভারে ইমুংসে
হৌজিমক চৎজুচো, সনা ইবেম্মবু থিল্লুচো।
মাহৈদি অসি হায়বদুনা সনাগী নাক্তা পুশিল্লরে ;
হো ইবেম সনাহল, অশাউবা পুম নেম্বীরো।
ননাই ইপুবা পুম্নক্লে, সনা খোংগল ইলংল্লগে।

খোইবীনা হঙ্গনে ৎংখৎলকই, থম্বু উরগ হায়রকই,—সিবু নথে ম নপুবাদুরা, ওসাই চেনাথব লাইদু নত্র ?

থম্বুনা খুমহৈ,—ননাই ঐগী ইপুবানি।

খোইবীনা,—ওঃ ওসাই চেনশিব লাইদুগা চপ চেক মনৈমদ।

থম্বুনা,—লাইদ্ম নত্তেরে, ঐগী ইতুনিংথৌনে!

খোইবীনা নোক্লদুনা হায়রকই,—শল শাদুনা চৎপা অঙাংসিদি ওঃহাক্লা বাংথরেদা।

সনাহলগা মচেগা ভাঙনরিবা বাদু থম্বা মোমোন ভৌদুনা মক্ল লুকথল্লনা ভাই। থম্বুনা মাঙোম্দা ওনশিন্দুনা,—তুমিম্ম লৈগদু, মৈরা অসি পায়মু, সনা খোংগল ইল্লুচো চৎলু।

খোইবীনা থম্বু য়েংলগা হায়রকই,—ভাইকাক বাথিবা ভাংমেদো। বাবিমঙ্গি মতম অমদা শিংজ্জগে। অসি হায়রদুনা খোইবী হৌগৎলে, সেমু হৌগৎলে। থম্বনা তুং ইনথে। থবায় খোঙ্গাল য়োবদগীদি সেন্দুনা মাং থাথে, মমামদা খোইবী, তুংদনা থম্বা মৈরা পায়দুনা ইল্লি।

ফইজেদা অহমদো মৈরা পায়দুনা চৎপদো
ইমুঙ লহৈ থানবীনা মৈরা মাদ চীক্তুনা

অহিংদা মপাম কুমগুমই,
নোংনেম্না মরাক্তা লৌতেদা, লোক্তাক কোয়না পাইবগুমই।
অহিং চৎলি লাই কিদে ফুংথিল চৎলি মীকিদে
হপ্প ভপ্পাদ লাকমিল্লে।
খাংজিং নোংদমখোলদগী মী-পাং অমত্ত চৎখিদ্রে
পুমচীক চীকখ্রেনে নুংমাংদা।
লাঙনীংবা অহুম্নি চৎলিবা, কনাগম্বু লাংবদি তৌখিদ্রে
তুমিন তুমিন চৎনরকপ অপেনবদি কনাম্বু য়াওরম্লোই।
থোইবীনম্বু হৌদক্কি পাইমা পু রু বম্বু মথল্লি
মাহক্কু নিপা কৌবনি বা হাঙ্গা ঙাঙসনু।
অসোমদনা খম্বদো, করিমত্তা ঙাউজবা ঙমজদে,
মাদি কৈকু লৈতবা মচ নি অমনা নিংথোগী মচানি
মতিক চাদবা ব হাম্রুংবগা থোগল্লে ল কায়ত্নুনা তোক্কনি,
অহুগীম্বু মথক্ত ঙসিদি অ রক্ত অরেঙ পুখরবনি।
মতৌ অহুম তৌত্নুনা তুমিন তুমিন চৎনরকপা
লম্বী ঙংখ য় চলক্রে, খাংবা ঙম্লক্তবে থোইবীদো,
সেম্নু, করম তৌমগে, হৌশন ওইরে অকুনবী
ইনাই ল হৈরে চেনগনবী, থারবেদো ঐদোম্দ
নিপ অমা থেংনকই, মখাল থোক্কব ওইরম্লে।'
মঙ্গাইবেম্মগী য়ারা তাবদা সেপ্পনা অমুক খুম্নকই,—
ব গা করিমত্ত ঙাঙদবা অসিনু মথনাউ চিংথল পান্দ্রা
করিনো? অহু ফাওবদা খম্বা তুমিন শোৎ শোৎ
অদুম ইল্লি, খুদগে হায়বমক্ত থনজদে।
থোইবীনা,—ময়োল থোক্কবা মীসিদ মনাম্বু পঙই হায়নে সেম্নু মঙবা,
ঐথোয়না ঙাঙনরিবসিম্বু করিমত্ত তাবম্ময়োইদরা?

সেনুনা,—খঙদ্রেনে সনাইবেম্মা, অতুম্বু তৌরবরা। খুংশাগা থবা মাওনা খঙনবা অমুক্কা হায়রিগে হায়বরা ?

থোইবীনা,—সেনু অচানবী, অতুনবু চুমগদবা মাল্লিনে। থবদোক্‌দা মাইথোং হায়রপ লৈশিল্লগা খুদোম্বী কক্কা থিল্লদুনা থোইবীনা হায়রকই,—তিক্লৌবু করি কৌশিনো, ঐনা হংজরিবা অসিবু তাবিদবা মক ওইরবরা ?

অহায়নরক্লব অদুদা থম্বাদা শোনশোন্ন খুমজংকই,—চহিদি ঐনা হল্লিদে', ইচেগা মক্‌প্তু শাদনদো, ঐগু কোফম খঙজদে।

'অতু ওইরবদি মরক শরক্কী ইটৈ চেক কৌজরগনে —থোইবীনা মথা তারকই,—'বাৰীগাসু শরদি মশাশিদা।'

থম্বনা খুম্লই,—তায়নবদি য়াম্ম নৈ শায়বা শুকচম ভমজদে। লেপ লেম্বা ওইবনা ঐহাক্ক অংবা থাজবু লাঙস্থ ফংজদে।

থোইবীনা,—অরাংবা থাজবু নৈদেশদগী অংনবা পাইবা নোংলেন ফাওদুনা মতোম পীরুবা ওইরনে ? অদুগী হাতু লায়রি, হসি কাপোন মক্কুদা লোংলিবদু ক বগীনো ?

খম্বনা,—কনানা খঙবানা, ইচেম্মা মী লাকএ হায়দুনা কোয়রাং লাক্কবদুদা কিজুনা লোংলুরিবনি।

থোইবীনা,—নিপানবু ওঙ্খাক্ক ফিন্দা লৈশিদ্রে।

খম্বনা,—চেৎ রা পোক্লবলিনা কিজদব ওয়দে, সনাইবেম্মা।

থোইবীনা,—ওঙ্খাকপা হায়দুনি, পদ্মো কোজুংগী অচম অথোমা কাবা লাকপস্থ নত্তবা, কনানসু কাংগী লাক্কবা। নৈশাবীনা পাখঙ্ক ফাব লাকপনু ওঙ্খাক্ক কিনা লোংগে হায়বা ?

খম্বনা,—অসিদি তৌকবা পূম্নমক্ক পুন্নবদা ইশকক্ক ওইজরে, বাৰী শাবদগু অতু মঙাম্লরু !

মতৌ অমুম্না ঙাহাক পৃঙ্গোই ৱারী শান্নুনা লাকপনা ৱাঙ্গোল নিংথৌগী থোঙ্গাল উরক্লে। সেহুনা খম্বদগী মৈরা লৌরগা লৈমায় খক্তা মূখংলি, অচুগা হায়রকই,—মৌরে তাদ। অচুদি হল্লথোক্লনে।

থোইবীনা ওক্লকই,—করি ৱাতানো সেহু নংবো? অসুক ৱানা খিন-
বিরকপা অসিবু যুম মৌরে কায়দুনা চৎলো হেক্তা তাঙ্গোকপসিবু
ক'ব থোগত্লোন্নো? নং ঐ চঙ্দুনা লাঙলগা তরা মথেল পীজসি।

সেহুন',—তাদ অচুদি নুক হারগা লেংঙো।

খম্বা,—ইচেম্মা থোংব লোইরমগনি; ঐ যুমদা চাজক্ররগে।

থোইবীনা,—থোংলক্লোই হায়জবা নংচদেয়, পীজনীংদুনা হায়জবনে।

খম্বা,—মথং লোয়মা চাকরগে।

চাকমক নকবম করিগুম্বা খংদি ফংবিখো হায়না কম্না তক্লক্লবদা খম্বা চেনবা ঙমখিদে।

ৱাঙ্গোল নিংথৌ থোঙ্গাল তুম্না অহংদো ঙপ্না চৎলক্লে
তুংগা মাঙ্গ পরেং শানা লোইরোক্লই লোইবোই চঙলকই।
পাংলম পম্লৌ তাখিনি, নিংথৌ মনাই কনা খিনি,
নাশোল পীক্না লাকপদি তাঙজ লিনগী পাংথক্লি।

শঙ্গায় লৈকোলগা হায়নবদা লৈপল অমা লৈ, ৱাংবদি লম অমা খগায়রাম ওইগনি। লৈপল মথে ঙদা খম্বু পুরে।

থোইবীনা হায়রকই,—ঐথোয়দি থোঙ্গাল্লোমদা চঙজগে, ঙাইহাক্তং লৈংগা লৈপলসি চোংশিনবিয়কউ, মতুং দা লৈয়ান লৈকোম্ব তাগনি, মতুদ ঐথোয় ঙাইজরমগে।

খম্বনা, ফগনি হায়দুনা তুমিন লৈকৌই। মজ্ ইবেম্মগা সেহুগা শঙ্গায়-নুংদা লেঙশিনখিদুনা মংংতোতোনগী চানবা শেম শাখে। কাপ তরেং পাকপা পুখমদা চেঙপাক্লে, কবোক্লে, লফোয়নে, চুহিনে শঙ্গোমনে

হাপ্তুনা মী কনা থঙহন্দনা সনাহনবা পুখোরক্লে, ঙাইদুনা লৈখে। অসোমদা থম্বা, ঙাইহাক হায়বদুবু কয়াম- কুইবনো, ঙাইবসি বাক্লেমদা হায়না লৈপলদু লানগে য়েংলুববু বাংলম্লেদা। ঙসাই দুপী মমাঙদদি ইরায় লায়বগুম তুমিন লৈহৌরগা হৌজিকপু ঙমদবা মাত্রা হায়দুনা নোংমাই খোঙকাপ ভয়ামুক হন্দোক্লগা চেনজোংদা অমুক্তং হল্লকপবু লৈপল লানখিদুনা লৈয়ান লৈকোন্দা পোপ তাই। সনানা পুথম পায়হুনা হম্বগী নাক্তা চঙলক্লে। থাজগী মম্লি মম্লিবা মঙান্দা খোইবীনা ফোলা তোংপদু নোংমাইনা খোমদানা য়েংলে। ভোংপা লোময়দুনা লানশিল্লে ৎম্বদা। থম্বনা পুথমতুমা তকশিনখিবা পংকুই কুইনা চঙ্লে। মতাং অম্বায়দা খোইবীনা মেলৌ (পানা) খুদপ সনা কোনুংদনা চহুম কৌবা, অহানবা খোনবা মমিংনা বিড়ি কৌবদু পুখোরকপদা থম্বনা চৈরে ফিগাও শাহুনা মায়কই। খোইবীনা হায়রকই,—ইথুংনা ফংনা থোগল ফংজগ হায়বনু……। থম্বনা,—আয়ামগী স্বর ফত্তবনা সনা তুখোং য়ৈগনি, তৌবিগনুদা সনাকল। খোইবীনা,—অদুম হায়না থনবিগনু। চৌন্দ হেত্তা ইনজগ।

সনাগী তখোংপী মথুং অহুনা থম্বগী ঙকশমদা কোনবোই তৌজরে, য়েংথংবা খুংনা থম্বগী চৌনবান ভম্না পানা থুদপ পুশিল্লকপা, ইবেম্মনা নোংমাইগী কাখৎলকপা মানুং অহুদা মাঙখইনা মৌংয়েং তারকপা মতম অহুদা হায়রকই,—আ পুরু্ংমৌনা ইনজনীংবনি, তিংথল লৈবনা মারোইদোরে। মহৌ অম্বয়া সনানা পান ইল্লকপা অমুদোম নোংমাই থম্বা, খোবী নূংবু থাংবা, নুংঙাই মমাঙ হৌবনা খোঙদগী তোল ফাওবা তু থ্যাউ চুংহিদ।

চেক্লাচাগুম চৌজিনা পোম্বীচাগুম চৌল্লোক্ল
লৈয়ান লৈকোল মনুংদা, তকাদি পামেল মখোঙদা
কেগে মোইরাং লৈবাক্তী, বাঙ্গোল নিংথৌ মমোম্লোই
অমত্ত পোকপী থাদোই মথক্ত মচেম শাত্তুবী

মথাদা মনাও পোমজবী চীক্ল মথন্ত ঙানজবী
ঙসি কৌরৌ নুমিত্তদি অহিংগী মতম ওইরবদা
মথংলেন ময়ানগী মচা খুমন নোংয়াই খম্বা
তোলেন তোম্পোক শাঙোবা পাম্বুবা মাগী কাদা
থমোয়গী ৱাক্ষম শেংদোকচগে, তুংদা লাইমল লৈতনবা
পুক্লিংগা পুক্লিংগা শেংদোক্লগে, থমোয় থমোয় শিন্নগে
ৱাখলদি অসি খঞ্জনা, ঙসি খোয়রংদি তোঙবা
পাম্বু মাগম্ব লোয়নরে, মেংক ওইগ ফম্মিয়রে
ৱাখল লংজিলদি মাঙখরে, ৱারেম শুদুনা লৈরক্লে।
ইকাইবা কৌবা ফত্তবা লাই! চথোকখোৎনে নথকপো
মেৎপিনবা কনা লৈত্রব', লোক্লবিনম্ব মাওব্রবা
কনা তাখিনি চিংনত্রবা, কনা উথিনি কিত্রবা
হাঙনা ফংবা তাঙ্গাসিদফাও, ইকাইবা নংনা পল ওইরে
তাঞ্জনীংবা মুংশি পাওমেন, খ-মায়দ' ফুম্ব'না লৈথরে
ফোংদোকচনীংবা পাম্বু ৱারী চীনবায় কাওথোকপা ঙমদরে।
অহুবুও ইকায়বা মেংাদ, কয়াম কুইনা নঙনা থৎপা।
ঙাহাক পুঙ্গোই চঙনা নাপ চীক্ল ঙঙনরকপা
কয়াম কুইনদি থাঙগনি ইকাইবা কোংদে চেনথরে।
মথংলেন ময়ামচাগী কাদ, মশাদো পম্বুবীগী কাদা
নীংজবা মশেল ফোঙদে ক্লরে, থমোয়গ. থ-মায়গা শিন্নরে।
ফোঙদোকচনীংবা ৱারীদো লোইবা কৌবা মরেৱতে।
নীর-নীর শাংলকপা, লোইহন্নীংবম্ব মরেৱতবা
পেনবা কৌরা নাইদবা, শাবী শানৌগী ৱারীনি।
অম্বুম্বা ইনুং হৌরকপনা, তাংলৌ লৈনা থেঙথরে
অতিয়াগী মকোয়দা থবা তয়ং হুন্দোয়ক্লে

কায়বনীংদবা কায়নবেদ, পেন্দ পেন্দ শেংনরেদো
য়াংদৌ ভনবা কনা উস্ত্রিজৈজবা, ময়ূর মায়কৈদি পাঙনবে
লৈয়ান লৈকোয়্‌রংদগী লাইগী শায়োনদি অনিদো।

———

# কাংজৈ

ইপু চাউবা নোংথোল, কবো লাংদাই হৈবা
ভসি কোয়ৌ মুমিৎসে অনৌবা চহি কুমওলগী
শজিবু থাগী পানখৎলকপা মঙানি পানবা মুমিৎনি
শজিবু লাইয়েন তাইথরে, কোংবা লৈথোঙদি ফাৎথরে
চহিগী অনৌবা থুদোল কয়ি কুইন্না ওইরসগে?
নিংথৌগী য়াবা তাবদা, শিনৌ চাউবা লুবাংশু
থৌগল্লোল ব্যবহার কারদনা কোলোই মপাউ মেল্লকই,
ঐবু লোইবা লৈমাবা নবাইবু লোইবা লায়নিংথৌ
মোইরাং নিংথৌ পুরিক্লাই, কেগে কৈশাক মপুও,
অনৌবা কুমওন লাকপদা করাউ মথোই কানবে
নিংঙৌয়াকপগী কাংশঙদা চন্নবা য়ায়াম চওহনা
কাংলেন পাঞ্জল চন্নংগু, লৈকাই কুইম্ম ওইনবে
পানা কাঙজৈ শীনবনা লৈথাকী কুইম্ম ওইরনি।
মোইরাং নিংথৌনা য়াবিবে, ইপু শীয়ো তাকপিয়ে।
কেগে চাউবা নোংথোল্লনা লৈকাইরাকপদা য়াথংলে।
লৈকাইরাকপা মরিনা য়াঙ্গোই থুরুপ্তি থায়হনা
মোইরাং লৈকাই নিপাল শীনবা থুংবা .পাউজেল,

থেগে তাদবা তাৱো মোইরাং তাদবা তাংহৌৱো
ন্নিংথৌ সনা মাথংনে, হয়েংগী কৌয়ৌ ফুমিঙ্ক
সনা কাঙ্গৈজবুঙদা, পানা কাঙ্গৈজ শানরগনি।
খুন্নক পানা, খুনথা পানা, পানা অনিগী শান্নবোই
নংগী নংগী থৌরাং লোইহুদা, কাঙ্গৈজেয়োই শুনা তিনগদবনি।
পানা কাঙ্গৈজ শান্নরনি মোইরাং ব-রা লিন্নখয়ে।
মথংগী ইনুং ঙাল্লকপদা, অম্নক ঙস্তাদগী কৌহুনা
কাঙ্গৈজ কুমৈ য়েংননবা কেবা তকপা হৌনখয়ে।

মানবী তুয়েল তোর্বন্দ, হৈহৈঙ্গপাংকী মনাক্ত
ফুরা পাথং মরাম্ন, মীনা ঙুং ঙুং তিন্নকপদা
চাংহি-ন্নাই লুনরকপা, কাগী-জ্বগাই তৌনরকপা
শারেপ ফারবা থম্বদো, য়েংদনা নৈথোকপা ঙমখিদে,
লাপ্তক লেপ্তুনা য়েংজবা, নাংমোইজম থম্বনা উথয়ে,
শারেপ ফিরেপ ফজবা, উবদা পুক্রিং পেনথয়ে।
মপুক্রিং পেম্ন য়েংলগা হৌগঙ্গুনা কৌরকই,
হৌ ইবুংঙো মীজাউ, নশকমু থঙদে মকাকপো,
চেঙহি লুবা মাওসি লাউ, মরাম মরক্ত হোংলসি লাউ।
মাহৈ অহু তাবদা, অমুদোন পম্বনা পাউখুমকৈজ,
মাম্নুং ইবুংঙো নুংশিবা, স্বাইদা ফুম নৈজরগে।
মারংমাই হায়বা উয়হুনা, নামোই খম্বা চঙলক্লে
খম্বগী মথুদাং পামহুনা চংসি লাউবে চিংলয়ে
চিংঙৈ হায়বা অহু মঙাই, থোঙকম খজিক্ত লেঙদে,
মাংলমদা য়ুংলবা য়ুম্বীদা, কুমলাইনা নাবনা ইনবঙমই।
পাঙ্গল চাং য়েংলবহুংদা, নামোই খম্বনা হ য়রকই,

ইবুংঙো নংবো শাকবা হোয়েল পানা কাঙৈজ য়েংলুসি।
য়াম্বুং ঐদি চৎচরোই, ইচেম্ম চৎকনু থিংলগনি।
নংনবু চৎনি য়াববদি, নচেম য়ানবা ঐ ঙাঙনগে,
বাটৈ অসিদি হায়রদুনা, থম্বনা থম্ববু পুরক্লে,
মচেম থম্মোগী মফমদা থম্ববু পুগে হাযদরে।
মোইরাং ইবুং অকনবা, ইপুবাসে মীয়ক তিলহৎনবিরোই
লৈবাক থোংগাংলোল খঙজক্রি, শেৎনবা চহৈস্ম লৈজদে
লৈত-লৈন চৎলুয়রবস্ম মীয়ামগী মীনোক চঙগনি,
বায়মদি অসি হাযরদুনা থম্মু মানঃ হ'য়ৈজদে।
ইংবেম্ম মাদবা তোংগস্মু, ইবুংন শেস্নদুনা' পুগনি,
গী চহৈ অরাংপা, ঐগীদা লৈ শেৎকনগে
বা'টৈ অসি হায়রদুনা নামোই থম্বনা তক্রুংদা
থম্মোনা মপুবা'বু য়েংলকই, মপুনিংথৌই পুক্লিং খঙলকই,
ইচেমগী ইবুংঙো নত্রাকপু কা'ঙৈজ কুমৈম্ম য়েংনিংবরা ?
ইচেমহল, যাম্বুংনা পুবিগে তায়রিঙৈ, চৎচক্লগেবা ঙাহাক্লু।
মপুবানা চৎনীংবা উৎদা মহোম্মস্ম তোম হায়বিরে।
ইভুনিংথৌ তোম্পোক, ইচেম ব হা'যগে, তাউ
লৈবাক মীয়াম তিনবদা মরৈ য়েংলবা য়াঙক্লগমু,
মীনা কাঙৈজ লেক্লপা, নং য়া'ঙবা তোক্লমু
মুক্লা শানৌ হায়রকপা হম্বা নহাক য়াক্লমু
পলেম পম্মৌ অনিগী কোলোই মিংলেন অশেংবা
মফম মতম চাদনা ভাকথোকমু কনাদম্ম।

হুংবিলদী মতম মৌয়কপদা পৌয়াং তোয়ক্লে থম্বা
লৈবাক কুমৈম্ম উক্লনবা, পানা কাঙৈজ য়েংলনবা।

কাঙৈজ অমতংদি পাম্নিংঙি, খম্বনা কোইরেং য়েংলকপা
কবুই মাইবি লিতোংপক, পম্বোম পাইরম্ব কাঙৈজ
কমখক নৈবা উরে, তম্না কচুনা লোৎখরে
মখুৎনা তাপ পায়রদা, মথুং নৈ পেনখরে।
অসুম ভোরিতৈ মতমসিদা নামোই খম্বনা চোৎরে,
ইবুংঙো চৎসি মতম ওইরে কৈজোমশিদা শেৎচিন্নু।
খম্বা কৈজোম শেৎচিললি, কুবিং লিংক খমুদে
চৎলনি হায়দুনা চোংগৎলে, মাগী কাঙৈজ মৌংশিংলক্লে।
ইকোং কোংনা পুরবদি মচেম মায়কনি থাজদে।
ইমুং তম্না চঙখিদুনা নৈরুম অচৌবদু ইনশিনখ্রে,
কিদুংদা কাঙৈজ লোৎশিনখ্রে, চৎলসি হায়দুনা খোয়রক্লে।
মামাই খম্বগী মকোদা মচেম থমনা হায়জরকই,
কেগে ইবুং অথোবা, ইচেমগী ইবুংঙো অসিদি
ইবুং মাঙই থাজবনি. ইবুংগী খুত শিন্নজগে
হোয়রেন কাঙৈজবুং খৌরগা অকল ময়াম কম্বদা
পঙজরিবা ইপুবাসা ইবুংনা শিন্নদুনা থম্বিয়ু;
চুম্নদাং কুমিৎনা জাক্রিতৈ, মচলগী খুত শিন্নবিয়ু
পানা কাঙৈজ মাঙহনবিয়ু মুক শান্নবা মাঙহনবিয়ু।
নামোইজমগী খম্বনা, খুবু থাজ থাহে পীদুনা
খম্ববু পুদুনা চৎলক্লে, মোইরাং কাংজৈবুং পাংনা।

চৎনা চৎনা নামোই খম্বনা মোইরাংথেম্বী কিরেপ শাবাল শাঙং শাদা হয় হয় য়েংই, মপুক্লিংদা খল্লি, মুক কনবা নিপানিবু কদায়দা অমুক নৈরমখিগদ্রা? হে থাংজিং, নহাক্না খুদক পানা অসিদা লিঙখ নিপা অমবু ওহোক্ল চুইনা লোন্তুনা থম্বিদা। ঙসিদি তাক্লা হেক ফংবদা

ইবেম্মা পাম্বোইবীনা নোংদৈ সুংশিংবী মথক লৌতুনা কাঙক্রুব অসি অয়ুক পুথিহনা অা চিদাইদা খোঙ্গ্রাই চন্দুনা কমজরিবা থবগী মনাক্লোমদা পুরক্লে। নোংবানসু নাথোই থবসু কাঙক্রুব তম্না চেম্রক্লে। কাঙক্রুব অসু পাম্বোইবীনা অমুদোন নোংমাইচী মমাঙদা তিঙ্গে ই মথক্তা থম্লরে। নোংবান চেনশিনখ্রনা কাঙক্রুবসু তাপ্ত থুন্দুনা পুহনা চেনখ্রে। কাঙক্রুব তাম্নরকপা নাথোই থবসু নোংমাইনা মাঙদা কল্লবসু উবদা থনকই,— মহাকসি ঐনা ঙসাই অা মীরক্ত থম্লবনিসে, মানা মাঙদা চোং-থংখ্রনা লৈরম্মিবসি কম্বিগীনো? থুঙ্গাওদা থুঙ্গাউ থনরগা মাদি থুম্নো চোং-খোকপা পাম্লে, অদুনদি মহাকসি নোংবানগা ন.ম্বা পাহনগে। অম্মা ঙহাক নাথন তৌরম্নগা নাথোইজাবা নোংবানবু তাম্নকবা খৌদনা চুমজ্রিং থুহক পাখাম্নাকপগী মনাক্তা চেন্নক্লে। অসোমদা নোংবাম্না শাঙ্গনা অনিঙবা পাঙ্গল চনখ্রে।

লৈকাইরাকপা মেংলহুনা নাথোইজাবনা হায়রকই,—ইমাম', ঐহাক কুমপা তয়েৎ গুরে কাঙজৈ মাঙজব', পাঙ্গল অমুক্ত চনবা ঙমদে; ঐ তোকচরগে, অমা শিন্নব তৌবিয়ো। তাদা লৈকাইরাকপা শাওরকই, হে ইকাইবা থঙদবা নাথোই থম্বা! ঙসাং নহাক্ন মাঙবোই হায়বদি কৈদোইব; নোঙ্গিকপু কাঙজৈবুঙদা তোকচরগে হায়রবদি নঙগী নহুং কনা শীনগনি?

থবনা,— শাউবিসু ইমাখখোন, ইনাওনিপা অমা পুজরকই, মাবু অমুক্ত মাঙহন্দুনা মেংসি।

লৈকাইরাকপনা,— মথা তাগনু তানীংদে, মংনা পাবা কিন্না চেন্নগা নমাওনিপাম' কম্মি মতৌক লৈহুনা নোংবান পাম্বোম্বিবা?

থবনা,—চাম্নগা মহাও থঙবনি, ঊরগা মশক শঙগনি, অদুক্তদি মেংবিখোদা

লৈকাইরাকপনা,— কদায়, মনাওসু পুরকউ মেংগে।

নাথোইজাবনা থুদোকী খিন্দুনা তাকই, অাদা লৈফম ইন্দুনা কম্লিবসিনি, অমুক্তা নেকপিয়ু, ঐনা হায়রকপনি হামবিক্নসু, মাহাক

মথৱ ৱ নুঙাইরোই : — হায়রক্লে। লৈকাইরাকপনা মীৎয়েং শাঙ্গেরকপদা কন্নিবা মীঙ্গাউ অহ্ উ:র। মশক মতৌ ফজবা চুংকিরাল চাবা অহ্ উবদা চঙশিন্দুনা হায়রকই, — হো মাঙদা কন্নিবা পাখঙ, নংঙোন্দা বা অমা হংগে। নং খুম্বক পাবারা, খুনথা পানারা, নমিং করি কৌই? নোংমাইনা খুম্মি,—ঐহাক খুম্বক পানানি, ইমিংনা চাউবা কৌই। মমিংসি মখু চাউই হায়দুনা নামোই খম্বনা হেক্তা কৌবিবনি, খম্বনসু মহুমক অহুম শাঁজিল্লে। লৈকাইরাকপনা হায়রকই,—খুম্বক পানা ওইরবদি নহাক কাঙক্লৈসি ঙাহক্ত মাউ হায়বনি।

খম্বনা,—ঐদি কাঙক্লৈ হৈজদে, মাওবসু ওমজরোই।

লৈকাইরাকপনা,—করি বানোদা পাখঙ, খুম্বক পানানা চহি তরেৎ ময়েং তারকপ অসিনু করিমত্ত মেংদনা নংগুম্বা মতৌক চাবা মীনা তুমিন্না ফমদুনা লৈথোকপা অসিদি মমল মাওদবগী মওংনিদা।

খম্বনা,—মাম্ব, শাওবিগনু, ঐ হৈজদদুনা তৌবনি।

লৈকাইরাকপনা,—ফরে অহুদি কাঙক্লৈ শাম্মরনু, অতোপ্পা বা অমা হায়গে, মসিমদি মাদবা মায়-রাই।

খম্বনা,—কাঙক্লৈ মুক্না নত্তবা অমা হায়বিয়ু, মাজগে।

লৈকাইরাকপনা,—মায়ে, কাঙক্লৈ মাওবিয়মগনু, চরৈ পুম্নুম শেংলগা কাঙক্লৈ নখুত্তা পায়রগা মীয়াম তিনবা মমাংদা মঙন: মাঙ থায়গা ঐখোয় তু:ইনগে, অরাংলোমদা অমুক চং মথারোমদা অমুক চং, নতুং ইল্লিবা ঐখোয় ময়াম মীয়াম মমাঙদা লেন্নগে, মহু ফাওবদি মাবিয়ু।

খম্বদু কাঙক্লৈহু ওসাইনা মাওনীংলবনি। অহুদা মচেম কন্ন থিংলকপা অহুগী মথক্তা কেপে মোইরাংদা মাগীনি হায়বা কনা উজদবা অসিনা মকাক্লা মাংগে হায়জবা ওমদবনি। মতাং অসিদা অকোয়বদা লৈয়িবা মী পুম্নমক্লা মঙোন্দা মাউরুচো মাউরুচো হায়না তকশিল্লক্লে। লৈকাই

খোইদিংগী মপান ঙনজৈদা ॥
পীঙম পাগোই য়েংবদা
য়েকপদা মতু মাল্লবোই, তমদুনস্থু মাল্লমোই ॥
ইবেম্মগী লাইবক্তো ওকশাবীগী লাইবক্তি,
নুমাংদা তাবা শন্নাংদো অউপ লাংগী মঙংনি
নীনি পানবা থাজগুম্ম,
নাপ তাবা শন্নাংনা শীঙেল থম্বাল লৈরিক্তি ॥
ফজবী লক্ক ফজহেনজবী, ইবেম্মনা তপ্ন লংঙকপদা
খোগল নুংশিং নামীবী, মাতালোক্কী থঙ্গোনবী
তপ্ন তপ্ন হুন্নক্লে, লৈন লৈন হুন্নক্লে।
মজাইবেম্ম খোইবীনা, মীৎচিনা ফল্লপ য়েংলকপা
মীয়ামতুগী ময়ামদা নোংমাই মাবু উরকপ
হেক্ক উরবা মীকৃপ্ত খোইবী তুক্কুংবা পোকখিদা ॥

হাইমাইপেম্ম, কন ওইরবোই নীংলুরে,—হায়দুন খোইবীদো লেম্মুগী মরুমদা লৈশিনখ্রে। থঙশিন্নদবা শারদুনা সেন্নুনা ংলকই,—কৈদৌরগে ইবেম্মা ? খোইবীনা,—সেনু মথ। তাগনু, ওম্পোকপা মীনু ওইরম্রে। মসিদি মশক থঙই হায়মি ! ঐগী থমোয়নুংদা লৈরাং নাচোম লোম্ন থুপ্ন থমজবা মীমাঙ ফাওনা খোয়ক্লে। কারি খোক্লগবা ঙমিসে, সেন্নু, বাখেন্দা খোইবী ঐগী থবাইসে। মানা খোল্লিবা চয়েসে মোৎনস্থু উথেন্দা। ঐগী নমথাং অসিহুম পীখোকখসি অচানবী অসি হায়রদুনা অদুগা মপু মনাই তান্নদুনা মাগী নমথাং অদুনে পানা থুদপ মঙানে পুশিলক্লনা থবগী থুক্ক লাল্লমে; মাহৈম্ম অস্থম হায়রকই,—মোইরাংগী ইবুংঙাইবও, পদ্মোগী পানামা ময়েং তারকপা চহি কুমজা য়াম্নক্লে। ঙসি কাঙজৈ থোনবিবা পুক্লিংদা চিংনবা থম্বিগনু খোইবী মপাউ তাবদা

অমুদোন নোংমাইনা খুমজরকই,—নিংথৌগী মজাইবেম্মা, ঙসিগী কাঙজৈ অসিদি ঐগী ইতিক লৈজদে, থাংজিং লাইগী নোংদমনি। পুক্নিংগী ৱাখল অহুনা থাংজিং লাইদা নিবিয়ু, লাইনিং পরৈ চেৎপিয়ম্মু। চীংঙু মাগী থৌজ ল মঙায়রে,—হায়রম্লগা খম্বা থোঙশান্দোয়রক্লে।

ফৈজদা খম্বদো, কেগে কাঙজৈবুং লময়ায়দা
চরৈ পুম্থুম থোন্দুনা, কাঙজৈ খুত্ত পায়রগা
চাউকান চাউকান কান্দুনা, মীয়াম মাঙদা থোক্লকপা
য়েংবগী পেনবা নাইদেদা মীৎফম হোংবদি য়াদেদা।
অৱাং কৌক্রু চীংচেপ্পু কৌক্রু লাইশা অচৌবা
অহিং লীক্লা থাঙলগা অয়ুক য়েন্দা অঙনবা
লীক্লা থুপ্পুনা লৈরগা কোয়ৌ হুংশা শারকপা
মুমিৎনা কোয়ৌথঙ্ক বারকপা, কোয়ৌ নুংথিল পোবোপ্পু
অচৌবা পামেল মরুমদা, তলা উরুম তাংজহুনা
লাইশা মানা পোত্থাজবা, ঙুংঙাই মথোই কাজবা
হুমদাংৱাইগী মতমদা নুমিৎনা মৈশা নেম্লবদা
শামু য়াইশা কৌগৎলকপা, কৌকই চীংচেপ মতা ফবদা
মরায়বক লৈঙাঙদি হৈশিন মনাতোন্ন লৈচেঙ্ক থোমহুনা
মথক্তা উফুল চাইথৎলে, ফু লাউনা কাখনা
চীংমায় থম্ন নিম্লক্লে, মনাতোন ৱাংনা থাঙ্গৎলে
কৌক্রু চীংদোল য়েংহুনা পাইমা নুংদা থনখিদা
ইপা ইবুংঙো শোয়ারেল, শামান্নবা পীবিয়ু
লেংমান্নবা থেংনগে, ময়াই কানা থোংলকপা
খম্বনা ঙসি থোক্লকপা য়াইশগদি প্রমাননি।

থম্বনঃ কাঙজৈবুঙদা চঙলকপসি নোংবাম্ন চিংমা য়েংই, নকশিল্লকপদা থানা য়েংলকই। মহৌশানা নোংবান্দো মী উশিন্নবা নিপামি। কাঙজৈ মূক্ত্রা মগ্না চিঙ্ক্ত্রা য়েংলুরগা মানা কৈদৌজরগবনো হায়বগী মওংদা লেপ্তুনা লৈখ্রে। ঙাবোকপূম্নমক ঙসিগী লাখা অসি উবদা করিনোমদি থোক্লনিসে হায়না হায়নবা হৌখ্রে। করিগীম্নু থম্নরোই, অনিমক লাইগী শায়োন ঙাক্তনি, খম্বা মানা নোংপোক নিংথৌগী শায়োন্নি, নোংবান মানা থাবা নিংথৌ শুদোংবগী শায়োন্নি। অনিহুন লাখা লেপ্নবদা তাইবং থরায় যিবিকমক নাক্লবোইদবগী করি মরম লৈ ?

মী শীনবা লোইরদনা লৈকাইরাকপা অমনা, চেকশিল্লো, কাংদ্রুম হস্তে হুম্নগে হায়না লাউরক্লে। লোয়ননা কাংদ্রুম শন্ত হুনগংখি। বাংলা কাক্লরে কাংদ্রুমদো, হস্তরক্লে লৈমায় তম্ন। নোংবান্ন কাংদ্রুম ওকখ্রে, থম্বমা নোংবানগী ইরাং য়েংহুনা লৈখ্রে। নোংবান কাংদ্রুম পূহুনা চেন্দে, থম্বগী চায়রুং হম্না থোমজিনগে পল্লকপা থম্ব হেক্ত থঙখি, মী উন্দবা থোইরুম মোমোন অমা তৌরগা, মশী কাংদ্রুমাস কাঙজৈ মরুনা ওকে হায়ন শেমশাবা লোইখ্রে। নোংবান্ন কাংদ্রুমদু শেং থাম-জিল্লকপা, থম্বগী চুবাদা ঙাক্তুনা লৈখ্রবা কাংজৈ মরুনা থাক্লরগা মালেমদা পোপ তাই, খম্বা নোকেকেং তৌহুনা নোংবান্দা ফল্লপ য়েংলকই। হৈত-লাক্লবা নক্তে অমুদোম নোংম্নাই শাক্লৌ, কেগে মোইরাংদগুরু মীনৌনি, মপা শলাং নিংথৌনা শলাংথেনগী লমদমদা তম্বীবা য়াবা পুম্ব হম্বীরক্ল-বনিদো। মালেম লৈমায়দগী কাংদ্রুমদো থম্বনা থুনা হুনগংকপা নোংবানগী চাইরুং তম্ন অমুক থোম্নকপবু নোংবান্দো শাক্ষে, কেগেদা মপা লৈতবা মোইরাংদা লাখা চহি কুমজা তরেৎ মনম লৈপাক তারক্লবা নিপানি, থম্বগী কাংদ্রুমদো থম্বনা তৌবগুম কাঙজৈ মরুনা ঙাকখি। অহুদা ঙাকচৈ হায়বহু মঙায়, থম্বগী চৈস্থুদো কনখিবনা লাকইবা কাংদ্রুমহুনা থেঙ্গু ওইরগা ঙাইরম্বা লীচৈনা পাইজা ওইহুনা নোংবানগী তোংতক

তৌবা চুবাহুদা পূল্লপ্ল থোমজিনখিববু, নোংবান, নাবগা ইকাইবগা য়াম্রনা উত্র! হায়দুনা উংদুনা লেপখ্রে, চৈরক অসিদা খম্বনা চোংথোরক্লিবা কাংক্রমদু থুন্দুনা কাঙজৈবুঙগী লমমায়দগী মথা পাংনা চেনখ্রে। চেন্ন চেন্ন কাংক্রম অদু হুনগৎলগা শাফু কম্ন তোপ লাউনা থোমখ্রে, পাঞ্জল চনখ্রে। মীয়াম্না র লাউনরকপা অদুদা নোংবান জ্ঞান তারকই, মবুক্লিংদা থল্লি, অচ্চাচং, হন্দক্তি থঙগনিদো।

লৈকাইরাকপনা কাংক্রম থুল্লুমগা অমুক হন্ন খম্ব-নোংবান অনিগী ক রক্ত হংস্তে হুল্লক্লে। খম্বনা হন্দক্তি কাংক্রম ওক্কে হায়না চেনশিল্লকপদা নোংবান্ন কাংক্রমদদি য়েংজ্রহুনা খম্বগী থুরায় ফুদেক্কে হায়না খম্বা তম্ন কাঙজৈদু হুইস লাউনা হায়রকপা থুদক অদুমক্তুদা খম্বনা বাংনা চোংথংখিদুনা কোরৌথক্ত ওকখ্রে, নোংবান লান্দুনা চোংথোকখ্রগা চেনখিদুনা পল চনখ্রে। নোংবান্ন পালহৌজ্রবা মাগী কাঙজৈগী শাফুদা লৈরিবৈত্তদা খম্বনা পাঞ্জল চনখিবা খিংব' নংহৌজ্রে। নোংবান মপুক্লিংদা শাউবনা মৈ হৌখ্রে, মসিনদি য়ারোইদৌরি, নিপাসি হন্দক্তি হুমিংত্তাবা ফাওবা থারোই, মথ্রাঙ কোন্দুনা থম্নগে হায়না নীংখ্রে।

অমূকহন্ন হস্তে হুল্লকপা, খম্বনা কাংক্রম ওক্লগা চেম্নকপদা নোংবান্ন খম্বগী মথৰাঙ কোনগে তাম্নরকপদা মথৰাঙদদি কোনবা নংহৌদহুনা খম্বগী তুংগী চরৈদ্ তাপ পায়হুনা কম্ন য়াম্নরক্লে। নোংবান্ন কম্ন য়াল-লবদা খম্বদু বাথল খল্লকই। খম্বনা অরৈবা পাঙ্গলমপৈ পুথোক্তুনা চিংলকপা, নোংবানম্ন শিররম্ন অদুমঙায়রে হায়বা মতাঙম য়াল্লকপা মতুং অসিদা খম্বনা তুংদা থোঙথা অনিদং থংহন হল্লকপবু নোংবান নীংথেংনবা ইক লাউনা মৈশিনখি। খম্বা শং নাম্থোকখিদুনা পল হেক্ত চনখি। পাঞ্জল অহুম নোংবান খিংখিজ্রে। মতৌ অমুম তৌনা পাঞ্জল মঙা চনশিনখ্রে। খম্বগী মঙা, নোংবানগী হৌবদা অনি, পাঞ্জল তরেৎ ওয়ে হায়দুনা লৈকাইরাকপশিংনা কাঙজৈ লোইয়ে হায়না লাউথোক্লে।

কাঙজৈদো ঙক্তা লোইবা তারে। তিল্লবা মীয়ামতুনগী হায়ঙম তোঙমদবা কয়ানা লাউনরক্লে, কুম্মৈ ঙম তোকমল্লি, কাঙজৈ লোইরবসু মুক্তা শাম্নহনখো। ময়াম্না পাম্ব মতুংইন্না লৈকাইরাকপনসু মুক্তা শানখ কায়দুনা মাথং তাউথরক্লে কাঙজৈরোই পুম্নমক ফমদুনা ঙহাক পোখ্‌নরে। কাঙজৈরোই ময়ামদু মাগী মাগী লাম্বা শীন্দোরক্লে। শীন্দোরকপদা নোংবান্দু লোম্লে, মপা পীরো হায়না লাউবক্লে। খুন্তক ইপা-ইপুশিংনা ঙসাইগী নিপাদু কদায়দা চৎখ্রে, হায়দুনা থিনরক্লে। মতম অসিদা ওন্নদি, ঙসাই নমথাঙ পীরম্বী, পানা খুদপ লাম্লম্বী সনা অদুবু কদায়দা লৈরিবনো হায়দুনা থিবা চৎখি। লৈকাইরাকপনা কোয়াথ থিরকপদা থোইবীগী মতুংদা লৈরম্লে। মাবু উবদা লৈকাইরাকপনা হায়, লেরা ইবুংঙো, খুংম্ব চৎলম্লদা; অসোমদা নোংবান্ন নংবু কোয়াথ থিগৌরি। খম্বনা হংলকই,-- ঐবু থিরিবদি করিগীনি হায়বগে ?

লৈকাইরাকপনা,— মুক্তা শান্নগ চাং য়েংনগে হায়দুনা খিরিবা।

খম্বনা,—ঐদি মুক্তাদি লৈজদে, শান্নজরোই।

লৈকাইরাকপনা,—তৌম্নু তৌম্নু ইবুংঙো, নংবু ঐথোয়না য়াম্ন থাজে। অমুক্তদি কোংলো।

খম্বনা,—ঐ মুক্তাদি শান্নজরোই, ৱাৱৌবিন্নু।

অম্ব্রম শোমদা ইহ্মোক ইনশিন তৌবসি তারদুনা থাদোইনা সেন্নু য়েংদুনা হংলকই,- ভুংদা য়াম্না নিান্নদা, অচানবী, করিবু তৌরবনো ?

সেন্নুনা,—ইবেম্মা, ইপাগী পানা ওইবা তাদদে, লৈকাইরাকপনা ফাদুনা নোংবানগা মুক্তা শান্নহনগদবগী শীল্লিরে।

থোইবীনা শাউরংননা,—ইকাইবা খঙদেদা মোইরাংশা! ইপাগী পানা মন্নেং তাবা কুইরবনু ঙশিদা তাদদুনা কাঙজৈ য়াঙবিবদগী ঐথোয়গী ইকাইবা খজিক্তং ফরে। ফরিঙৈদা তোকহৌরো, মীগী মচা অদুনা ময়ামবক থীদুনা তুহোৱো, ইকাইবগী মথক্তা মায় ফীরুক খুমগনি।

মঙাইবেম্মগী ৱাহৈ তাবদা খম্বনা খল্লি,—নিংথৌগী মঙাইবেম্মগী ৱাতাপিদি ঐবু মুক্না শান্নবা ঙম্লোইরে।

থোইবীনা মখাতা,—য়াম্বা লৈকাইরাকপা, শান্নরোই মুক্না। ইপ গী পানা অসিনা মথোই মথুং তেক্লগ কনাদা চাক্ত খাংলোই, ঐ তোন্দাদ বেয়ানি।

লৈকাইরাকপন,—সনাইবেম্মা, নোংবানগী লাম্বা অমদি পীদবা য়াত্র-বনি। অদুগা ইবুংঙোসি নত্তনা খুন্তক পানা আসদা অতৈ কনাম্না লৈতে।

খম্বনা তপ্না খুমলকই,—ফবে ইম.ম.শ', মুক্ত থাবা তুবা হৈবাইবকানি, কোদা অমত্তং থেংনজরগে।

লৈকাইরাকপা অমনা খুদাং নামা পায়, লৈকাইরাকপা অমনা খুদাং নামা পায় হয়াউ হয়াউ হম্বু মীয়াম মমাঙদা অমুক পুখোংক্লে। খম্বা উবদা মীয়ামদু লাকএ লাকএ হায়দুনা পুয়নল হেক নিল্লি। নোংবানসু থেংলম্বদু খম্বা উবদা খম্বা ভূকখবগুম তোই। মফি শেম্মখে, খম্বা নোংবান মুক্না কোয়খে।

আসাম্মদা থোইবীনা সেমু য়েংদুনা হায়রকই,—অচ নবী মী মুক্না শান্নৌ হায়দুনদি ইনশিল্লৌয়, হোজিক খংন-চৈন থোক্লবদি সুপী ওইবী ঐথোয়গীদি খর''চেং নমথ ঙগী মপায় চেনদোরিবনি। ঐগীদি নমথাংসু পীথোকখে, নঙগী কদাই নখর ঙদা চৎন' পুনাশনবিগে। সেমুনা, ননাই ইথুং প তৈরে, হা হায়বক্লগ ইয়াইনা পুঞান।

থোইবীনা মসি সুপীসি লম হেনমল্লি, হায়দুনা সেমুগী নমথাংদু মুমগা মাগী মথবাংদা চেৎনা কিশিনবিরে, অদুগ মুক্না য়েংসি হায়দুনা লেপ্তুনা লৈনখে।

মতম অসিমঙদা খম্বু নোংবান্ন খুদোং পুথখে। খম্বনা খুদোঙ কাখিবসু নোংবানগী কৈরু থোখে, নোংবানগী মথবাঙ থকউ অনিনা কাৎ নমদুনা খম্বগা মথুং নামনা নোংবানগী ভুংগী চরৈ চেজেং পায়খে, কিতম চেৎনা নপখে। নোংবান ফনা য়াম্ন খুদোঙ শেথকে হোংনৈ

চৎখিব য়'ম্বোট, হায়দুনা খম্বু তাপ কোল্লি, কোনবগা নীঙ্গোং হল্লকই। খম্বী ফিভম চেৎনা লেপ্লব অদুনা নোংবানগী নীঙ্গোংনা মাবু থজিক্ক কাওবা মচি লেচ্চনবা ভমখিদ্রে, অমরোমদনা খম্বনা লোংথেৎ থকইন অমথক তৌরকপদু, নোংবানদো থঙহৈদ্রবরা থঙদে, তাকপা ভমদদুনা লৈমায়দা লোংনা হায়থেৎ ময়াম বা লাউবগী থম্রেপনা মফমদু পুৎনিল নিনথেৎ। নিনবা মতক অদুদা নোংবন্ন লাউরকই, ঐনা থাবনি। হি! কম্বিনো হায়দুনা মমাম্না তক্কে, নিল্লব পুন্নক পুৎলোক চৌকখি। অকোয়বরা কুইম্ন নোংলম্বা অচৌম শাগৈ হোজুন, নোংবাম্ন থাবান, হায়দুনা লাউশিল্লকই। মদু তাবদা নোংমাইনা মীথান অদু কোয়না লৈদুনা থংকৈ, মাগী দথক কনাম্নু চোংথোকপিরক্কবা অমুদা মগাক চঙকলাই চুথেৎ।

খম্বগী দশা অসি অমসুম্মদ, থোইবীমা উই, ককচাওনদুনা কোইচেল চেল্লকপদা মাওবী লোংমোক লমজাউদা চউবা নোংথোম্বনা মপুগী কংলা ক কম্বগী মোংবা মমানমাবদা হল্লকপদু উরে। থোইবীনা লাউদুনা চেনশিল্লকই,—হা নোংথেৎ অচম, মীকুপ মত্তুং লেপ্লমথ, মগুম্নী ইপাউ তাবিখো। শিনো চাউব নোংথোমনু থোইবীগী মগক উবদা লোলাইথক্কগী বুথম্রে, খুবাক চাংঙ্গানদুনা হায়রকই,—ইবম্ম সনাহল, ননাই ইপুরু থাবিরু কম্রি তাকপিগদবা লৈবগে?

থোইবীনা,—ইপু, মুক্তা নিঙাই তৌনরে,
চাউবনা,—ইবেম্ম, কনাগা কনাগা অম্রবনো?
থোইবীনা—ইপু ইপাগী পানাগা ইপন ইন্তুংভোগী পানাগা লাইংনি।
চাউবনা, মথান্দি কনা'না থাই?
থোইবীনা—ইপল ইংভোগী পানানা।
চাউবনা,—লেঙশিল্লসি সনাহল, ইপু থায়েনজগে।

অসি হায়রদুনা চাউবা মীয়াম ময়ক্তা চঙশিল্লক্লে। উরে, মুক্তাসি নোংবানগা শায়বনি, ঙকই, ঙসিদি নোংবান ভুরেদকো! খম্বদি নাকল অমদা তাংজ মক্ক লুক্ত্না মুংগুক নুংজ্ঞাননা ফমদুনা লৈ। নোংবান মেংদুনা হংই,—পাম্মি নোংবান, মুক্তা করম করম তৌরবা?

নোংবান,—মুক্তাদি নচানা থারে, ইপল ইবুংঙো।

চাউবনা,—কনানা মথা থাই?

নোংবান,—মথাম্ম ঐনা থাই।

চাউবনা মোমোন মোক্লদুনা হায়রকই,—অদুদি মুক্তাসু নংন খাবা, মথাসু নংনা থংবনিনে?

নোংবান,—হোয়, ইপল ইবুংঙো, মুক্তাসু ঐনা থাজবনি, মথাসু নচানা থাজবনি।

চাউবনা,—অদুদি করম্না? ময়ম পীয়ু, মেংসি।

নোংবান,—ইপল ইবুংঙো, ঐনা লোংখ্রৌ মেংপদা ভুমিয়রকপনি। লৌদি ঐগী লৌনিনা মথা ঐনা থারবসু মুক্তা ঐনা লৌগনি।

চাউবনা,—হায় ইকাইদবা, নচৌয় মথা থাইসু মহায়বা, ঐগী লোং-খ্রৌনিসু মহায়বা, নবা লোবা য়াদে, নথনা মুক্তা ভুরবনি।

মীয়াম মেংদুনা চাউবনা লাউথোরকই,—নোংবান মুক্তা ভুরবনি।

য়াররোই থঙলবদা নোংবান্দো নাথৈদুনা মীরক্ত মাঙখ্রে। চাউবা নোংথোয় থোইবীদা পাউ তমগে, চৎলগে হায়দুনা লৈথোরকপদা খম্বনা মুংগুক মুংজ্ঞাননা ফমদুনা লৈবদু উরগা মপুক্লিংদা মুংঙাইতবা অমা পোক্লকই। মনাই মুক্ত্রাম মেংদুনা হংলকই,—কনানো তাংজ লুক্লা ফম্লিবা অঙাঙসে? মুক্ত্রাম,—নোংবানবু মুক্তা থাবা অঙাঙদুনি, ইবুংঙো।

চাউবমা মনাক চঙশিন্দুনা হংলকই,—হায় হায়, মোইরাং মচা, নমায়দু ঐঙোন্দা ওনশিল্লকউ, ঐ বা হায়গে। তাবদা খম্বা মমায় ওন-শিল্লকই। খম্বগী মায়থোঙ উক্লরগা চাউবা তু থ্যাউ চুংই, থল্লি,—

মানথেদ্রা, ঐনা নীংশিংবা থোক্ত্রব শকফম অমা মানথেদ্রা।
মথা তানা হায়রকই,—

মোইরাং পাখং নং পম্বো কনানা পোকপনো ? নমিংনা করি কৌবগে ঐঙোন্দা তাকউ।

খম্বনা মখুং অনি লে য়রুনা,—কেগে অঙবা, পম্বো মানবও, নাই ঐহাক্তি
কেগেদা লমথানি, মোইরাংদা শরানি, পলেম পম্বো মপক থঙজ-
হৌত্রে, কোলোই মিংনা করি কৌবা থঙজহৌত্রে।

চাউবনা,—করিগীদমক পলেম পম্বো মশক থঙহৌত্রিবা ?

খম্বনা,—ঐনা পোকপদগী থাবুম ফাত্রিডৈদা পলেম পম্বো অনিমক নোঙ্গা-
থরে, অঙবা।

চাউবনা,—অদু ওইরবসু কোলোই মিংলেপ্পি মাঙবা য়ারোই।

খম্বনা,—ইচেম তোল্লবী অমা লৈজে, ইচেম মোক্তুনা চাউবনি, হৌজিক
ফাওবদা ইচেমদা পলেম-পম্বোগী মিংলেন হংজকত্রি, অদুনা
থঙজদবনি।

চাউবগী পুক্লিংদা খম্বনা থঙনা লোৎপনি হায়থা বাখল অমা পোকই। থমকা তৌরগা তাকথোক্লকনি খন্দুনা মনাই মুক্ত্রাম য়েংহুনা হায়রকই,—
মুক্ত্রাম, পাখঙসি য়েংউ, অঙাং মচাসু নত্ত্রে, হক চাউরবা মানা হৌজিক ফাওবা পলেম পম্বোগী মিং থঙদে হায়বশাইনে। নিপা অসি কৈনু।

মুক্ত্রাম,—ফনি ইবুংঙো, হায়হুনা কৈননব চৈ পুথোক্তুনা শেমশাবকই।
চৈরক অসিদ চাউবনা মীৎয়েং শাঙ্গেরকপনা খম্বগী য়াংলেন মতা ফবদু উরুবদা অদুডৈগী মতাও পুরেনবগী য়াংলেনদু থঙনীং নীংশিংলকই। চাউবনা সুংবংনথিবদু মুক্ত্রাম হেক্ত উই, হংশিল্লকই,—ইবুংঙো, ননাই ঐবু চৈশীং কয়া য়েক্তোগে ?

চাউবা,—চৈশীং ককসু, মমা মপাগী মমিং তাক্তিবফাওবা কৈয়ু। ঐ
য়ুম চৎলুথিগে, ঐনা য়ুমদগী লাক্লগা অনৌবা বায়েল তৌগনি।

ঐহাক্ থম্ হ'য়না কৌজৈদো, ইচুনিংথোঈ মখিংনা খম্বা হায়বা থোরখিদো।

চাউবা নোংথোল থম্গী ৱাহৈ তানা তানা মীংলু নাপোম অনিদগী ভরংগী লাইজ শিন্নরকই। হীক-হীক লাউবা থোমকমদা হায়রকই,—হা ইমোম ইবেম্মা, ইপাদি কাউরুবে, লাউগন্নু। মাকলোবেন ইবুংঙো মুংশিবা, মামনা নংবু শাম্মুনা ঙাইথঙদে নিংথৌনা ঙাইথিবে হায়বচুমক তোথরে. শ উরগন্নু ইবুংঙো, চঙলকউ মামা পমগে হায়রহুনা থম্বু মতম্বাক্ত চিংশিন্দুনা পমহুনা কপখে। কপ্প কপ্প মখা তারকই,—নচেম নপুম্বা অনিদি কানা নোক্ত্ননা চাউরকপগে ? হায়রু, ইপাদা, ইপাগী পম্ ইবেম্ম, নহ'নিংথৌ নোকপদা মীশী মচেঙ নচাক করি মায়া তোনবগে ইপাদা মথং মথং তমলোদা—হায়রহুনা চাউবা মালেম লৈবাক মথক ওম থোইনা থাঙলক্লে। থম্ থম্ অনিনা চাউবা নোংথোলগী নীংঙমদবা মৈচাক ইংনববা কয়া হায়জরে। মতুং তাবদা চাউবনা, ৱারগন্নু হৌজিক্তি নথোর অনিবু চাউবা ঐনা লাঙ্গোলগনি হায়না তাকপিরে। অমুকন্নু মখা তানা, ঙাসদি নমুমদা চংলো, হুংঙাইনা পোথাক্লো. হবেং অমুক হন্থ ঐগীদা লাকউ, নংবু নিংথৌ সনামাঙদা পুথোকনি, নপাগী পাম্বেপ ফংবনথা শীনগনি হায়না চাউবনা তাকপিরে। মতুংদা শমজি থাম্বনহুনা মখুৎ মায়কৈ পাংনখরে।

---

# মৈ লাংবা

ইমুং শোরা ঙাল্লবদা খম্বা নোংথোলগী মুদদা থুংলরে।
মমাকপু খুজেং পালোই লাক্তনা চাউবনা কয়ে লাউ চিংশিন্নকপা,
ইশান ইবুংঙো নমাক ইাতক ওইজদে
নমাক কবকম তিন্নবা মতিক চাবা নচা নংচত্রি,
চাউবা নোংথোলগী মকম্মাংদা খম্বা অম্মুম ইঙ্গংটৈ।
মাকক্লৌবেন ইবুংঙো মুংশিবা কম্বি নবুক চিংনবগে
মপানা মচা পম্বাননা, পীক্লিংডৌদম্ম পমহোত্রে
ঙংসি উনবা মুর্মক্তি পেম পেম চুপকেল উ,
কাম্ময়হুনা মমাকপু কোনহুনা মোংলেন খোংবঙুম কপ্পক্লে চাউবা।
মোংথোম্বীবু কৌথোক্তুনা মমাকপু মশক ত'ক্লকই,
ইপম্মাই মোম্ম ইনেমচা, নচাসিবু পমজরে'লাউনক্লে
লেংমাম্মনা হৌশিল্লকপী, পূর্ণম অমত্তদা চামিম্লকপী
ইকদা অমত্তদা কঙিম্লকপী নপানা পোকপা পাম্বিন
পূরেম্বগী চালোই ঙাংথরৈমা, ইমোম্ম নংবু ক উম্মবরা ?
খম্বগী মাম্লথোং ঙৈংলুবদা মোংথোম্বী তমং লাইজ ইহৌরকই,
পাম্বি ইবুংঙো মুংশিবা, লাউ ইমা পমাগ লাউ
পাম্লাং পিক্ক খম্বা ইনগে লাউ, ইমাগী কৈরথক কয়োলাউ
ইমানা নেংঙং কোনগে লাউ হাম্মন: মচাবু কৌরকই।
ইমা। ইমা। শৌরগা খম্বা মোংথোম্বীবু চেনশিন্নুনা খুক্নমজৈ।
খম্বু পমগে লাঙজবা শেংনবনা নেংঙং খ্বী ঙাকজে
ঙমগে ঙানবহু উংগা, অমুদোন নোংম ইন হাইজরকই,
হা ইমা ইবেম্মা, নচা পাজ্জল চাউরবনিনা।

খোঙ্গবী পলেম ইমাদা মচাদু পম্ব য়াম্বনি।
নোংথোম্বীনা হায়রকই, ইমা য়াখোই পমগেদা,
মচিন্নদি হায়বগাই পাঙ্গলদি শানবনা ওবদয়ে,
মীওন্নুদগী পিরাং শিন্থনা কপ্ল কপ্ল হায়রকই :
পান্নি নংদি নশক উবে, অচেমদি কয়ম তৌহৌম্নি ?
পলেম ইমা মুংশিবী, নচা লাঙ্গোনবী ইচেমদো
ইমা শকপী ইচেমদো নচাগী য়াথলদা লূপ্লমগনি।
ইচেমনিদি থঙজদবনা ইমা ওইরবোই নীংথুনা
ইচেম কৌগনি থঙলকপা মুমিৎ থিংবুম কুইজিন্নি।
মচাগী ৱাহৈ তাবদা নোংথোম্বীনা হায়রকই,
ওক্লে তোক্লো ইবুংঙো, নংনা ওম্ব তারগা
ইমাগী থমোয় কায়রেদো, য়াৎওদবী ওইবেদা।
মতৌদি অস্নম তৌরতুনা ওংনবিঙৈ শরকসিদা
চাউবা নোংথোলনা হায়রকই, তান্নিবরা নোংথোম্বী,
ওরা লুক্কোই হোক্লচো, মাক্লৌরেনগা চামিন্নগে।

নোংথোম্বী ইমুং চঙখিতুনা ওরা লুকোই কৌপে, কৌবা লোয়রতুনা ভূকফম অনি থিদোক্লে। চাবা চঙলকপা মতমদা চাকলুক অনি উবদা নোংথোল শাউরকই, ওাওয়বরা নোংথোম্বী, মাক্লৌরেনগা ঐগা ওসি ওরা চামিন্নগে হায়বনি, নংনা চাকলুক অনি থোকপা করিগীনো ? লাউ, মাক্লৌরেন, ওসিদি ইপা ইচা চাকলুক অমত্তদা পুন্না চামিন্নগদবনি,— হায়রদনা থম্ববু চাউবনা খুদাং পায়দুনা চাকলুক মপান্দা চিংখিন্নে। থম্বনা হঙ্গোইনা তৌবন্ন উবদা.— ইবুংঙো, নং ঐবু হঙ্গোইনব্রা, নংমা অতুম তৌরবদি, লাউ পমগে লাউনে, ওরা লুকোই ইথুৎনা ইনগে,— হায়রতুনা চাউবা থম্বগী মচৌন্দা ওরা লুক্কোই ইনপে। পোকপদগী পাহৌ

মশক থঙনরুবা থম্‌না ওসিদি হয়াও তুম্ভুংখ্রে, মীৎলুদা পিয়াং ইরা চেনখ্রে। মতৌ অমুম তৌদুনা মপা-মচা তয়া চাবা লোইবদুনা কম-কয়াংদা কম্বিরে। নোংথোম্বীবু কৌদুনা,—

ইপম্বাই মোয়্‌ হনেমচা হচাগী চৈরে পুথোয়রকউ,
শকা চুগা চানগদবা চৈরে মচু থম্লকউনে
মংবা থমজবা চৈরে কি, মথল ওনা পুথোক্লগা
কয়বনা ইমাক্তা পকচগদগে কুপ্না য়েংদুনা শেংহল্‌।
নোংথোম্বা নোংথোম্বী চঙলদুনা, চৈরেগী মথল পুথোক্তুনা
পকচবা চৈরে থম্মুনা অমুংদান নোংমাইবু শেংপরে।
চাউবনা শগোল তোং থবনা থুঞ্জি পায়
সনা কোম্মুং কংলা তয়, অনিনা লোইমোক্ত লাকমিয়রে;
মমাক্তী মথুদাং পায়রদুনা সনামাঙদা পুশিল্লক্লে,
মপু সনা থুয়াথাদা, কোয়াং চৈঙ তাগুম থুক্রমজদুনা
ঐবু লোইবা লৈমাবা কেগে লৈবাক মপুও:
ননাই চাউবা ঐনা কংল, থোগল লে ইরপা কুমজাথবদা
লমলেনগীদি লমমুংশি মপুগী সনা কাঙজৈরুংদা
শীঙেল চয়োংমা তারয়ে, ননাইনা থুম্মুনা য়েংজবদা
মমাংথৈঙদা শাৎথিবা শীঙেল লৈরাং অমগী
লৈরাং লৈশা ওইরয়ে, মসিদি মপুগী লৈরাংনি হায়দুনা
সনা থুমাদা কৎচগে পুজরকই; শীঙেল চেংলৌ য়েংবিবগা
লৈরাং শঙ্কম উবিরগা শীঙেলগী চৌকম নৌংশিংবিরকনি।
মপু মোইরাং নিংথৌনা চাউবা য়েংদুনা হায়রকই,
ইপু শীনৌ নোংথোম্বা, কবো লংদাই লৈব,
কদায়নো শীঙেল লৈরাংদি, চেংলৌ মশক য়েংগে।

ঐবু লোইবা নৈমাবা সনা মীৎয়েং তাবিয়ু
মনাইগী ওইদা লেপচরিবা মবাসিদা মীৎয়েং তাবিয়ু।
মপু মোইরাং নিংথৌনা, খম্বগী চেংলৌ য়েংলকপা
অহানবা উক্তরবমক্তদা নিংথৌ পুক্সিং হুথয়েদো,
ইপু, মসিগী অঙাঙ অসিবু, কনানা পোকপা মচানো ?
ইনিংথৌ, অহুৈঙ লমলেন তোর্ব্বং লমজাউদা
পান্থ কৈ মাপল হান্তুনা ইনিংথৌগী মাইবী কনখিবা
মপু সনা পুক্সিং পেনবিহুনা কংলা কমথোল মাপল হাপ্সিখিবা
অহুগুম্ব। নিপা অদুনা পোক্লবা মচানি, ইনিংথৌ।
ইপু, বা কোইথোক্লহু শমজিল্লু তানিংবনা ঙাইঙমদয়ে।
চাউবনা মথাতানা হঙ্গৎচৈ, মনাইবু লোইবা লায়নিংথৌ,
অহুৈঙগী মতমদা তাংবল্লোই চাজৌ পীবিখিবা
তোর্ব্বুং থুমথোং অচৌবা, তোংকোক মাপলনা লোকপদা
কংবা কোবা নাইত্রবা, লৌজৌ হায়না পীবিথিবা অহুগীম্ব মথক্ত,
ওইরোমথংবা সনা নাপদা ঙাম্বোইরবী নৈম থোইবী
য়ুম্লেন তোম্পোকপী ঙাংথরৈমবু কাউবিরবগ্না ?
লাইনিংথৌ, পুরেম্বা মাগী মপারিনি কোলোয়না খম্বা কৌজবা
ঙরাং খুনদিনবীগী লময়াইদা মপুগী সনা কাঙজৈবুঙদা
শীঙেল চরোংগুম তারবা মপুগী কায়বা লাকত্র
সনা মাঙদা কংচংগ ননাই চাউবনা পুজরকপনি।
চাউবগী পাউদম তাবদা মোইরাং নিংথৌ কপ্লক্লে
কোয়ৌ নোংমদোল য়েংহুনা পুয়েম্ববু কৌয়ক্লে,
হা ইদাইয়েম পুয়েম্বা, নং ঐবু শাউগম্লুকো
নিংথৌনা ঙাই খিদে হায়বহু তশেংময়ক থোক্লয়েদো
নংবু শেমগে নীংখিবা নিংথৌ ঐনা শেম্বা লোইখিদবা

মচা হাক্তক্ত শেমলগে, নং ঐখু খায়োম্বুকো।.
অসি হায়না কন্নুরগা খন্না য়েংহুনা তাকপিরকই,
তম্মুম অচানবা মহাক্তি পম্বৌ নপাবুং মানখয়েদা
উকু খোকুম খোকইদা
তাংজ ময়াঙশিং লিলাং মকু হবগুম হৌইদা,
পম্বৌ নপানা পুনশিদবদি নহাক পোকপনা ওইংবোই
মুংঙাইয়ে কৌজিক্তি, অচানবা, নংবু উবদা পেন্নে ঐ
নপাদা শেম্মিংবা পেলহৌদবা মঙোন্দ হাপচিন্দুনা শেন্নগে।
কেগে তাদবা তায়ো, মোইরাং খঙদবা খঙজে
কেগে মোইরাং কঙব, লাকপা ফমখোল মুম্নমক, তাও
তম্মুম পুয়েন্বগী মচাসে ওসিদগী লৈখোই হঞ্জব হাম্লবনি।

মতৌ অম্মা মনাই খম্বু ফমখোল থিন্দোকপিরগা মতুংদা লৈবাক বায়েন থৌদাগী খবক্ত তাহাক মায়ওশিনবিখে। মুমিত্তুগী থৌদা লোইরবা মতুংদা মোইরাং নিংথৌনা শীনৌ চাউবা য়েংহুনা যাথং তাউখরকই,— ইপু নোংথোনবা, কুমশিগী ইবুধৌ থাংজিং হরাউবগী খোঙল হাইচনগী অকবা মুমিং য়েংলো। সনা যাথং ফংবগা কেগে চাউখনা নিংথৌগী অমাইবা অমাইবী পুম্নমক তাম্নরে। কুমশি ইবুধৌ থাংজিং হরাউবগী লাইচন লাইরোই করম্ব মুমিংনা ফবগে হায়না হংলক্নে। অমাইবা অমাইবী ময়াম তানয়বা মতুংদা অমাই পুয়েলনা নোংথোম্বগী মখম্লাংদা হায়রক্নে, ইবুংঙো নোংথোল তাবিয়ু, কুমশিগী লাইচন লাইরোইদি কালেন থাশি মুমিংনা মফয়ে, অতৈ অতৈ মুমিংসিদি লাইনা ওক চাবা, ঈ খুদেং লাই খুদেং লৈবা চাক্ত ওইয়ে। ঋাকম অসিদা নোংথোলনা মোইরাং নিংথৌদা হঙ্গংলে। নিংথৌনা যাথং পীরক্নে,—ইপু অহুদি ওসি অসি কালেনগী কুমনিপালনি পামখ্রবনিবা থাশি হংচিং থোক্লরো, হয়েংমক

ইন্'ইরেম লৈরোই হঞ্জবা খবগা অতোমচা নোংবানগা লোইবী চীংদা লৈম্বাং থিবা চংহল্লো। চাউবন ময়ুমক শীনখরে, খম্বা নোংবান অনিমু শকথক্ত মাইথক্তনহনখ্রে, ইতাও শাম্রো তাকপিখ্রে। মতো অমুম 'তাহুনা নোংজ'ম্বুগী খংনা থোদা লোইশিনখরে।

মুমিদাংবা ইগী মতমদা মুমিংনা চীংমা থাংলকপা
তমম্বানা কোম্নি চেনবা কাল চীংমামা থেবৈল লাংবকাল
মমাঙোন হৈশিংবী চেন্নক্লে থোইবী মমোম মকাদা,
ইমাগী ইবেম্ম, নহাকপু মুংঙাইব পাউদি তমগেলাউ
নপাবুংনা শীরবা ৱারীনি ঙদি কংলাগী পাউনিদা
খুমন পুরেম্বা মপানি মমিংনা খম্ব কোলোমবা
পম্বোগী পানা অনৌবা ঙম্বাং কাওবৈজ থোইছম্ব
নংগী মীতুমু হায়বা লৈরোইহঞ্জবা হাপখরে,
হয়েংদি লৈরেকপা কারনি সিরু নংবু তানীংজ্রা?
মমাঙোনগী পাউদম তাবদা থোইবী থমোয় তুম্ভুংই,
কনানা খঙজবনো ইমাঙোন, ঐদি কৈমু তাঙনীংদে।
মমোমগী পুক্লিং খঙজবী লেংমান্নবী মমাঙোন
থোয়রুম মোমোন তৌরম্বুনা মপাঙানা হায়রকই,
চাদশিম্ম চখোমজাউ, য়েংদশিম্ম মীংলাঙবী
নংনা খঙ্গুমা কাম্ম্রোই, ঐমু লোইনা খঙইদ',
ৱাহৈদি অসি হায়রম্লগা, মমাঙোন মপান থোকখিদে।

মমাঙোন থোকখ্রবা মতুংদা সেহু মপু মনাই বা তাম্রক্লে, খুমন নোংমাই খবগী কিভং কওবা অদুগীদমক মপু মমাই থোংথাক্লমবা পোৎচৈ মমান অমা পুংহুনা মারোন অমদা খুমন মায়কৈ পাংলক্লে। মতমদি

মুখিদাং ওইশিল্লকপনা ইমুং থাংবৈ পাম্বরুনা মপু মপু মমাইনা খোঙজিল মপান্দগী "হো ইনম, হো ইনম।" হায়না কৌরকই। খোইবীনদি মতাং চাম্বিঙৈদা মিঙ্গৌ হোংদোকহৌরগে খনবনি। অসোয়বনা মচীন-মপুনা কম্রি তৌসিগে হায়না বানা বানায়রবনি। কৌরকপা তাবদা খোঙ হাংলুবদা মজাইবেম্না ওইরবা, অতগা কৌবনা হায়না ইতা লায়রবী কৌরবদি ওসিনা মকম মরাং থঙদনা ইনম ওন্নকপা অতুদা থম্ হঙক ওকই। খোইবীগী মিঙ্গৌহ্ তাবদা খবনা তৌরব মীত্তাদো উবদা থম্‌স্ হাক্ল পঙবী হুপী নত্রবনিনা ভাব পোইনা তাই, নোকনি নোকনি তৌরদুনা খোইবীবু কৌশিনবৈ, লেঙবিরকইবয়া হবেম, লেঙশিনবিরকউ, ননাই ননমগীদা লেংঙকপত্ন কম্রি তাকপিগদবা নৈবগে ?

খোইবীনা খুম্রকই,—হয়েং নৈ হেকপা চৎকনি হায়বা তাহুনা কম্রি কম্রি থয়া পুহনা মতেং ওইনবা লাকচম্বিবা। লুককম থরা হৌনবা তৌসি ইনম।

খোইবীনা হৌদোরক্লিবা বাকমসি চাক খোংনীংনবমাল্লে থন্দুনা থম না,—পুবিরকইবহুনা ইবেম্মনা সনাখুৎনা হেক হৌবিরম্লোদনা।

থম্গী বা তাবদা খোইবীদো মপুক্লিংদি খুংজরে হায়ববু বাতাদি, ঐদি খোংথাকপা অসি কয়া হৈক্কাত্তেনে হায়রদনা চাকখুম চঙখে। হৈখেদা ইবেম! চঙবগা লোইবগা মাৎমদা। হয়েংগী পুননবা চয়োম য়োম্বা লোইখে, মতুংদা হৌজিকী চাননবা শেমশাখে,—ইনম, লুকোম হৌবা লোইজরে, হাবিবা য়ারনি।

হয়াও-হয়াও চামিম্নবা লোইরবা মতুংদা মচেমগী য়াথং ইম্মুনা থবনা খোইবীবু খিনথয়ে। নম্বেলদা খোইবীনা থবদা হায়খি,—থবায়গী মপু ইবুংঙো, হয়েংগী নৈ হেকপা চৎপলে থাংজিং লাইদা কৎপদা, মীয়াম

মীমাঙদা পুখোকপদা ফজগদবা লৈবাং হেকনিরকউকো, নীংথোল ইমার ওইজগে।

খম্বনা খুমলৈ,—থবাইদগী হেন্নবী, পুক্নিং চিংনবিগনু, থাংজিং লাইগী দমক্তা চৎপনি, চীংথু মাপ্পি নোংদম্রি। চৎচরিবা ঐগীদমক্তা লৈবিহৌরিবী ইবেম্মনা লাইনিং পরৈ চেৎপিরম্মু।

মথংগী ইনুং ঙান্নে, খম্বা চৎননবা পেম-শারকপা মতম অহুমক্তদা খোঙ্গালদা নোংবান্ন লাউরকই,—ইতাও খম্বা, হৌগত্ত্রিবম্মা, ঐ লাক্লে চৎলসি। খম্বমু ঙন্নাং মজাইবেম্মনা য়োন্নথ চয়োমহু লৈপোন মহুংদা হাপচিন্দুনা পোৎপুসনা লেংকম তান্নুনা থোয়রক্লে। খম্বা নোংবান অনিমক থাংজিং চীংজাউ তান্ন খোঙশানখে।

চহনা চৎনা নোংবান্ন খম্বগী ছিত্র য়েংবা হৌরকই। য়েংউ য়েংউবা খুদিংদা অন্নাংপা অমত্ত লৈতবহু উবদা নোংবান্ন মপুক্নিংদা খোয়ন্নাংই। লম্বী বারী ওইনা নোংবান্ন হৌদোরকই,—ইতাও, ঐনা মিংথৌ পানানি, নংনা বাঙ্গোলনিংথৌ পানানি। ঐনা পামা অহলনি, অহুনা ঐগী পোৎ অসি পানা মহা নংনা পুগদবনি।

খম্বনা,—ইত'ও, নংগী পোত্তবু কন্নামক্তম লুবনো? চহি তন্নেৎ পানা তুনা কাওরকপা লৈপোল অহুতকাওবা পুবা ঙমজত্রবন্না?

নোংবান্ন,—লুম্বগী বা নত্তে, হৌমবীনিনে।

খম্বনা—লুম্বগী বা ওইরববদি পাংজগে নত্রবদি অন্নম পুবিয়ু। ঐগীমু ঐনা পুজরি।

নোংবম্ন,—মহু মকম্না ম্নারোই, হৌমবী হান্নকসিদি ঙাক্তুনা চৎলৈ। সে, পুরোসে—অসি হান্নমহুনা খম্বগী লৈপোন্দ মাপ্পি লৈপোন্দু হেক মানশিন্নকই। নোংবানগী মী উশিত্তবা মত্তৌহুদা শাউমনখিহুনা খম্বনা মাপী লৈপোন্দু মুন্নাম পামহুনা খোংবান্দ হনজিনখে। লৈপোল মহুংন্নুনা নোংবানগী চয়োমমু মাওখে।

নোংবান,—খুমু চংলু

খম্বা,—পাখৌ, ঐদি হন্দোকখ্রবা পোং থক খুম্লুদে। মপোং পাম্মুরগা ইতাও অচুম খুম্লুরো।

নোংবান অদু মপোং কৌবনিনিনা পাম্মুরক্লুনা খোংবান্দগী লৈপোনগা চয়োমগম্ম খুমগংচক্লরে অমুক কম তুংথ-মাঙথ লাকমিন্নরে। মরুক ফজবা নোংবান্নিনা খম্বদি লৈ অমত্ত ফংকল্লরোই হায়না অমুক থল্লক্লে। খম্বদা করিমত্ত হায়রম্ব তৌদনা লোইবী চীংথোং য়োননবা চেনখংখ্রে। চীংথোঙ য়োরগা শম্রেং চীংজিন তমথরকপা লোইবী চীংথোঙদা লাংপা শীঙ্কেল লৈরাংমথৈ মানা কলখ্রে। খম্বনা য়োরক্লগা নোংবান্দ হংলকই,—পাখৌ নংনা থুনা মাংনা চেনখিব্রদো করিগীনো ?

নোংবান,—ঐগী লৈফমশিংসি নংনা যেক্কে হায়রক্লনি হায়দুনা কনবনি। ঐনা কল্লবা লৈফমশিং অসিদা নং চক্তবা য়াদোই।

খম্বনা,—পাখৌ করি বানোদা, লোইবী চীংদা লাংপা লৈরাংশিংসে ইমান থদ্রাকপনা থাবম্ম নত্তে, ঐম্ম থরা মহেক্কে, ইতাওম্ম থরা মহেকউ।

নোংবান,—নখোয় লায়রবগী হোনখীদিনে নিবা, পীক্রে কেক মশ উবা ; নং শাউরবম্ম অদু মচাক্তরে, ঐগী লৈফমলৈদি নত্তোন্দ পীরোই।

খম্বনা,—তৌহুদা ইতাও, লোইবী চীংগী লৈরাংসে পক্লৌমা চিংলিচৈঙ মতমদা লোইনা কেক্লম্বনি। পক্লৌনা নোঙ্গাথ্রবদা মংনা কেকহৌবগী বানি। কোন্ন লাকপা নহাক্ক হায় কেক্লম্ব পক্লৌদগী হানবা য়াদ্রোই। ইপাগী লৈফমনিনা ঐনা ফংফম খোকই।

নোংবান্ন তপথরমুনা বাথল তৌনা তৌনা হায়রকই,— পখৌ, নখোয়গী পক্লৌনা থোইদোক হেন্নোক্ক ফজবা লৈরাং মথল মথেল লাংলম্বচুদি সিদগী নত্তেরে, মচুদি অদগী পাইথ—লমচুংসি লোইবী লোক্লুংসে অসিদগীনি।

অসি হায়রদুনা নোংবান্না খুদোম্বীগা থিন্দুনা তাক্লকপা অচুম্বা খম্বদি মপোককৈগী অমানবা ঙাক্লক্তবনিনা অচুম্ব ওইরবোই নীংদুনা লমদম অদু তম্না চৎখে। নোংবান্নদি খম্বু পাম্ব কৈরেললা শোইদুনা লৈরবা লোক্লুংদুদা থাজিন্নগা, মাবু কৈরেনগী থামাক্ত তাইনখ্রগে শীনবনি। লোক্লুং অদু অকিবগী মশক ফংনা চীকই, শোংবনম্ কোয়ো নোংমদোলদগী হেম্ন উদে। অমংগুম্নবা লোক্লুং অসিদা খম্বা মদোম চঙলক্লে। মাগুম্ন তুংমু কনা উরক্রবা মতমদা খম্বনা মবুধো থাংজিংবু নীংশিংজরকই, কে মোইরাং পোকপা শোরারেল, নংগী খোজাল মঙাইরে। নকোম্দ কংচনবা লৈরাং খিবা লাকচবনি। মতৌ অদুম্ন থাংজিংনা মিংথেম লেংল শোয়দুনা লোক্লুং অদুদা অদুম অদুম চঙশিল্লি অদুবু লৈ শাংপদি থমত্ত খেংলদে। অনৌবমদা অমুক চংলি অমম্মবমদা অমুক হল্লি, ফিরবা লোক্লুং অদু থুংনা মফম ময়াং থঙদনা খম্বনা কোয়ঙাও ঙাওদুনা চংদুনা লৈবা অসি মোইরাং থাংজিংনা উখে, খৌদনা পাম্মোইবী থারক্লে। পা হাইবীনা হাওদুবী অমগী থফম লোয়দুনা নমদা শম অদা তুংথাংলদুনা হৈ হৈ লাউদুনা চীংচেপ অমদগী শোরক্লে। মাবু উবদা খম্বনা হায়রকই,— হা পকেম ইবেম্ম, কদায়দগী লাকপনো, লৈ শাংপা মফম খেংলরিব্রা? পাম্মোইবীনা,— অশোম পাংনা চঙশিনখো, লৈ শাংপা মফম ফংগনি- হায়রম্মগা চীংথা ওম্না দংথি। তাক্লম নায়কৈ পাংন হম্ব: প্রপ্র চঙশিনথি। লোক অসি পাম্বা কৈরেললা শোদুনা লৈ হাংনৈ, মী চঙবা ঙম্মদে। ওসি থম্বনা চঙবদদি কৈরেল অমা ফাওবা থোক্লক্তে। অমুক কুইবসি থাংজিংনা কৈরেল শাদুনা ঙাকপিরম্ব ওইরমান্ন, লৈফম মপু খম্বা লাক্লবদা শায়োল ওইনা শঙলম্ব থাংজিংদো লৈফম শঙবা থাদোকখে। কনা য়াম্না চঙশিন্নবা মতুংদা তলা পামেল অগোবা অমা থেংনরে, চাউবদম্মু হায়নিংঙাই লৈতে, ৱাংদম্মু হায়নিংঙাই লৈতে; পামেলদুগী মথোঙদা

খুৎনা হোক হেকচুমদা পামেল কাস কাকুমদা
মীংনা য়েংদুনা তোকচবা, মতম কয়া কুইনৱু
পুন্সি লেনবা শুমগবা!
শীঙেল লক্তুগী অথোইবী,
লৈৱাং থোইবী মিংথোনবী॥

খম্বগী ঈশৈগী শৈরেক নোংবান্না লাপ্প তারকই, তাবদা পুক্নিং চুংজোল্লি। পনবা য়াদনা শাউরকই,—কায় লাকচৈদা, ঈশৈ মরেলসি ঐগী থমোয় কায়হল্লিদা। শাউগে হায়বা মখৈ শাউরুরগা অমুক থল্লকই,— খম্বত্নু শিদি শিয়ন্নিদা! মাগী থৱায় অতুনা চেক্লা ওইদুনা থোংবা ওইরিনি। অমুকন্নু চিংনরক্লুনা মাংলেম লৈমায়থক্ত চৈতেক্ল খোক্তুনা খেল য়েংলকই। মমিং চেক্তেং ঊইশিন্নগা লৈশি থরা থোংলুরগা মমীং পাংথোকতুনা লৈরিশিং অদু শি — শিদে হায়দুনা মশীং থীরকই। শি-শিদ, শি-শিদে শিদেদা চেক্ত লোইশি। অমুক হয় থী, অতুমু শিংদদো অতুম মরাইশি। নোংবান শাউবনা লুতোম কাথে।

খাজাকপগী মপারি অঙোমচাদি নোংবাল
পম্লৌ মপান কবনি। নিংথৌগী অচানবা মনাইনি
শাগৈ অচৌবদা পোকপনি মোইরাংনা ব্যাথান তৌবনি
কেগেদা মনিঙ তৌবনি মোইরাংদা মথা তম্বনি
চেকৈ কৌগৈ খিনবনি শেনগৈ লনগৈ পাবনি
য়াত্ত-পাদনা হিংবনি সুংঙাই মতোল লোন্নবনি
কেগে মোইরাং লৈপাক্ত নিঙোলশিংগী কন্নরুকম
মায়থোং মকা লামজবা, কেবা নানবদা তুমানবা
মেংলিবমখৈ য়াত্তবনি, সুপী তয়েৎ লোনবনি

থাঙদা তাদা মুক্লাদা কাঙজৈদা শাদা লান্দ
মাগী মপা লৈতবনি মোইরাং পাথংবা কিনবনি
কুমজা তরেৎ যাত্রা ফংবা, মনম লৈবাক তাদবা
খুদক খূনথা তূনা শূপ, নোংবান অথা কাইবনি।
মোইরাং নোংবান কোংয়াম, অচৌপানবা মপারি
শাগৈদা নাতৈদা মরুপ্ত মপাংদা
ফৌগৈদা লনগৈদা মোইরাং নিংথৌনা চানবদা
শক্তাদা চুদাদা শাবান্দ পাঙলদা
থোক্লকদবা কনানো মাপা লাম্বা পাগদবা
মোইরাং নিংথৌ মমোম্নেই অমত্ত পোকপী থাদোইগী
মথংলেনবু ভইঙমগদবা, নিংথৌ মমাক ঙংগদবা।

মতৌ অম্বা মোইরাংদা মপা লৈত্রবা, থাদোইগী মতৈ ওইগনি হায়না মালং ফুড়া শাজরিবা নোংবান্দুনা ঙসি মীতোপ অদনা থোইবীবু থাদুনা ঈশৈ শরুকপা অমদি থম্বা হায়বা লংজা মচা অসিনা মুকাদা কাঙজৈদা মুরুকপা অসিমক মাঙোন্দ করম্ম থাঙগনি ? শাউংনখিংদগী থম্বা মকোক থুগাইদুনা হাংলগে হায়না পোপপু পায়দুনা লুমদুনা লৈখ্রে ! অদোমদা থম্বনা মপুক্কিং নুংঙাইনা অহুম লাক্ক। থম্বা হেক উবদা নোংবান্দো কিবনরা কবিনমো থঙদে, ফাক ফাক নোকখোক্লক্লে। নোংবান্ন তৌরিবা থমকাদু শজিনা কৈ হাংকনি হায়দুনা খোয়াংগুমনি। লুমথ-মদগী খোক্লক্লুনা নোংবান্ন 'করি করি লৈদি হেক্লকই ইতাও' হায়দুনা চক্তলক্লে। থম্বনা মপানগী লৈ থরদু উহল্লি।

মতুংদা থম্বনা হৌদোরকই,— ইতাও, ঐবু ঙাইবদা বায়রিনি, চামিন্নরসি, নংগীস্থ চয়োম পুথোরক্লো।

নোংবান্ন খুল্লকই,— ইতাও থম্বা, নংগা ঐগা চামিন্নব রায়ে ইবো।

খম্বনা,— কয়িগী মায়োইদৌরিবনো ইভাও ইবুংঙো ?

নোংবান,—নংগীদি চাক্তি থোংলম্লোই। অমুক অঙনবদা নচোম্বা কোয়থি থিজুনা চক্তু ময়ামদগী থোবা চাক ওইরিনি। মহুদি ঐদি চানিংদে।

খম্বনা,— পাখৌ ইবুংঙো ভৌমুদ, থয়া থম্বা চেমজুনা চারিম্নসিদা। চারিম্নসি হাউবনিদা, ইভাও।

নোংবান — চারিম্নরোই ইভাও। ঐগীসিদি নংনা চাবা য়াবপোৎ নত্তে, ঐগীদমক হায়জুনা কচল তরেক্তুনা মথবায় য়াওনা অহিং তুমদবমথৈ থোংলকপনি।

খম্বনা,— ঐস্তু থয়া মহাও যেংদনা ইনাউজুগী তরেংনা থোংবা তয়াদে।

নোংবান শাউরপা,— নথোয় লায়রবগী হৌনবা হোইদোকপা চক্তবগী বাহু হৌরক্তু। অম্বাইদা চংলগা চারুচো।

নোংবানগী য়াইকৈ তাবদা খম্বা মমায় ইচপমুক ঙাওথি। শাউমীংবা পুম্নমক কাংলজুনা, কে লায়রবা তোম্লিদা, ঐনা লায়রবদগী হায়থিবনিদকো কায়না খন্দুনা য়া মথো তায়মদনা কাপ্পা হন্দোকখ্রে, অদুগা মাগী মজা ইরেম্মনা য়েক্তুনা চয়োমজু কাংদোক্লুনা চাবা হৌরক্লে।

খম্বনা চথোকপ্রবা মতুংজুদা নোবান মাগী চয়োমজু কাংজুবু মতুংদি ওন্থোকপা বিক'র অমা ওইরক্লে, অমুক অঙংবদা খম্বনা নৈপোনগা পুন থোংবান্দ লংখক্নজুদা ঈশিং অপুম্ব চঙখিবনে, অদুগী মথক্ত অমুক হুংশানা শাংনা পোপ্লি পোপ্লি ৈববনে চয়োমজু পুম্লি-শাম্বি তৌরে। চাগদবা কঙ্গোইরে, অদুমকপু মথেল ময়ামসি মখিং তায়গা খম্ববু কমকহনাগ খক্লজুনা লাউনা লাউনা হায়রকই,—ঙাক্তা থোংবা হাউখ্রেদা। পেঙবা মথ থোংখ্রেদা! খাবক থোংব হাউখ্রেদা। শদেং থোংবা

লহক্লা ঙাবোম্ব থোংবদা য়েৎশিল্লিবা করিনো. হন্দো.ক্লী ঐ চাবা মুংঙ্ক'ইতে।

মতৌ অরুম তৌমা নোংবম্ব চাদি চাদনা কুম ঙাঙবা অসিদা ইথঙ থওকৌদনা মাগী মনা'তোম্দা। মুংশিঙ্বা মনম অম লকই। মনমনু ওাবদা মা চাক থংলা লাম্মি' মনংহুদি ঙসোমদা থম্বনা থৌহু চুংশাক মথক্ত থুগাম্বদুনা ফংলিবা ইবেম্মগী চৱোম অদুদগীনি।

লৈরিবোপ সরভুমগা শিং বুদ্ধি কবীগা
ক'দগোম লৌশিং চাউবীগা মথোম থিবিক অদুদা
থাক্টনা চিকোন ভৌবগী মনমদো
মুংশংমা অদুম পূথহুন'
নোংবানগী মনাক্তোম্দা লৈরুরেদো!

নাংবাম্ব থক্সি,— অস! মানা ঙসাই থকপা ঈশৈ মতম্ভগা. হৌজিক লাকইব ইনশাং মনমশিগা, কোমুংলোমগী চাকইনশাংহুবু নাকোম্বক্তুনা মাীদ' হায়থরক্তব্রেন? য়েংউগদবৈ। কাদৱহুনা নোংবাক্ষো মাগী চাক ইনশাংহু হম্লোক্লম্বগা লাক্লে। উবদ মানা চিংনম্বিবহুমক চুম্নমাক্লে থঙ্ক্তুনা হংলকই,—ইতাও. নহাক্তী চাক ইনশাংসি কদোম্বদকীনো?

পম্বনা,— ইতাও, ইচেম লাম্বরবীনা থোংবনি, কদোমদগী হ ম্বথা লৈরব্র'?

নাংবাম,— অচুম্বা বা হায়মু, নং ঙসি থাদোক্লোই।

থম্বদা শাউরক্লে হন্দক্তি— থাদোক্লোই হায়বদি করিনো ইতাও, বাঙাও শাঙাও হেনমক্সি, ইতাওনা অপাম্বা হায়মু, থেংদোক্লদি ঙসিদি। নিপামচা নোংদম্বসি, ইপুমচা নোংথাম্বসি— হায়দুনা নোংবানগী মথুদাং তাপ হেক পাম্বক্রে। নোবান কিম্বক্লমাক্লে, হে! ইতাও, কাগী তৌবনিদা

কৌহল্লে। পাউ পুবা অনিভুনা মজাইবেম্মদা ভমজৈ,—ইবেম্মা, মোংবানস্তু লৈহৌই। লৈংকেপা চৎপদা খম্বনা পুবা চাক ইনখাংগী মরীদা মানা থাকৎহৌই।

সনাহলনা মস্তু তাবদা খুল্লকই,—তাদা অমিমক, অচুগী বা ওইরবদি ঐ চক্রবস্তু য়ারে। ইয়াবা নিংভোল্লাকপদা খবা হায়রিয়ু, ওরাংদো কোমুংদা নীংভোল মরাম চাক চানখিবান। মরামগী সেবা ভৌনবা লায়রবী খযুদো নেঙ্গনা মাওহল্লি। মতুদা মানা শেংনা লেমহৌবা চাক ইনখাং পুতুনা চৎখিবনি। মচু ওইরিবিনি চীং কাংদা পুই হায়বদো। অচুগনে নোংবান অপ্প য়াম্না কুপ্প থিভিল্লকইবনিগা হায়তুনা ভৌরবদিনে মরু কোকথোক্লগা খাবা ওখ থোইবীনি হায়র, ৎরা হায়রিযু।

পাউ পুরদুনা অনিনা নীংভোল্লাকপদা অমুক ভম্নরে। নীংভোল-লাকপনা নোংবান হায়,—তাও নোংবান, হায়রিবা ওসে। মওনা য়াম্না কুপ্প থিরবদি শোমদন মিংচৎ মাওগনি।

মভাং অনিদ নীংভোল্লাকপগী মনাই অনিদুনা মখা তারকই,—নোংবান নংবুদি সনাহবেম্মনা নক শিং নাম কোরগা হামুক ওস্তু য়াইওৎ তৈতুনা খাগান হাংহৌবান।

থাকাদুদা নোংবান মখ য়ারে, মুক কৌগংগা, অদুদি হায়রক্লোইদা, ঐগা মাগা মতুংদা বা লৈনৈদা, হায়রম্লগা চৎশু।

অসোয়দদি কমদৌরি মজাইবেম্মা থোইবীনা
মনাই সেতুবু কৌরতুনা চীঙ্গোই মপাউ মেল্লকই,
অচানবী নংবু তারিকয়া লায়রখংদা চৎলুসিমে
মচেম খম্না লায়রবীদো, লৈচল শেখ লৈরম্লোইনে
লৈপোরংদা নমশিন্দুনা নীংভোল মচৈ খম্লবদি
হবেংগী ইমুং ওল্লকপদা লৈমাং থোইকম চৎখিনিদা।

অসোয়দবা ৱয়ংদৌরিব অচৌব নোংখাম্বো চাঙ্ক হাউতে, খরই হাউতে, তেম্ব ফংবাক মথক্ত খরো মাংলে ওনবু ভূমীংবা পোক্তৈ।

নোংবান অথ কোংয়াংবা অচৌয়চাদি চেক্লুংবা
শিংদ লাকখদি মতেঙদো মীতিক মীয়ো থঙজবনি।
ঙম্লু খম্লুবে হায়রগা ভুংঙাইত মৈচাক হেক্লংলকইদা
নমঙা মচা থখসে মাগী লম্বীদা য়েংলরেদকো
কুমজা তরেং থেংলকপা ফিরাল মাগী মাঙদা তেক্লেদো
নোংমা লোমগী হেনজিনলকপনা থোইবী ফাওব মুনথিদোয়ে।
ঙসি থোইবীগী য ঙাংসে, মাগী ঙসাইগী তয়াদুনে
অনিসি মরিমা লৈনয়মায়ে, নোংবান চেৎনা থাজয়ক্লেদো।
লোয়রং শীংখোং হৈরবা পুরেম নপারি খমসে
পীক্লিটৈঙদা নেংথায়হোত্রবদি, পোম্লিটৈঙদা থুদেকহৌত্রবদি
অশোঙবা সোংদন লাকনি ভুংদা নীংঙমহৌরোইকো,
অসি বাদি খল্লদুনা নোংবান ময়ুমদগী থোক্লক্লে,
য়াক্লে হ শগোল তোংলদুনা লৈশাং পাউজেনবা শায়দুনা
মশাগী মখোল ওস্থোক্তুনা খম্বা থোঙালদা লাউয়রে,
'হায় হায়, কেৎ মচাশা, হয়েং থাংজিং হয়াওবসিদ
অমোংপা মীদি চঙহল্লোইকো, চৎনবী ফিজেৎ শাঙগদবনি,
মপু সনা য়াথংনি শোয়দবা বানি চেকশিন্নুকো।
অনিরক কয়া লাউয়ম্নগা নোংবাম ময়ানয়াইদা হল্লক্লে,
মপুক্লিঙদা পেল্লরে, শোয়দনা খবক কায়রনি,
থুমন মচা খমদো লায়য় চুদংনখনিনা
কদাইদগী চবৈ লৌক্লগদগে কনানমু পীবিয়কদগে

সনা য়াথংনি থাজহুনা, থাংজিং হয়াওবা য়াওয়য়রোই
থম্বনা মীয়ক তিন্দবা মহুনি মানা পামজবদি।

নোংবাম্ন লাউরম্ব অসি থম্বনা ভাবৌই মহুনিংথৌদি কম্ন মীকপ ভানখিবনা ভাখিজ্রে। থম্ন মপুক্লিংদা বায়রক্লে বারেমথৈ লোইবী কাহুনা লৈয়াং কেক্লুরবা অসিবু চয়েদি লৈভবদগী হবাওবা য়াওদবদা ভারবম্না? থম্ন থম্নুরে কায়রগা লংনা কংজিল পুনথুবদা হম্ন মপুবাবু হৌদোক্লুরে—ইচেমগী ইদুংঙো, জুংশিব, হৌগলুনে মহাকপু। চয়ে অমোংপা শেংপা মীদি থাংজিং হয়াওব য়াওবা য়ারোই হায়না নিংথৌ পাউ চেন্নখই। ইমুং ভাজিরৈ অসিদ লৈকাই কেইনা চজুনা চয়েকি কায়হৌরুসি।

থম্বনা থুমজৈ—পলেং শকপী ইচেমহল, সনা য়াথং ওইরম্নেইদা লৈকাই কোইবা পাথংনা ঐথোয়বু লায়রৈ হায়জুনা লঙনবতুম ওইরিনি। নিংথৌমকী য়াথংনঃ লায়রবা য়াওবা য়ারোই, ইনাকথুনবা ভাজ য়াওগদবনি হায়রম নিদি থজদে।

নংনা থাজত্রবম্ন নিংথৌ সনা য়াথংনি লউরম্নে। কৌজিকমক চয়ে বায়বা চৎসি লাও হায়জুন মচেম মপুবাবু পুথে ম্নক্লে। মপুয়ান হংজৈ—ইচেমহল ঐথোয়ন চৈ বায়বদা পীবিয়ক্লদবনিবু কনা লৈবগে।

ইচেমগী ইবুংঙো, পম্বাগী মরুপ থাজবাকপা কোবা য়েনাক থুনবা অমা লৈ। যাঙোম্দা হায়জরুরদ শোয়দনা পীরক্লনি।

অম্নম ভোন লাকপনা পীজয়াকপা শঙ্গায়দি মৌয়রে।
হা পম্নো অপোকপা, মচেম থমুনা হৌদোকচৈ,
পুয়েথগী মমোয়রোই, লাইবকথীবী থমুনা কৌজরি
বাহৈদি অসি হায়রজুনা থোংনা নৌরবা থোজ্জেলনা

হয় হয় কৌজরকপা থাঙ্গবাকপনা ভাথয়ে,
হায়, হায় ! কনাংনো, ইন্থং নোংয়াই থেঙলবদা
ভায়্যা নাহৈর খোঞ্জেলগুম কৌরিবী নংবু কনাংনো ?
ইপা ইবুংঙো নমোম লাইবক থীবী খম্ব নিনে
খোঙজি নাহৈত কণ্ডবিয়ু চায়গী পোয়োল শংপিয়ু।
ইপাগী লাংলেন লকহনবী মতম চাদনা লাকপদি
কবি হায়নীংবা লৈবগ নপা ঐঙোন্দ ভয়য়ো।
ইপা ইবুংঙো চয়েং থাংজিং হৗউবদা
ইন্তুনিংথৌ নোংয়াইগী শেংলনবা চহৈ লৈজদনা
পন্থোদগী বায়গে লাকচবনি, চহৈ অমত্ত পীবিয়ুবা
মপু সনা য়াথংনা চহৈখোংপা শেংপদি চঙকজোইদৌরে।
ইপাগী লাংলেন নীংথিবী, ইপ দি লাইবক থীরবনি,
নঙ্গবী ইমোমন্থ শাঙ্গুদো, পাখি অমত্তম পোমদেদো
চহৈ ফিনা য়াম লৈরিবদি পাবু ময়া কানা লৈ
পীনি ইপানা পীগে লাউ, ইয়ু মুংদা চঙলকউ,
থাঙ্গবাকপী নংবু ভাবিবয়া, নচাশিংনা লাক্লিবসে
নমোং খম্ব নপাখি খম্বা চহৈ বাংমগে হায়রিসে
অকনবা চহৈ পীংথসি, নচাবু অপাম্বা থলহনথো।
থাঙ্গবাকপী মনুবী লীক্ল পানজখনা মুংঙাইজবী
মবুংঙো। বাত দুদা শাউনা ফিংনা পাউথুমই,
নচা পোক্কবা মহাক্ল অমং লাক্লে ইমোম্ম
অমা উরে পাম্বিনি মংমপেন্দা নচা মগুসে
ফিবাইমদি পুমক্কনা করম চহৈ শামগনি
অবায়মন হায় পীদনা চহৈ শানবা য়াম্মোইকো।
থাঙ্গবাকপীগী বাহৈ ভাক্সগা থাঙ্গবাকপম্থ থম্মকই,

ইকাইরবনা লাইমল ওই মুংঙাইতবনা পীবুক থম
ৱারী শানিংঙাই লৈখিদ্রেদো তুফিন ভুমিন হম্নরক্লে।
মমুম মৌরব মতমদা থম্বনা মচেমদা হঙ্গথৈ,
পলেম শকপী ইচেমহল, মীঙোম্না লৈবা চৎকনুসি
ইপাগী মরুপনি চঙলুবা ইকাই ফীরুক থুগ্রেদা
পোথাখিরো চেপ্লিরে, অফিং মুংঙাইনা ভুমথোকসি।
ৱাদি অসি হায়রজুনা মীৎলুদা পিরাং চেম্লগনা
মচেমগী মপুবা লাম্নরবদো কমুংথঙ কাথরে।

মচে থম্নুনা কমদৌরি ? শম্লাং কোয়কক্লরিবী লৈশাবী মথোক কায়কপীমিদো। পাংকম্ন নাউকোনবী, পম্ভৌনা নাউম্নোকপী হৌমিন-কান্নুবী পুম্নমক্কি পলেম পম্বোগী মফমদা নাউকে শাজরিবনি; মশাগী মকে শেখতনা চুমিংচুপ্পা মথৌ ওইনরিবনি, মথোক কায়কপগী ঈথক ইরাংদা তাউদুনা লৈনরিবনিদো। মরাবক থংবী থম্বদি পীশক পীক্লা পলেম-পম্বৌনা হন্দোকপীরক্লে, কোয়না য়েংখিবদা কেপে মোইরাং লৈবাকসিদা মাগীনি হায়বা কনামত্ত উখিত্রবনি, মতুনিংথৌ মপুবার নীংথাদগী কোন্দুনা, অহিংদনা পলেমশা, মুংথিলদন পম্বৌ ওই য়োক-চরকপদা নহা ওইবগী ৱাখল পুম্নমক থাদোক্লবী নহানা অহল ওইরবী-নিদে। হৱেংগী কোয়ৌ নোংজাদা মোইরাং থাংজিং হবাউবসিদা মপুবাগী ওইগদবা ফিভম থম্লুবদ থম্বু ৱাজবনা মুখংনথে। চহৈ ৱায়বা চৎচরুই, পীবিরকপদি লাংমনুনা ইকাইবদুম নংলকইদো, কনাগী মফমদা অমুক চঙজক্কনি, মপুবানসু চৎসি মারকদবা লৈত্রে। লায়রবা মচা তোনথেদা! মোইরাংদা লমজা লৈহৈদে, কেগৈদা শম্না হিংহৈদে। থম্বু নোংলেম থোংবঙম কপ্লরে, হা পলেম ইমা ইবেম, নোংদমথীবী নমোম্বু উত্রবরা! হা, পম্বৌ অপোকপা নমোমগী অবাবসিবু নোংমদোলথঙগী অমুক্ত

য়েংথবিরকউগবা! ইমুং শোয়া ওয়াংলগা মোইরাং লাই হয়াউবুংবগী ইচেমগী ইবুংঙো মুংশিংবু অমোংগা চৎংগেইদা শেংপদি চঙহনেগনু ইনথোকখো হায়জুনা লাক্‌না ইনবদু ঐগী ইমৌংসিনা উঝগনিদো। নমোয় লাইবক থীবীবু মতো কয়য় য়েংখো হায়রিবমো? হে থাংজিং লাইনিংথৌ মচু উক্রিঙেগী মমাঙদা নঙ লাইবক চাউবীবু লৌশিনবিয়োগনি!

থাংজিং লাইগী খোজাঙদগী থম্বগী মীকপথোকপদু পুংখগী নাকোং মৌথে। থম্বনা কয়মথৈ কপ্পরগা হায়কেঙ্ং ফং চিংউবদা থোয়েন মঙলানচাদা পুংখ লাক্লে; থমাঙ মচৌদা লেপ্লগা মখোয়বু কৌরকই;—

হ থম্ব, ইবেম, ইপা লক্লে থোক্লো
কয়িগীদমক কপ্পনো ইপাগী লাংলেন ইবেম
লাই থাংজিং হয়াউবদা নপুবাগী চৎংগৈ লৈতে থনবদো,
নঙনা মফম থঙহৌদবনি, ইপানা চৎংগৈ থনম্মি
মোইরাং খোংলেন কাউরবমা, মাগীদা চৎংগৈ লৈকনি
কপ্প তোক্লো লাংলেনমহন ইপানা নখৌ য়েংঙমদে
মপা খোংলেনগীদ চত্তুনা নপুবাগী চৎংগৈ লৌক্রো!

থম্ব মীকপ থ থোক থোকই, পাখো লেঙলক্লে, থুমক মচৌদা হায়জুনা মপুবাবু ইবুংঙো, ইবুংঙো লৌগৎলু, পাখো লাকএ থুক্কমসি হায়দুনা হৌদোক্লুই। থবদু, কদোমদনে ইচেমহন হায়জুন ইফিং ফিংনা হৌগৎলকত্তুনা মচেমগী ফিজি পায়জুনা চেল্লোরকই। থাঙগী নাতৈ কাঙজুনা চাবগী পোয়োন শত্তুনা মাঙ্গোল থোরকপদা পাখো দ কৈরমক্লে, থম্বনা ফনা কৌইজ হায়বদুমঙাই, মাগী খোজেলদু অকাঙবা অমম অথিমাদা তিনখে। পুমনক মংনি হায়না মচৌন-মপুবা থম্লে॥

উরবদা মপাউথেংদ তাবদা কোৱী কৌবী অতোম্বীনা হুংশিবনা খম থেংথে  খংনববি খংনদবনি হায়বা থিদনা হুংশিবনা মরম ওইদুনা—ইদাগী ইবেম হুংশিবী! ঙাইহাক্তং লৈরমথো নপা হৌদোক্ত্রিগে—হায়দুনা চংথে। থোংলেনগী মনাইশিংদুদু তিংঙক ম মঙক লৈরোয়ে। থূদক অদুমক্তদা থোংলেনগী তাংলাই অতোম্বীনা থোংলেনবু হৌদোক্লে। "ইপাবী ইবুংঙো অংৌবা! থোয়ৈন পাম্ব যাহৌরো। নপাম্বি নমোম অমিনা কৌদুম' কোন্নন কপ্লিবা তাব্রবা নহাক্কি?" অতোম্বীগী খব মক চংহৈদ.! অতৈনা হৌদে'ক্লবদি থোংলেন তাবিরোই। অতোম্বীগী খবনা লৈবদ থোংলেনগী মখিং পাঙলকই। "হায় অতোম্বী! করি হায়নিংবা লৈদ্রুনা হায়রবনো?" মরোল শেংনা তমউ। অতোম্বীনা হায়জরকই,—পাৱি নংমোম অনি লাকই  অদুবু নঙগী মনাইশিং থৌরি থুংদবশিংনা ই বিদুনা অহিং নোংথেং ইবা মালেম লৈদা তাদুনা লৈরক্লে। যাইবী মথাবাইংস অমুক্ত কনবিহৌত্রবদি শিবা তারে অঙাং অনিসে। অতোম্বীগী বা তাবদা থোংলেনস্থ হৌগস্তুনা তুংথ যাংথ থোরক্লে। অঙাং অনিদু পুশিল্লকউ, মশক য়েংগে হায়রকই। অতোম্বীনা চেহোয়রক্তুনা পাৱি ইমোম অনিমক! নপানা লাও হায়এ কৌশিল্লয়ে। খম খয়ু অনিম্বু মমাগী তুং ইক্লগে তোবদা খবদি তুংবুমনা লৈবনা হৌগংপা মাক্লে। পলেম মমা অতোম্বীনা চঙশিল্লক্তুনা মচাগী থৌরী থোকথে। মমাগী মতুং ইন্দুনা মচিন শৌপুবা অনিনা পোক্কি পোক্কি চংলকই। থোংলেন মাঙ্গেলদা কমছুনা য়েংলকই। খম খয়ু অনিবু উরবদা থোংলেন মতু থ্যাংও চুংথে। হায় নিপামচা হুপীমচা! নখোয় অনিমক কনা কনানো হায়রুলাও—হংলকই। খয়ুনা মাঙ থানা চেশিল্লক্তনা, নমোম খয়ু কাউবিরব্রা? নপাম্বি খম কাউবিরব্রা? হায়রকই। মিং অদু হেক তাবগা থোংলেন বোং থোংবঙুম কপ্লক্লে। "পাৱি, ইমোম অনিমক! ইপাদি মতম কুইমনথিবনা ইচাবু পূমকাউ কাউরয়ে" অদি হায়রগা

কণ্ডুনা থবনু মথুদাং পাযদুনা চিংশিন্দুনা মওযাক্ত পযথে। ইমুংলোমদা মেংদুনা কৈথোযেথ্বু কৌদুনা হাযরকই,—ইপম্ব'ই ইনেমচা হৌশিন্নরকপী শানৌ কৈথোযেম্বী! থোরকউ লাউ প'খি ইমোম অনিবু পমদুনা পেম্ব পেম্ব চুপলো লাউ। থোংলেনগী বা তাবদা কৈথোযেম্বী ইফিং ফিংমা চেক্লোরকই। থোংলেনবু মেংদুনা কৈথোযেম্বনা হাযদৈজে, ইশাবী ইবুংঙো অথোব! অঙাং অনিসিবু কনানো? হংলকই। থোংলেনগী কপ্প কপ্প খুমগকই,—নমোম থম্বুবু কাউরব্রা ইবেম্মা? ইতম্পঙা ফম্লিবা নপ্রি থম্বসিবু থঙজব্রা? থোংলেনগী বাঙাং হেক ত বদা,—হা থম্ব ইনেম্মা, ইযাদি থঙলুজে হাযদুনা চেনশিন্নজনা কোল্লরে অশুম থৌন কপ্পরক-লবদা মদৈদা থংলেন্ম হংলকই, নচিন নৌপুবানা লাকপদি ঙসি করিবু হাযনিংবব? হাযনিংবতা হাযমু, অপাম্বতা ঙম্মু। থম্বনা হঙ্গংলি,— ইপা ইবুংঙো ঙুংশিবা! ইচেমগী ইবুংঙো অসে মোইরাং নিংথৌনা কৈরোই হজবা হাপ্লিরে। থাংজিং লাই হয়াউবা লৈরাং কংপা চংশদ চৈরেং মফি শেংনবা মতিক চাবা লৈত্রে। পথোদা থুক্নমজদুনা ইচানিংথৌগী শেংননবা চৈরেং বাযজগে লাকপনি। থম্বুগী মপাউ তাবদা থোংলেন্ম কপ্প কপ্প হাযখকই, 'ইপাগী ইমোম ইবেম্ম! নপাদা চৈরেং বাযগে হায়ব্রা? অদু হাযগদবগী শক্কপুদি, হায! থোংলেন অঙাওবা! পাখি নমোম চৈরেং থোনগে থজবা, হাযমু ইপা পেনগে। ইপানা শোযবনি ঐগী ইবালনি।" অসি মতুং তাবদা কৌরৌ নোংমদোল মেংদুনা পুরেম্বু কৌদুনা ঙাইহাক পুঙ্গোই থোংলেন কপখি। মতুংদা থম্বু মেংদুনা ইপাগী ইবুংঙো! অবাং থংবদা কৈরাক লৈবনি লৌরুচো চংজু, ইপাগী কমথক শগাইদা থাক, কমথক্তা তাবু লুবাক অনি লৈবনি। মেথক থংবদু থাংথরকউ, মথা থংবদু থনমউ হাযরকই। থুদক অদুমক্তদা থমনা কৈরাক থাদুনা তাবু লুবাক থাংথরে। থোংলেন্ম তাবু লুবাক অদু মথুম হাংদোক্লে। পুরেম্বনা থোমবা চৈরেং ফিদো থমদা কপ্প কপ্প শিন্নরক্লে।

ইচেমগী ইবুংঙো মুংশিব, ইচিল-ইনুবানা চৈরে নৈতে হায়না বাখ-লিদা পাংথোনা ঐগী মঙলানচাদা লেঙক্লব তারে। হৌজিক্তি পঙৌনা থবিরথা চৈরে পীবু হায়রকসি,—হায়না খম্বনা মপুবাদা হায়রে।

খবমা খুম্লকই,—চংলগুমদি ইচেমচল, ঙসাইদোনা চোপকনি। নৈপুজন শল শাবা মো থোংবা হৌনদে; ইপা নঙনা ইপা শাক্লবা মুংশিরম হৌনদে।

তোপন্থ ইবুংঙো, লোয়দনা চৈরে কংগনি হায়দুনা মপুবাবু মখুদাং পায়দুনা খম্বনা অমুক পুখোয়রে। পঙৌ থোংলেনগী থাঙ্গাল থিবদু মতুম কুইনা চঙথরে।

থো লেনগী থোক্লদা লেপ্লদুনা খম্বনা কৌজরকই,—ইপাগী মরাই কন কনা নৈবগে? থোঙগী নাটৈ কাঙবিয়ু, নচল লাইবক থীবী লাকচরি।

থোঙশঙবা নিপা তম্বামঙানি। অমনা খুম্লকই,—হায় কনা কনানো? থোংলেন মচা পোক্তবু ইপা কৌরিবা কনানো?

খম্বনা খুমই,—ইবুংথোয়, ঐহাক পঙৌ থোংলেনগী মচা অহলনি, পঙৌ খুক্লমব লাকচবনি। থোঙগী নাটৈ কাঙবিয়ো অতুগা পঙৌগী মখমদহ মমেল খম্বু লাকচখি হায়না খম্বা তাকপিক্ল।

হ য় পুপীমচা চাহীবী, অমুক হম্বু হায়খিরে। খুনা চংথো চংলু—থোঙশঙবশিংনা খুম্লকই। খম্বনা চত্রদুনা হম হম চঙবা মাননবা তক্লকপা অতুগা থোঙশঙবা হঙবা অদুনা, মসি মাঙোইদোবি পুন্ন হায়না লাউরক্লে। মচেথু পুনখিবা তায়ে হায়না পাথংচবরা খম্বনা হায়জরকই,—পঙৌগী মনাই অকনবশিং, পুনফম থোক্লনা পুন্নবদু ইচেম তৃপীমচাদি পুনবিগদু, তোম্বা ননাওবু পুনবিয়ু।

খবগী বাঙাও তাবদা,—এঃ হয়ানবা অমমু মাঙখিনা! মাদু হায়বা শায়কইবে, পুন্নহে মসে — হায়রদুনা চেথোয়রক্লে কাঙবুদো। খম্বনা

খম্বু য়েংহুনা হায়, ইপাগী ইমোম ইবেম্ম ! মমানা শেংলম্ব চরৈ লৈরে; মখুৎমক্তা লৌথোক্লো! খম্বনা চঙশিল্লক্তুনা মমানা থোক্লম্ব চরৈশিংহু মখুৎমক্তা লৌথোকচরে। "কৈথোরেম্বী! নমোমগী চরৈ শেংপিয়ু। পাবিগীদি ঐনা শেংকনি। শক-চুগা চানবরা য়েংগে।" খম্ব খম্বু অনিমকপু শেংহল্লে, ইনহল্লে, শিহল্লে লিক্লাং পরেং! থোংলেম্ন চেংলৌ শক্তম উবদা পোল্লহুনা কপ্লক্লে। পাবি, ইমোম অনিমক! পলেম পহৌমক্তি লাইম মানখেদ্রা! নপামা পুন্সিরমদব' পংলম্ব পুন্সিরমদবা নথোয় অনি পোকপনা ওইরবোয়! অসি হায়না কপ্লগা কৈথোরেম্বীগা থোংলেনগা চঙল্লুনা মচা অনিবু অগোই তখিবা হৌগংলক্লে। অগোই তখিবা লোইরহুনা, "নথোয় অনি হল্লো, মতম থেঙখিনি লৈরাং কৎপা" হায়হুনা মচিন মৌপুবা অনিসু হলংনখ্রে। ময়ুম হেক য়ৌবগা মচেম্ন চাক থোংগৎহুমা মহুনিংথৌবু পীজরে। খম্বসু তরা চাবা লোইবগা চরৈ মফি শেংহুনা থাংজিঙ লাইগী মায়দগ তমহুনা থোঙশাল্লক্লে। খম্বনা লম্বেলদা লাকপদা মবাই কৈরোইজাম্ব মোইরাং চাউবনা, নশেলগা চংমিল্লৌ হায়হুনা থারক্লে। মশেল মবাই অনিমক লৈপোন অময়ম্ পায়হুনা থাংজিং লাইবুঙ পাংলক্লে।

মতম অসিদা মোইরাং লম্বেল মপান্দা থোংনাং পাম্বী মথোঙদা লৈশাবী অমি কমহুনা লৈরম্মী, অমনা মমোম লাংলেম ম্না ইবেম্মনি অমনা সেম্লুনি। থোইবী সেম্লু অনিনা অয়ুক ওম্না থোক্লরকপা কবি ময়মগীনো হায়বদা খবনা থাংজিঙদা লৈ কৎপা কায়কপদা লম্বেলদা চংমিল্লহৌগে হায়হুনা ঙাইরম্বনি। মশেল মবাই অনিমা লাকপহু থোইবীনা উবল্লুনা 'সেম্লু! চংলসি, নবুংঙোথোয় লাকএ" হায়দুনা অনিহু তপ্প তপ্প চংপা হৌরক্লে। খম্বা-মশেল মবাই থোঙথাঙ্ কম্না লাকপগা অনিহুনগা তপ্প তপ্প চংপগা অম্নম অম্নম নকশিল্লরক্লে। কৈরোইজাম্বা মপাগী মচানিদা! উগী উহৈনি, শিংহৈদা! অনিগী

মাইবীনা মাইবী নহা য়েংহুনা হায়রকই,—"ইচাশা। নখোয় অমা চত্রু্না নোংবান হায়বা মুংশিদবসে, মাগী লৈপোন ওক্রুচো" নহা অমা খোয়ক্তুনা ওক্লরে। থাংজিং লাইমাওদা পুশিন্দুনা লৈয়াং অদু থম্লরে। চকপা লমলাং মাইবীনা শরীক চুমতাও পায়হুনা ওাইদা লৈ কংলক্লে। লৈ কংপা লোইরবদা নোংথায় মাইবীবু য়েংদুনা হংলকই," লমলাং মাইবী ইমা! নোংবান ঐনা কংপা লৈ থাংজিংনা পামদে হায়ব্রা?" লমলাং মাইবীনা খুমকই, "পাম্রি নোংবান! পুক্রিং শেংনা কংপমাক্তে, লাইনা পামহুনা লৌথে। পুথে। লৈয়াং অসে। শিংওল কংপা লোইরে। নিংথৌদগী হৌহুনা মীয়াম পুমমক থাংজিংগী লৈমল য়েক্রুরো।" নোংবায় লৈপোন্দু পায়হুনা নিংথৌ গা মাও তয় চওলক্লে। লাউজরকই মপাউনা ঐবু লোইবা ইনিংথৌ! নহুধো থাংজিংগী লৈম- মৌবক্তি, মা মিংয়েং তাবিয়ু। নিংথৌনা হায়রকই, "ভুমু নহাকী লৈয়াং অসি করি মমিং কৌবগে?" অসি হায়না হংলবদা নোংবায়— "কোংবাংলৈ কৌই ইনিংথৌ" অদুম হায়না খুমই। নিংথৌনা মোংমান নোক্তুনা "নওগী লৈয়াং অসিদি থাংজিংগী লৈমল ওইরবনু অতৈ মফিক চায়রোত, পানা খুদপসে ভুমু নওনা চাজরো" হায়হুনা নিংথৌ গা মখুৎমক্ত নোংবান্দ পিজরকপা নোংবায় কিগাও শানা মাক্তে। অসিগী মতুংদা নিংথৌনা চৎলো চৎলো, অতৈদা। লৈয়াং লৈমন লানজক্করো মা মাথংনা হায়রকই। নোংবানদু লৈপোন পায়হুনা বাক্লোল নিংথৌদগী হৌহুনা নিংথৌগী লৈম ইবেম্মশিং যুবরাজগী তালোই ময়াম শিনবা থুংনা য়েনথে। থোইবীদা লৈয়াং লানগে হায়হুনা শোয়াগা লোয়ননা নোংবান চওলক্লে। থোইবী সেহু অনিম্ম নোংবান লাকপা উহুনা বাতাম্বা হৌরকই! নোংবানসি লাক্লে, মাগী লৈসি লোইনা লৌশিন্নসি"—অসি অহুক তাম্বরপা নোংবান য়েংহুনা হায়রকই :—"অঙোমগী নোংবান কোংয়াংবা থাংজিংগী লৈয়াং লৈমন্দো থয় য়ায়া হায়ন্দু থবাইনা য়ায়া পামজৈ।"

নোংবান হয়াওবদা লোইথ্রুবা থোইবীগী চয়ৈ কিপাওদা লৈপোম্বু হাংদোক্লুবা লোইনমক হৈথরক্লে। থোইবীনা লৈয়াংশু কিদা মথক্ত লোইনমক থাদরে। মহু খিবিকপু থাংজিং লাইনা উথিহন। থাউথি হায়। থাংজিংগী পুক্রিংদা সিংথোগী মচা মাইতৌবী, ঐগী লৈমন থওইদবগী দোষনা কবোদা নোংমতং ওইরবশু মোবগেদো, হায়থি হায়। অসোয়বনা থোইবীনা লৈয়াংগী মহুৎনি হায়দুনা পানা খুদপ অমা লেপ্পু পীংলি। অসিগী মতুংদা নোংবান মকয়াংদা হনজিল্লুনা কয়খ্রে।

মতাং অহুমক্তদা অঙাং খম্বু "ঐহু লৈয়াং কৎপুরগে" হায়দুনা থাংজিং লাইশঙ ত্তয়ক্লে। থাংজিংগী চুথি মালেমদা লেপ্লগা, নমলাং মাইবীবু কৌরকই,—"হাঃ পলেম ইবেম। ইমা মাইবীবু লৈতব্রা? তোমবা মচা খম্বনা লৈয়াং কৎচগে পুজরক্লি। করাইদা থমজোগে? তাকপিয়ুগবা ইমানা।" খম্বগী মপাউ হেক তাবদা নমলাং মাইবী থম্বোই কাথনা হুংশিদুনা হৌগত্লুনা চেনক্লে। খম্বু থেংদুনা হায়রকই,—ইমাগী ইবুংঙো হুংশিবা। ইমানা নঙবু তাইবনি। লাউ, লাউ, ইমানা ওক্লে অসি হায়দুনা লৈপোম্বু ওক্লুনা লাইহুৎ তয় পুশিনখ্রে। নমলাং মাইবীনা হায়রকই, "ইমাগী ইবুংঙো! নবুথোদা খুকমউ. ইমানা লৈয়াং কৎলগে" হায়রবদা খম্বু লাইমাঙদা চৈহু তাবত্তম ফুখ্রে। খুদক অসিমক্তদা অসোয়বদা থোইবীনা উয়দুনা চঙশিংলক্লদুনা থরকই। পুক্লিং মতুং ইন্দুনা "লেহু! হৈয়াং থজিক্তং লাওউ। থাংজিং লাইদা কৎলুসি।" মপু মনাই অনিশু পুথম শেঙ্গা মথক্তা হৈয়াং থয়া থেনপংলে। মহু পুহনা মপু মনাইশু লাইশঙ তয় চঙলক্লে। থাংজিংগী দাড়ি মালেম কায়কপগা হায়রকই,—"ইমা মাইবী! লৈয়াং কৎপিয়মথিহু;—হৈয়াংগা পুয় কৎপিহু।" নমলাং মাইবীশু তাইহাক পলে। ইবেম্মনা হৈয়াং অহু লাইগী লাইমাংদা থম্লে। মাইবীশু শরীক পায়দুনা লাইদা হৈগা লৈগা কৎলক্লে। মতাং অহুবাইদা চৌংথ্র কাহাবেল মাবুংবা থোইদুবে

খোইঁদুম লাইদা কৎপদ চৌংঙু পুক্রীং হৱরৈ, শিঙেল মাগী মপোকথা শক্তিবু লাকরেন ঙাইরম কোংবা লৈথোং ফাংপদা য়ুমথোং খুদিংমক থোরকৈ, চৌংঙু লাইদা কৎলগা খোয়ুমগী লৈমন অরেম্বু ঙাইরংশিংনা ফংবদা পাইমা পুক্রীং চাউখৎলৈ, অহন মতম ওইরবা শিঙেল মাবু চিনবদা পুন্সি মচেং পাংবলৈ, মীংচোলশিংনা চিল্লগা তুংশি রাথম খোকপলৈ, পাথংশিংনা চিল্লগ লৈকায় কোইন পাইল্লুংবা শকথংনবী হুজাদা লম্নিংবা লৈমাংনি, লৈমাংগী হোমকফম, অদুগী শোইবোম কোবী চেক্লানা পোনবী চেক্লা মমাম কোইহুনা চেক্ল মমাম চাকথাওথি, চারমদাইগী মতমদা মকোক ফমগী দমক্ত রাথোক অমদু ওইথি হায়, অদো অচোবা চেক্লাশিং পাইরক্লবা তিবকু মকোক ফমগে হায়থিরে শেখাং, মকু, উরোক, কাক মথোয় মরি অসিদ ফমফম মকোক ফমগী দমক্ত যুমশ। সেখংনা হায়রে, ঐনা থবাইগী অহলনি চহি মাম্মা পুন্সিরগানে ঐনা মকোক ফমগনি। মকুগা উরোক অদিংমা কাম, শেখাং অশিশক নপাঙলম লৈতবা নশকম পীক্ত থীরবা নহাক মকোক ফমফরাই, নংবু হনবা ঐথোয় অনি লৈমি, ঐথোই অনিগী মরক্ত মকু ঐনা ফমা নত্রগা উরোক্লা ফমা য়াই, নশকম অদুক থীরবা নপাঙলম লৈতবা নংগুমনা মকোক ফমগে হায়রবা নত্তিক লৈতে হায়রকই। মকুগী রাঙাও তায়গা শেখাং মমাম ওাতনা শাউরকই, কাম মকু হায়বা মীংলাওবা, নংমা কয়া ফজবা হেনবগে? নমীংমক্লা লাওথিবা, তুংথিন্দ মপান খোক্তবদি নচং ফত্তহুনা শমদবনি, অহিংদা চাকাথা তুংথিন্দ মাহিম মংবুদি ঙাইবংমা ভুকচনা কিবনি, অকিং থেংলবা মতমদা উক্লোংদা নাচেবা নংবুদি ঐনা চহি অল্লী। অস্তুমক্তৌনা থংনমিতৈদা কাক্ত লাক্লহুনা হায়রকই, মথোইনা থংনম্বিবদো কাক ঐনা মাংমোই, নথোইবুদি চহি ঐনা হনবা ওাকনি, কাক ঐগী পুন্সিদি লাংমচক কৌবা য়ুগ অহুদগী ওসি ফাওবা পুন্সিরক্লবনি, ঐনা মকোক ফমগনি হায়রক্লে।

কাকী বাঙাও ভাবদা উরোক্ল থুমলকই, মায়োইদা কাক মংবা মকোক কথদি উলোক ঐগী থবাইনা লৈরিমথৈদি মাথোই, মকুপা ঐগদি হৈয়া চক হায়বা যুগ অহুদগী শীরকতনা ওসি কাওবা লৈয়ীবা অসিনি। মথোই মশিবু য়েংহুনা চেক্লা ময়ায় হায়থি,—মথোই মরিমক থংনদুনা কায়দে শুরুগী মাঙ চত্নুনা হংলুবো হায়না থাথয়ে, মথোইশু শুরুগী মনাক য়োড়ুনা হজংলয়ে, হে গুরু ভেংবাংবা মপুও, ঐথোই মশি অসিবু চাৎ ঙমদ কনাবো তাকপীয়ু হজংলবদা, গুরুনা হংলকপদা মথোই মশিনা থুবগী মতুংইমা লেখাংদি হরিচন্দ্রা পোকপা ওইরগে মকুপা উযোক অনিদি হৈয়াচক্ত পোকপনে ক্কাপ্তি লাংমচক্ত পোকপা ওইরগে। গুরুনা,—হ ই, কাক মংদি লায়ে মতোক ফুকপা তায়ে হায়দুনা গুরুনা কাকী মতোক পু ফুক্নুনা পায়েল থক্তা থাঙ্গংলগা থমথি। মথোই চেক্লা মরিম্ম ক্ষমথেু। গুরুনা থমলিুবা কাকী মতোক অতুদি লোইদাম থা ওলকপদা মাঙফদবা ওইথনা লৈয়াং অসি মপাম্বী চৌয়ে। অমুদগী অমুক লোইদাম থাবু ওলক্লবদা লৈবাং মশি তমহুনা শাংপবু শিজেল মচুম্ম মুনা শাংলে গুরুনা শিজেল মংদি কাকী মমীংবু লৌ হায়দুনা লৈয়াং মশিবু কাকলৈ হ'য়না কৌথি হায়।

ইনিংথোমা অমুক মথা তায়কই,—

অচানবা, অমগন্থু হংথিগে লৈবাং মমমদি মুংশিবা মওংদি লৈত্তোন ওইবা অশিবু করি লৈবু কৌবনো হায়মুদা ? থবনা—ইনিংথো, মসিগী লৈয়াং অসিদি বণকুপলৈ কৌই হজংলৈ। কমিলুংগীবু মণকুপলৈ কৌবনো হায়মুগবা অচানবা? থবমা হায়ৈজ, ইনিংথৌ অতুডৈদা গুরুনঃ মপারি ইবুংঙো কুপরেং সেনত্রেং অনিবু মপাবু মশক থংবয়া অমম্ভং মথৌ য়েংগে থম্মুনা কুরুমচৌংদগী মণ অশিবা ওইনা শায়োন ভৌহুনা তাউ-থয়কথি। অহানবদা কুপত্রেংগী থোংঐা তাকমদা পনথি। অতুদা মপারি ইবুংঙো কুপত্রেংনা গুরু শায়োনবু থংদবনা মণ অসিবু ইমথোকথি!

মিরেলনা ওইদা লৈরম্লগা, য়েংথংবদা চঙলে। মপুগী মিরেল লেংহৈরে।" অহুম হায়না তাকপিরে চাউবনা! খম্বনু মমাননা তাকপগী মতুং ইন্দুনা সনা কোকলেন লুরংতোন্দ থোগলক্লে। মপু ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌনা মাঙদা থাদিবা মিংশেলদা সনা মিংয়েং তারকপদ:—পুরেলনা থেংপা লৈথেংকম ইকায় কায়দনা থেংনখী। মতু উরগা মপু ইবুংঙো মইরাং নিংথৌনা সুংগি মিকপথি সনা যাথংনা "চদাইবেম খম্ব! নহাক পোকপনা মপা পুক্সিরমদবনি। নপানা থেংপা লৈথেংকম কায়দনা থেংপাদি নিংথৌ ঐনা লোইনা শঙলে। হৌজিক্কি ঐগী সনা মমথাঙ অসে লৈয়াংগী মমল ওইনা লৌজরো পীবিরে।" মপু সনা যাথংনা, চংলো, চংলো, অচৈবদা লৈয়াং লৈমলসে লাক্লুয়ো. হায়বিরম্বনা খম্বনু খুঙম্লগা থোরক্লে। মনাও ইবুংঙো বাঙ্গোল নিংথৌদা শিঙেল লৈয়াং লৈমল লাবনা চঙলক্লে। "মনাও ইবুংঙো বাঙ্গোল নিংথৌ! মবুথৌ—থাংজিংগী লৈয়াং লৈমল লেঙলক্লে। সনা মিংয়েং তাবিন্নু হায়জরকই।" মনাও বাঙ্গোল নিংথৌনা লৈয়াংগী চেংলৌ য়েংলকই। লৈয়াংগী লৈশেম—লৈওং য়েংবদা মমোমগী থুক্তা মানপেদা হাবচুনা চিংনবা অমা যাওনা হংলকই,—অমুম লৈগী লৈয়াংসে, শিঙেল লৈশেম কমানা শেমই? অচুবা বা হায়মু।" মপুগী যাথং তাবদা খম্বনা খুমজরকই,—ঐবু লোইবা বাঙ্গোল নিংথৌ ইবুংঙো! ঐগী কনা লৈজদবনা ইচেম মীয়ক তিম্বীনা শিঙেল লৈওং শেম্লে। মনাও ইবুংঙোনা, নংগী মচেম মীয়ক তিম্বীনা মশি শেম্বনৈ? হৈরায়াই, হৌজিকমক শেংনা হায়দোকউ—ইমোম লাংলেনা শেম্ব খুৎতা মাজি হায়রকই। খুমকম থঙজ্রঙনা খম্বনা খুমজরকই,—"মথঙ থনবা ইবুংঙো! নমোম লাংলেনবী থুক্তাদি ইচেমনা শেম্বদা মামগনি নিঙথৈ। মনাই ইচেম লাইরবীনা সেবক্কি, মমা ইথেম্মনা ওয়াদি।" মনাও ইবুংঙোনা অমুক হংলকই,—কয়ম মতমদা মচেম লাক্লমা ইমোম লাংলেন্দা তমথিবগে? হায়য়ু। খম্বনা খুমই,—সমা দঙ্গাইদা লাক্লা

ভাকপিরকপা মাথং মতুং ইমা খম্বনা মপা পুরেম্বগী লৈরাং লৈহন ভমথে।

খম্বনা লৈ অম্ম পুজুবা কাইনথংদা সনা ইবেম্মা থোইবীগী মনাক্তা য়ৌরক্লে। "সনা ইবেম্মা! নহুধৌ থাংজিংগী লৈরাং লৈমল লেঙলক্লে, সনা মিংখেং তাবিয়ু" হায়রকই। সনাগী মিংখেং তাবগা লৈতোম অমত্তমক মরোথি। শিংজ্ঞ মাগী মমল—চৈঃ ফিং খম্ববু কুম থুংবা অমগী মচাদা তরেং-শেনজা পুন্দুনা কুপ্লরে। ফিদোল অহূ শেনজা পুমবগী লুহনা, মালেম লৈবাক্ত শোরে। মহুবু ফৈরোইজাম্বা উইগা মোকফেং তোজুনা হায়রকই—"শেলোয়েন ইবুংঙো নোংম্বাই! অপাকপা ফিদিমা মঙগী ওইয়ু -ইবাইমা নতুং ইমবগী অৱামংদ 'ফদোনগী মতুম আদি ইবাইদা পিয়ু।" খম্বনা "ইব ই ইবুংঙো'! অপে কপ ফিদিম্ব ফিদোলদগী অদিম্ব কন্দাক্ত নপেলগী পুজিনা লৈখিবনৈথ থাদোকচংরাই" থুংজে। ফৈরোই-জাম্বনা মোক্ল নোক্ল হায়রকই—"ফরে, ফরে শেলোয়েন! পুজি তোলোই য়োত্রিফাওবা থাদোক্লোই হায়বদে। ইবাইনা শাক্তি ওইহৌরে।" অমুম হায়না মশেল মবাই নোকফেং-নোকফেং তৌদুনা কদোক্লথি।

অসিগী মতুংদা মোইরাং চাউবনা সনা মাঙদা হক্কওলকই, "কেগে নিংথৌ, লৈবাক মপু ইনিংথৌ! কুমসি নোংমা হয়'ওবা অসিদি মবুথৌ কুমৈ চাউহনসি, সনা নোংপখিয়ু। তুব্বা—বাব—জগোই থুনমক পাবা পামজরে" চাউবগী বাকমদু তাবদা লৈমা নিংথৌ অনিমক লেঙথোক্তনা থাংজিং থৌগনখে। মথা তাবদা বাক্সোল নিংথৌম্ব তালোই থিবিক পুথোক্তনা থাংজিং থৌগনবা লোইখে। খোংলেনগা কৈথৌয়েবীগা, চাউবগী তালোই থোক্লাগুগ থাংজিং থৌগনবা লোইখে। অমুম মথং মথং ফমাইব' ফমাইবী মরাম থৌগনবা লোইশিনখে। অমুগী মতুংদা চাউববু মেংজুমা মোইরাং নিংথৌনা ভাকপিনি,— "ইপু চাউবা মোংথোল! মথাগী কুমৈ করিনো?" অসি হায়না কংলক্লবদা চাউবমা থুমজে,—

"ঐবু লোইবা ইনিংখ্রে ! প.পং শরিগা মো হাতম্গা ; লৈশাবী শরীগা পাথং শোইনৌগা, থাংজিংগী খোংগনজহনগে।" নিংথৌ সনা য়াথংনা,— "করে ইপু ! মহু য়েংলসি" হাথজুনা য়াথং পীরজুনা পাথং অমগা লৈশাবী অমগা, মো মহা হন্নফগী অমগা পাথং শরি অমগা খোক্তনা পুম্ন পুম্ন অগোই শানরক্লে। মদুনা তাইহাক কুমৈ অমা ওইখ্রে। মথোংগী অগোইদুম্ন লোইরক্লে। মপু সনা থুংবদা চাউবনা চঙশিন্দুনা হক্সংদৈ, "মসিগী মথা তাবদি—ফুরালাগী পাখ্রাগা নায়ানথৈন্তগী লুখ্রাগা পুম্ন অগোই শাহনগে, সনা মিংখেং তাবিয়ু।" ফুরালাগী প খ্রাদু মখ্রাংদা তবোং য়েংশিল্লে, নয়ানথৈন্যগী লুখ্রাদু চটৈ মথক্ত থরাংখেব লেংখ্রে। মাগী মাগী মপা মপ খোক্তনা অগোই মপুং ফানা শ য়রদদু ওয় অমুক লোইশিল্লে।

অসিগী মতুংদ নিংথৌনা চাউবদু য়েংজুনা অমুক হংলকই,—"ইপু খোংখোনবনা শিনব কুমৈসে ফুংতাইখ্রেদা ; মথাদা করি লৈরিবগে ?" মপুগী পাউখুম ওইনা চাউবনা, "চন্দুলক্ত লৈরিব মযোম লাংলেন্দ মতামরে, পাথংলক্ত লৈবদু নবাই মেমৈ লাংবা থবদ মতামরে" খুমমৈ। নিংথৌনা অনিজুদি শাবা য়াদবগ্র ? হংলকই। চাউবনা "সনা খোংগল ভৌবদা নবাই লমজা মতিক চাদবরা ওয় থরজরি" খুমমৈ। মপুনা "লাইগী খোংগলদু করি অকায়ব লৈবগে ? কুমৈ য়েংশি ইপু" হায়রকই। সনা য়াথং তাবদা থুনা য়াতনা চঙলক্তনা সনা ইবেম্মদা হক্সংলরে,— "ইবেম্ম ! মপান ইবুংঙ্গো সনা য়াথংনা লোংয়াই মেমৈ লাংবগা অগোই শাউ, তাকপিয়ি।" সনা ইবেম্মনা খুম্নকই,—"করিমোদা ! অগোইবু, তাম্ন-খোংনবদু লৈতনা অনি পুম্ন শ য়গা ফোয়েন তান্ কায়রকওইস্রা ? চাউবনা "তানগী মবেম্মন শাবদা ক য়রবদি কাম্নজরবা হায়দুনি" খুম- ময়কই। অসিগী মতুঙদা চাউবা অমদি খোংলেম অনি চঙদুনা থবগীদু মতিক চাবা ফিজোল লাওবা লোইখ্রে। সনা ইবেম্মদু মমা অতোপ্পীনা

সেন্থুগা লোইরম্লুনা শেম শবা লোইশঙ্গ থাংজিং লাইমাংদা পুথোরক্লে। খম্বসু চাউবা থোংলেন অনিনা য়েংকা ওইগা চত্তুনা পুথোরক্তুনা লাইগী লাইমাং য়ৌরক্লে। চাউবনা খম্ববু মনা ইবেন্মগী ওইরোম থংবদা পুশিন্নরমই। থোংলেন্না মচু উবগা য়'য়ো'ই, য়ায়োই হুপীগা নিপাগা অগোই শাবদা নিপানা ওইদা নৈবা তৌনদে হায়রকই। অনিনা য়েংনরিবা অদো য়োইরাং নিংথৌনা উত্নবা লাউথকই,—"ইপু চাউবা থোংলেন অনিমক! য়েংনরগনু। ইদাইরেম খম্বসু থুমন মনা ঈনি। কাবদনবা শাবদা অয়াম্বা করিস্ম থোক্লোই।" মনা য়াথং তাবদা—খম্ববু মনাগী য়েঙ খমখে। খম-থোইবী অনিগী মরক্তু থম শাংনা—কায়ে। থোংলেন্না য়েংব হুংতাইরনবা, ওইবোমদা থম চঙশিন্নু, পাশি হায়রকই। খম্বনা মপাগী য়া তাবদা থোঙথাং অনি থাংজিল্লি। থোংলেন্না অমুক হায়রকই "থাংলিনে থম চঙশিনথোনে লোম্পোক!" খম্বসু থম চঙশিন্নগা লেপখে। অনিগী মতুংদা পুঙরৈবা, সেনরৈবা, পেনাথোংবা, ওয়মক থোরক্তুনা অনিগী থৌগলগীদমক লাকখে। অনিনা শাবা অগোইন্নু কণবদা অঙকপা ওইখে।

মৈরাম পুরমক মমিং কুপ্প কাউখে, মরা পুমকা কানখে। অসুম তৌরিরৈঙ মতমদা তাবোক্লোমদনা কমদৌরি—লোংবানগী মচল হুপী তোরো কোৱী নৈশাবী কুমৈ য়েংগে চঙলকপনি; মৈরাম অচুনা কুক-কুক ইরনুনা চঙকম নৈত্রতুনা মপান্ন তাওতুনা কোয়চেল চেন্নকই। তোংতক তোবা নৈতোং অমদা মমিংদি মুক্তার কোবা, নিপা অমা লেপ্লই। শাবান ওংবানদি মুক্তার হায়বসি নৈবান্ন পীকই। মথবাংনা পাকই, শেত্রান্ন চেংই' কুচুদি উমুং নৈচাকপদৌনা মুই। কপ্পাক কোতক তৌই। মানা তোংতক তৌবদুদা লেপ্তুনা য়েংলুনা নৈবসু তোয়োনা মী ওইনা উকল্লে। "অস, মায় কথা মকম অমা নৈ-র" নিঙতুনা তোয়োনা মুক্তারগী কথ'ক নেংতুনা কায়কই। মুক্তার অচুংসু মানা তৌরিবসু তাদে। কবি

মরম তাদবনো হায়বদা মীহুনা চীমমবনা, মী চিমমন্দুনা খৌবনি হায়দনা খল্লি। মুক্তাম্বগী কল্লাক্ত লেপ্পুনা তোরোনা কুইম্ম য়েংতুনা পানা মতপ অমা উল্লকপবু খব খোইবীগী কুইম্মে য়েংবদা ময়া কাহুনা য়েংবদা পানা মহি মোংশিনবা কাউংলোহুনা থামাং মচিদা চেম্বরক্লে। মহি অহুনা খব লৈত্তনা মুক্তাম্বগী নরাক্ত লেম্ফুদা তপ্! তপ্! হায়কই মুক্তাম চেত্বরক্লিবক্ত খঙদবনা "হমাং শোংথুদা" হায়হুনা তেংথ কই। তৈতেংক্লবা ফিজেংকু মুক্তাম্ব উবদা তাংশং তাংকই। মুক্তাম্ব "কিঃ কারিনো মামদি!" হায়হুনা খাল্ল। মথক্লোমদা য়েংশংলকই। তোরোন কল্লাক্ত লেপ্পগা কা উল্লবক্ত উবক্লে। মুক্তাম্ব শাউরদুনা—"হায়! লৈশাবী কয়ং ইনবী! করিগীনো মীগী কল্লাক্ত লেপ্লম্বিবদি?" হায়রকই। তোরেনা খুমফম খঙলক্তুহুনা ঈফিং চেক ফিংনা খুমকই, "তাদ মুক্তাম, শাউবিক্ত, হৈবোং মর ওইরবোদ নিংলুক্লে! নচলগী কুইম্ম য়েংকম লৈজক্লে। য়েংকমসি ঐ খাদোকচম্বরেই, পানা মতপ সিমতং হায়বিয়ু।" পানা মতপ্তুমা পীবদা মুক্তাম মবুক ফত্থুদা! হয়াউ করাও মংজরো হায়হুনা তোয়োবু মক্লাক্ত অদুম লমথে! খুদক অসিমক্তদা তোর্বংদগী নোংলৈ মুংশিং অমিনা য়েংন য়েংন চয়ক্তুনা থাজিং লাইশং য়োরক্লে। খব খোইবী অনিগী চৈরে মকু খঙগী নিংথম চৈরে, হয়াউ কি লেজক কোথা শাবগা সনা ইংবম্বগী নমথাং ফিদোনগা নোংলৈ মুংশিং অমিনা কিশিল্লথে। অনিগী লৈন খোংনবা জগোই শাবক্ত মমাতোম য়ায়রোই উল্লদুনা কমানী শংলাকপন শাবা থাক্ত, ফম্বংজি ফিগোই চনবা থাক্ত কাডি খুংত পাযহুনা অনিগী ফিদোল অদে মমাতোম কনা উহনদনা ককথে। তৌরিবা খোদোক অচুমাক্তি চিংত থাংজিংনা মনাই অনিবু লৈপুননি হায়বসে খঙহনগে হায়দুনা তাকপনি। তদুম জগোই শাবিতৈ মোইরম্বাই মালেম অভানবক্ত মরাং খোংনাং মখাং পাংথে। মপু সনা মাখুংবা, জগোই মতম থেঙনলে, লোইশনো হকুম পীরকই। জগোই

থুদক্তা লোইহনা লাইগী কোমকল থাইকল লোইশিল্লে। অসিগী মতুংদা কেপে লৈবাক থিবিক, অতম অৰোৌ থিবিকস্থ মধুম মায়কৈ পাংবখে্। নিংথৌবা চাউবদু ঙেংহনা হায়রকই,—ইপু চাউবা। ঙসিদি লাইয়োই ওইরে, মীগী কুচৈ করি বাংলি ?

চাউবনা খুমৈ;—লাইগী থোদোন্ ঙসি লাইরে। হয়েং মেমদগ্গা হংচিং হায়বা ক্নুমিংতুদা লমজেল তায়বা কুশৈ ভৌগলি সন্দা কোদুংদা।

---

মোংবায় লাংথিবা লৈশিং অসি ওক্তাশিংবা মথাগীশিং অসিসি হায়বা তাকশিন্নই ;— ইঙা পামশরৈ, থৌবী হুক্তাৰৈ, শিজেল কূথাপলৈ, কোংহাংলৈ, থাইপরৈ, নাওইদোং, ৰণকুপলৈ।

---

## লমজেল

চুমিদাংবাহি থোংজেনগী মুমদা চাউবগা অঙৌব অনি ফমজুনা বা তানখি। "ইতাও চাউবা করম তৌগিগে; পাখি ইবুংঙো নোংমাইদি মামা পোকপগী লমজেল চেল্লিঙি। ঐথোয়গী ইমিংংসু উট্রি। অদুক চেল্লি অদুক চেনদে হায়বা চাং অমতংদি লেংথোকপা তৌ।" চাউ'না খুমই,—চুপী ইতাও! নঙগী নমাই তরামচাগা লোয়ননা মাংজ্রেল নোংমাইগী ফুরালাদগী লমদমজন্নসি। থোংলেল মনাইশি'দা মাং পিরক্লে। "তঙ্গুম মথোয় তরামচানক চংলো, পাখি ইবুংঙো খঙ্গগা মথোয় ফুরালাদগী লমদমমবো। মথোয়না লমদমবনি হায়দুনা কাবক্ কাবক্ চেনগল্লবা লঙ্লে, ঐগী মাঙ্গোলদা তৈরুম অমা পুনগনি অমঙথ ইবা নিপানা তৈরুম অদু লৌজো।

তব তরামচা অদু খঙ্গদা লোয়নন ফুরালা তঙ্গলক্লে। ফুবালাদগী লমথাবুং মৌরঙুনা 'স্ব' হায়দুনা খানরক্ লক চেংহাঙকপগা নিপা তরামচানা খনখি,—খরাসি লমজেল থোকচনসি। ঐথোয়না থাইরগা অদা তৈরুমরিবা তৈরুমহু লৌগনি। অঙ্গম চাংনা পাঙ্গল লেক্কু চেল্লক্লু। অতাং খবনা খনবা ব খঙ্গদি মতু লক্লে, ইপাগী মী কয়া মচা অসিবু কয়ামুক মপাঙ্গল কমবা ওইরিগব! অসি খন্দুনা পাঙ্গল লেংইনা পুথোক্লে। পুক্লিংবা নিঙবা মতুংইন লমজেলদা তরামচানা খঙ্গদগী অসুম অসুম চেনগংখে। খঙ্গগা মথোয়গা খর থাপ্পরক্লবা মতমদা হাংনরক্কই মথোয়না, মরাপলোই! মেংউনসে; অসিগুম্ব মচা নিপা অসিবু নাংবানগা লমজেল চেনহনগনি নিঙলিবা থোংলেল হাঙাওনি। মচা নিপা অসিদি পাঙদবগী জাৎতা লোইরে, মীরৈবাক থগত্তম মাক্লে। মনা খুনিংমুক শাংবা খগ, নোংজু সুংশা খাঙবা তৈরবা খগ, মরুক্লা চাউখিবদি চাখিবংথৈ খক্ত্রবা

মশা, পোকপা ফুকপা ঙসদম মশা অদুগ প্রেম ম্রি। মচু হায়না ঙাওয়ৈ। ঙাওনরিবা ৱফমদু থম্বলু হায়রক্লে হায়রক্লে ঙাংই। ৱাকনদু ভাবগা থম্বা লোইকম থোইকম নোঙজ্রুন, নমন্দু থাইবেক মচাক্কক পাঙ্গল অমুক্তং পুখোকহোৎলগে 'নংনজুনা নন্দু পাঙ্গল থানা চেৎকও। কেক্ক চৌবগা হেক্ক কংই। কৈলোরে কৈয় থম্পি? সাই মথোদ করবই, চৌখিংক্লা হল্লক্লেনা। চেনসি, চেনসি—কসি হা না মন্দু কৈ ইর পুবই। থাঙবা ঙমজ্রজুনা মমাংদু উপু উপু ভুপোরে। অক্কম তৌনা থম্বনা হেনগত্তুনা চেনখৎকপনা মুংলাংগী মতম দু মংনা চাঙমা পকপদা—খোংলেন, চাউবনা ফম্রিব মঙ্গোলদা পুন্সিবা লৈরংদো অঙাং থম্বনা পামরমে।

মমাংন চাউবা মপা খোংলেন ভবিদা থম্বনা থুরংলৈ। কম্মু কম্মু পারি তে লেপোক'' হা তুনা থম্বু ফমঙল। ঙাইহাক পুক্নোই লৈরগা নিপা ভরামঙাদে থুংলম। খোংলেম মথোমবু মপুক শেংব্রা শেংদব্রা য়েংগে হায়জুনা—মখোম ভরামঙাবু য়েংজুনা হায়রকই,—হায় হায়, মীনাইশা। মপুক শেংদব ক'ংবু মথবাই লোগে লাও। কমিগী ইচাবু লমজেল খোইহ'ম? খোংলেন ঊগী ইমাম য়েংজুনা পারি ইবুংঙো ইচাবু খোইহনকপ'নিদন। ক'দ ৱপাঙল লেইতনা পুখোক্তরা? ৱাকম অদু ভাবনা ভরমতান থুংলৈ,— না ইবুংঙো অখোবা। ৱাশক্কুনা হায়জগে, ঐখেন নুংশিবা ৱাকমসি অমম অঙাম শাক্কনি। মপারি নোংমাই অমে মাপা লমজেল চেনশিন্নবা ঐখোয়গী ইতিক নত্তে। ঐখোয়না অহানবদা খোইরমই,—কুইরক্লগ মানা খোইদে। চেমবা ঙমজ্রবা ঐখোয়বু য়'না চেনসি, চেনসি, হায়জুনা ইনখৎপদা তুশিন্দুনা থুনিঙ থুগাঙ হংনি-বসিনি। খোংলেম অমুক হায়রকই,— অদু ওইরবদি নখোয় অমেপ্সা বা হায়মু। থবক ঙবা নিপান থবকী মশক থঙই। নখোয়না চেনশিন্নরিবা নিপা অমে থাঙ্গ চেনবনা ফগত্রা, নত্র চেমবনা ফগত্রা অমেপ্সা বা হায়মু।

বাকয় অত্ত তাবদা তরামতানা খুমজৈ,—"ইবুংঙো অথোবা! লম নক্ক চেন্নগা নোংবায় থোইখিনি, লম থাপ্ল চেন্নগা পাখি ইবুংঙোনা থোইগনি।" থোংলেম—মরম করিদগী পাখি ইবুংঙোনা লম শাংলগা থোইগদৌরিবনো? হংলকই। তরামতানা খুমজৈ, মনাই ঐংথোবনা চেনশিন্নবদ অহানবদা পাক্কল পাঙবা, শাংনা চেন্নগা হেন্ন কনখংলকপা অসিনা থোইগনি হায়জবনি। চুমলে অত্তুদি, ইত্তাও চাউবা! নহাক চৎলো লমজেল অসে কাক্তাদা পুথাংস। থোংলেনগী বা তাবগা চাউবনা কোম্মুং তম চৎথে। মনা কোম্মুংদা চঙলক্লম্মনা মপু ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌদা খুম্মজৈ।

চাউব হেক উবদা মোইরাং নিংথৌনা হংলকই,- ইপু চ উবা লুরাংও! য়ুমদা কুমথুগা অমুক হন্ন হল্লকপা, ইপুগী কন্নি বাংগগে মনিং তম্ম হায়ম্রু। মনা মাঙদা চাউবনা হক্কৎচৈ, ইনিংথৌ! থম্ব নোংবানগী লমজেল অসি মনাই নোংমাই থবগী পুক্তিংদা নিঙবা থুংদবা অরাবা অমা লৈরম্লে। মাগী বাথলমা, কাক্তাদা লমথাবুং ওইরগা মপাগী লমথাবুং খুক্কজগে নিঙজম্মী। কুবালাদগী চেনগনি তাবদা নোংমাই মবুক হুংশিন্নহ্নুনা মপাবু কৌহ্নুনা কল্লে। কন্নিগী কল্লিবনো থিরুবদ হায়ন্নিবা অসিগী ওইরম্লে। মনাইগী মতৌ য়েংহ্নুনা মনা মাঙদা হক্কৎচগে হায়দুনা লাকচন্নিবনি ইনিংথৌ। চাউবগী মপাউ তাবদা মোইরাং নিংথৌনা হায়রকই,—ইপু চাউবা নোংথোনবা, কেগে কাক্তা লমথাবুংদি তুমমৌনা পুমথোম লোনথে। লথেদ লমথুনম্ম নাইত্রে। কমদৌনা মহুদা লমজেল চেনবা য়াগদগে ইপু? নোংবৈ চেলহল্লসি, কুমলি তোকহন্নাসি। কুম-সিগীদি পাঙমলবা কুবালাদগী চেন্নগা নোংবৈ মপুক্কিং থুংহনসি। হৌজিক-মকম্ম ইমাই মতিক চাবা লেন্তবনা নিংথৌ ঐগী উপায় লৈতে।

নিংথৌগী বা তাবদা চাউবনা কোচি অমা লৌরকই, ঐবু লোইবা ইনিংথৌ! মনাই চাউবনা মতিক চাদবনিনা ঐবু তমথৌ তাকপিদে।

চাউবনা—ঐনা ইদিক লৈজদবনা তাকপিরবনি, খঙলয়ে। ইকভুম ইকাইজে। চাউবগী বা তাংদা নিংথৌমা মোংমোম নোকতুনা 'ইপু চাউববু ঙমগদ্রবে কৈনকই? চাউবনা,—ঙমগনি হায়বদি ইদিক নৎচদে, ঙমদবা য়াদে কায়বা ইনিংথেংগী সনা য়াথং লৈরবদি লাইবক য়েংজগে খুমই। ৱাফম অমা তাবদা—'ফরে অচুদি ইপু, লৈবাকগী দায় ইপুমা পুংগা; ঙমখক্রা হায়বিরে।" নিংথৌ ঐনা লমথাবুং হোংদোকপা ঐগী দায় পুখ্রগে।

অমম হায়রগনা মোইরাং নিংথৌনা শঙাইচু থোংলোয়দা "পাউ অসি লাউথোকউ" তাকপিখ্রে। শঙাইচু লেংলেৎহনিংনা শগোল পাউ চেন্দুনা লৈবাক শিন্না লাউথোক্লে। লাউরকই,—হয়েংগী পান্না লমজেল অসি ফুবাপাদা চেল্লরোই। মপু সনা য়াথংনা কাঙ্গাদগী চেল্ল হায়রে। মোইরাং শিনবা থুংনা তাররবনিনা অরেপ্প ৱাফম ওইখ্রে।

মোইরাং চাউবা নোংথোনবম্বু খুদক অচুম্বক্তদা মনাই মিপা হুমফুপা লোয়ননা শগোল অমমম তোংচুনা খাঙলেন অমমম পায়চুনা মৈরা অমমমগা লোয়ননা কাঙ্গা লমহায়রবগীদমক থোঙশামখ্রে।

অঙোমলোমগী কাংলুপ্পা কমদৌরি' নোংবানগী মপা খজ্রাকপা, খজ্রাকপনা মকমনি মমিংদি থোইজগ মহাক্ক ফত্তবনা মচা নোংবান ফত্তবনি। খজ্রাকপনা মচা নোংবান য়েংদুনা হায়,—"কোংয়াংবা। ইপা বা হায়গে তাও,—মুক্তা শাটৈ খবনা থাখ্রে, কাঙজৈ শাটৈ খম্বনা থোইখ্রে, হৌজিক লমজেল অমুক্ক তাররে। লমজেল অসিবু খম্বনা থোইখ্রবদি—নোংবান নঙ কোনচাক মাঙলে খঙজো। মমকী লমজেল অসিদা তরেৎ শেনজা পাম্মুকগনু। থুয়া লুথুম শেংকু ফুক্তুনা মোইরাংদা মিংচৎ থিক্লো। শেনজা মতিক চানা পীচুনা খম্বু হাংলু। খম্ব শিক্রিবমতৈ নোংবান নঙগী চুংঙাইকম লৈরোই।

কদোমদা লেঙগদৌরিব:না? নহোমতা কদায়দা লেঙগে হায়রিবনো ইতাও?"

নোংবামগী বাহং ত্তাবদা খম্বনা মপুক্সংদা শক্লকই, ঐগী ইতাও নোংবামসি অহুম হৌনা ঐহোক্না ফজনা অমুক্ত কৌবিদে। মাগী ফজবসি উয়গা ইচেম তাকপা অমা নিঙশিংলকইদ'! ইচেমগী ইবুংঙো কাউগনু, মশোকহৌদগী খোনফম থীব' অহুনা ফজয়ক্লব মুমিংচুংদি মনাক নক্লরগনু। নঙগী মাঙনবা তোগদৌরিবনি খঙউ। অমনা লৈকাইদদি প্রেম ফয়বা বাহৈ খুদিংগী কপকনবা অহনদো থাক্রগনু, শিংলুপ খুগাইবদি সানত্তা ওইগনি। অহুম হায়না তাকপিথিবদো হুসি মহোক্না খোক্লরে। অহুমু খুমদবদি হাদবনিনা "ইতাও ইবুংঙো! লমজেল চেনজগে লাকপনি" খুমথি।

নোংবাম মোমোন নোক্লমা মঙবু লমজেল চেমবা তরিবোইরে, ওয়াং লমজেল তোক্লে হায়হুনা লাউথোকথিবহু মঙ তারা? কংকাদগী নঙবদি ঙম কুমথে। নঙগী মংভুংদা প্রেজ' মীয়ায় সমামাঙদা লায়রবা লমজা পীদং-পাদংপনা পানা মকোক ওইব' চহিদি কুমথি কুংগাংই হায়না অহল লম্নশিংনা হায়নপি। কুমশিদ থম্ব পীদং পাদংপনি, মানা পানা মকোক ওইগদৌরি,—মে·ইয়াং কুমথি কুপগাংঙগনি হায়হুনা লাউমথিবা তা·হৌরা? অমুকঙ্‌ পুয়া য়েংনবদা মহেক্ল মক শোয়দমক মাওয়রে। বায়ম অহু লৈবনা লৈবাক প্রজা অঙম অপৌ খিবিক্ল থবা লমজেল তোকহল্লো হায়খিবহু নঙদি তায়ব্রখোই। হৌখিক্ল ঐনা নহোক্না হায়রিবসিনি হমথে, লমজেল চেমবা মায়খোই, হায়রকই।

খম্বনা বাকমহু তাবদা অমুক খুল্লকই,—পাখৌ নোংবাম কোংমান-বা! তাখিয়ু! নিংথৌগী সনা য়াথংনা লাউথোকথবা বাকমবু অঙাংমচাওম মীমা হায়নৈ হায়হুনা ককথংলে হায়বা বাহৈসে নতাও পুক্লিংদা থাজদে। লমজেল চেমু হায়বা য়াথংদি পীবি, তোকউ হায়বা য়াথংদি তাব্রি।

মরম অদু লৈরবা ঐহাক্তি লমজেল তোকখোই। নোংবাম পাইমদুংদা থম্লি, শিংথেম্দ! খম্বসে

নোক্ক নোক্ক অমুক হায়রকই,—পাথৌ ৎম্বা ত'ও, য়েংক্ষমদি চুমই হ'ববু, নংমা চেল্লগ অরেম্বদা তোকদবদু উড়ুনা হায়বনি। ঐনা হায়রিবা ৱাফমসে থাজদ্রগা মক্ষম অসিদা থৌরক্রিবা ময়ামসিদা মওনা হংলগদু থওগনি। ময়াম লাইনা তাথৌবনি।

নোংবানগী ৱাথৈদু তাবদা খম্বনা নৈফাইরাকপ, লমজেললোই-থোয়দা ওনশিন্দুনা হংলকই,—"ইম ম পুম্নমক তাবিয়ু, ইতাওনা কায়রিবসে ফগাং ভম্রমক তাবিগোত্রা? মখোয়না থুম প ওথুনদো থম্বদা নোক্কিংই; তাথোই অচুম্বনি হায়বদু হায়দে, শুক্কা তাথোদে হায়বদু হায়দে ময়াম লেপ্প ৱাছাংনা,—হায়নখিত্রা কম্বিনো অমা ভৌখি, অদুম কায়না থুমখি। ময়ামগী পাউথুম তাবদা খম্বা মপুক্কিং সুংওদুনা নোংবান য়েংদুনা,—পাথৌ ইবুংঙো কোংয়ানবা! নয়াং-থোক্কিং-য়াওলুরো, নহেম থোকনিং চেক্লুরো। নতাও ল'ইবক থীবদি, ঐনা লমজেল চেক্লুরগা থোইবাং মাছগদোবগী শরুকপুদি তোকচথোরগে লমজেলসে, হায়রক্লে।

নোংবানথোয়বগী কাওবুদ্রুম্ত তুমিন তুমিন্ন লমঙুম চংনখে। নোংমাই থবম্ তাংজ মক্ক পুক্কনা ময়ুম পাংনা হল্লক্লে।

মতাং অসিমক্তদা মচেম থম্বু লায়রবীনা লৈয়াং পয়েং অমা পায়ডুনা মপুবা খম্বু তাম্নরকই। খম্বগা খম্বগা শক উনয়ে। হেক উবমক্তদা খম্বনা লাউরকই,—ইচেমগী ইবুংঙো মুংশিবা! কম্বিগী নমাই ওনশিল্লক-ইবনো? ওনশিল্লকদু। ইচেমগী লৈ পয়েং কাউরম্ন হায়ড়না লোগে লাকপরা? মিপা ওইবা নথোয়দি হেক চংথোকখিবগা শাফম লামফম ভাক্কনি। লমজেল চেনগনি খোঙশানং ব' নঙনা নয়ুম মাইকৈ পাংনা ওনশিল্লকপদি মাইকবা ৱাংকনি!

থম্‌না লাউরকপা খোংজেল তাবদা থম্বঃ ঙসাইমথৈ কপ্পিঙলমদবগী কপ্পিঙলক্লে। খুদাং পিকম ঐতদুনা মচেমবু য়েংদুনা হায়খৈ,—ইমা শকপী ইবেম্ম! নৈরাং পরেং কাউদুনা লৌগে কায়দুনা লাকপা মপুবা নংচদে। মোইরাং নৈবাক নৈহৈক্লে, খুমন ইপাচাদা তিল্লবসি ইচেমহল! ঙরাংদ লমজেল চেন্নু হায়না সবা য়াথং তাউখরগা, ঙসি অমুক অঙনবদা লমজেল চেনবা য়াদে হায়বিরে। অসিগুম্বা নৈবাক ইচিন-ইপুবানা শাইদাংবা মতিক চাক্লে, লেঙলসি হায়রকই।

থম্‌না থম্বু য়েংদুনা হংলকই,— নংবু কোঙ্গুং য়েঙ্কররা শাগো? ইমান চাউবগা ইপা খোংলেনগা উনক্ররা?

থম্বা,—কোহ্‌'ম্নু মৌজদে অমতমু উনজদে।

কনানা হায়বা য়াকমনো নঙনা তারক্লিবসি?

মোংমাইনা মচেম য়েংদুনা খুমজ্জ,—ইতাও মোংবান, নৈকাইরাকপা মরিগ', লমজেলগোম্ব তরামঙাপা মথোম পুম্ম হায়রকপা য়ানি।

থম্বী য়া তাবদা থম্ অমু য়ারম জোঙ্‌নুনা নোকফেং তৌজরকই, ইচেমগী ইবুংঙো জুংশিবা! নঙমা পঙবসি পঙইদা! শাবানদি ইপা মাক্কগা কুচুনা ইমা মাক্কগা পম্বেংনা শিংবা লৌশিংদি লোইহৌদবরা নহাকপো? নঙগী নেংবান হায়বা মক্লপতো অকবা লমজিংবা মরূপ নত্তে। নঙগী মাঙনবত থনবনি, ঙসি কাওবদা নং থঙদ্রিব্রা? হৌজিকমক চৎলু, ইপা ইবুংঙো খোংলেনগা ইমান চাউবা অনিগী মপাউ তাক্লথো। অনিম্নুনা চেন্নু হায়রবদি শোয়ক্লে কায়না লৌরসি, অংশংবা য়াম্নু তারগা ঐহেনা নতুং ইল্লগে, খুমন ইপাচা য়োনব চৎলসি। অনিগী মপাউ হংজুদনদি ইচেমদি খুমন নৈবাক চংপা ঙমলোই।

মচেমগী য়াম্নু হেক তাবদা থম্বনা ইকাইখবু! 'পঙথেম্না" হায়দুনা মথক্ত শিনিংলক্লদা। মচেম খুক্কম্মগা ইকাই ইকাই, অমুক্ত হংজক্লখিগে হায়রগা চাউবা খোংলেন অনিগী মমুন পাংলক্লে; থম্‌মু মমুমদা হজিনখে।

অসুম অসুম লাকপনা খম্বনা নিপা অমা লমথাঙদা থেংনরে। নিপা অদু অতৈ কনা নত্তে, মবাই কৈরোইজাবনি। মবাই হেক উবদা খম্বনা খুমমৈজে।

কৈরোইজাম্বনা,—শেল্লোরেন নঙদি কদাইদনো নতোমতা?

খম্বনা,—ইবাই ইবুংঙো! ইপা ইবুংঙোম্বু খুম্মজগে, ইমান ইবুংঙোম্বু খুমমজগে লাক্লিবনি খুমমৈজে। মথা তারকই,—ইবাই ইবুংঙো, ঐ লমজেল তোক্লে হায়রে।

কৈরোইজাম্বনা কনানা হায়রিবনো হংই? ঈহাও মোংবানগা লমজেলবোয় তরামতাগা নৈকায়রাকপা মরিগা মথোয়না পুম্না হায়বনি খুমমৈজে। মবাই কৈরোইজাম্বনা, শেল্লোরেন হায়রিবা বাক্ময় অরইবনি থনগাদু। মোংবান হায়বদু নংগী মেক্লবা নিপানী। নৈকায়রাকপা হায়বা শেনজাবা কাওবনি। ময়ম অমতিক্তুম নমান ইবুংঙোদুম্বু কাক্তা লমহাইবুংদা ওয়াং সুমিদাংৱ ইদগী চংথিবা হৌজিক ফাওবা কক্কৌত্রি। মখুনা তাকপদি মোংবানগীদমক চেন্নবা ওইরবদি নমান ইবুংঙোনা লম হাইবা চৎলমলোই-দবনি। খুমন নঙগী বাথক্ক থনবনা নমান্ন অচুক বানা অহিং মোংশোয়বা লম হাইবা চৎলিবনি। থাজত্রগা চৎলসি কোন্নুংদ., ইশেল ইবাই হেক্ত চঙলসি। নমান ইবুংঙোম্বু লাক্লবমু কোন্নুংদা হায় চঙলকনি, পুম উনক্লরসি অসি হায়না তাকপিয়বদা, মশেল মবাই অনিমক কোন্নুং পাংনা লাক্লে।

অসুম তোনা নৈরিবৈ, অসোমদা লমওমথি্রবা মোংবানদু চাউবদা কাক্তা লমহাইরুবা কায়কপদা লমথাঙদা থেংনরে। চাউবা মোংথোয় মোংবানবু মেংদুনা হংথি,—"পাখি মোংবান কোংয়ানবা! নতাও খম্ব উদেনা! মাওমক্ত্রা?" মোংবান খুমমৈজে,—"ইপল ইবুংঙো মাওমক্তে।" চাউবনা মথা তারকই,—অদুদি মহাক্তি ইবুংঙো তাইহাতুং তাই-নিন্নবগা লাকপা মাদত্রা হংলকই?

নোংবাম্ন খুমই,—ঙাইবতা নত্তনা ময়ুংদা ফাওবা চক্তুনা কৌরুরে। মশাক্তি ইতৈনা থমনা আলু খোংই ইঙ্গাং হাউহন্দে হাম্নজুনা শাউজুনা লৈরোই। ঐনা খুদাং পামজুনা চিংবম চৎলোম হায়জুনা থাজরোরে।

নোংবানগী বা তাবদা চাউবম্ন অওইবা ওইগ্রবোই নীংজুনা থাজার। শাউমনথজুনা চাউবদো নোংবান য়েংজুনা,—হায় নোংবান! ইপনা লথেল শংদোক্নে। নত্ত জুঙাইনা চেল্লরে, পাপী থম্বজ্রাদ মশোক অসিমগী চত্তনম্নরোই—হায়রম্লগা চাউবত্ত ম্নাঙ্গোম শংগোল খোথে।

অম্নুম তৌনা চাউবনা মথোম হুমফুগ লোমনন থোগৎলকপজু কোক্নুংগী মথোঙ মম্নাদা কল্লিবা মশেল মবাইন উরক্লে। মব ই ফৈরোইজাম্ববু য়েংজুনা থম্বনা,—ইবাই ইবুংঙো! মথারোমদগী অরাংলোমদা থোগৎলক্লনা শংগোল মমামসে কনাগীমো হংলকই? ফৈরোইজাম্বন,—ইবুংঙো! নমান নোংথোন মাওরে। মাঙ থাম্বিবা অসে নমান নোংথোম্নি। অম্নাইদা থামহৌস।

মবাইগী বা তাবদা থম্বনা চাউবা য়েংজুনা শাউজরকই,—কেগে লাক্লোই অওম্বা, মোইরাং নোংথোন অথোইবা! ম্নাংলেন মিৎকুপ অমত্তং নমাকপু ঙাইবিয়ু। ম্নাঙ্গোই শগোল থাম্বিয়ু, ম্না অনি মরিতা হঙ্গৎচগে ঙাইজরি।

থম্বনা শাউরকপা খোঙ্লেলজু তাবদা ঙসাই শাউরম্বদগী অমুক হেম্ন শাউথে। শাওম্বিবনা নোংবাম্না শীকচিল্লকপনি। চাউবনা খুমলকই,—হায় হায়, মোইরাং লমজা শাম্না কনানো? লমজাময়ু। ময় কৌবা য়েংনিংদে। অসি হায়রম্লগা চাউবা লৈরক অথুবদা শগোল খোজিনথে।

মমাননা শগোল থৌথুবদা থম্বনা মবাই য়েংদুনা হায়জে,—ইবাই ইবুংঙো জুংশিবা! লৈবিহৌরো মোইরাংদা। নশেলদি খুমদা চৎকগে। ইমান ইবুংঙোনা নশক উনিংদে হাঁয়রিবসি শোরম্নরোই, লমজেল তোক্লম্লগনি। থম্বনা কণ্ডনা মবাইদা হায়জখ্রদা ফৈরোইজাম্বনা শাউ-

য়ম্না, শেক্লোরেল ! ওঠংখো অশেংবা থওখিসি হায়রকই। শাউরিবদি মপা লোংংথে নবু শাউবনি। চাউবা মায়কৈ তমহুনা কৈয়োইজাখনা লাউরকই,—"হোঃ অচৌব ! অচৌবা ! চাউইদকো অচৌবা। মপা মমা লৈতবা মচানা হায়রগা খীনা চৈহত্তুনা হংন্ন, মতিক চাবা য়েনাক-খুনবনা হাঞরগা তুমিন হৱাওনা তাবা, অচৌবগী থুদয়া ? মীচও মীথায় নাইবদি অচৌবা মানদে য়ানিঙদে।' অসি হায়না লাউরুরগা কপ্লিবা মশেল খঙবু থেনজিন্নি,—শেক্লোরেন ইদুংঙে সুংশিবা ; নওম' কপ্প উরগা ইবাইগী থঙ্গোয় কায়রে। কপ্প তেক্লে, বা কাংগে। নমানগী শগোলসে তান্নু। অশেংবা য়াবু হংলগ, তরংবা ৱা'দু থওলগা চেনগঞ্জবু হায়রবদি নংনা খুমন চৎপদা নতুং ইনগনি।

থঙনা মবাইবু য়েংহুনা হায়রকৈ, "ফরে ইকাই ইবুংঙো ! ঐ তা'রগে।" অসি হায়রলগা থঙনা মমান চাউববু তায়ারু। য়াওইবা থঙবো, কয় হৌরকপদ মথোয় ময়ামবু ফংলোরে। চউবগী শগোল মমাঙদা চেনশিন্দুনা হঙনা থংলে। চাউবা থৈদোক্তুনা চংকে তোংদা থঙনা শগোল শা'মৈ পাংলে। শগোল থায়বা মতুংদা চাউবগী মমাঙদা থঙনা চৈত তাবগুম থুক্রমখি। থঙনা চাউবা য়েংহুনা কপ্প কপ্প হংনংলকই,—"ইমাদ ইবুংঙো সুংশিবা ! মমাকী অরানবা য়েংবীদু' ল।ইওইখ্রবা ইপাবু অমুক্তং নীংশিংবিয়গা লোশিনবীয়ু নমাকপু"-অসি হায়না কপ্লকই।

মমাক্ক মক্ষপ সুংশিবা পল্লকপদা চাউবা লৈবা ছমহুনা শগোলথক্তগী চোংথরে। অশাউবহু মাওথ্রহুনা লৈবাক থক্ত তারিবা থঙবু কৈয়াথক্ত পমথংলে,—"মাক্লোরেল ইবুংঙো কপকহু। চুম অস্থম মকপ্প ; সুংশিরবা নপা পল্লকপা মামগী থঙ্গোয় কায়রেদ ! করি সুও'ইতবা লৈবনে' ? কনানা লাকচবা লৈবনো ? অশেংবা ৱাহু ইপাদা হায়মু,"—হংলকই। থঙনা কপ্প কপ্প পাউদমকৈ, "ঐবু ল-জেল তোক্লে হায়হুন' নোংবাম, লৈকাইরাকপা থুদিংমা হায়রমই। অচুখা বায়া হংজগে হায়দুনা

উহৈরবনি মমাক্না।" থবগী বা তাবদ চাউবনা "নংদি মেনশাং ওইনতুনা লৈহৌই হায়না তম্মি চুমত্রা ?"—হংলকই। থবনা খুমকৈ,—লৌবিরচু ঈমান ঈবুংহো। ঐনা লমগুমজগে থোরকপা মথোর মথামগা থেংনবা, ঐবু লৈমা শত্রা লমজেল চেনফমে হঁ, পুথাদা মাওই হায়তুনা থংনই। ঈবাকচু পুরী মচুপা মাওমগা, ঐনা লমজেল চেনগা পুমক মাচগদবা উহৈরবদি চোইংথোইশিং হায়তুনা লৈহৌবনি।

থবগী পাউখুম তাবদ চাউবা থক্কৌ'বকু'দা' লৈবী হোৌনা চ ক্লক্কে,—"অচ্ছা! ঐহোৌবা তাং তৌতুনা মাবা খুত্তুদ লাকহৌদা।" চাউবনা মমাকপু চেক্লেং কোল্লগা হায়রকই,—"থাকলৌবেন। কপ্পগন্তু, চহংলমি চৌজিদ কোল্লুংদা। নংগী থাইকনব মীয়না তৌগনি। থাবা চেনবা মোংবামদো মবা কংকৈরোই। নতুনা কুংছাইনা কমতুম' লৈবগা চুমিদাং-বাইরবদা নহৌবদ মনী পীকনগে। ওমদব মীতাচ থোক্লবা চাউবা ভূপ্লেমদা চোংবতুনা শিলোক "

অমুর মমাকপু কোল্লুং তম পুশিনখিদুনা মিংথৌ মবা মাঙদা চক্লং-থুরে। থবনা তম, মোংবাম হ'মবা পুরমক মবা মাঙদা লোইনা চমথে। বিংথৌনা হোৌবগী লেইবা কাওবা তাবগা শাউরদুনা হায়রকই,—'ইপু মোংথোব। বা ওইনা তাক্লু। লোইবান ওম্মি মবা শৌবথোব, তমুব থবা! নওদি চেনুবমু, চেক্লবমু মবা পীগনি।

মপু মবা মাথং তাবদা চাউবদি হয উরে, থবদি বারে। থবনা বান্নিবদি মপাগী মথাবু' খুরুমনীংব পুক্লিংদ' নীওবা কাযবে হায়তুনা হায়বনি। মবা মাঙদ হক্লংদি লোইনা ইনা—"ইনিংথৌ! লমজেলদি ইতাওনা থৈ ঈমদু! লায়রবা মনাইদি ঈপাগী লমথ'বুং খুরুমজগে নীওবনি। থৌইরবদু থৈ ঈক্লবদু লমজেলতদি চেনজগে "

মনাই থুংশিনগী ৱাহৈদু তাবদা পেনবিরদুনা তাকপিখি,—ৱাফদু ঙঁদুম, অঁপাবরতা তৌজো। নোংকাবদি ৱানা চেৎনবগী মনাদি পীরমোই। নংদি চেৎনবগী চেৎনবনু মবা খোঁয়দবা পীগনি।

মতাং অদুদা চাউবনা পনা মাংদা হংকখি, "কনাই থোংবাল লম-ঙমখিবাগী অমুকী পুং করা তাবদা কুমখিরবো?" নিংথৌনা—"ইপু নোংথোন! নোংবাল লমঙমখিরবসি পুং তারক্তা লমঙমথিবনি" খুমই। চাউবনা হায়খৈ,—অদুদি হৌজিক্তি পুং নিপাল তাথে। নোংবাল লমঙব পুং অমি হানথরবনিনা হোয়েন থুংলবদসু নোংবাল পুং অমি হায় থুংলমগনি।

চাউবগী কোচি অদু উবদা মোইরাং নিংথৌনা থোগোন নোক্‌না হায়রকই,—"থঙতে, থঙতে ইপু! পুঙ অমি হায় কুমখিবা নোংবাল হোয়েন চেনথংলক্লগা পুং মরি হাংজরসনু। নোংবাম্নাদি হোয়েন মনা পীরগোয়।" অসি হায়না হায়বিয়ে।

ৱাকম অদু তাবদা চাউবনা কৈরোইজাব য়েংদুনা হায়রকই;—কৈরোইজ.ব! নপেল অসিগী মতুঙ ইনবিনিংঙাই নৈংতে। মংমা শগোল অসে তোংলগা ইনথে। মপেলগী কাদা য়েংলম ওইদবা ঙাংবা কাংবুদো অমা অনিদং হাংচো। অসি হায়দুনা কৈরে ইজাবদু থুংইমবা থায়রে। চাউবগী য়াথং মতুংইন থম্ব কৈরোইজাব অনিমক মবাইনা শগোল তোংদুনা লাক্লে। মতম অসিদা মোইরাংগী কৈথেল কাবী ইমা ইবেল ঙমমক কানমক্লে। হেক থেংনবা ইমা ইবেলশিংনা,—কুমশিগী লমজেল অসে করম তৌনা চেনগদৌরিবনো,—অমদি ঙসাই অদুম কুমথে। অমনা কৌতিক্‌পা লাক্লি। মসিবু করম তৌনা চেনগদৌরিবনো? ঙাঙনখি। পাউথুম হৈবী কনাওবীনা তাদুনা খুমলকই,—ঙসিগী লমজেল অসিদি চুরগী লমজেল মত্তে, লমজেল কাযনি। অদুম তৌনা ইমা ইবেলশিংদু নৈহোরে। থবা মপেল মবাইদু কুমথে।

থরা চৎথরগা মাংলৌ মপাল লৈশাবী অ নথক যথম্ব উংক্লে অমনা মমোম লাংলেম খৌইবীনি, অমনা মনাই অচানবী লেম্নু নি। অনিগুনম্মু য়েংবদা মশেল মবাই লাকপগু থান্ন উরক্লে।

খোইবীনা লেম্বু য়েংহুমা হায়রকই,—'হাঃ লেম্নু অচানবী, অদু লাক্লিবা নিপা অদি অসি অমনা নবুংক্কোক্তেন মানগ্রা ?'' লেম্নুনা,— "মাদি মাদি, ইবেম।" খোইবীনা ক্লুংনাংহুন নাউরকই।

হো কেগে মোইরাং ইবুং মশাকপু
ভসাই মথারবমা লমজুম্ম মাঙহৌদনদি
অয়ুক য়েন্দা অঙনবদা শাংজেল লৈকাই কোংবদা
লৈরাং লৈকম থেংমরমুমা লমদনবিক্লবরা
নরানরাদা হৈমজিলকপদা, পাথংগী নচেম চৈথেমনা
চাক ঙাংথ তরেং খোংলম্ম, লোইনমক শূক্লিলিউদা
লমজেল ক্লুম নংহৌদ্রবরা
অচুম বাবু তাকপিরকউগবা মচনদা।

বাহু তাবদা কৈরোইজাম্বনা থম্বদা,—শেলৌ মল, চুর চুর মহাম্মু, মীবু চাক ঙাংথ তরেং চাবা হায়বা অসিদি মী মাঙবা বানি। মনা ইবেম্মদা লোংবাম য়েংপা মঙংহু থঙহন্দুনা অমুক্কদি খুম্মুদনা।

থবনা,—ক্ষগনি ইবাই ইবুংঙো থুমজগে, লায়হুনা মাবা মপাউ যেন্নকই,—

হো কেগে চম্নু শকহেনবী মোইরাং ক্লুরামক্কু অথোইবী
ভসি য়েন্দা অঙনবদা লমদম তাম্র লৈবিরম্নিবদি
ঙয়াং অহিং অথেঙবদা উমদি শীংনথিবা
কনান্নু ঙাইবিক্লবনা ?

ঐনা! ঙসি লমঙম্ব থেঙনকপদি চাক ঙাংথ ঙরেং
চাৎকপদগী নত্তেদো, খমুক মেল্লা অঙনবদা
শীঙেল লৈকমদম্ভ কোয়রুদে, লৈয়াং লৈফমম্ভ থেংনদে।
ঐগী অকায়বা অয়েৎপা, হুয়া কাদা লোময়ং শীংথোক
ওইথবা মোংবান অথা কোংয়ামবনা ঙসিদু
অ:য়াল লাংজাউ থাক্লম্বনা থেঙথিবনি হুয়াও।
ঙসি কোয়ৌ হুমিৎসিদা ঐবু হুংশিবা ওইয়বদি
হায় কুমথিবা নিপাদগী কোয় কুপ ঐহাক্ল
লমজেল থোইবা ঙমজ:গ, মপু ইবুংঙো থাংজিংবু
পরৈ চেৎনা নীংবিয়স্নুগবা ইবেম্ম!

ৱ'দি অদি হায়য়ক্লগা লেম লৈতনা কুম্লকপা
লয়েন কাঙ্গা মৌবক্লে, লমথাবুং যমাক নপ্পকপা
মোংবাম অসোয়দগী চেনথৎলকপা থেংনরুয়ে অদাযদা
থম্ব লাক্লবোই থম্দুনা অওইবোইনা চেলহৌরে
খম্বগী মশক উবদা মোংবান থংগ্রেক থংথরে।
ফবনা শিংবা মোংবাগি, চীনথাল্গ থোইহী তৈঁশিল্লি,
পুক্লিংগী যানিংদবা উৎথোক্কে, হয়াউ মোমোন উহনি।
মীকৌ মীয়াম ফবনি, মোংবান অতোম মচাদো।
'পাথৌ ইবুংঙো থম্বা পঙথেুদকো নহাকসে,
ঐদি ফাগী তৌবনি, নংদি অওইবোহ লৈহৌরে।
নহাক লাকথিনি হায়দুনা ঙাই ঙাইহুনা চেন্নকপনি
ফরে ইতাও অহুদি, নহাক লমথাবুং মৌরুয়ো,
নহাক্ল মৌরক্তিবকাও ঙাই ঙাইহুনা চেন্নমগে।
মোংবানগী বাহৈ ভাবদা খবনা থুমকই,

খম্বা হুসি হায়দুনা তম্বাংঙাংদুনা লেপ্লবহৌদা অমদি মাঙজংবা হায়রে। ময়াম,—হেঃ হুপী মামবা! কেদোরে? শেল লৌবমদাইদা লৌনিংবা খবক পাঙথোক্লমদাইদা মতোকপা, কয়ি মরম লৈবনো?

নিপাদুনা হায়রকই,—ঐদি মাবু কিবাস হুইরবনি। অহুটৈ ঐনা লুহোংবা কুমগী ওইবা, অঙাং অমত্তা ঙাইরিতৈ, অহল লম্মম তোঙাম থাইদোকপা থুমরুদগী কিথিবনি। ঐখোয় তোঙাম থাইদোকপা ঙাক্ত লোক্তাক ডাইজোক থুম লুরোয়রৈ। মুমিৎ থুংবা মতমদা ঐখোয় কুহুমা মোইরাং ইয়ুম মৌননবা হোনগংলকপদা মানা ভুমেল মপক্ন ফমদুনা লৈরমই। 'ঈয়াখশিং! তাবিযু ঙসি ঐনা থোইজোম ঙা অমত্তা থূদে, ঙা অমমমত্তা পীথিরমউ. নিরকই। ঐখোয়নস্থ তোঙাম থাইদোকপা কুমনিনা পীনীঙম্রহুনা পীরমদ্রে। মানা পেঙ্গমাক্লে হায়রকই, ঈয়াখশিংনা পাম্মুহুনা থুমত্রিবদো, ঙাথোপ খানবগা মুক্কা শাম্নসি' হায়রকই। ঐখোয়নস্থ কুহু ভবনিনা মাবু থোইনা উশিংলুদ্রে। ঐখোয় কুহু হোক্লিন্দুনা মুক্কা শাম্বা তারে। খম্বনা কয়ি হায়রকপগে হায়বকু, তোঙান তোঙান কোম্নসিয়া? অমুক্তদা পুম্নপ কোম্নসিয়া! চঙ্গীরকউ হায়রকই। ঐখোয়নস্থ ঐখোয়না ঙমগনি মথল্লি। অমমম্ কোম্নসি চাবহুনা অমা থাজিম্মবু পায়ফাংত্রিতৈদা লংঙক্তুমা থয়ো থয়ো ওন্দুনা পাইরকই। মথংদা থাজিন্নি, নীঙ্গোংনা থাদরক্তুনা মপাঘোম নাম্ন লৈথোক্লে। অঙ্গম তৌনা মথং মথং থাথিবনা কুনগমাপল থাথে। ঐ ইতোমত্তা ঙায়রে। পুক্কিংদা উলিংলুদ্রে ঐহাক্ত। কুমমাপলগা শাম্মরুবা নিপানি। থরদি ময়েং তাম্মগনি। ঐদি হন্দক্তা থোকপনি, ঙপখেক তৌহুনা হেক্ত নমগনি থম্মুরে। তাপ কোম্নরবদা ঙপতেক মাবদি হায়দ্হু চেপচিং অমুক্তং মানা চিংলকপবু চেপযামনা তুমদা চোঙ্গাং কামু অকংবা অমনা মাকোং চক্রদা ফুজিনথে। ময়াম চঙদুনা লায়কমৈ। চোঙ্গাংগী মচেৎ মচেৎ শেংতুনা লৌথোকই। মহু লৌথোক্লিতৈদা নিপা অমনা পুমথং

শংশি হায়রকই। মহু তান্নগা নিপা অমনা থুন্নকই,—মতেক লৈতোনি শংকুমশি। মরক অদুদা নিপা অমনা অমুক ফৈজিল্লকই,—চোঙ্গাংদি ঈশিং থজিত্তং হৈরবদি তক্কেক তেক্লম্লোয়। মাগী থাদ্ ইন্দুনা ঈশিং হৈজিন্ন-বদদি চোঙ্গাংদু পোপথোরক্লে। পোপথোরক্লবনিনা চিংবা মাত্রদুনা, লৈন-লৈন চিংবদু থিদাকফু থোংবান চনবগুম কে, কে, লাউনা লৈরে। তম্নবদি শংথি হায়বদু মহু শংথিবা কুমদগী নাংতোং লাইখুন তোক্ত্রে। ঐদি মাঙজবা ওয়োই,—হায়রগা পুক্লে মরক্ত চঙলে।

ঙসাই থোনা কব নিপা তরাম্নরি অদুদি খম্বদু ফানি হায়দুনা পারেং শানা থংলে। মহু উদুনা পম্বনা ইনবোই, কাওবোই, লৈবোয় তোবদা থরো থরো ওন্দুনা মথোক্ত মথুং তেক্লরে। তরানিথোইদি তুহৌ-রগা অনি অমদি খম্বগী লেংক্লমদা নাম-নাম য়াল্লে। মচিন হেক থিরবদি অমুক্তোইবা ফারে, ফারে লাউই। মথোঙ্গাদ লৈবাক তাদে। খম্বনা মথক লৈরেনা হায়দুন অমা শংথদুনা হুং লাওনা লৈরম্বদু, ফৈ লৈদুনা খুং উঙবদোনা উঙহোরে। ওইরোম থংবদ, য়াল্লিবদুদু শংথরগা লংলম্বদু পাইদুনা লাক্লগা ঙসাই উঙলিবা নিপাদুগী কোকথক্ত তাশিল্লে। অনিমক্ত শোর হেক থিংলৈ। শোর হোনদোক্লরগা খম্বগী মতুংদা মথোয় অনি মফি শেমদুনা য়ৈনরে। লৈবাক্ত লৈরিবা নিপাদুনা হায়রিয়ে,—ঐনা লৈরিবা মফমসি নংত্রবাদ নঙগী তাফম লৈতত্রা? উশিংতদুনা তোত্রা?

পাইরকপদুনা হায়,—ঐগী তাফমসি নংত্রবদি নঙগী অতেপ্পো লৈফম লৈতত্রা? থর ওনদোক্লগা লৈবা য়াদত্রা?

য়াফংনদুনা ফুমরে।

খম্বা চেনথ্রবা তুংদা ঙসাইগী পুক্লে মরক্ত চঙখিবা হুপী মানবদু থোরক্লে,—করম তৌই? নিপা শাবশা! হুপী মানবনা হায়বা য়াদদুনা মথোক্ত থুনিঙ থ্মাঙ ওন্নরে। লোত্রাওবী মথোক্ত মাল্লেদা,—হায়রকই।

মথোয় মরাম থুন্নকই,—তেকসহু! মধো লৈতে।

নিপা অমুনা খুমকই,—ফরে, ইথৌ নৈত্রবদি খোংলেন তাকউগে—হায়রমগা চেনখ্রে। ময়াম খোংলেনবু কিমনখিবদগী,—অমুক হল্লকখো মহাকপু হায়দুনা খামই।

নিপাম্বুনা হায়,—অমুক হল্লকখো হায়রবদি,—মখোয় ঐনা হাযবা মাগেরা? অদু ওইরবদি হল্লকে।

ময়াম,—তাক্ত তাকপিক্কগদু খোংলেন্দ, নঙনা হায়রিবমথৈ ইল্লগনি।

নিপাম্বুনা হায়রকই,—অদু ওইরবদি ফরে, মখোয় মথুং তেকপা কয়ানো? চৎলো পুমৈ হুক্রুরো। মখোও তেকপা মখোয়না পুমৈ হোনদোকউ।

ফরে অদু মতাংরে, খোংলেনদবু তাকপিরোই হায়রবদি,—হায়দুনা মথুং তেকপনা পুমৈ হুকখ্রে। মখে ও তেকপনা হোন্দোহন্দুনা লাক্লরক্লে, তথ নিপা অমতনা।

তেয়া থাগী লৌশিংবী কুহ্রাথক মোইরাংগী পেত্রোগী লৌবুক্ত লৌলিংলম্বী। নোংবাম হেনথৎলকপদু উরে। নোংবানবু মেংদুনা খুনথা হুপী মথৈনা লমগোয়ক্লে। লৌথোংদগী নাইজ ঈশিং লৌবগা নোংবান-লোমদা চাইশিল্লি। মাগীদমক ঈঙনমবা চাইশিনবিরিবদুবু নোংবাম শাউরদুনা চৈরকই—হায়, লৌবাই হুপী শকথীবী। অমুক বানা চেল্লিতৈদা ঈশিং চাইরিবা করিগীনো?

নোংবাম মাঙদা চেনথৎখ্রবদা, থম্বনা তুংদা তাম্মরকপদু লৌশিংবী ময়াম উরে। হুংশিরবা মপ উনা থম্বনা লাউরকই,—হাঃ পলেম ইমাখোয়! লাইবক ফবা ইতাও নোংবানদা চেনখিবা কয়াম কুইরবগে তাকপিদুগবা মচাদা।

থম্বগী মপাউ হুংশিবদু তাবদা খুদকী হুপী ভয়ামঙানা পাম্বি থম্বা লাক্লে, লমগোবিকসি হায়দুনা চেহোক্লরক্লে। পথবু কৌরগে হায়দুনা চেহোক্লরক্লিবা ময়ামদুগী ময়ক্ত হদুবী অমা মাওয়য মাক্লে, ময়াম চেনখত্তনা

চেনখবদি ওয়দ, পাঙ্গল লোনবী ওইবমা পুক্নিং মুংশিনা কৌরকই,—হোঃ ইমাগী ইবুংঙো খম্বা ! ইমা নাইবক থীবীবু ওইহাক্তংদি ওইরমথো।

মমা কৌগে ফংদবা খম্বনা,—ইমাগী ইবুংঙো ওইরমথো, হান্নদু তাবদা খম্বা মথোঙ থাংবা থোক্লে। হুন্নবীনু যেংলুনা,— হাঃ ইমা ইবেম্ম ! মচা নাক্লে বাগলু,—হায়লুদা চেনশিল্লক্লে। পলেম মানবী মমাগী মমাওদা থুক খুদক কুম্লগ',—পলেম মানবী ইবেম্ম ! মচা নাক্লে কয়ি তাকশিগদবা,—হায়লুনা হঙ্গৎচৈ।

অহল অহুনা থুম্নকই,—ইমাগী ইবুংঙো মুংশিবা ! মশক উনিংলুনা ইমানা নঙবু কৌবনি। কয়ি অমতা হায়গদবা লৈতে। নায়রবী ইমানা কয়িমতা পীজনিংঙাইয় য়াওদে। ইমানা চাথিবগী লেমকৌবা পানা থুদপ মচেৎ অমা য়াওয়ি। ইমানা নঙবু কৈয়াদা পমজয়গা পামা থুদপসি ইনগে নাও।

খম্বনা,—ইমা ! নচা নায়রবদি চাউবা ফায়ে, শাংবা লেপ্পরবনিবা ইমানা পম্বদা ব'য়গনি।

অহল অহুনা হায়রকই,—নচিন্ন ইমা কৌরিববু মমানা মচা পম্বদি বাকম থোক্কেনা। নাউ, ইমা পমগে নাউ,—হায়লুনা কৈয়াথক্ত পম-থংখে। অবাববু থওদেদা খম্ববু পমলুমা পানা থুদপ ইজে।

মতুংদা খম্বনা হায়কৈ,—ইমা ! ইতাও মোংবান যায় থাপ্পগনি, ঐ চেনখ্রগে —মমাগী বিদায় লৌবক্লে ! অহল অম্ব হৌপংলে, হাকৈ-থুনাপ পায়লুনা,—ইমাগী ইবুংঙো, চেন্নো হায়লুনা লমথায়ক্লে।

খম্বনা চেনখিবদু মুংশিওকী মমাও থাখে। মোংবানগী কোক্তোন উয়কপদা খম্বনা নাউধকই,—ইতাও ইবুংঙো কোংয়ামবা ! চেন্নু চেন্ন কৈদৌয়ে হৌজিক্ত মসি মৌয়বদি পাওমনদেদা।

মোংবান থুমকম থওদলুনা,—মংবু ওইলুনা লৈয়িবনি, নাকও, নাকও।

থম্বনা মুংশিংবী মাঙওইননা চেমথংলক্তুনা মোংবামগা পাবোং ওইদুনা চেল্লরে। নোংবানদি বাথিমনা শদো খোংলাক্ল।

অসোমদনা মুপী কুণ্ড্র। অদো থম্বগী মীচঙ থম্বা, নোংবানগী মীচঙ থম্বা ওইদুনা থবনহোরে। অয়ুক্তগী লিংবা লৌ অদু ফোমা অমক্তা লানথিদ্রে। মথোয়মনা ওন্দুমা মৈনম্বকপনা কুদিং শারে। তাঙা অসিদা মুপী অমদি শম্বানদোং মাঙখ্রে হায়দুনা কপ্লক্লে।

পামুইদকো শম্বানদোং!
থম্বাইনা পামজরুবা নহাক্তি।
পলেম শিবদম্ভ কপচদে, পম্ভৌ শিবা ম্ভ বগ্ন ম্ভ।
ঐখোয়গী মুপা লৈখিদবু,
ফতী কপ্পী হায়ববু, থম্বাম অদুক হাক্ল শাক্লেল।
শিকি মঙা পীদুনা লৈতবনি,
মথাম অনা থীজিল্লগা লোয়কপনি,
মথাম অনা তোক্লিবনি।
শেনশোংম্ব লোইাক্তৈ,
শম্বানদোংম্ব মাঙথোকখ্রে!
কবি ঊপাই তৌশিবা!

অসি হায়না কৌংনা লাউনা কপখ্রে।

অদুম তৌরিবৈ মতমদা লৌ মপু পক্লোম্ব হাবৈ পোমোং পুল্লমা হুঙলক্লে,—ফো শিংবীয় ইমা ইবেলশা! ফুমশিদি পোইদুনা থাক্লোল পা-মুরোই। মুমথোক খুদং চংলগা ফোপোং মঙা মঙা থামদুনা নমহুল্লা লোগে,—অসি হায়না থৌনা কেম কপ্লক্লে। কপবৈ হায়বম্ব মতাম ফুপীদম্ব, নিপাদ্মা পাঙ্গল খোকপা যাদবনা অদুম তোকখ্রে।

খম্বা মোংবান অনিদি পাঙ্গল মায়না চেম্রি! কণ্ডাও পোকপী মৌরক্লে। ঙরাং শেল পীজহুনা নেকপা কাংহু পায়বা শগোল তোংবা কুম্ব্রু মকম অসিদা ঙাইহুনা লৈরম্লে। মথোংনা লাউরকই,—হায় খম্বা! নখবাই মাঙনিংলবদি লাউ, নখবাই মাঙনিংদ্রবদি অহুদা অহুম যম্লো। য়ারবদি কৈ, য়াদ্রবদি নখবাই লৌবা ঙাই।

ময়ামগী থোম্লাউ তাবদা খম্বনা তৌবিগনু হায়না মথুং তবা লোয়হুনা হায়রৈ। থুংক অহুমক্তদা শগোল তোংবা কুম্ব্রুনা খবরু কোয়শিনখ্রে। নোংবানমুনা অহোবদা থাদোকখ্রে। খম্বা উপাই লৈত্রহুনা ময়াইদা ফমহুনা লৈরে। মীওইবগী ৱাখলনি, উপাই লৈত্রবা মতমদা লাইরু নীংশিংলকইদো,—হাঃ থাংজিং কোইরেম্লাই! নংগী থৌজালন্ত মঙায়রে, ননাইগী উপাইদি লৈত্রে। অহুম হায়না খম্বা মচুথৌ থাংজিংবু পুনেমজয়ক্লে।

থাংজিং লাইনা উদুনা পাম্বোহইবীবু য়েংদুনা হায়রকই,—"পাম্বোইবী! ইনাই খবগী উপাই তৌবিক্ক" থায়ক্লে।

মোইরাংদা থাউদনবা কোবা নিপা অমা লৈ, মুপী মঙা লোয়ি। মুপা অহুনা মুমিক্তুদা মুপী য়েংহুনা, ঙসিদি ঐ লমজেল কুমৈ য়েংলুগে হায়রম্লগা কেনা নৌনা থোকখি। হায়রিবা মুপা অসি মরিল মায় তলি। কদায় ফাওবা তনবগে হায়বদা মশাদা হাকজরগা মথুংনা হোংতে, ময়ানা লায়-লায়হুনা চীকই। অদু ফাওবা হনখ্রবা নিপাম্থ থোঙ্গাল তৌয়গা তম্লক্লে। অম্বম কোইনা চংখ্রগা মম্ভিগী য়েহৌ হৌবী চুথেক্ক ফাঙ-জিলক্তুনা থোঙনাওদা ইবেম্ন লীংশিল্লকনা কমজাউদা কাখংহুনা তুমহুনা লৈথোকখ্রে।

কোয়খংদা, মাগী মুপী অতোনবীনা ইমুংদা শু, শু, লাউবা মথোল অমা তারে। অতোম্বীনা চেম্বোয়ক্তুনা মচেম য়েংহুনা, ইচে, ঐখোয়গী কমজাউদা করিনে। শু, শু, কাংহুনা লৈহৌরে, তম্লরে। পাউদমহু তাবদা ময়াম চঙলক্তুনা তায়রে। থাউদনবদি মিকপ থোক্তি। তালোই মঙা

তাম্‌হুনা ইপা ইপু পোকপনি, চং কবোক থোইবাক মচাদং কৎহৌসি হায়হুনা থোইবাক মচাদু মম্নাংদা থাম্‌গা মথুৎ লৌম্‌দুনা থৌনিজৈ,— হেঃ পোক্লেম পোকপা লাইনিংথৌ! পাম্বি শাৎকে নিজম্মোই, ইনাক খুনগে হায়জম্মোই, ঐথোয়গী থাউদনসিদা তনবা ফংনবীয়মউ।

অসি হায়হুনা থৌনিবম্‌গা মপাললোমদা থোকখ্রে। মথোয়না থোকখ্রগা খুদকং অতুদা থাউদনবা মমিৎ শিংহুনা হৌগৎলক্লে। ফম্নাংদা থোইবাক মচা লৈরম্বদু উবদা থাউদনবা মোককেৎ তৌই। ঐবু তুম্মি কাম্‌বা থওদহুনা মথোয়না কবোকশিংসি কৎলম্মীযারে খন্দুনা লৌথহুনা লোইনা চাখো.ক্ল। অতুগ নেঃ তানা অমুক তিপখখ্রে!

মাঙ্গোলদগী তালে ইশিংদুনা অতোম্বীদা, ইবেম্ম অতোম্বী। শস ই কৎলখ কবোক্ল লাইনা মনম কাইরম্‌গনি লৌথোক্লরো, হায়দুনা থাজিল্লক্লে। অতোম্বীনা লাকপদ কবোক মক্ক অমতা লৈরমদে। কবোক লৈরমক্লবদা ইঙ্কিং তিংনা হায়রকই,— হো! ঠেঃ কবোক কনান লৌথোকখ্রে?

ময়াম্‌খাঙ্গদহুনা অতে খীনং চাবনি হাইহুনা অতোম্বীগী কাদা চংহুনা যেংজরক্লে। কবোক কংজক্লবদুদা তুপী খ্রোংলহুনা হায়,— ইনাবোম লাই মরেঙ্গসে, খুংখোংনন লৌরে। পায়রো মরাম্‌গনি, থিন্দুনা হাক্লোক্লসি। পায়রোদনা থু, থু, কাবনি, লাইদি কাম্ব হৌরদে।

মাংগী মঙ্গী লৈজবা খুৎলাইদি পাইহুন পায়রো হাৎকনি চংলক্লে। থাউদনবনা মীকপ থোক্লক্লনা কাওথল মহুদগী লাউরকই,—ঐবু ভাংতোক্লবদি মথোয়দি হুহাইকখৌরনি।

অতুম তৌনা থাউদনবনা লৈরমগনি থওদখনা ময়াম পুম্মক বাঃ লাউনা কায়হুনা চেম্‌রে। অমুক হম চংলক্লনা "হায়! কমাবো লৈখ্রিবা!" হংলকই। থাউদনবনা "ঐনিনৈহে" হায়হুনা খুম্লকই। ময়াম চংদুনা

"কৈদৌরম্লিবনো অসিদা, কদাম্দা লীংশিন্নকইবনো"—হায়দুনা শাগল পামদুনা থোঙ্গাল ফাওবা ইরক্লে।

থাউদনবু মুপী মঙানা ইথোরকপতু তাম্হোক্কপতু পাম্হোইবীনা লাকপদা থেংনরে। পাম্হোইবীশু অকল অমগী মমক লৌদুনা থাউদনবদা হায়রকই,-- হাঃ ইবুংঙো থ উদনবা! নংনা চৎলিবদু কোন্নুং মৌবা তায়বদি চংলো খম্বনু শিরোদোরে। নংনা চেন্নগা চাউবা, থোংলেন্দা অমুক্ত তাকলিক্ল। মমাম চঙদুনা কঙজ'ও পোকপী মমাদা ফুংহোরে হায়মু। থাউদনবনা মাঙক্লেনা অদুদি, হায়দুনা থুনা মাংনা চেনখ্রে। কোন্নুং হেক মৌবগা চাউবগী মমাঙদা তুকরে ইবুংঙো নোংথোল অঙম! মমাক খম্বা শিংহোরে। কঙজাওগে কপী মমাক্ত শগোলতোংবা কুম্হ্রানা ক্ষ্বদা শিত্রা চঙত্রা থঙহোত্রে।

পাউদম অদু তাবদা চাউবা নোংথোম্ন সনা মাঙদা চঙলক্লে,— ঐবু লোইবা ইনিংথৌ! খম্ব নোংবান অনিদি অঙাং তাক্লনি! লমথাঙদা ক্ষ্নদুনা লৈরমগনি থংত্রে। লমজেল অসি তপম্রমি ঙাইহাক্ত লমগৌজক্লগে।

চাউবগী বা তাবদা মোইরাং নিংথৌনা চংলু ইপু হায়দুনা থাদোরক্লে। চাউবনা চৎথিবদু থম্রাকপনা উবদা মপুক্লিং চিংনহৌই!

চাউবনা অস্রম অস্রম ৎথৌরকপনা থোইবীথোমগী মমাঙ লৌরক্লে। থমোম লাংক্লেন থোইবীনা,—ইপু নোংথোম কন্নাম্নব্লো?

ইবেম্ম! তাওখোং খোইক্লোম্লগে।

থোইবীনা ঈরাং থঙলদুনা চেহ্রোরক্ত্না চাউবদা পানা থূদপ অমি পী,—পানা থূদপ অসিমনা ষুংশিদবদা পীজৌ, থূদপ অসিমনা ষুংশিবদা পীজৌ। চাউবনা থূদপ অনি পুদুনা থোরক্লে। ষুংশিদবগী থূদপ্ত হায়-লোক্ত্না য়েংবদা তদু থূবীমুক থাওয়মই। চাউবনা খিং মাক্কক্ল হায়দুনা মাঙোম্বুংগী লৌথোক্ত্না থোঙবীমুক চাউবা অমমুক হাপলে। হাওশিবী

মনা মপুন অমগা হাপচিন্নগা পানা খুদপ্ত, পুছনা চাউবা খুদক্ত থোধখে। লমথাঙদা চাউখনা নোংবানবু থেংনরে।

নোংবান,—ঈপল ইবুংঙো।

চাউবনা,—নোংবান, নংগা মমোম লাংলেন থোটবীগা মরি লৈনব্রা ?

নোংবান,—ইপল ইবুংঙো! ঙসিদা খঙবীবিরোয়রে।

অডুনা ওইবা তারে, থোইবীনা ঐংঙোন্দা নোংবানদা পীবিয়ু হায়ছনা পানা খুংগ অমা পীরকই।

নোংবান চানিংমনথুপ্পনা, পীবিরম্লো পীবিরম্লো।

চাউবনা,—মমা কাথংমু ইনবিগে।

নোংবানমু মমাচ অরোইবা মথৈ কাখোয়ক্লে। চাউবনা মসিদি চনবা পোং নত্তে, হায়ছনা চপশিন্দুনা পায়রগা মমাদা শনাউ হৌদাক থোবগুম ইনশিনলে। নোংবান শায়গে হায়ছনা থোবদা মাঙ্গং থনখিছনা শায়বা য়াত্রে। অদুমকপু শুমু হিদাকমনাগী মনমপ্পনা মৰী অয় অয় তায়ক্লে। চাউথনা মহৌ হন্দোকহন্নরোই থন্দুনা হায়রকই,—কাম নোংবান! অহল-লমন মনাক কমদবা! পানা মহৌম হন্দোকখৈদে। ইপলমু পাখং ওইবিদৈদা মঙ্গান নোংথোনবীনা অহানবা লানবা পানা খুদপ্তো লাইবক য়েংছনা মহৌ য়োংশিন্নকপদগী নঙ্কালগা ঐগা থুংনরকই। ঙসিগী পানমু মহৌ হন্দোকখৈদে য়োংশিন্ন।

নোংবানমু বাছবা হয়াউমনথুপ্পনা মহৌ চিংশিন্নগা কুং লাউনা হেক য়োংপদা নোংবান মকোক ঙাওথংলক্তুনা মালেম থক্ত তুহোরে।

চাউবনা মছুদগী মখা পাংনা অমুক শগোল থোধখে। লাউমু লাউরকই নোংথোম,—মাকনৌরেন ইবুংঙো থব! মাম লাক্লে বায়গমু। মাম্নদমু নত্তে, মপা থোংলেনগু মাওয়ক্লি।

চাউবগী থোম্নাও তাবদা শগোলতোংবা কুহ্‌াছ কাম্নপ্পনা চেয়রে। লিপা ওমদি শগোল থোইনৌ তোংলমছনা শগোলমা পুথ্রীদা লংথম্নগা

শগোল চেনখ্রে। চাউবনা অহৈতদি ফাবা ফংদোক্লে। নিপাম্নমদি উহৌদুনা ঈশিংদগী ফাওগৎলকপা ভাইদুনা লৈরে। চেক ফাওগৎলকপগী চাউবনা শাজেনা শেং লাউনা ফুই। নিপা অমা ঊপ.ই লৈত্রদুনা লাইজ ঈশিঙ ঈরায় তায় চৎথিন্নুনা মথুব কোন্দুনা থাডখ্রে।

চাউবনা হক্তিমক্তনা খম্ববু য়েংদুনা হায়,—মাকলোয়েন! হোৌগৎলো কৈদোনা ফমদুনা লৈরিবনো? মতাওদি অা য়োখ্রে।

খম্বনা,—ইমান ইবুংঙো! ইতাওনা লৈশা পাময়ম্লগনি। মমাক লাইবক থীবদি কহজাও পোকপীদা চিংথম্বা য়াইবী থয়াই মাঙহৌরগে।

চাউবনা মোমোম নোক্লুনা,—নহাওদো মাম্না য়াই থাবয়ে, কখিন্ত চেন্নয়রোয়। সে সে, মমোম লাংলেন্নয় পীরকপা খুদপনি চাও—হান্নদুনা খম্বদা চেক পী।

খম্বনা মতু চারগা মমানগী মমাঙদা কাইদ কাইদ চেল্লি। চাউবা লাকপদা খম্বনা ওয়াওবদুদি কখিনা পান্দম ওইনিগে। কাওয়েন যথবী অমনা গুক্রবা উমং অমদা শন্নাউ মথাম পুন্নুনা হাজং চাগনি চঙথি। যথবী শন্নাউ থাদোক্লয়রুবা মতমদা কৈয়েন অমনা শন্নাউবু লাক্লে তেমশিংলকপা, মতুবু শন্নাউনা উত্রনা ইমা ইমা! তেংথাজবকপা, যথবীনস্থ তাদুনা মচাগী মাংগৈ তম্লকপা, কৈ অতুনস্থ মমা লাক্লে হায়দুনা অশোঙবা নায়ক্ত চোংশিনখিবা; শন্নাউ অতুনা মপী লাকপা অতুদা হায়উনা মমাগী থোন্নাং থক্লগা হয়াউদুনা থোশাবগুম, যথবী ওইবী চাউবগী মমাঙদা মন্নাউ ওইবা খম্বনা থোশা থোশা চেনজখি। মতু উরগা চাউবনা হয়াউদুনা মমাকপু য়েংদুনা,—মাকলোয়েন! কোয়েন নোংবানস্থ মাঙ অসিদা চেক্লয় থেংনবাদি মাম্ম ওক হায়রক্তে, নঙ হোৎচিন্দুনা থেংউকো, থৌজিল্লি।

খম্বনা,—ফনি ইমান ইবুংঙো! থেংজগে।

"অতু ওইরবদি ইবুংঙো, অনিয়ক হাইরবদি অনিয়ক থেংউকো" থৌজিনখি। খম্বনা,—ইমান ইবুংঙো, ঐ শোয়দনা থেংজগে, য়াবে। অমুম তৌনা মকু মমাক কাখিন্নরকই।

মাঙদনা, ভুহৌবা নোংবানদো মনাঙ খজ্রাকপা থুংলে। মচা ইচে ঈশিং লবাইথক থাহনা নোংবানবু ল হকপ্লরে। নোংবান জ্ঞান তাদুনা শোয় হম্বরকবদা মপা খজ্রাকপনা,—পাক্সি ইবুংঙো কৈদৌরে চংলকই।

চাউবনা পানা মতম অমা পীজরমই, অদুদগী ঐ জ্ঞান মাঙখে।

খাজ্রাকপনা শাউদুনা, মা খঙগনি, অমুক্তং থংনরবদি মবুক অকংবদা শাক্জেনা কনগে হায়রকই। ঙাইহাক কৈরগা অমুক হায়রকই,—নোংবান। হৌগংলু, শগোল শাকৈ পায়ু। ইপা খর খর চিংথকে, নচ খর খর মাহু, লমজেল থোইনবা হোংলসি।

নোংবানসু নপামা হায়বশুন্নদুনা শগোল শাকৈমদু পামদুনা মাল্লে। খজ্রাকপনা শগোল পোগংলকপ, মচানা শাকৈ পামদুনা মায়গা চেল্লিকৈদা, খমনা মথাক্লোমদগী য়েংলকপদ উরদুনা লাউরকই,—পাথৌ নোংবান কোংমানব! চহি তরেৎ লমথোইরকপদি লম্থো খাজ্রাকপা লাক্কনা অদুম তৌনা চিংথৎলগা থোইরো?

খমনা লাউরকপা তাবদা নোংবানসু ইকায়দুনা শগোল শাকৈ থাদোকই। ভুরোই, ঙারোই, মচক হায়দুনা নোংবান চেল্লিকৈঙদা চাউবগী ইঙ্গির য়েংদুনা খমনা সুংশিংকী মাচ থানা চেনথৎলক্কনা লেংদোন্ন দং থেংবদা নোংবানসু থরো থরো ওদুনা তুখে। শাউরদুনা কৈরকই,— হায়, লমজা শরা ইকাইদবা! মাংলো অসুক চাউববু চেন্নদুনা ঐঙোন্দ থেংলমিবা করিগীনো?

খমনা খুমই,—ইত.ও! শাউগনু, শোৱথিববনি।

খমগী মাঙাং কজবদু তাবদা খাজ্রাকপসু শাউখিদে, নোংবানসু শাউখিদে। ঙাইহাক কৈরগা চাউবনা মমাকপু য়েংলগা ঙক অমিয়ক হাইরকই। খমনা চেনশিন্দুনা অনিমক্তং মোক্কনা থেংবনু নোংবানসু কমা শাংনা কৈবাক্ত ওনথি। অকোনবগী চাউবনা ঙক হাইবসু খাজ্রাকপনা

হাইফেং উহৌরদুনা শাউরকই,—কম্বিগীনো অঙাং খৌজিন্দুনা থেংহল্লিবা ?
চাউবনা মখু তারগা,—ঐনি খোজিন্নেবা—খুমই।

থাব্রাকপনা, নংমা নঙক হাইথি অশুম হায়না অনিহু থওনরক্লে; শাক্লেনা লামহু লামহু ফুমনরক্লে। নোঙ্গমগা চাউবগী মরুক্ত খেৎ লাউনা অমুক্তং কনবরু চাউবা ৱাপল্লুনা লৈবাক্ত তাখে। অসুম তৌনরিবা মতাঙদা কাক্সাদা শগোল ফাহৌরি, ফৈরোইজাবনু শগোল তোংহুনা খোগংগজুনা মথংদু চৌরক্লে। মপাগা মৈতোনগা মনরে; মপাগী মীচঙ চঙগো লায়হুন শ শাল কম খোগথৎলক্লে। থাব্রাকপগী শগোলদা ফৈরোইজাবগী শগোলনা দং খেংই। থাব্রাকপনা চেপ্প হাইথরকপদা ফৈরোইজাবগী শাক্লেনা শেৎ ফুই,—অহল অসিগা নঙগা মারমহুদি ঐ লৈ হাথবা খঙব্রা ?

উপাই লৈত্রদুনা থাব্রাকপদু মখোক মথুং ছৎ তিংখোক্তুনা কপ্লক্লে। ৱাহৈদি—নপাগা মচাগা, নকুগা মমাক, নশেলগা নৱাহংগা নখোয় অহুম চঙহুনা ইপা ইচাবু হাৎলরো।

চাউবগী মচা ফৈরোইজাবনা থাব্রাকপবু ফুববা অহু উবদা চাউবদি হয়উদুনা জগোই শাদে। অসিগী মতুংদা চাউবনা থাব্রাকপদা হায়রকই,—অপলথংদা ঐখোই অনি চোপমনথে। ফৈরোইজাববুসা খম্বা নোংবান অনিমক পুখৎলক্লো, হায়দুনা শিল্লরম্মগা নোংথোনবগা থাব্রাকপগা কোক্সুং পাংনা চংখে। কেসুং হেক মোরকপগা চাউবনা, লমজেল থুংলমনি, লাকহৌরে, মী চৎখোক্লগদু হায়রকই। চাউবগী মপাক্ত তাবদা লোলাই-পাবশিংমা লখী কাওপ লেপ্তুনা মী চেখোক চেনশিন তৌপদু হায়দুনা থিংখে।

অসোয়দবা কমদৌরি ? খম্বা নোংবান অনি চেনথৎলক্লে। মোইরাং থুনজিন মোরক্লে। মাগী মাগী পানামা, চেল্লু চেন্নু লাউনরক্লে। মতাং

অসিমক্তদা মোংবানগী মমা ঃথোয়ক্তুনা কোংয়ামববু কৌয়মে,— পাবি ইবুংঙো কুংশিবা ইচাবু বাপ্প্রনে ? ইমানা লমগোগে, চেন্ন চেন্ন।

মমাগী লমগৌ তাবদা মোংবাম পাঙ্গল থোক্ত চেনথংলক্তুনা খৎমগী খৎমগী লম অনি হেনগৎথে। মৈবাক মীয়ামনস্থ হেনথে, হেনথে, লাইনয়ক্লে।

লাউনবিবা বাকমত্থু তাবদা [illegible] পোইনীনা থম্ম মেংদুনা হায়রকই,—ইতা ইবেম্ম লায়রবী। মঁগীঃ [illegible] কৌদুনা থোইথে। মৌপুবাগীস্থ নহাক থোক্তুনা অয়ুক্ত কৌডগো হংলু কৈদোবগে ?

থম্মা,—দোলাই পাবনা অস্থুক চেকপিয় পোংথদুনা ফিচৈ পায়দুনা তাক্লবদা ওম্ম থোক্লবা ওমজয়োই।

থোইবীনা, ঐনা হায়গিবসিনি : কনানা কবি ভোবা ওমগনি।

ইবেম্মগী থৌশিল মতুংইম্ম থম্মচুস্থু সপুক্লিং চাউথক্তুনা থৌগে থোয়কই। মেংথিবদা মৌপুবা খবনা তুংদ মোংবায় মাঙ খানা চেল্লকপা উবদা থম্ম পাইম পুক্লিং ইয়াঙ কাংডলে। মীংলু সনা ওয়ংবী পিগী লাইজ ইমা কৌদুনা মৌপুবাদু কৌরকই,— হাঃ ইচেমগী ইবুংঙো কুংশিনা, পলেমগী থোম্মাংনা চাউদবনা ওয়া পীবুক থল্লক্তবনা, ওসি অমাম্নবনা লাকচয়বয়া ? লাইবক ফবা মতাংদি, পলেম মহা অপোকপী নৈবনা, পলেম মমানা কৌইদো। ইচিল ইপুবা অনিগীদি, পলেম পহৌ নৈতবসিমা, ইচেম্ম ইমা শক্ল কৌগেকো। ইচেম্ম মামা মোক্লকপা, অথাম্ম চাক্ল পুকথনবা, নৈকাই থোম্মাং সিজুনা, ইচেম্ম নওবু মোক্লকপনিকো, ইচেমগী বাজমনগী লমলদো, ওসি অয়ুক্তং শিংথবা ! ইচেম্ম লমল থৌয়গে।

মচেম্ম লমল থৌবকপা তাবদা থম্ম চেমবা মাত্রচুনা লেপ্তুনা কপথে। তাইহাক মীকুপ নৈরগা মচেমবু মেংদুনা কপ্প কপ্প পাওমেল্লকই,—হাঃ পলেম ইমাও ! ইমা শকপী লায়য়বী ! ইমাজা লমগোবা উয়গা মৌপুবাগী

থ.গ্রাম কাম্ররেদো। লেঙশিনবীমু কমকমদা হুংঙাইনা কমহুনা লৈরিমু, নোংপুৱাগী পাঙল ময়েং তাদ্রি।

অসি হায়রম্লগা খম্বনা অমুক্তং হৌহুনা চেনথংলকপদা মোংবাম হেনখিবা লম অনিদো মায়রম্লগা লম অমা অমুক থোইগৎলে।

লৈবাক মীয়াম উবদা বা লাউনা নিন্দুনা, কেক্লে, হেক্লে, হায়নরক্লে।

মদু হেক তাবদা মোংবানগী তালোই মঙানা মবুংঙোবু কৌগে থোরক্লে। লেপ্লহুনা কৌরকই,—থবাইগী মপু কোংঙানবা! বাংগমু চেনবীমু—ঐশোম খিবিক লৈজরি।

তালোইগী মশক উবদা মোংব ন অবাবা খিবিক কাউহুমা থুনা মাংনা চেনথংলকই। খম্বনা হেনবা লম অমত্তু মায়রম্লগা মোংবাম লম অময়ুক হেনগৎলি। মত্তু উরগা লৈবাক মীয়াম ,হক্লে, হেক্লে, লাউনখি।

মতাং অম্ব য়োম্ববদা মথোম লাংলেম থোইবীনা লমগোগে নীংলক্লে। হাঃ সেম্নু অচানবী। নবুংঙোবু লমগোগে নীঙববু ঐবু মীনা নোক্লগম্রা? মত্রগা ঐনা কৌরগা কুন্দুনা লৈথোকখিম্রা?

সেমুনা খুমই,—কম্রি ৱানো ইবেম্ম! লমজেল চেম্নু কৌরগা কুন্দুনা লৈবা হৌমদে। অমুক্তং লাইবক য়েংখিম্নু।

সেম্নু মপু মমাই তায়হুনা ইবেম্ম লমগোগে থোরক্লে। ফজেদা মনাহহল! মিৎনা থবমু হহুনা য়েংববু তাহুনা হুংশা য়েংবগুমই। লৈমা অমুক য়েংজরম্লগা লাউজবকই, মপাউথোল,—

মোইরাংগী ইবুং ভাইমও!
ইপাগী পামা ওইম্রিবা!
মীগীদি তালোইনা কোম্নেদো।
ইবুংঙো নঙগীদি মোংবা মরানমাইদা,
তালোই লৈজদমাক্লো.নকো,

ঙসি মচন নোংদমথীবীনা,
তাদোই মঙনা তাদোই শাঙগে।
থংলেন মত্রবস্থ থংলেন ওইঁথবু।
মচননা কৌজথাসিদু অমুকুদি,
মীয়াম মমাঙদা ইমায় ওইজগে,
চেনবিরক্নুগথা !

থবদি নমজেল চেঙহুনা ঙসাই পাউনা তাকপন্থ কাওরমগ্নুবা চেনশিনজ্ননা থোইবীগী মমংদ কুমরে
মতৌ অহুনা থোইবী হৈপ. .ঙক প থংটৈ

অখুই লাংথোং হাওদগী, পানা পোংজু নাহিবী
থৈরক মচাহ্ নিজানবী মনীং মমাং পাঙরগা
ময়াহদা পেক থেকপদা নাচোম শাদ্রি কাংবনী
ওজুনা মায়থ মঙং ওই পাবানবা থৈজরগা
হাওবীবীনা কাওথল ওই কানা পোমচেপ ওই
কর্পূরনা মাঙদা চেম্নবী শিংবা চাক্লেম ওইরগা
লোং মপান হাজং থৈ
কোংহুংদনা চহ্নম কৌ, আয়ামগীনা খুদপ কৌ
অহল মতম ওইরবা পন্থোশিংনা চারগা
চাবা হেক লোইবদা চহী কুহ্রাদা কম্বা থাথল
পাথং থৈলশবীনা চারগা অপাম হুংশি চাওখংপা
হরিগী লাইমাঙদা কংপদা হবিনা মোমোন লোহিবা

অহুওব পানা খুদপ অমা পুথোজ্ননা মবুংহোতোনদা লানজরে,
অহুগা হায়জরকই,– পনবীনবো, নমজেল মীনা থোইথিবা তারে, অমুক্ত
কয় চেনথথপিও।

খম্বনা হৌগৎলক্লে, হৈনা হৈনা চেংথৎলম্বা ৱাহৈ অসিনি,—

নহাদে, নঙ্গ দো, পুৱেম্বগী মচাদে.
ভাওথবৈমনা পোকপনি।
মথং থনবগী পানানি, অঙৌবীগী মচৈনি,
—হায়রম্লগা চেনখে।

মহাক অহুদা অমুক নোংবাম্ লম অমা কেৎনবা মায়রম্লগা থবনা লম অনিমুক হেনখে।

থ ম্রাকপনা চোংথোরক্লবা নোংবানবু কৌরকই,—পাম্বি ইবুংঙো হৈকৌরে; ফিরাল নাত্রা চোকপর? পাক্লল মমেং ভাবরা? ইপ্পা লমংগীগে চেল্লু।—অসি হায়না কৌরবদা নোংবাবু চেনখাদে লায়রমরা মপাঙ্গল লেইরক্লে।

থাম্রাকপগী মতৌ উবদা থোংলেন লাউহুনা চোংথোরক্লে। থাঙ্গী অংগোই শামুনা মচাবু কৌরকই.—

পা'ম্বি ইবুংঙো লাউ, লাউ, ইপাগী মাক্ত ফুরো লাউ,
চেল্লবসু থোইরনি, চেলবসু থোইরনি।
ইপাগী পামাথুদপ চায়গা, তপ্প খুমিদাংবাইমম,
লৈশা পাইরবসু মথোইরনি।

থোংলেনগী বা ভাবদা থম্বা চেনশিল্লবা মপাগী মথোক পায়হুনা থুরম্মী। অমুক হৌহুনা চেল্লকপদা নোংবাগী হেনখিবা লম অনিদো হেনখিত্রে, অমুক চপ মায়রক্লে। থোংলেন অমুক হায়রক্লই,—পাম্বি ইবুংঙো, হৌবা মাদে হৌয়ো। মভাও চাদে পম্মু।

থবনা নোংবান মেংতনা,—"ইতাও ! হৌরসিদো," হৌরমই। থবা নোংবান অনিমক পাঙ্গল থেক্ক চেনবিম্বরকপদা তাওবা লৈশা থৌরক্রে। থবনা তাওবা চীমেং পায়রকপদা চেন্নকপগী শাফুনা কনববা চীরেং থুদেকফুনা ভুখে। নোংবান থবগী মতৈ থামনা চেন্নগা তাওবা মতৈ পায়রে। লমজেলদি থুংলে।

অঙোম শাগৈ হৌপংলক্তুনা লাউরক্লে লমজেল মাঙ্গরে।

থোংলেন্না হায়,—অঙোম মথোয়বু থোংলেন ঐগী থাওলেন কিদত্র ? য়েংফম চাদনা য়েংপদি থোংলেনগী থাঙ মমা থাংউবা ?

থোংলেনগী বা তাবদা অঙোম শাগৈ কিবনা লোইনা মাঙনখ্রে পীকম থোকপা মনাম থবদা মোইয়াং লিংথোনা পীথে। থববু য়েংদুনা লিংথোনা পাউদমক ই,—

থাবৌগমু অচানবা, নঙনা থাবনা মহেল্লি,
লিংখো ঐনা পীবনা মবাংলি।
থবা পীবা অসিনা, নঙগী অপেনবা ওইমুকো।
পম্মি থুনোন নাম্নগা, মশা কুপ্প থুংবা চৈয় ফি,
অসিমগমু লৌজরো।
মনাগী থুজি তান কংজরো।

# কাও ফাবা

নোংমগী নুমিৎতা নোংবান্ন বাখল তৌরি,— থবা হায়ব'শিনা মোইরাংদা লৈরিবমথৈ নোংবান ঐগী চাউফম লৈত্রে। করম তৌগনা চাৎসিবা? নুমিৎচুপকী লৌনা মচুনা মাগী থবক অমা ওইখ্রে। নোংমদি নোংবান্ন কৈথেল থোরকপদা অহল ওইরবা নুপী অনিমক কৈথেল চিথেঙ কপ্পব থেংনৈ। নুপী অনিম্বু লম্নেন লোক্তাক মায়কৈ ওন্দুন কপ্পমী। নোংবান্ন চঙশিল্লক্লগা মনাক্ত লেপ্লুনা হংলকই,—পলেম ইবেম্ম অনিমক করিগীনো কপ্পিবা নপোং করি মাঙবগে? কনানা লাকচবা লৈবগে? হায়বু ঐঙোন্দ্র।

নোংবানগী মপাউ তাবদা অহল অনিচুমা কপ্প কপ্প নোংবামবু থাগৎলি! "পারি ইবুংঙো নুংশিবা! নগুণ লৈবা নিপানি। অরাবব্ব বায়ত্রঃ হংবিবা নংগী লমল তোরেদো ইমানা। ঐথোয় অমিসে খুমন লৈপাক্তগী লাকপনি। মোইরাং কৈথেল কাগে লাক্লগা নুমিৎ তাখিবনা হানদোরে। নুমিৎপু তাথ্রবদি ঐথোয়না খুমদা চৎনবা পাথৈ লৈতরে।

বা অচু তাবদা নোংবান্ন হংলকই,— ইমা অনিমক! করিগীনো অদুদি? হায়বু তাসি।

নুপী অনিচুমা খুম্লকই,— পারি ইবুংঙো! ঐথে মগী খুমন লৈবাক্ত মণ অমা লৈ। মণ অচুবু কিনবনা নুমিদাং নুমিৎ তাথ্রবদি মী অমতা লপ্লেলদা চৎনদে। ঐথোয়না থেঙনঃ কনখিবদা মণচুবু থংনক্লরবদি অরাবা ওইরনি হায়চুনা কপ্পনি।

অনিগী বাদো তাবদা নোংবান ইশি-শিনা নোক্লক্লে,—ইমা ইবেম্ম অনিমক! মণ মানা কৈদৌনি। ফাদোক্লগা লোইরেদনা।

ফুরী অনিচুনা,- ইবুংঙো ! মত্তে, নংদি থমখো। খুমনগী চৌবা যাত্রা হায়বচু যণনা হাংফুনা শিখ্রে।

মপু হায়বা হেক তাবদা নোংবান মতু চুংনা হৱাওখি। পাইন চুংদা থম্লকই,— চৌবা যাত্রা, হাংপা যণদ্রাদ হৱবুদু হাংপা ঙমগনি। অসি থম্লদুনা হায়রকই,— ইমা যণদো ঐ ফাবিগে। মী কনাগুম্বদা যণ অকনবা অমা নৈদ হায়বসি তাকথোকহু। যণবাউ অপু ঐচোম্ব যোল্লয়ো ; মীচোম্ব হায়বদি য়াত্রে। সে, সে, তরেৎ শেনজাদু পীরক্লে। ফুরী অনিচুগী মরক্ত অমদি থৱা পংবা মাল্লে,—টমম ! পাউ নৈবসিবু কবিনো ? পোকপদগী থেংনজরক্তি। নিপা অসিবু মিহুদ অমা চৌত্রা ? হায়রকই। ফুরী অমদুনা খুম্লকই,—নথৌ নৈতে ইবেম্মা। তু'ম্মর পংনৈ নৈদ্রু। শেল কংলগা লোইরে। ঙসিদি যণবাউ ওইচুনা নৈশা য়ামত্রিবনি। ফরেংদি খুমনগী মীপাউ মরাম পুরক্তুনা শল্লা তৌদুনা য়োনশি। অসি হায়রম্লগা ফুরী অনিচু কিনা কিনা লাক্তাক লান্দুনা চৎখ্রে।

অসিগী মতুংদা নোংবান্ন রাখল তৌনা তৌনা মমুৎ পাংলক্লে। থম্লকই, ঐনা থাংজিংবু নীংজবচু থাংজিংনা থৌজাল পীবিদুনা থৱবু হাংপা ঙম যণ অমগী ঙসি যণবাউ তারে। থৱসি যণ অসিদা থাজিরগা হাংহনগে। খোইবী অসিবুনা ঐচোম্ব লুকোংহনগে নীংদুনা অচুদি কয়ম তৌরগা হাংসিগে, মোইরাং নিংথৌদা হঙ্গৎসিরা, নত্রগা মোইরাং মাইবীদা বাচংশিবা, মাইবীবু লাইমাং ফমদা ফাওক্লগা থবা কাও ফাহনশিরা ? মশিমক্তবু ইকং ফংত্রে, মাইবীচুম ঐনা চঙদুনা য়েংলগে, থাংজিং লাইগী লাইবাউ শাংরগে।

ঙসিদগী মাইবী ওইরগে হায়দুনা অহুম লাকপনা লাংথৈদ্রু মপোপ থিচুনা নোংবনা মনাদা চিনথৎলে। তাইরেন মনা মথুংমা পায়চুনা মমুৎ পাংনা লাক্লে। থাগী মাঙ্গোল খেক্লোংলাং ফন্দমাংদা কয়রে। বা অমতা তাংথিদরে। মাইবী ওইববনি হায়চুনা তুমিন্ন কমদুনা নৈখ্রে। নোংবান্ন

ফমহৌ উবদা তালোই মঙাহুনা কনামা খুদোং হাল্লকই, কনাম্বা পামা তপ্লকই। নোংবানগী মমাঙদা পোৎলম খিবিক্তু চাবীয়ো হায়হুনা থেল্লয়ে। নোংবান অহৌ ওহোকপা মীওং অমনি। পাওম্ব চাদে, খুদোংম্বু ফানদে, মতোমতা তুমিন্ন ফমহুনা অহুম মরৈ। নোংবানগী মুপী অহল অহুমা নোংবানবু য়েংহুনা হায়জৈ,—ইমুংঙোবু ওসি হকচাং কয়া ওমদবনা? নোংবানদি ওখিহু হায়দে, ওমদেম্বু হায়দে, মখিত্ত পংয়েংমা ময়েংই।

অহল অহুনা হায়জবদা থৌরক্তুবদা যাইমবী মুপী অহুনা চঙলক্তুনা খুদোং অহানবন্ন পায়রগা, তামো, খুদোং ফানথীয়ু, হায়হুনা লানশিল্লি। নোংবান মুপী অদোবদা ওনশিন্দুনা য়েংলকপহৌ চাথোকপবগী মওংনি। মিংয়েং অহৌ উবদা তালোই মঙা অহৌ কিহুনা চেনথে। থাজ্রাকপগী মাঙোলদা মঙা অহৌ পুল্লগা কল্লয়ে। থ'জ্রাকপনা মপুক্লিংদা মথোম্বু নোংবান্ন য়ৈখিরমাল্লে হায়হুনা খুযাইলৈমবু কৌরকই। খুযাইলৈমা চেহোংরক্তুনা, কয়ি ওইরবনো ইবুংঙো হঙ্গংলৈ। থাজ্রাকপনা হায়,—মমৌ মঙাসে নঙগী নচা নিপা থৌয়ি থুংদবসিনা য়ৈরয়ে, কয়িগীনি হায়গে হংঙৌ। খুযাইলৈমম্বু চেনশিল্লক্তুনা মমৌ মঙাদা হংলয়ে,—ইবেম্ম! মথোঙ মঙানা কয়ি কায়রুহুনা পায়ি ইবুংঙোনা য়ৈবনো? অম্মুম হায়না হংলবদা মঙাহুনা থুমজরকই,—হাঃ পলেম ইবেম্ম! নপাযি নোংবানসে মওং অমা হোংথে। মনাদা লাংথৈ চিলহৌয়ে। তাইবেন মনা মথুংনা পায়বগা মযাই অবাং ওল্লুনা বা অমতা ঙাওদনা ফমহৌয়ে। অম্মুম তৌনা যামা লৈবা ভায়বদি নযোম মঙাগী পুন্সিদি মাঙলেদো।

মমৌ মঙাগী পাউদম তাবদা থাজ্রাকপবু য়েংহুনা খুযাইলৈমনা তমজৈ,—কেগে লাম্লোই অঙম! নপাযি নোংবানদো হুংতিগী মওংগা মায়দে হায়। লাংথৈ মনাদা চিন্নগা তাইবেল মনা পায়হুনা ফমন্নুনা লৈহৌই হায়রি।

থূদক অদুমক্তদা অতোম নিংথৌ চেনশিল্লক্তুনা মপাখি মোংখানবু কৌরমে,—পাখি নোংবান, পাখি মোংখান ! অমিগক কৌবদা থুমখিত্রে। মপাবু শংগ্রিক শংমা য়েংহুনা লৈখ্রে। খাম্বাকপমা থবাই বামদুনা হেম হেম কৌশিল্লক্লে। পাখি ইবুংঙো কোংখানবা ! ইপানা কৌব থুমদবা ননিং থুংদবা করি লৈবগে ? হায়বু ইপাদা, হায়মকই। মোংখাম্ন মপাবু য়েংহুনা থুম্নকপদ্ব ওয়োকপা পাউথুমবু ওই। মপায়োমদা কম্প য়েংলগা নোকফেং তৌহুনা,—"তাইবং" হায়নকই। খাম্বাকপা ফুজুংলে,— পাখি করি হায়বনো ? অমুক হন্ন হংনুবদা থুনখিত্রে। খাম্বাকপদু কপলক্লে। ইপাগী শাগৈ খাউটৈ মুংলেদো ! মমাম্ব অমম্ভু লৈত্রবা, ননাও অমণ্ডম্ভু লৈত্রবা, মতোমতমক পোকচবা ইপাগী অমুক্তী মুমিং ওইবা, মুমিংদাংগিনা থাজ ওইবা, মাওঙ্ময়েদো ইপাদি, অসি হান্নহুমা মোংলেম থোংনগুম কপ্লক্লে। অদু ফাওবদা মোংবান থুম্ব লৈখিত্রে, নোকফেং নোকফেং তৌহুনা মপা মশক থওদবগুম লৈখ্রে। খাম্বাকপম্ভু মম্ভু উবদা পাল্লমত্রে সনা কোমুং তম্ন চেনখ্রে। মপু সদা মাঙহুদা হঙ্গংনুম্নে খাম্বাকপমা,—ঐবু লোইবা ইনিংথৌ ! কেগে লৈবাক মপু ! ননাইগী পাখি নোংবানদো মাইবী শরোং চিলকৌরে। তাইরেল মদা থেংকৌরে।

খাম্বাকপগী মপাউ তাবদা নিংথৌম্ভু পুক্লিং মুংঙদুনা মিৎলু সনা তরঙ লাইজ শিহখি। আ ! পাম্মুইদা নোংবান, কৌহুন তেংথাখি। ওইহাক লৈরে হায়রগা খাম্বাকপবু য়েংহুনা হায়রকই,— চৎলো তদুম খাম্বাকপা, হয়েং ইসুং ঙানবগা নপাখি মোংবান পুহুনা ঐগী কোমুংদা কারকউ।

নিংথৌগী সনা মাথং তাবদা খাম্বাকপম্ভু হনখ্রে। মমুম হেক য়োবগা মনাইশিং য়েংহুনা হায়রকই,— তমুমথোম ! পাখি মোংবান মনাক্ত মী অমতা লৈমহু। ওাসি মুমিদাংদি তম্না মুকোই পীজক্কু। থোংগী মাতে লোম্দুনা মোংবা মমানমাইদা ইমুংদা থমখ্রে।

নোংবানবু ইমুংদা পুশিন্নে। থাউটৈ অমতা থানদুনা মতোমতমক থান্নু। খোঙগী মাটৈ লোমখ্রে। মখোয়না চৎখ্রব তুংদা নোংবানছু নখঙ্ক ঈমু'ভুদা শিবমখৈ নোক্লক্লে,— ঐনা তৌকপা খবকসে খুনা মহৈ চাগেদা, ঐনা তাওশিন্নকপগা ইথন্তমক নৈবেখে, হমেং নোং হেক তানবগা ঐ জ্ঞান তাদবা মাদে। অঙ্গুব তোনা বাখল তৌগ্নবা অহিংচুমা লেজে।

অ'হিংগী মতম লোইছুনা ঈজুং শোবা তাক্লে। মপা থাব্রাকপহ নোংবান্ন নৈবা মকমদা চঙলক্লুবা মপাগ্ন লেপ্তুনা "হাঃ পান্নি ইবুংঙো কোংয়ানবা!" হায়দুনা কৌরবদা নোংবান্ন জ্ঞান তাবা শাদুনা—পাবুং ঐ নৈবে, হায়ডুনা থুনকই। নোংবানগী মপা থাব্রাকপহ খোঙজি মটৈ কাওজুনা মচাগী মনাক্ত চঙলক্লে,— "পান্নি ইবুংঙো কোংয়ানবা, ঙাংগী মথৌজুদি কন্নিনো" হংলৈ। নোংবান,—ঙাং ঐবু কৈদোঙখ্রবগে থুমই।

পান্নি ইবুংঙো মংমদি ইপাবু মেংছুনা 'তাইবং' হায়না থুমকইদো। অচুম্বদমক ইপানা থগোই কায়ছুনা মনা কোমুংদা তাক্লুবে। হৌজিক্কি কোমুং চৎলসি নিংথৌনা লাকউ হায়হৌই।

মপা মচা কোমুং তম্ন কায়ক্লে। মমা কোমুং হেক মোমদা মনা মাঙদা থুকমই। মনাই নোংবান উবগা নিংথৌনা থুংলাম তোয়মা কৌশিন্নি,— তমূম লাক্ত লাক্ত চঙলকউ, মকমাংদা কম্নলাউ। মঙবু মাইবী চঙলে হায়বসে অচুম্ব বামক্লা হায়মু।

নোংবানম্ন চেনবা নৈতমা,— ঐ মাইবী চঙজন্নে থুমখি। মছু তাবদা নিংথৌনা, কন্নি বাগো কোংয়ানবা। মাইবী চঙবা হায়বম্নদি চঙত্রিঙৈগী মমাঙদা মান্ন তাওছুনা ফাবৈনা? মঙদি তাওম্ন তাওহৌদমা মাইবী হেক্ত চঙবদি কমদৌবনো, অশেংবা বান্ন নিংথৌ ঐঙোগ্ন তম্মু।

নোংবান.—ইমিংথৌ মাইবী চঙবা হায়বসি মচঙ অদি মুই। লাইনা পান্ন চঙবা হায়বা অমা, পামফাওনা চঙবা অমা। হৌরকপদা মান্ন

ভাওরিবসি লাইনা পামকাকবনি। লাইনা মতোইনা পামথ্রবা, লাইনা হাকথেংনথ্রবদি ভাওবা মতম শংদ্রে।

নিংথৌনা হায়রকই,—নোংবান! অছুদি লাই হকথেংনবদি করম তৌনা থেংনবনে? হায়য়ু তাসি তমুম।

নোংবান,—ঐনা ভয়াং যুমদা কুমজথিবদা নবুখোঁ থাংজিংদো লম্লোঙ অহুম কাংবদা এমছুনা লৈরম্মে। মী চিক্লবা অছুদা ঐবু নোংবান! নোবাম নোংবান! কৌরকই। নবুখোঁ থাংজিংনি হায়বা খঙলছুনা মনাই ঐনা চঙশিন্দুনা থুকমলে। মোইরাং থাংজিং লাইনা হায়রকই,—নঙ মাইবী চঙলো। মোইরাং নিংথৌ অসিগী মপারি অমা পীবিগে। ঐনা পাম পোং অমতদি কংহল্লু, হায়। মনাই ঐনা, করিনো পাম্বীরিবা পোংপু; হংজবদা থাংজিংনা, ঐনা পাম পোক্তি লম্লেন ইংকোল্ড চাহুনা লৈরিবঃ কাওরেল অসি কারকপা থাংজিং ঐঙোন্দ কংহল্ল। অছুবু কংলব'দ ভানকপদা মচা মিপা অমা পীগনি, হায়। মনাই ঐনা ঐদি মাইবী চঙবদি ভমজয়োই থুমজবা। তৌদব মাদবা থবক্সি হায়ছুনা থাংজিংনা ঐঙোন্দ কোমথীরে। মনাই ঐম্থু চেনব মাদবা মতাং থোক্নুনা মাইবী অছুম ওইজরে।

মনা মাঙদা নোংবান পুন্নকংসি তম্লবদা নিংথৌনা পীবুক হায়না তেংথাবি,—পাম্বইদা! প মুইদা! কোংয়ানবা পাম্বইদা! নংনা মাইবী চঙবদি নিংথৌ ঐগী অবাবা ওই, অছুমকপু য়াক্রবনি, হৌজিক মঙদায়ো লাইবাউ ভাদি।

কোংয়ানবা থুমলে,—শরিকপু যুমদা লৈহৌরেদা!

নিংথৌনা নংগী শরিক থাংতনবা পীগনি হায়ছুনা মনাইশিং থাহুনা লোয়মডংগী শরিক লৌহরে। নোংবানগী মখুংতা শরিক থুংলে। নিংথৌনা য়াবগদা কোংয়ানবা ইংলক্লে?

খম্বনা য়েংশুকপদদু কাওনী মমায় উরকলে। লাইজ্জ ঈথক পুন্দুনা তাংথক নাইদনা লে ইরকইবা কান্দু উরগা খম্বগী পুক্নিংদা যণনি ভাবনা খনখিত্রে। থাম্বুং লাইরি ভায়মা থক্লি মচী য়েংলোম থং-বন সনা লেঙ্গুম লঙ্গন চক, ওইবোম থংবা মচীদমা লুপা লোঙ্গুম পঙ্গনচক, মমিং অমিন পুম্নমং লং, মমাইদুনা ঙাংশং ঙাওনা পাক-থাক পাক, অদু উকরগা খম্বনা ভুবী লাইরেলনি খনখে।

হায়, হায়! ইরাপ্পু নৈবা ভুবী লাইরেল! অঁনা কৌবদি যণনু কৌরগা লাই মংনা কব্বি নত্রিক নৈদুনা লাককি? ফরে লাকলবনিনা নংসু ফংব ফাবে। লাইগা যণগা পুন্না ফারগা থাংজিং লাইদা পুন্না কৎকে, - খম্বনা লাউরকই।

খম্বগী খোল্লেলদু তাবগা কাউরেলদু শাউবা অমুক্ক হেন হেনগৎখে। মী লাউমা কাম্বথারকপা লোকনা নৈথু বাং বাঃ কাই। অদুম তৌনা খম্বগী মনাক নকদিগ্রকলে। কাওরেল সংনী তাবনা খম্বনা খঙলকলে। খম্বনা বাথক লোইরে — নৈংপুং মথক অসিদা মাগা নৈগা থেংনবদি লম অসি পীকরম্লি। অদাকপদা থেংনগে।

অসি ভায়না খল্লদুনা নৈংপুংথক্কী কুমথখে। খম্বনা নৈংপুং মথোংদা নৈবা চাক মমাম ফংলগা তৌরকলে। ফুকপা য়াথমৈগ ফুন্দুনা মৈগ অমি নৈপিশিল্লি। অদুগা মক কংক্কালদা চেক কারকপগা চাক্ক পায়-শংদুনা তুনজিবা তৌরকলে। চাকনা মশাদা থাবদা যণ শাউবনা লোইখে। শক্তি নৈব মপ্পীমা মচীনা ফৎ ফৎ কাইবদা চাক্ক ভুবৎ ভুবৎ ভুপ্পী। অদুম তৌনা চেক্সিল্লকপনা খম্বগা কাওগা চকচাংগা চকচাংগা থেংনরে। খম্বগী মথুং অঙনা কাওগী মচীগা মনাগা পায়-খে। কাওনা কয় ইল্লকপা, খম্বনা থাওবা মাত্রদুনা, মালেম নৈদা থোওবী থুমনা মমশিন্দুনঃ থাংবদা অঙাং খম্বা থুকউ য়ৌমিং য়োমাং নৈপাক মহুংদা পুংথরে। খম্বগী কল্লাকমা কনখমা ভুখমক্তি ভুদে।

বদম্ব ইনবা তোক্তে। খম্বগী মখোঙ অনিগী মকমদো লৈবাক মচুংদা ইম লাকপনা থোংনম ইশং অমি তৌখোকপগুমলে। লম কুকতোম ইমগা কাওম মপান্দন লোইমকপ্রা কম্বিমো লেপথে। ইবগা অমুক হয় ইমগে নীংলকলহুনা পান্দল থেকম ইমকপা, ওসাই খম্বনা তৌ-খোকথিবা ঈশঙ্দ, কাওগী মখোঙন অমুক পুংথম্বনা তৌখোক্লকহুবদি চাউমবা ঈশং অমি ওইখে। মচৌগা মনাগা পায়রবতু খম্বনা মচৈ পায়গে হায়ম' থাদোক্তুনা কৈফনা চোংথোকই। কাওন্থ লাইগুম শিং-বনিনা মচৈ পায়খ্রদি মায়হুনা কাওম্থ চোংলকই। চোংবা মায়হুনা মচৈ পায়বা ফংদ্রে। কায়ক্রহুনা খম্বনা চঙশিল্লক্তুনা মচিগা মনাগা অমুক হয় পায়। কাওবেল ধুমাওদ খম্বগী মখোঙনা লোংথে। চমগা লৈমুনা থাদগে তৌবদা বণগী মপাঙলগা খম্বগী মপা.জলগা হেমদবনিমা কাওগী খোঙকমদি কৈনা চংলি তুম্মক্তি তুবা ওমবে তাইহাক পুক্তোম লাক্লগা খম্বনা বাথল তৌরকই,—"বণ অসি পুথংলগে, মীয়াম মমাঙদা' মাগা ঐগা লাক্লবা কুম্মৈ ওইনা য়েংলসু।"

মচৌগা মনাগা পায়রবা থাদোক্তুনা খব মমাই ওন্দুনা চনহুম। চেম্ম। কম্বিনীদমক চেল্লিবা! তায়কসু হায়বগীদমক চেল্লিবানি। বণগী পুক্লিংদদি কিহুনা চেল্লিবনি হায়হুনা অরে ইবা থাম্বনা তায়মক্তে। খম্বনা চেমকপা কাওনা ওাম্কপ। অশিবু অথোমবদা লৈতৌবা খুমম মোইরাং শগাই তোংবশিংনা উমমকলে।

কম্বিমো! কাও কানি চঙহিবা শিপা অশিবু চেলে, চেলে, —লাউমককলে। মীয়াম চেলে, চেলে লাউববদা চাউবা মোংথোম লৈবা ওমলক্তুহুনা খোংলেনগী শগাই তমনা চঙলকলে,—"পাথৌ খোংলেম অথৌব! তাম্বা? মপান্দি মোংমাই খম্বদো কাওনা হাংকে তায়বদা চেল্লি হায়রি। মসি কনানা শীনবনো মহাক্ল শীনবা থবক্তি। মচাগী মহৎ শিন্দুনা নংসু থিক্ররো। থম্বা শিবদা মংদি বাযোইদে',

অপোকপা নচা নত্তবনিনা। শিদি শিংদোংবা হায়না লৈবাক ঙাক-নাইরবসে প্রাক্রা ?

খোংজেল মহিং পাইখে। জুম মপানি নোংবাদেবী মায়কৈ য়েংহুনা কাউরবই—পাঙ্গ ইংংতো লোংবাই। চেন্দুনা লেম্বাদ ইপাগী শগাই মথোক্ত য়োম্বা চেকওই। ইপানা শংবাই করবিগে। ইপানা কাও-রেল ফাবিবগা লংনা সনা উংবম্ব থংলো।

খম্বনা অহোমদা নপাগী খোল্লাউ ঙকু চাংবোইরে। ঐনা যম্মু পুখংকে নীংহুনা তুংথ মাংথ চেংয়মশকপা ঐনু চেমবোই নীংজমারো, বাগল মাংস তৌরগা লাউরকর,—তুমন লেবাক, মোইরাং লৈবক, নিংথৌ অনি য়াখারবা! ঙাবিয়ু, ননই ঐহক কাংগী মখুত্ত কিহুনা চেঞ্জবা লেঙ্গু অকোকপা মফমদা কাওবেল থাদে হায়দুনা থেমদুনা পুথক-লকপানি।

খম্বনা চেন্দে হায়বগী পাউজ্ঞ তাবদা মী শুদিংমকন্ন চেন্দে হায়বা থংলনে। থুদক অদুমক্তদা অকোকপা য়োয়কলে! অকোকপা মফম-দুদা খম্বনা থোংখোং শাহুনা ঙাইহুনা লৈরে। যম্ম পাইমহুংদা, ঙসাই মথৌদ মঙনা কিহুনা চেঞ্জগা, মীয়াম লৈব উরগা থোনা ফবা শাবা লংঙ হাংলগে, আস খল্লদুনা খম্ব তমনা লেম্বাং পাইবগুম পাইশিন্নকই। খম্বনা নিংভাইব লৈতনা ঙসাইদোংবা যণগী মচীগা মনাগা পায়খে। ঙসাই ইয়বগুম প্রলয়গী মশক ওইনা ইয়রকলে। যণগী মতৌ উবদা মোইরাং মথৈ ফজৈদা! ফজৈদা! হায়হুনা ঙাওলে। খুমন মথৈমা যণ উবগা তুংলোমদা হম হন্দুনা চেরে। অদুম তৌরিবৈ মতমদা খম্বনা কাওরল যণবু লোংখো চঞ্জগা লৈরগে থল্লদুনা খুমাঙদা লোংখো থাখে। খম্বনা কম লৈরকপদা কাওরেল যণ চেগ্ন হায়থ-রকই। তুবমক্তি তুংলোদে, খুমাঙ কোম্বগা তোকপি। খম্বনা তুথু মাদে চৎখে হায়দুনা মথং কোমকোম তৌরবদা কাওনা চোংশিন্দুনা ইয়ক-

পবু কাওগী মতকশমদা কোম্‌না অস্তাং নর্তনা লৈখে। কাওগী মতক-শমদা খমনা ফয়ুগা কাওগী মথক্ত খম্বা উপন ভাখে। খমনা তাবা তারে হারছুনা চাকোম অ'দা মথ্‌ংনা লামজুনা পাররে। খমগী নিওপম সনা রেন্নাউকি, পেক্রুক কোথা শাবা চরৈ অওাঙবদুনা সণগী মথারদা কুপখে। সণগী মচৗনা অও'ওবা চরৈন্দ্র শেং নাউনা শেগাই-রে। মতু উরগা থ্‌মন পোইয়াংনা, "শিরে-শিরে, সণগী মচীমা লেং-ছুনা শিরে" কায়নথি। থ্‌দক অদ্‌ংজুদ সণস্থ পনবা কৈজমা নারক অশোওবদা চজখে। খম্বি সণগী মংক্ত অদ্‌ম উপ্ন ভাদ্‌না চংখে। অপারশোইগী লমদম বৌয়নপদ' সণ চপ লেঙ্গী, কমদোসিগে বাখল তৌই। মন্ন লেপখিকসিদ' খমনা কারিনো অমা তৌদোরে খরুদ্‌না মংথোত অনিনা সণগী নাক্রদা কাওয়মুগা সণগী তুংলোমদ' চাংথোকখি। অনিমক থ্‌ক্ত মমায় লৈশরৈ। খমনস্থ সণগী মনাক্ত চজুবা ওমদ্রে। অনিমক বাবনা থম থেংলে। কাওরেক মন্ন পাইম পিত্রুংদা থরুকই,—নিপা অসি ত্রৈনা লাইদিংকাম কুমুগা লাইজ ঈশং খজিজুং থরু-গা অমুক্তং থেংমরবদি ঈমু ফিরাক থারছুনা হাংপা ওমগনিসে।

খমনা বাখল তৌবনা,—হারেদা পাঙ্গলস, অম্রম বানবা কানদা পমা ইবেমগী পানা থ্‌দপ অমনং চাবগা থেংনরবদি সণ নংমু ফাব' ওমগত্র নিংইদ'।

অসি খলুগ' খমনা কুরিংথাউলা পানা থ্‌দপ হাপ্রকগ্রা রেংগে হারছুনা মাথরকপদা কাব্রং পৌনাও মানথৌরি মচেম পুথো কারছুনা খমগী মথ্‌ওদা রেংশিনবীরকপদো ওসাইমথৈ মতু মাওরি হারবা কাউ-ফরে খম্বা। পানা থ্‌দপ মাক্রবদ থৌরি থেংনরকপা মীওগী পিবু তারক্রে, মচেমগী বাস্নী নীংশিংজুনা। মচেম হাররকপ, ইপানি ত্রৈথোররু মোকপিরকপনি, খর্‌মদ' খম্বা ত্রমং লাইজ ইরা হৌনা কপলকলে। মথ্‌ওদগী থৌরী লৌথোক্ত্‌না থৌরী বাংনা থাঙ্গংলে,—ইপা ইবুংলো

হুংশিবা! নচানু পীক্লিবৈ কান্দ পংহৌনা য়োকপিরম নচানি। মতম থরা উমঙ্গা নচবু কাউথত্রা? থোইবী অসি য়েংবিয়ু, করম থোইবী মানবগে? পহৌ মুখ য়েংশিয়ু। পহৌ পুরেম্বনা পোকপনি, ইমাম্বা ভাগ্যলৈরমনি; পোকমিন্নবী ইচেম্ম লইরবী থম্মুনি। তোক্লবা নচাদি লাংবরবা থম্বা কোইদো। পহৌ নচাবু কাউবরত্রা? মপাম্বিনা অপঙবা ওইবনা পহৌদা লোগজোন কাংলুরে। লানথিবা খিবিক্কি লমনদি নপা-দিগী ঊমু শিরাক থায়হুনা য়াইবা থবাই লোবিয়ো।

অসি ও য়রম্বগা থোইবী মহুৎইনা হংজিনথে! খম্বসু চৈম্বু তাবগুম হুংথে। কাওরেল অদুক শাউথ কদেংদগী ঈংথিবনো থড়হোদে। খাম্ব ইদি থক থক নীক্লকই। অদুক্তগী থোইবীশিং নীংশিংলক্লহুনা যগসু মঙ্গৌজী মপি তারকলে। খোমাংথক্ক লাংরিবা খম্ববু চিংনু-চিংনু য়েং-লকই।

পহৌ ইয়ুচে! ইচাবু অচৈং নাবা অভাং ওইহৌবম্বু শিরা। ইচানা অভাং ওইবগী ঊ থেরক্লুনা তাওরবসু মপা ওইনা হক্সুবা ঐদি করিদৌনা ভাওক্রি. মথক্ত থনবদা কাওরেলদো হুংথাইবা শক্লক ফংরে। ইচা অশেংবনি শেংদবনি হায়বদি থোইবীসিনা সাক্ষিনি থমহুনা মমাঙদা তারিবা থোইবীদু মনম নথ কৌরকলে। অদুক কুইরবা থোইবীদো, মঙ্গ মনম খঙববু মাগী মনম ওইরমলে। কাউরেল থোংন লাউনা কম্পা মচৌনা থোইবী কোথকুনা মথক্ত মঙক্ক হকচরে। অহুমকপু য়েংথিগে, অভাং নাবা অদুদি শলাংথেম্ব চৎলমদাইদা ঐমা ইরৈনা লেকঅম্মী, দাগ অহু লৈরিত্র' য়েংগে, হায়হুনা খুবোম তাবদা য়েংলকই। খম্ববু পোহুনা থম্মুনা শলাংথেম্ব পুরমদাইদা যগী মরৈনা হক্সংনা লেক্লম্মী। মহুগী মফম অহুনা তুরৈ হক্সংনা হৌরমলে। অহু খিবিক উক্লবগা সঙ্গ নোং থোংবগুম কপ্তুনা চৌন্দদি থোক্তবা থম্মোইহুংদদি চাকলপা নাচম কদাইদা লৈহৌই, নংদি উরেনে ইপানা, মচেমগী লৈকম তাকউ,

খুমন নিংথৌরা মোইরাং নিংথৌসা, লৈবাক মীয়ামসু লোংবা'য় হায়রক্লিবা অদু হাবদা ঙক্লে, অদুম লৌনখিরৈদা লোংবানসু খুংলরে। সনা মাঙদা ফুদুদা থুকমই। ননাই ঔনা ফাবা কাওবনি, ইদাও খবদা মনা পীবিগনু হায়রে। লোংবা-গী থাঙাদু হাবদা অচোম শাগৈ হৈনা 'খব' হাৎনু' হায়দুনা যোমশিল্লক্লে। হোয়রক্লিবা লাকলৌদু খুমন নিংথৌ মোইরাং নিংথৌ অনি-গী শাথেম থাঙ-দুনা ভোবা মাদে হায়দুনা লাউরকপদা হন্নোকনখি।

চাউবা লোংথোন চেনখিদুনা খোংলেন ফাজুরে,—নপাকিনা ফাবা কাও লোংবন মুনখে। মং: লোংবান্দ পীখে।

পাউ অদু তাবদা খোংলেন লাউখিবগী থাবা হৈদু ঙাদা। লৈসম-সমু অচোম হাংকে—হায়দুনা থাং পায়দুনা চেংক্লে। খোংলেন লাকপা উবদা অচোম শাগৈ মহৈ অনি মাওখি, অচম মায় খ, মহৈ মহৈ মাচন খিবনা অমত্ত উখিল্লে। খোংলেন সনা মাঙদা হন্দংলকই— ঐদু নাইবা ইনিংথৌ! ননাই লোংবান্দ মনা পীখে কাংবাদসু চুমল্লা!

মোইরাং নিংথৌনা, ইপু খোংলেন শাউদসু, মনা পীরি। ইপু খোংলেন অথৌবা! নংনা হেল্ল থঙগনি, শাগী শায়ম লানগী লানফম খোক্লবদি নংনা হেল্ল থঙগনি। ফনানা ফাওবনো বিচার তৌ। লোংবাসু হায়কি—মানা ফাজবা বল্লি। থখনা ভাইরাক নিংবগে হায়বগা ফংলক্লে, মনা পীকসু। মশাদসু কাওগা ইল্লবগী অশোকপা কমাসু লৈরে। অল্লগা থবদি মশাদা শোকফম অমত্ত লৈতে, লৈথে ম লৈরিক পল্লে। অদ মথোয় মশেল থংনরকপনি। উল্লদবনা থঙল্লে, খোংলেন নংনা বিচার তৌরো।

নিংথৌগী মাথং তাবদা খোংলেন বীচার তৌরক্লে,—লোংবানগী শোকফম লৈবনু লৈসনু! পাল্লি ইবুংঙো ইচানা শোকফম লৈত্রবনু তোকসনু! কাওরেলনা শাক্কি লৈল্লি হায়রক্লে।

নিংথৌনা, ইপু থোংলেন! কাওনা শাস্তি করম ওইগদগে, হায়রু তাশি।

থোংলেন্না অমুক খুমজররকই,—কাও ফাবা নিপানা মশাদা শোকফম লৈহৌনা ঈ তৈরবদ্দ কাওগী মশাদা শোকফম থরা লৈগনি ঈমু, হৈগনি। অমনা, কাও ফাবা নিপানা মশাদা উফুল লৈরিক অমত্তা শক্তুরবদি কহন্নু লৈরিক অমত্তা পক্লোই। খম্ব নোংবান অনিগ কওরেঙগা মথোয় অহুম খ নদুনা য়েংবিরী।

থোংলেনগী ৱ তাবদা খম্বা নোংবান অনিগী জথম য়েংলক্লে। নোংবানদি ঈ মথোকই অহুম মণদি ঈ তৈদে। খম্বসু উফুল অমত্ত পক্লে, কাওসু উফুল লৈরিক অমা ফাওবা ঙম্লে। মহুমাক্ত থকুগা থোইবীগা অনিনা কাওগ খম্বগু ত্থেং হৌশেংনা ইরুথোক্লে, অদুননি। থোংলেনগী বিচার অদু লৈবাক মীয়াম নিংথৌনচিংবা পুম্নমক য়াম্বে, অদুবু নোংবান্দি য়াদ্রে।

নিংথৌনা থোংলেন য়েংদুনা,—ইপু! নোংবাম্ব য়াক্তিবসিবু মসি নত্তবা বিচার করম্ব লৈরিবগা, হংলবদা থোংলেন্না অমুক খুমজররকই,—ত্রেবু লোইবা ইনিংথৌ! মসি নত্তবা বিচারদি, কাও অমুক হন্না ফাবা তাই। শমুশোং শারগা শমুশোংদা যণ থাজিনবিরম্ব অদুগা নোংবানবু হায় ফাহনবীয়ু। নোংবাম্ব কাবদুদা ওমদুবা, পারি ইবুংঙো নোংমাইনু অমুক হন্না ফাহন্নরোই। লৌজশিনসু মনাদো। করিগুম্ব নোংবাম্ব ওমদদুনা চেংথোরক্লবদি নত্রগা ইচানা চেল্লবসু, হেক চেল্লকপা নিপা অদুমদি মনাই থোংলেনগী থাওগী ময়া থাংজগে।

থোংলেনগী অকনবা য়াদু তাবদা, ফরে অদুমত্তাইরে, হায়না ৱান-রহুনা শগাই চনি শীদুনা শমুশোং কোড়ু শারে। কাওরেল যণ শমুশোং কোড়ু মহুংদা থাজিনখ্রে। অশোমথংবা পনম্বাদা যণ চত্তশিন্দুনা নত্তুনা লৈখ্রে। নোংবাম্ব কাও ফাবা চত্তগনি হায়দুনা থৌরী খুত্ত পায়রদুনা

ইকাইদে, হিংগোইরবা লোইদে হাবজুনা পাঙ্গল থেক চেন্নে। তাউবা হৈথোক্ত থুবা কাৎপনা চৈথোক্লিংঙাই লৈত্রগনা পন মতুংদা কোয়না চেন্নক্লে মরূদি অগ্নয় হেৎশিল্লক, সুম হেৎশিল্লক, অশাউবগী লোয়নবা কাপ্পকপা শোরনা ফী, ফী লাউবদো, নোংবানগী মুখমদা মনিল কংলক্লে। ঐবু চেয় চেয় কাওনা চারক্রা, থল্লি। মশানা মরাল লৈরব নোংবান্থু মাগী মীচং লৈরক্লুবদা খোইরাংদা লৈহৌবী পলেম মমাবু কোহুনা তেংথাইজে। হাঃ পলেম ইবেম্ম! নচা নথোয় পেকপ নোংবানদি ঈকোপপুক্তা লেংখনবা তাবেদো।

মতু তাকবদা থম্বা তুংগাইরক্লে। মপাগী সগাই মথক্ত ফম্বগা মমার লৈখোক্তবা কপলকই। খোংনেম্ন হংলকই—পাম্মি ইবুংঙো! নমীত্ত নপী তাবদি কন্ত্রি তুংঙাইতবা লৈ?

থম্বনা খুমখ্লে,—পাম্মী ইবুংঙো! হায়জবদি ওয়দরে। কব্রিভব অমতা নিজগে পীনবিয়ুগবা।

খোংনেম্ন,—পাম্মি অংন নিনিংবম্ব নিয়ুনা ইপাদা। অংন নিবা পোক্ত ইপানা পীরোইদবা কন্ত্রি লৈবগে? নিনিংবতা নিয়ু ইপানা পীবা ওয় ওইরবাদি পীগনি।

মপাগী মথং তাবদা থম্বনা মখুং তম্মা লোম্নহুনা পখোংগী মথোক্ত কোম্নুনা লায়জরকই,- নোংবানগী থবায় মঙাসিংদি নপান্নিদা পীনবিয়ুগবা।

খোংনেম্ন,—পাম্মি ইবুংঙো! নংগী থেক্কবু কন্নিংলিবা কন্ত্রি মরমগীনো, ইপাদা হায়ম্নু।

থম্বনা,—ইপা ইবুংঙো অপোকপা! নবাই নোংবানদি থম্বা ঐগী থেক্কবা নত্তে। থবগী চাওখৎনবা লাক্কবীদা ওকনি। ইতাওনা ইমা কৌহুনা কর্মগে, নমদা ওইবা নচাদি ইমা কৌগে কংলক্তবনা লৈবা ওয়জন্নে।

মচাগী ফজরবা থম্মোই উবদা খোংনেম পেন্নহুনা থমবু চেক্কেৎ কোন্নি। কোনথবৈথে কোন্নগা, পাম্মি ইবুংঙো ননিং তমজরো, ইপানা

মোইরাং মরক্তা চঙবদি ঠকাইরগদুনা খুমন মরক্তা চঙদুনা লোৎখে। ঙাইহাক পুঙ্গোই লৈরগা লৈবাক মীয়াম খম্বু কাও ফাইরো য়েংলসি, লাইনরক্নে।

খম্বা নগাইথক্কী কুম্লক্নে। থোইবী খুঙ পাইদুনা নিংথৌ অনি থুরক্নে, লৈবাক অনি থুরক্নে। তাংগা হুইখোঙ শাংদোক্লুনা য়ম্ব লৈবা লমদমদা চঙলক্নে। কাঙলেন খঙ অচুদি কমদৌরমখ,— নোংবান হাংহৌদবগী ফুংজাইহবদু মচা ওয়না চঙলক্লবা ফাওবা কোক্লমল্লি। অচুমকপু খম্বা চবদা লোংবানগী লমলানদ ফিংউবা হাদবনিম; মচানু ঙাইদুনা লৈ। খম্বনা খঙদু খেংদুনা হায়খি, ইশা ইদুংঙো। অশাউবা থিবিক নেংথৌয়! লোংবানগী মরাল কোকাশয়, চায়জরবা ঙাবদা খঙ অচু হায়গী মতৌওম তেথগে। শংগোলগী খঙ্গুন মচক শমদা খম্বনা থোইবী হুকপদু উবদা লৈবাক মীয়াম চক্লখে। কাঙলেন সগম্ভ ভাউব হুইখোঙ হাংদোক্লুনা পুথোরক্নে। খম্বনা কাঙলেন চিংলকপা খুমন নিংথৌ মে ইরাং নিংথৌ অনিমক পখা, লৈবা লমদমদা নগাইথক্কী সনা থোকলেঙলক্নে। খুমন নিংথৌনা মনাওদা পীবা খবা মন, মতিক চানা পীগে। মপু ইদুংঙো মোইরাং নিংথৌসু অপেনবগা লোয়ননা,— অয়ুক নোংমাই মেলেলাংবা! ঙসি ক্রৈব ইপাগী ইমোম লাংলেন থোইবীদো খুমন মহলেন্দু ঙিনজরো। নিংথৌ ঞৈনা পীরবনি, লৈবাক পুম্নমক ঙাসম্ভু হায়খিরে। নিংথৌগী মাথং ফুংইর মনাও ইবুংঙো বাঙ্গোল নিংথৌসু, ইরাৎপগী মীংবা থুংননবা ইপাগী লাংলেন থোইবীদো খম্বা নংগী ওইজরো পীবিয়ে।

লৈবাক অনিগী মীয়াম পীখিবা মনা ঙক্লু ঙাবদা শেঙরদুনা খুবাক প্রোক প্রোক খুদুনা, মতৌক চাঙ, মতৌক চাঙ, হায়নখি। অসি মঙুং ঙাইহাক পুঙ্গোই ফুংজাইমিরগা লৈবাক অনি বিদায় তৌনদুনা হয়খে।

ঙসাই লেচখিব সনা ইবেম্মদে মোইরাং মৌরদুমা লেজুগা মপু মনাই

ফংবু হায়বা নত্তে,হাওযুলোক্ত পাম্ব কৈরেল ওইগদবা মোইরাং লিলা লোই-
গদবা নংনি, নংগী নখোয় কাউরব্রা ? হায়খি হায়দা থাংজিংবা। কাওরেল
শাউবা ফখে, মমাগী ওন্দুনা থোরক্লে। তুবী লাইরেলগা মোইরাং থাংজিংগা
ভাঙনখিবা বা মোইরাং শাইবং কনানা থঙবা বা ওইখিদে। কাওরেল
থোরক্নুনা খম্বগী মনাক্ত চঙলক্লে। পাম্বি ইবুংঙো! নঙ্গুম চৎলসি—
হায়বগী পান্দমগুম উৎলি।

নিংথৌনা, পুথরে', খম্বা, নংগীদা পুথরো, হায়বিরম্বুনা খম্বনা কাওরেল
পুথখে। য়ুম থোরগা মপাগী মমাওথংবা শঙ্গোত্ত অচৌবম্বদা ষণবু পুন্দুনা
থম্লগা মচিন থোপুবা চঙদুনা নিংথেল থুমজা মায়ঙোবীনা কাওরেল
মণবু ঈরাংলে। অনিগী মতুংদা খেংম্লেন তুমথুন তানলিংঙৈদা খম্বগী
খেংম্লেন পাম্ব মছদা কাওরেল যণমক্ত তুবী লাইরেল ওটনা চঙক্লগা
চমাই থাংজিংগা পাখংবগা ভাঙনখিবা বাশিংতু চৌংথদনা মঙফাওনহল্লে।
মতুংদা তুবী লাইরেল পাখংবনা হায়রকই,—কয়েংগী হুমিং থোকপা মতমদা
ইপাগী ওকচাং পোলাংসে থনম্লগে। ইপা হাওযু লোক্ত নংগী থেক্লবা
লোইশঙ্গবা লৈক্লরগে; কাওরেল ঐগী হকচাং পোলাং অহুদি নবুথো
থাংজিংগী মথা থংবদ লৈবা অশেংবা লমদা মালেম লৈরোন চমু। অসি
থিবিক তাকলিরম্লে। খম্বা খোম্লেন মীকপ থোকলে। মোং ভানবগা
লৌগৎলকপদা কাওরেল মণদি অনা লাইওং থঙলমম্লে। ভুয়াংগী মঙগী
থানু মচেম থম্লদা হঙ্গংচঙুনা মচি থোপুবা চঙমা লেখা তৌথৈ। হুমিং
থোকপা মতমদা কাওরেল, দেচেগা থবাইগা থায়নরে। অনিগী মতুংদা
ভুয়াংগী মঙবা শিম্বম্ব থিবিক নিংথৌ সনা মাঙদা হঙ্গংলুরে। নিংথৌ
মাওনা লেঙথডুনা লৈবাক মীয়াম হুপ্ল কাওরেলগী দেহে অহু খোম্লেন
পাম্ব মঙদা ফাওযথ মকমতু কায়দনা মালেম লৈরোম চনখে।

# উকায় কাপ্পা

মেয়া থাম্মী পানবৎলকপা তরুনিপানবা লেংজানি
মোইরাং পোইরি কৈথেন্দ মীনা চোন তিল্লকলে
উকায় শাজুনা খিনথরে, খোয়াং পুম লোইৎরে
মপু ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌ, মথং থননা বাঙ্গোল নিংথৌ
অনিগী শগাই অনি থম্বাংনন খোইরি কৈথেলদা ডা হাইরে
কালগী মতম ওইরকলবদা মোইরাং নিংথৌ পুরিবনাই,
লাখোডশা লুবাংবা পিশুমদাই নমকেৎপা
ময়া মেৎন নম শা, শামু যাইশা মথক্ত
তায়বোং নীংখিনা শেমগৎলে
খক্ত সনকুপ্প শেম্বাংমহুমদি থাঙ্গৎলে,
অডোবা শেপিন মথোল মাপল ফাংব থনগুড়না
খোইরি কৈথেল তম্ন উকায় কাপ্প লেঙখোরকলে!
বাঙ্গোল তম্পাকশঙদনা মনাও ইবুংঙো যুবরাজ
বাঙ্গোল নিংথৌ চীংথুবা সনকুপ্প দোলাই তোংদুনা
খোঙল লাংগল লোয়নবা খোইরি কৈথেল পাংলকলে

ডসি কোয়ৌ হুমিংদে নৈবাক হরাউ হুমিংনি
মীপুম থুদিং হুংঙাইনৈ, অকে অমৌদা নমৌনৈজ
কেগে মোইবাং ইনিংথৌ মায়থোং মকা লাংমইদো।
অসিগুব নোংজালিদা মনাও ইবুংঙো বাঙ্গোল নিংথৌ
পুক্লিং মকা লামফাগে পেন্দ বাথল চেনবগুমই।

ওয়াংসি মনাও ইবুংঙোনা কংলাদগী ঙম্পাকথঙদা লেঙথরকপদা মমোম লাংলেন থোইবীনা মনাই সেহ্নগা অনিমা চৈরে ফুরিং অমা মেংনরম্ব উরুরে। থবায় তারহ্নুনা মনাও ইবুংঙোনা মজা ইবেম্মদা,— ফুরিত্ত্ব ফজখে, ইপান' হয়েং উকায় কাপ্ল চৎপদা লীংলুগে, মরাম মমাঙদা লেম্নরুগে, লায়হ্নুনা তাকাপথি। ফুরিত্ত্ব থক্তি মজাইবেম্মনা মথংলেন থম্বু থোদোক অহুগীদমক লীংকনগে থনজন্নুনা অতম্মনা তুম্মবনি। অহুনা মপা ইবুংঙোবা হঙ্গৎচখি —ইপা ইবুংঙো পল্লৌ অপোকপা, ফুরিংসিদি মীঙোন্দ মেংঙোকখ্রবনি, পল্লৌনা থোনবদা হুংঙাইরমোই।

মপুনা লৌখিদ্রিচৈঙসিদা হয়েংসিমতংদি ইপা লীংলুগে হায়না মপা ইবুংঙোনা তক্লুবদা সনান', ম'সদি মপু পাদখ্রবনিনা ঐনা থুশি ঙোবা ঙমজঃত্র লায়রম্লগা ফুরিং পুহ্নুনা চেনশিনখে।

ঙসিগী ইহুং ঙাম্লকপদা উকায় কাপ্ল চৎলমদাইদা লাংলেনগী মকমদা ফুরিং অমুকম্ল নিরুরে। করম্ব লাইগী নোংদমথোলননো! মপা ইবুংঙোনা ফুরিং অমুবু কাউবা মরৈরেদিত্রে। মজাইবেম্মনা হঙ্গৎচৈ,—পল্লৌ অপোকপা, চৈরে ফুরিং অহুনি ঙরাংনা মপু লাক্ত্রনা লৌখয়ে।

সনাগী বাহৈ তাবদা, মথংথনবা ব'রোই,
ইমোম লাংলেল ইবেম্ম পল্লৌবু লায়না লৌমন্নি
অহুক লুনা হায়ববু অম্নক লায়না নাল্লোকপা
মপু মানা লাক্লবম্ব মোংমা পম্ববা কৈদোদে
ইমোম নংগী মঙৌসিদি ঐবু ইকাইহল্লেদকো।
বাদি অসি থল্লবগা অশাঙউ থাম্বী মেহৌরক্লে
মজাইবেম্ম মেংদুনা অয়াকপা থোনথমদা হায়রকখি,
কৈ কৈ থঙগনি ঙসি কোকৌ ফুমিংসিদা
ফুরিংতু লীংলকপা মীহুমদি মাইবী মথবাই লৌগেকো।

বাকয় অসি লৈবনা ঙসি হুয়িং অসিদা মরাও ইবুংঙোগী মায়থোং মকা লাম্মদবনি, পুক্নিং ইন্নম লুমবনি।

অহুম তৌনা তৌনা মপু ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌ
শগাই পল্লাংথক লেঙথরথে, যুবরাজসু তুংইনথে
লৈবাক কুমৈ চৌদোয়ে, মীয়াম লোইনা লাঙনথে
বাদা কাবা বাতোল্লোয়, উদা কাদা উতোল্লোয়
অমগী মথক্ত অমা মীগী মীচাক তায়থরে।
নোংথোল থোংলেন অনিনা মপু ইবুংঙোগী নাক্ত
হৌনবী মতুংইন্ন য়েংথাও ওইথাও থনথরে।
মোইরাং নিংথৌ পুরিকলাই থেগে লৈবাক মপু
কমকমলাংদগী লেঙথংলে তেম্মোং মমদা পোশিল্লে,
লৌরী থোংজি চন্দুনা লৌরীদা লেঙ্গা খোংশক্লে।
মায়দি মোংচুপ ওন্দুনা উকায়না লৈবা লমলমদা
থোঙকম চেংনা লেপ্তুনা মীংথেং শাঙ্গৈবিরক্লে
অঙোম নোংবান কোংয়ানবা নিংথৌ পানা হঞ্জবা
তেনগী মতুং ইন্ননবা শেম শাবা লে ইথরে।
চৌংথু তেনহৈবা ইনিংথৌ লৌক্লং চেজেং পাচ্রগা
লৌরী ক্রংদি থারকপা নিংথৌ তেম্দি অয়াঙবা
মুংশিংকী ময়াও থাম্বনা উকায় তয় পাইশ্রে।
কোংয়ানবদি খোঙয়াঙবা তেমগী তুংইন তানখিবা
উকায় মাপী চবুক্ত তেন মানা মুংবগা
নোংবান মানা থুংবগা চপ চেক্ত মায়থি।
তেনয়ুবু শংলগা শনা থুয়াদা কংলয়ে।
মপু ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌ কমকমলাংদা লেঙশিল্লে,

মনাও ইবুংঙো য়েংদুনা সনা য়াথং পীরকই,
শানৌতোন ইবুংঙো, উকায় তেন্দমরবা তৌরক্লো।

য় ক্লোল নিংথৌ লেঙখৎলে, কেশোং মমদা পোখৎলে
লৈরুং ওইনা শামদুনা লৈরী থোংজি চনশিল্লে,
তেনজীন ফবা থল্দুনা লৈরীদা তেঙ্গা থোংলক্লে।
থুমন নোংমাই কাওকাবা থুরক শানা অথোইবা
য়ুবরাজগী তেন্দুং ইম্নবা শেম শাদুনা লেপথল্লে।
তানজা মীকুপ য়েংলগা মশানৌ ইবুংঙো চীংথুবা
লৈথৌ .তম্বীং চেংনা শাম, নাংক্রম য়োনা চিংলগা
অকনবা শাকু লাপড়ুনা উকায় হুম্ব তেনকাপললক্লে।
তেনগী তেন্দুং ইম্দুনা য়েলৈ লাংবনা ভাম্লখে।

ফুংশিংকী মমাঙ থাদুনা পাইথিবা তেনগী মতুং ইম্দুনা থম্বনা চৌদুনা চেরকপা মতাং অসিমতুদা মোইরাং থাংজিংনা হায়,— পাহোইবী কেগে মোইরাং লৈলা কাররমবা য়াদে, নোংদৈ ফুংশিং অমা থাদুনা থম্বনা লৈংশিবা থোইবীগী থুদোল ফুরিংসে মীয়ামদা উংল্লু। থম্বনা য়াঙনা চেরকপতুগা ইয়োরমনা পাহোইবীনা পুরকপা নোংদৈ অতুগা মৈশিল্লথিদুনা থম্বনা লৈংপা ফুরিং মরোল তয়ামাথোইদু লোইনমক্তৌ হৈক কুদাম পুরমক মাহোকহনখ্রে। মজা ইবেম্বনা লৌতবগু য়াদে, মাগী মৌংবা কাদগনি, মী উঙহনবগু য়াদে পহোগী অশাউবা ওইগনি হায়না চেংনা ফুনা শিররক-পনি। অতুবু মাগী ফিরোলফুংদা হকচাঙগা হেক ভাইনবা লৈংচরকপা থুদোল ফুরিঙো অতৈ মমাম হাইদোকথবদা মরেক শেংনা উরক্লে।

থম্বনা ফুরিঙু হেক লৌংলম উবদা মনাও ইবুংঙো পুক্নীং ফাবা ভমথিল্লে; তেম্বোংদগী মচৌল কবা তেল অমা শংলগা থম্ব তম ফ্রং কাপশিল্লকই। থম্বনা উকায়দা পামবা তেন শংলপা হম্দুবা চেনগে হেক

চ.ষয়কপ্পি,—পাখি ইবুংঙো মোংমাই, কমিগী মপূক্কীং চিংমখি ? চিংনগম্বু, ইপা লৈরি। মচ মমাকপু মকুনা থ'রক্তনা কনানা বাহরকগে ? পাকত পাকত, চংশি, ইপাগী ফুং ইরকও।

চৌ-খুবা যুবরাজ থোংলেন অতক্কব যৌং থ'ক যেংহুনা লেহৌই।

# হৈজিং থরাম্ম পুম্বা

বাঙ্গোলনিংথৌ মমোমলোই অনক্ত পোকপী থাদোইবনি
থক্ক অমা শাত্রবী থাদা অমা পোমত্রবীনি
মোইরাং নিংথৌ শাগৈগী অয়োয়বদি উংমহথাকনি
মনাওইবুংঙোনা কোন্নবনি মপু ইবুংঙোনা যোকপনি
নিপা শক্ক নাউকোনববনি মূপী পক্ক নাউযোকপনি
অযুক্তনা মুমিং ওই মুমিদাংদনা থাজ ওইবনি
নিংথৌ মচিন মনাওনা থাদোইবু যেংহুনা হিংবনি
কেগেদা মনিংথৌহন মোইরাং মথাংতোহন থম্বনি
মমাম পাংলেন সনাচল অথোইবা গুণতনা তিনবীন
মায়থোংগী ফজবা যেংলবস্থ কেগেদা মপা লৈতবনি
মুম্বাগী ফজবা শীংথানবদা মোইরাং থোইবীগুমই কাবমথিবীনি
ব'থল লৌশিংদ অহেনবী ভুংগী পোইরৈ উবীনি
থবক থানাদা চক্তথোনবী অথীবা শূবা হৈতবীন
নীচোল ওইবীগী নীচক্ত অমকপা মচেং পক্কবীনি।

থোইবী চৈংখোঙ কাওবা লোয়নবকপু খম্বন বাতে প'ংউ চ'য়না অমুক্ক হায়দে, চৈংখোঙ থৌরবা অদুদা কাপ্লবেক চ'য়দুনা খম্বগী বিদ'ম লোয়দুনা মখুম মায়াইক পাংখত্রে।

মোইরাংগী লমদম থৌরক্লবদা খম্বদে, মদোম অসুম লোংলুম পুক্ল' চংশত্নদা থোক্না চুংতাইনা উটৈগা অমা থং লক্লে। তপ্না চং লম্বদগী অসুম অসুম হৌগংলক্লে।

উটৈশগুদি কনানো কা'য়? অদ' লপ্ন মঙ্গ উ'বমু, নখু, মচম উবেং খম্ব মাবু ওকপা থোক্লকপনি।

থোইবী,—উনমা উটৈ অক্লিবসিবু কনানে ?

খম্ব,—ইবেম্ম উনম্মদি শঙ্কাদব'।

থোইবী —নঙোংগী নপুরা ঙিপাদে।

খম্ব,—কৈদগীনো সংঙ্গাওবা, [illegible] উব হৈদোংনরে

থোইবী —ওইবম্মবদি কাদো [illegible]?

খম্ব,—ওইবা থাইদে, সনা'ওব।

থোইবী য়েংনবা কা'রান, উনম্ম কব্রিগুম নপুরা নংলমদব থোক্লবদি ইনম্মন পাম্ব অমা ঐনা কেংবা তাকে, কদিগুম ওইরম থোক্লবদি ঐনা তৌ হায়ব থবক তৌবিবা তাইদো।

খম্ব,—কদি থবকনে, ইবেম্ম ?

থোইবী, অশেংবা শঙলদা হ'য়গে।

মতৌ অসুম তৌনা মপু মনাইনা হাটনরকপা, খম্ব অসুম অমম চঙশিল্লকপা, নকশিল্লকপ অদুদদি লোংঙাইদি লোয়রক্লে হাখদসি অঙম্পক খানরে। থোইবীনা হ'য়রকই,—ঐনা চুমলেদে, উনম্ম

খম্বনা,—সনাওনবা চুমথেদদ'।

থোইবীনা —ঐনা হায়বা থবক তৌবিবা তারেদে।

খম্বন,—কদিনিনা, সনাহল ?

থোইবীনা,—শোকেন্দনে নপুৱানা মকশিল্লকুবা মঙমদা শুম থম্বা হ'য়বিয়ু, ইবুংঙো', মচাংনমহৈগী ঐখোয়গীদমক্তি কেপ্লব থোইবীদো' মপুক ঙমলে, হায়না তাবিনে, অংঙামদা পল্লৌ য়াথং ইন্দুনা থবায় হকচাঙ পুন্নমক ক'খোকলনি হায়রে হায়রে' মদুনা চুপ তারবদি নংনা বানা লোকৃ'ত উঙি-কৈরাঙ পূম শীঙেল অরেম্ব ওইরেদো, ইকাইখেল্লা ঐহাক্তি। অস্কুম্ন অমুক্ত হায়বিয়ু।

থম্বনা,—সনাতন, অকুগুম্ব ৱাংপদো ঐ ইচুনিংথোদা ক্লায়বা ঙমজ-রৈদা। মতুমতদি ঙাকপিয়ু।

খম্বদো নঙ্ক নকশিল্লকলে। থোইবীনা, ইনন্দ যানংৱা ৱাকমদা চনকদে, ঐনা হায়জবাসি যাবিদ্রবদি ঐবু হাৎপা পাপ পুবিয়ু, হ য়ম্লগা সেম্ব পুদুন পুক্লে মরক্ত লোৎথরে। অমুদোনভুদি করিমক্ত থোশাদনা ঈটৈল ঙংল-ঙংলদুনা লেপ্পুনা চঙশিল্লকই। হায়শিরা, হায়দুশিরা হায়না কয়ারক ওম্ন ঙম্ন থল্লদ মতুংদা, সতিনি, সতি হাৎপগী পাপ পুবা ঙম-জরোই থল্লদুনা থম্বনা মপুবাবু ফল্লপ য়েংলসা হায়রকই,—ইচুনিংথো, নং য়ৌনলেপনা। পঙাজ্রনে, মজাইবেম্মদ্রবু ঐথোয়বু থানোক্তুনা পঙ্হোনা থোয়দাবা অঙোম মকাদা থরাই হকচাং কৎখোকলমি হায়নদুম তারি, মদুনা চুপ তারবদি নংনা ৱানা পুজরকপা হৈরাঙ-হৈরাং অপুম শীঙেল অরেম্ব তাদোরি, ইংথৈথ ৱদা ঐহাক্তি।

তাবদা খম্বা মায়থোং থেঙুম লাঙশিন্নি, শাউগৎলকই,—মথোয় মপা ওকচাপোক অদুনা পোকপা মচা কবা হৌনদে। হায়রম্লগা থম্বা অরেংবাম্দগী হৈরাঙক্তু কৈদৌরুগবনে হায়দুনা অমুক্তং লংথায়থিবু পাবোং চৈশু চেক্ক্রুনা হৈরাং মথোয় কায়দুনা যাংলৌ লমজাও অদুদা পুমচাই চাইখেল্লে, হম য়েংলমদনা চৎখে। থম্ব জ্ঞান মাঙথরে, থোইবীনা লোংহিবা মায়কৈদা ওম্নগা লাউরকই, করি থোকলে, ইবেম্ব' হায়দুনা, হায়দু থৌজিনবিবা, অপংবিনা হায়জরবা, হৈরাঙম পুমচাই চাইথাইথরে।

# পামু খোংজ্রংপা

কোপ্‌গ মোইরাং লৈবাক মনাও ইবুংঙো চৌংথুবা
অমঙবা নিংথৌ ওই খুংঙাইবতন মাগী ওই
তান কোয়ৌ নুমিত্তি অবাবা লোংনুম পুরেদো।
পামু তাইবং মীওইবমা মমিত্তু পাম্রি মমোম উজনীংই
পাম্রি মমোম লাঙবা মীজুদি তগুন লোকপা ফংজদে
থংনাংনা ইকোয় কোয়মনা চাংলংঙাইদি লৈতব মমা মপানো
চনা মীপোক লোকচদুনা অবাব পুম্ব কাউথোকচৈ।
মোইরাং নিংথৌ মতিল মনাও লোংদম্ব মমা ওখনা
পাম্রি মমোম যাংদবনা চিঙ্গাগী পোংলুম পুরকপা।
পাম্রিগী মথম্বগী মমোম ওইনা খোইবীন
নম কোমুংদা তাম্রবদা অবাবা থিবিক কোকনিবনি।
চন্দ্রমুখী খোইবীদে ওসিদি যুবরাজগী অবাবা ওইরম্লে।
মমাম লনজেনবী পোকপাগী পদ্মো মীমাং থোক্লেদকো
ইনা পোকই গায়বগী মুংঙাইবম্বু কদাইদনো
মনাও ইবুংঙো যুবরাজ বাখলাম্ব মণ্ডল থরকই।

মথঙ পাম্রি শাবনি মথাদা ইমোম পোমদবনি
মোইরাং লৈবাক ভাগ্নিবা কেগে লৈপাক মপুওইবা
ঐখোয় ইচিল ইনাও চংনা লাংলেন মাবু মোকপনি
অমুক্তনা কোয়োইনবা ওই, মুমিদাংদনা থাজ ওই
মাগী মতৌ মেংলগা ঐখোয়না থবায় হিংজবনি
তাঙনা ফংই মতাঙম নুনা চাম মোক্লবা

অমরোমদনা যুবরাজগী শামু য়াইশা পুথোক্লবা শামু হঞ্জবগা লোয়ননা মোইরাং খোরি কেথেলদা লৈথে। থম্বু লৌদোক্লিবা দোলাই পাবদুনা 'অমুক অনিরক হৌদোকপদা থম্মুস্থু মখিৎ শিংলক্লবা ভায়ে, কম্ব কনানো ? —ইবুংথোব ? তোম্বী লাইরবীবু কৌথিরবশিংবু হংলকই।

দোলাই পাবা অনিনা,—ইবেম্ব ! ঐখোয়নি, সনা কোক্সুংদগীনি সনা য়াথং পুরক্লি।

"মপু সনা য়াথংদি কার ভাকপিরকপনো ? ভাকপিবা য়াবমথৈ ভাকপিয়ু" হায়জরবদা দোলাইপাবা অনিন হায়রকই,- মদুনিংথৌ নপুবা কোথংলু হ মদুনা সনা য়াথং লাকপনি। মগমদি নহান উবাই কাম্ব ফুরিক্ল খুংঙাইতবা অমদগী মনা পীথিজে। কৌজিকমক মপু সনা য়াথংবা থম্বা মনা পীদবা য়ারোই কোথংলু হায়দুনা লাকইবনি। নপুবা হৌদোকউ, সনা য়াথং চত্তবা য়ারোই।

থম্বুনা খুমজরকই,—ইবুনিংথৌদি মমায়বগা লোয়ননা কেগে লৈকায় কোমখিবা হক্লিরক্লি।

দোলাইপাবন', কবি বানোদা ইবেম্ব ! অসুক খেঙলবফাওবা হক্লিরক্লি হায়বা ওইদবা বানি, সনা য়াথংবু থৎইদববা ? নপুবা হৌদোকউ,— কম্প হায়রকই। অমুমতৌনা ভাংনবিদৈ মঙ্গংদ থম্ব ভাবদুনা মচেমদা "ইচেমকম কনানো ?" হংলকই থম্বুদি মপুবা ভাদবদ থম্বুনা লাই খুকম্ববনি। অদুবু থম্বনা ভাবদুনা হংলকপদা দোলাইপাবা অনিনা থম্বা লৈ হায়বা থঙথে। থম্বুনা লোয় চঙলক্লবা থম্বগী মাকোংদা খোম্প হায়রকই,— "ইচেমগী ইবুংঙো ভুমিন লৈমু। লাকইবা পাউ অসি অকবা ওইরোয়। ইচেমগী খোয়েন পাম্ব মঙ য়ায় ফুংঙাইতে।"

অমুম হায়না পাওমেনবা দোলাইপাবা অনিবা নাখোয়মনা ভাবদুনা,— "হায় ! থম্বু হায়বী। নবৈ লৈতোম্বনা পুকচাক ওববী ! কবিগী ওইবদা ভাঙলিখনো ? নপুবা লৈরিবদুদি !" শাউরংননা হায়রকপা থম্বনা লৈবা

অমা পাম্লনা খম্বু শোমদা চংশি—শোমদা চংশি হায়দুনা চিংই। মতম অদুদা খম্বনা দোলাইপাবা অনিবু ক্রং কম্'ঙ্না অশাউবগা লোয়ননা কায়দোক্নবা চংলকই। দোলাইপাবা অনিমক্তা হয় চঙশিল-লক্নবা কাম্ঙম চিংলবদা খবগা চান্না থংনরকপা, অকম অকনবা ৱাহৈ শীঙিন্নরকপদু ওকচিন থোংখোঙদা খম্বু ঙাইহ্রিবা নিপা হুন্দ্রুনা তারে। ময়ামতুগী মরক্ত নোংবানদু য়াওরি। নোংবান লাউরকই,—হায়, হায়! কেগে মচা কনানো থংনরিবা? থঙগনি ঙসি নৈরম্ম, নোংবান ঐ লাক্লে।

নোংবান লাউরকপা থোনকমদু তাবদা খম্বনা খল্লি, মতমসি থেঙখ্রবা হাৎবদু নৈপুক্ত কম পাথংশিংদু মরৈরি। অকনবা থোনকম লাউরকপদু নোংবাক্রি হায়বা খবরু খঙলে। অমুম তৌবিতৈ মতাংদ নোংবানগী শেক্লাবা নিপা হুন্দ্রুনা—"কাংলু হাংলু, মৈয়ু মৈয়ু" হায়দুনা চেক্সিল্লকই। ময়ামগী থোক্লেল তাবগা পুক্লিং থোগঙ্না দোলাইপাবা অনিনা "হয়ানবা ফারে, হয়ানবা ফারে," লাউরকই। মতম অদুদা তম নিপা হুন্দ্রুনা খম্বু কোয়খ্রে। মীয়ামগা খবদা থেংনখিবদা দোলাইপাবা অনিদি লৈং-থোক্তনা মাঙথোকখ্রে। অসিগী মতুংদা তম নিপা চন্দ্রুগা খবগা মায়োক্নদুনা ফুনরক্লে। মীনা মীয়াম ওইবনা উপাট লৈরক্খ্রবদা খম্বনা মপুক্লিংদা খনজরকই,—মীয়াম অসি য়ামখ্রে। ঐগী উপাট লৈরোইদোয়রে; অদুনদি চেন্নবদু ইকাই। থুমন মচা কায়বসিদি মহৌশাদগী চেন্নবা মচানি। অমুম ৱাখল তৌনা তুংহন-তুংহন ইগ্নরকপদা ওকচিল থোংখোঙ মৌরে কায়বদু খম্বনা খঙদোক্লকনা থোংখোঙদা তুংহল্লনা থুদি থিজলে। থুদক অদুমক্তদা নোংবান খবগী শম্লাং পামলনা লোংনা চিংখ্রে। খম্বনা অঙৌবা লোংনা তানবদা মীয়াম চঙলক্না নমদুনা ফারে। খম্বু মথোঙ মথুং পুনবা লোইরবদা—নোংবান কায়রকই,—"হায় হায় খম্বা! ওসিদি নং নচিন চুম্ম, নত্রবদি য়াইবী নথবাই মাঙবা তারে।"

খম্বনা থুনই,—"পাংথৌ কমি মনমগী সুংঙাইতবা নৈবগে?"

নোংবান "নংদি নযোম লাংলেন খোইবীগী মরীদা নোংব'ন ঐগী খুযো চেনবনি। নং চসি খোইবী থাদোক্কনা? নচিন শেংন, খুমউ।" নোংবানগী বা তাবদা পুকচেল চাউবা থম্না থাক্ক থাক্ক নোক্কই। বাইহেদি,—পাখো নোংবান! মুংঙাইদা! মুংশিবগু থমকা তোয়গা চে কপা মাত্রা? নংগী থমকা অদুদা মতাংদি পুক্লিং হনগদবা নত্তে, চৎলু, নযোম লাংলেন্দ মুংশিবিয়ু হায়রক্ক। সনানা মাংবিরবদা নোংবান নচোম্প—কথা ঐ অমুক হয় রেৎলয়োয় অদু নত্রবদি নোংয়াই ঐগী মিচং অমনা থম্মোয়দা চোংলিনৈ মতমদা নযোম লাংলেন থাদোক্কোই।

তাবদা নোংবান শাউমনখিদুনা পাঙ্গল থানা কখগী চুবা লেৎলোম-ওইবোমদা খুনাক্ক পায়রকই। হায়রকই,—"থক্ত্রা? নং ভাদি মাইবী নথবাই মাঙলগদবনি।"

মীয়াম অদুনা পুম্নক্কিবদু থবানি হায়বসে শামু হক্কবনা উইরক্লে। পাইমা পিবুকমুংদা শামু হক্কবনা থম্মকই,—"কারি মরাল লৈদুনা কখবু ফারকইবা! ভসি ঐনা লাকইব খোঙকমসি নিংথৌ সনা মাথং নক্কনা শামু মাইশা পুখোরকপা ঐগী ইয়াল অমনি।" মানা অমুম থাক্লিনৈ থবগুম্ম মরাম পুশিল্লক্কুনা সনা মাঙদা থমরে।

যুবরাজনা থম্বা য়েংদুনা হায়রকই,— চুম নোংয়াই অচানবা! লমহেনবা হায়বগুদি থরা বাকম খোকইদে। নংবু ঐনা কৌহনবনি। অশেংব হায়যু ভাঙনসি।

থম্বা হক্কংটৈ,—"মথং থনবনা ভাকপিগদবা চাকপিয়ু।"

যুবরাজনা অমুক হায়রকই,—"নত্তোন্দ ঐনা হায়বাদ ভাসানি,— ইকোকপুন্দা কাও ফাটেদা নিংথৌ অনিগী মাঙদা ঐগী লাংলেনগু নংগী ওইজো পিখিবদো, কৌজিক্কি নংবু ঐনা মুংঙাইতবা অমদগী ইযোম লাংলেন নত্তোন্দ পীরোই থম্লে। নত্তাও নোংবান্দ চত্তুনা,—ইতাও

নংগী ওইরে ঐ মহোম লাংলেন থাদোকচরে, হায়রু। নত্রবদি নোংম্বাই। ঙসি মখৱাই লৌবা তারে।

মপুগী য়াথং তাবদা খম্বন হঙ্গৎলকই,— "নাঙ ইংঙো মখংখনবা! মহোম লাংলেন থাজবদা খুমন মচা ঐঙোন্দ করি হংবিক্ষম লৈবগে? নহোম লাংলেন ইবেম্ম অঙোম-পুংদা থাজব খুংগন য়াওগদবা লৈতেনা! পীথোকপিখিগে নোংদম্মি – খুদিংমক মখংখনবগী নোংদম্মী। অমনা, ইচাও নোংবান্দ মঙাইবেম্মবু, নংগী ওইজরো হায়ংসিদ খম্বনা ম্বয় ভংখ্রবা ফাওবদি হায়ব ঙমজরোই। ঐগী ইত্তিক নংচদে।

খম্বগী ৱাঙাও অকংবা তাবদা যুবরাজনা তিং লাউনা লাউহুনা — "অদুদি, নংবু শামু মখোঙদা পুন্নগা শামু মখোঙনা নেত্তুনা হাৎপদা করাবা কনবিগনি। চৌজিকমক শামু মখোঙদা থম্বা পুম্মু" হায়রক্লে।

খম্বনা সনা য়াঙদা হঙ্গৎলি,— "ঐবু লোইব মখংখনব ইংঙো মীওইবগী অশিবা হায়বসে লেঙফম্রবা থবক্তি। পোক্লিবা কবি মররগীদমক পোকপনো, শিনববা পোকপনি। অশিবা কবিগীদমক শিজিবা অমুক পোক্লবগীদমক শিজিবনি হায়বা তাজে। চন্দমুক্তী মপোক্ত চাংঙন ফংকক্ত-বনা মখংখনববনা চানবীদবা মপোক ওইন পোকউবে। ঙসি য়াইবী থুনমক য়াঙজরগা ওন্নকপা মপোক্ত মপুনা চানবীবা হায়বত্তু ঙইবা যোঙগে।"

খম্বগী ৱাঙাও তাবদা যুবরাজ মতু চুংখে। মিংলু ফি য়াং ঙাঁচোংলুনা কনা উইন্দনা লৈথোক্লুনা লৈখি। ময়াম সনা য়াথংগী মতুংইন শামু মখোঙদা থম্বু পুনখে। ৱাঙ্গোল নিংথৌ শামু মথক্ত কেতথংলে। অম নিপা হুন্ফুনা খম্বগা শামুগবু চাউহম্ম লোয়শিনখে। শামু হঙবা যেংলুনা মোংবাম "শামু থৌরো" হায়রকই। শামু হঙবনা লৈবা য়াক্রুহুনা খম্বোম্বদা "মরাল লৈত্রবা খম্বু কয়ম কনশিবা! ঙাঁপাইক্ত চৌনিংখেদা।" খল্লকই।

শামু হঞ্জবনা শামুদদি থিজ্জনা মশাগী মথোংদা কপ্পিনা হৎ হম্ব খম্বগী প্রেমনা কমথবনঃ থিল্লকই। ঈনা পুমহাং স্তাংলক্লে। মতম অদুদা, শামুগী মশাদা কাপ্পা থাদ্রবনিনা খোঙকম অমা কাওবা লেংদনা লেপ্পি। "ফজবা লেপ্পি চৈথেংদা! শামু চংমন্দো নীংজনা চেপথজনা লেংলকপদা, শামু হঞ্জবগী মথোংদা মপস্তনা কাপ্পি থাবদো নোংবান ঈবা ফংলক্লে।

নোংবান,—"হৈকদোরে, ইগ্রম্ব শামু হঞ্জব! শামুদা থাংদবা কাপ্পিনা মথোংদা থাজিন থম্ববদি?" হংলক্লবদ, শামু হঞ্জবন খুমই,—"কয়ি হানো কোয়শবনা! ঐনা নংঙাক্ক শাপ্পিনা থিনবা লৈরম্রা! ঙমদ্রি ঙমিদ্র থিনবনা লোয়শিন্নবা ইথোংদা খোকং য়াল্লে।"

নোংবান,—"ঐ ৱাংমা চিংলরে। কদায়, ক ইজু ঐ পায়গে" হায়রকই। মতং অদুদা তাঙনবিব ৱাংমু ভাবদা মনাও ইচুংচোগী পাম্ম মনুংদা থম্লি,—"শামু হঞ্জনিনবা মকম লেঙদন হৈরবদি ফংগনিদা!" অদু মপু মনা পুক্লিং কনানা উবা ফংথদে। নোংবান মনা মাঙদা, "নবাই শামু হঞ্জবনা মপুক চুমদনা সাল্লি। ঐসাক শাংকাক থংজনা কাপ্পি পাম্মুনা শামু থোঙলগে" হঙলকপা ঘুনরাজন হায়দবা য়াদ্রবা বাফম ওইবনা, "শামু হঞ্জব! নঙাক অমুক্তং ভুংদ হৈনগব"। অম্মব হায়না মৈর-মখ্য জোব খাঙেনা তাকপিরকই, শামু হঞ্জবম্ব চংথোক্লবা মাদ্রমুনা শামু শানিংলোমদা হুপথে। মতুংদ নোংবাম শামু শকোক্ল চোংজনা শামুগী মাঙমদা কাপ্পি খুম খুম থিলক্লে।

নোংবান অবাবা অনাবা চৈথেং পীরক্লবদা শামুম্ব মথোঙ থাক্লে লোংনরক্লে। লৈন-লৈন হায়থজনা মহায় জুকখনা থেংনকপদা থম্বনা লোংন ভাবজু উরুবদগী শামুগী থম্মোংদনু দা মীঙ্গুংশি অমা পোকথে, "অয়ুক মুংশিবা অশিবু শামু ঐন ঈথোক থ হংলগা কয়ম য়াহবী লৌশিবা!" থনগ্রজবা চংকে খাঙ্গংম্ব মথোঙচ্ছ থাংক্ষম থঙক্লজনা খুমাং মথৈ কুম্ম ল। মমা খম্বো মানবন, ম.লেন হৈমাইথক্ল শামু মনাতোম থিল্লগা খুক খুক

য়েংশঙ্ঙুনা থম্ব থাঙ
অফবা থবক লাক্লগা অফবই থুদম পীব থাঙ
ফত্তবা থবক লাক্লগা ফত্তবগী থুদম পীবা থাঙ
হুয়া মাগী থমোইন চায়না থম্ব থম্ব থাঙ
অত্তায়গী মতমদা পাংবদা ইবেম্মগী প্রণয় শম্ব থাঙ
খোইবী মপোক্কী লৈয়নথাঙ সনা থাঙলেন ঠেক্লাংমান
খোইবী খুংনা পায়রগা মপানলোমদা চেঙ্থারক্লে।

"সেম্নু অচানবী, ঐ হাল্লক্লগে নংগী লোগী মথয়ায় কনদা তম্ম্ নেংগে, মত্রবদি নংগী লাইশোনগী য়াইবা মাংখিনবা হানবা ঙাক্লে"— হায়না লাউরম্লগা মঙ্গাইবেম্ম সন্নু ও ইকমদন লৈখবী থৈবেল চান্ন লাউ লাউদুনা চেল্লক্লে। থৈবেল চৌরকপদা মী খিংনবা উবকপদা মপা ইবুংঙো য়াংলেং য়েংলকই, য়াওরম্ব উরদ হঙ্গংলকই— ইপা ইবুংঙো অপোকপা চেম্ম-শুমসি ঙাইবিরমখে প্রেমগী সাক্ষী ওইবিয়। কনা থৈজদবা লায়রবা থম্বা শোক্লরবদি খোইবী লক্কন হায়বা ক উবিরমান্ন।"

মথংদা অযুক লোংবান য়ংজুনা মঙ্গাইবেম্মনা চীঙ্গাই মপাউ য়েল্লকই,—

হাই লোংবান মীগাংশা, সুপীনা পানদবা মীপাউথোক
নংনা খোইবীবু শগ্গম্ব অয়েম্বনি শঙ্ঘোংলে
ঙংস কায়ো সুমিত্ত নাংয়াইবা য়াইবা মাঙবথোক
খোইবী ঐন্নু থৈহৌরোই মাইং থৈনা মতুং ইনবিনি!
নংনা য়াম্ন শামজ্জরগ খোইবী ঐগী নংকমদা
চিংথো শইনা চৌ জংদা খোইবী ঐবুদি ফংলরোই।
লায়রবা হাংকে খোয়াংবা, পীদং-পাদংলি উশিঙ্গবা
থৌজিক্কি খোইবী লক্লেদন থম্বা য়াংলম মত্তয়ে
চেম্মশুমসি ঙসিদি নিপা খোক্ক ঙাইরমখে।

অদুম চেক্লকপনা সেনুহুম্বু থম্বগী খোঙ্গাল মৌরকপদা খোঞ্জেলদি ৱাংলপ্পা,—

হাঃ থম্, ইথা ৱাই, খোমলেন প'ম্ব মাঙোরো।
নংগী থম্মোয়গী মপি পরেংদো, ঙসিনীদি অহিংদা
মোইরাং খোরি কৈথেল্দ, লিক্লাং পরেং থদত্তুনা,
মমাং শাগুইনখোরে মকু লানোইনখোরে
লৌক্তিকমক চৌগংলু, লিক্লাং পরেং য়েংখোরো।
মতৎ তারিব লিক্লাংসে, নংঙনা লেংবা ঙমগনি
লিক্লাং পরেং আমন্, লেংসি লাউ চৌগংলো।

সেন্হুনা কৌরবা মতমসি থম্বুদি—হুমত্রা তায়বদু তুমলমদে। ঙরাং মপুৱানা অহিংগী তাংখোঁদা চপ্নিংবদগী কুংনাক্ত ফমদুনা মরু তাংজ লুক্লুনা খোইয়ুম লাইবু থুরম্দুনা লৈজরি। অদুম লৈরিঙৈদা— সেনুগী মশাউ কারকপা থম্ব শংগ্রেক হংথে, খোঙগী নাতৈ কাঙদুনা প্রেপ প্রেপ চেঙ্খোরকই। সেন্হু লেপ্পুনা লৈরমই।

"ইথা সেন্হু! করি তায়বনো লৌক্তিকীহুবু?" হংলকই।

সেনুনা অমুক ওয় খুমই,- "থৌজগম্ব ইথা ইবেম্ব তায়রবী। নংগী নপুরা নোংখোইদে ঙসি মোইরাং খোরি কৈথেলদা ৱাঙ্গোল নিংথৌ, নোংবান অনিমক্ক ৱাতাম্বরগনা লাংগোই শামু য়াইশং মথোঙদা মমাক শাগুইনরমই। মকু লাপেইনরম্মী। চঙব শিবা মকম থঙদে। থুনা য়াঙনা চংলসি।"

সেন্হুগী পাউদম তাবদা থম্ব, থম্বা মৌপৱাবু খোংহৎগা মালেম লৈদা হাইথখিহুনা জ্ঞান মাঙখে। মতাং অহুদা সেন্হুনা লাইজ ঈশিং লৌক্লুনা থম্বুগী লৱাইদা লাইজ ঈশিং থাবা হৌরক্লে। থম্বুম্ব ঙাইহাক ৱাহ্নরগা জ্ঞান থরা থরা ফংলক্লুনা স্বয় ইকঃ ইকঃ হম্বরকই।

"ইতা—সেন্থু, চৎলসি। ইচেমগী ইবুংঙোনা লৈরিবা মফমদুদা।" থম্নুদো মচীম্নদি অসি হায়, অন্থুবু মখোঙ কয় থাংবা ঙমদ্রে! মরক মরক্তম্ন মুংশিরবা বাকৈনা মতং মতৎ ওটনা, "ইচেমগী ইবুংঙো ঙাই-রমখো নংনা থম্নুং শরা তানবা, ইচেমগা কোয়ননা চৎমিম্নসি! পলেম পঙ্খো অনিনা ঐখোয় অসিবু থনম্মী। হৌজিক নতোমত চৎপা য়ারোই। ইচেমম্নু হৈনা নতুং ইনগনি" হায়রি হায়রি কপ্লকই। অমুকম্নু বাম্নথি লম্নথাঙদা। সেন্থুনা চেঙেং কোনসিন্থুনা লৱাই কোয়রেলথক্ত ম্নম্ন থিঙ্গাম্নে। ঙাইহাক পুঙ্গে ই ঙ্গান মাঙলুরগা ‌ম্নু অমুক ঙান লাক্তনা থক থক হায়রি হৌগংলকই।

হুক হৌগৎলগা য়াবা য়ানা লাকপনা মোইরাং খোইরি কৈথেল য়োরক্লে। খোইবীবু হেংদুনা থম্নুনা হায়রকই, "ইনম্নগী ইবেম্ন মুংশিবী ঙসি কৈথেলদা ঐগী থম্মোইগী মাপ পরেং চৎলে হায়রবদো সনাবা মাপ পরেং থুনজিনবীরিব্রা? থুনজি বীরবাদি লিক্লা পরেংদো অমুক্তা মীৎয়েং শাঙ্গেনজগে পীনবিয়ু।"

খোইবীনা মনম্নবু খেমজিনবা য় ঙাঙ কয়ানা হায়রকই,— "ইনম্ন ইবেম্ন! তাবিয়ু, কপকদবগী শক্ত অওইব য়ালুম থম্নসি। হৌজিকমক্তো মতু নিংথৌ থবাই মাঙক্রি। অসিনা করিগুম্ন—কত্ত মুংদ খোক্লবদি লাইবকথোবী মচলদি হৈন মতুং ইনথিবা তাই। ইনম্নদি কমদোবা? কম্নমথৈ কম্নুগা তাইবংপান্দ লৈহোবা করি কায়কম লৈবগে? ইনম্নগী থবাইদি ইমাম পুম্নেম্ননা ফৈরে ইঙ্গাম্নগী মথক্ত শিন্নম্নম্নে তাকৈ। পীথোক-থুবা থবাইদো তাদা খেলুংবগী মফমদা ফিগাও শাম্নুনা নিজক্ল। কপকদবগী শক্তি মম্নুমতুম—হেম্ন ফগত্র নীংথৈ। নপুবাগী হৈনা মতুং ইনথুসি।"

মচল ইবেম্নগী বা তাবদা থম্নুনা করি উপাই তৌসিগে থজিকৈঙদা চৌংঙু থাংজিংগী নোংদম, কৈরাইজাথমুম্ন য়াঙ্গোই শগোল খোইনৌ

অমা মচীন চুমগে হায়দুনা হেক থোংলোরকই। খম্বনা কৈরোইজাম্বু য়েংদুনা হায়জরকই,— "কেগে থোইমু অথোইবা! অদুগুম মমাঙথক্তা লাইবকথীবা খম্ববু কাওরেল যম্লাউগী পানদমগুম ইঙ্গু থোরি থুম্বনা অঙাং নংগী নকমদা কাওরেল শিন্নবগী তাকৈ। যম্লাউগী খুজি পায়বদি নহাক্কি। থোরি লিত্তোন থাদোকপিদুনা ইদু নিংথৌগী হৈনা মতুং ইনজখিগে, পীনবিয়ু নীঙরি।"

খম্বগী ৱা তাবদা কৈরোইজাম ইতক শুকখে। কম্ন য়েংখিবদগী সেম্বু থোইবী অনিশ উই। কৈরোইজাম্বসা শগোলদগী চোংথরক্তুনা মফম অদু তম্ন চেনশিন্নক্লে। সনাবু য়েংদুনা হঙ্ংলৈ, "সনাহল! করম থোদোক লৈবগে? ননাই তাদনা তাকপিয়ু।"

কৈরোইজাম্বু য়েংদুনা,- থোইবীনা তোয়ন্নীবা থবক পুম্নমক লোইনা মথং শীংনা তমখ্রে। কৈরোইজাম্বনা পাউদু তাবদা ওন্না থোইনা কপখে। মশেলদু চেজেং কোম্লগা ইঙাগী নোং থোংবগুম,— "ইবাইগী ইবুংঙো সুংশিবা! ইব.ইদি তাইবং মালংপানসিদা করি ওইদুনা লৈহৌগনি।" অসি হায়দুনা যাংদো তীঙ্গোক চোংবগুম ওন্না থোইনা কপখে।

অন্নম তৌরিবৈ মতমসিদা মোইরাং চাউবা নোংথোলবন্না, ওয়াং মপু সনা কোন্নুংদা অহুবা ৱা থরা তায়বদা পরৈ কিশি থোক্নমক্রে, ওসিদি অমুক অঙনবদা সনা কোন্নুং য়োক্লগে হায়দুনা ওন্তা কায়কই। মোইরাং শোরোক্তু চাউবনা শগোল তোংদুনা চৎপসি নিংথৌগী মচা থাদোইনা উরে। সনা ইবেম্মনা চাউবা মাইকৈ য়েংদুনা সুংশিন্নবা থোনকম্ন চাউববু শান্নকই,—

শিন্নৌ চাউবা নোংথোনবা!
ৱাংলেন মিংকুপ 'ময়োমদং লাকপিথো।
ওসি অহিং থেঙনবদ', মোইরাং থোম্নি কৈথেলদা।

নঙ্গাক নোংমাই লায়রববু শামু মাইশা মখোঙদা
মমাক শাওইনরম্লে, মকু লালোইনরম্লে।
চাউবা মীংয়েং ভারিয়গা মতৌক চাবা বিচার লৌখৎপিয়ু।

খোইবীগী মপাউ তাবদা চাউবম্বু খুৎলৈ খংনা খৌভিংজংনা অশেংবা বাকম হংলয়ে। সনা ইবেম্মনা চাউবগী মফমদম্বু বাতৌ মখং শিংনা তমখে। চাউবা শাউমনখিবনা মথমতা শিরাশবা হায়বা য়োনা খল্লি,— "হৈঃ ফৈরোইজাম্বা ঈপা বা হায়গে। নশেলবু পোতুনা কোমুং তম্ন পুরকউ। ঐহাক কোমুংদা লৈরমগে। কেগে মথক মখা ওনগেদো হন্দাক্তু খঙগনিদো।" অাস হৌরক্লগা চাউবা অশাংবগা লোয়ননা শগোল তোংহুনা চৎখে।

ফৈরোইজাম্বনা মশেলবু পোতুনা পুবা তারক্লে। সনা ইবেম্মন ফৈরোইজাম্ববু য়েংদুনা পাওমেল্লি,— "তাদা শেলুংবা! নশেলবু পোতুনা পুবিয়ো। লাইবকথীবী খোইবী তৌদ পাম্মু তৈনা মতুং ইনগে হায়ববু সনা কোমুংমক তৌবদা খোইবী মাউবা তাংবদি সনা খোগলোন কায়বা তাখে।

ফৈরোইজাম্বনা মশেলবু পোখংলে! খম্বনা ফৈরোইজাম্বগী তুং ইন্দুনা মপু সনা কোমুং পাংলক্লে। মখোয়না সনখোঙ হেক য়োরবদা খম্ববু ফৈরোইজাম্বনা মালেমদৈদা থারগা নিংখিনা হুমাই হুমহুনা লাকলৈ।

হায় চৎখিবা চাউবদি কমদোরি? সনা কংলা চঙলকপদা উয়ে, নিপা অমা ফমহুনা লৈবক্ত। ফায়বা অতুদি কনা নত্তে, বাঙ্গাল নিংথৌনি। বাঙ্গাল নিংথৌম্ব মীগী মাওনবা তৌকবনা বাংল তাদনা তাওরহুনা ফম্রম্লিবনি। চাউবা নোংথোনববা বাঙ্গাল নিংথৌগী মনাক্ত চঙলক্তনা,— "মনাও ইবুংঙো! ঙসিদি ঙম্ন কৈবিরক্লেদা।"—হায়দুনা

খুরমখি। মনাও ইবুংঙোহ্ চাউবনা খুরম্লিবহ্ ওকনি হায়বা খঙদে, তিংঙক তিংঙক লৈ। অদুমকপু চাউবা, মক্তাংদা হন্দোক্লগ্না ফমখি। অস্থুম তৌরবৈদ মতাঙদা ফৈরোইজাম্বনা সনথোঙদগী লাউরকই, "কেগে সনা কংলা অসিবু অতম অথৌ কনা কনা লৈরবগে ?"

ফৈরোইজাম্বগী ৱাঙাও তাবদা চাউবা লোংথোম খুম্লকই—"হায় হায় কনানো ? মথোঙদা লাউরিবা ? মরম করি লৈতনা লাউবনো ? হায়নিংবা ৱাক্কম হায়জগো। মনাও ইবুংঙো ৱাঙ্গোন নিংথৌহ্ লেঙ-থোক্লগ্না লৈ। চাউবা লোংথোল ত্রেম্ব লৈ।"

মতাঙ অসিদা ফৈরোইজাম্বনা থম্মগা হম্বগবু থনম্লগা চঙলকই। "হপা ইবুংঙো, কেগে অতম্ব লোংথোনবা, লোংম্লাই ইশেন থম্বদো ঙসি মোইরাং থোরিব কৈথেল্দ আহিং লোংম্ব ই থেঙলবদা লাঙ্গোই শামু মাইশা পুথোক্লগ্না শামু মথোঙদা পুনহুনা হাৎকে তৌরম্লে। মাইবী থৱ ই মাঙবগা মাঙদবগা য়েংনবদা মাঙবনা নম্ব লৈরে। কনাগুম্বী কনাগুম্বনা থেৎনহুনা ফৈরোইজাম্ব ননাইদা হায়রবরৈ। চৌজিকমকম্ব সনথোঙদা য়োরক্লে! লৈরবোইদব মশা অ'স অঙম্ব মীৎয়েং তাবিহো।"

ফৈরোইজাম্বগী ৱা তাবদা চাউবনা লোক্লিদনা লোকই। ৱাহৈদি—"চয়োহে! তানীংদে। ফৈরোইজাম্ব হায়বা ওইদবা ঙাঙবা, নংনা হায়রিবা ৱাফমদু নমংহুম ওইরি'ন। তাইবংপালদাদি থোক্লোই। মপা লোংলেন লৈরিবৈ, চাউবা ত্রেংাক লৈরিবৈ, মতাং অসিদবু থম্ববু অদুম তৌবিগদবা মচা কেগেদা মরু হুনব্রা ? মোইরাংদা মপাম্বী হোয়োইনা।"

ফৈরোইজাম্বনা অমুক খুম্লকই,—"মপা ফনা লৈহুনস্থ ভুমহুনা লৈবনিনা কায়দ্রে। মমান লৈহুনস্থ উহৌদবনিনা করিস্থ তৌনিংঙাই লৈতে। কেগে মোইরাং অসিদি অকন অকনবা হাৎনরে। অশোনবা মীদি লৈহৈরোইদোরে।"

থাম্বী মৈনা কবো ৱাল্লখশিবা, কবোগী কাব্রং লংমৈগেশিং
ভুম চাকউরবদা, মৈগী মৈথোঙ থঙহুনা
মোইরাংদা শিংউ হায়রবা মতমদা
মপু মোইরাং নচিন নম্বাওবা
শিংনিংথাইদি লৈত্রহুনা, কেগে মচা অঙম্ব কনানো
কবো লৈবাক অসিবু লংদাইকুব ওম্লবদি
মোইরাং লৈবাক তংখাই অমা পীগনি হায়রবদা
কনানা কবো লংদাইখিব গ ?
ননাই ফুবালাদা কৈ পাম্নবা চাউবনা
লৌশিং তৌজ্জরহুনা
ভুরেনগী লৈংথাই ফিপোং অনি পুরগা
সনা থাউ লুপা থাউ অনিদি ময়াওবা
কবো মমিক্ত উং চাইবুনা চাউবা ইরৌশিংনা লংদাইখিবদো
চুম্বঃ লংদাইবতঃ নত্তনা চাউবা ইরৌশিংনা
কবো মখোয়বু লোই চল্লকপনি ।
মহুগী লোইপাং ওইনা চহি চহি খুদিংগী
কাব্রং খল মঙা মচা মোইরাংদা লোইপোং কাখিবনি
অহুগী কাব্রং অহুনা সনা নচিন নম্বাওগী
থবাওচেং নমথাং থোনখিবনি, ঐদি মৈবাক তানখিদেদো ।
মপু মচানি হায়হুনা, অতোনবনি থনদুনা
পঙতাক তাকপিবদি কংলাসি কনানা শাখিবনো ?
চাউবা ঈরৌশিংদগী পুখে হুনা শাখিবা নত্তবয়া ?
অহুদি থঙদনা—চাউববু কন্নিগী থঙবিদবয়া ?
হৌফম চাকম ফাওবা পনহুনা হায়বিবদি,
ৱাঙ্গোন নিংথৌ ইকাইনিংঙাই ওইদবয়া ?

অমুম্ম শাউমনখিদুনা খীনা খীনা অপনবা লৈতবা হঙ্গংলকপ', বাঙ্গোন নিংথো শাউরদুনা,— "হৈ ! য়াম্বুং সনা মাঙদা চঙসি। অঙইবা বামক ওইনা ঐখোয়না লেংলি চাবিব; খুদিংমক চাউবা নংনা খোম্মরবদি ইকাইগে। নত্রদুনা—ওইরমত্রবদি কেপে মীকাংপুং মোইরাং মীতুফম্‌দা নং তুবা তাই,"— হায়রক্লে। চাউবনা,— 'খীনবু খীক্লে। সনা খোগল ইরগে। য়াম্বুং সনামাঙদা চঙলসি" হায়রকই !

চাউবগা বাঙ্গোন নিংথোগনা অশাউবগী লৈথক্ত লেঙ্গুনা ফীফী কাযদুনা চঙনরকপা, মপু ইবুংঙো মোইরাং নিংথোম্মু ত্তরা লুকোই হারুবগা সুকহাশঙদগী সনা মাঙ্গোল খেঙ্গোঙলাংদা চরৈ খোন্দুনা লৈরম্মী, অনিনা শাউদুনা চঙলকপা নিংথৌনা হাইফেং উথি। "করিনো ! ঙাস আনিসিনা শাউনরক্লিবসে"— খন্দুনা লৈয়িঙৈদা মনাও বাঙ্গান নিংথোনা য়াম্বুংগী সনা মাঙদা লাউদুনা হঙ্গংলকই,— "য়াম্বুং ইবুংঙো ! য়াম্বুংনা নিংথো ওইরিঙৈ—মনাওনা বাঙ্গোন নিংথো ওইরিঙৈসিদা শযু মীকোক মরিদংদি নিজগে; পীনবিয়ু লানিংথো।"

খুদক অত্তুদা চাউবনা সনা মাঙদা লাউশিন্নকই,— "ঐবু লোইবা ইনিংথো ! মনাও ইবুংঙোনা নিরিবসে অতৈ নত্তে মনাই খোংলেয়ে, মনাই চাউবনে, খঘনে, মনাই হৈফেরোইজাঘনে, ঐখোয় মরিবুনি। পীবিখো ইনিংথো, সনা পুক্লিং নীংবা খুংনবা। মনাও ইবুংঙোগী মঙোসিদি মোইরাংগী অকন অকনবা নিংথোগী মীচঙমথৈ থর। থরা ফোইদুনা হ'ৎলগা', অকন অথো খিবিক লৈত্রবা কান্দা, খোনা য়াও-ত্রবা ইনিংথোগী মফমদো মনাও ইবুংঙোনা নমদুনা শিন্নগে খোরাংলে। নিরিবা মরিদুগী মহুংদা অমদি ওয়াং নুমিদাং হাংপা হোরে। শিরিবত্তু মনাই থখনি, চৌজিকমক শিয়ে হায়বদা কায়ত্রবা, হকচাংদো সন-খোঙদা লৈহোরে। মবাইনা পোদুনা পুরকই। স্বরমক্তি তংহোত্রি, সনা মীংয়েং তাবিয়ু।"

অঙাংঙবা! হায়রম্লগা চেনশিববু! থোংলেমচু প্রপ্ প্রপ্ থোরক্লুনা মাঙ্গোল যমফমলাংদা ফম্লে। কৈথোরেম্বীবু থাক্লা লাউনা কৌরকই,— “হায় হায় কৈথোবেম্বী! ঐগী ঙসি শাংপাৎ লামপোৎ পোৎলোই শুনা পুথোকরক্তি।” কৈথোরেম্বীসু খীনবা কৈংজনা পুথোরক্লুনা খম্লরে। চুক্ত ঙা মাঙোরি। থ ঙুলেন মাশবা থিবিক পুম্নমক শুনা মাওয়ে।

“হায়, হায় অমনব ঙম্মথোয়। খীম্লে, নংগী নংগী থোরাং লোইরো—শিরুর্স” হায়রক্লে। খোংলেনগী মনাইশিং অদুস্ত—করম্ব কান্দ লানসিনু অমুক্তং থোকপিরবদিকে—থন্দুনা লৈবা কাঙবুনি। থোংলেম লান হেংগদক্তু উবদা মথোয়স্ত হবাইবা অমগা লোয়মনা শেম শাবা লোইথ। শগোল লানশা চিংথোক্লে। মুবনা শগোল শারোৎ হাপকদোলে। অসিগী মতুংদা থোংলেম তাওোই মঙা কৌদুনা পোৎ যেনবিরে।

“লালই মঙাক তাও;  
নংগী নংগী নপোৎ থুংবীরম্লগে  
ঐ ঙসি হম্লক্লরোইদবনি।  
উচুং লবাইদনে ফৌ, কৈজাও মঙাদি লৈবনি।  
ইপাগী লাংলেন খম্বগী কৈ অমনি  
কৈথোরেম্বীগী কৈ অমনি, অহুম অদুদগীনে  
অনি অমদি শোয়দনা অতোনবীদা পীবিয়ুকো  
লেমহৌবা কৈ অমতুনা নথোয় অহুম যেম্লরো।  
লৌ পরি তরেৎ লৈবদুনা নথোয় মঙা অমমম লৌ  
অনি অমদি থঙহৌরো, ইমোম লাংলেন খম্বগীনি।  
ইমুং মচুংগী পোৎযামসে অতোম্বীদা খরা য়াম্ন পীবিয়ু  
নথোয়না খজিক খজিক মরোয়রো।”

খোংলেন্‌ অহুম হায়রকপা, চঙ্‌ংলুবা ছমদবনিনা তাপোই মঙাদো "হোয়, হোয়,"—হায়দুনা অহুম য়ানরে।

খুদক অদুদা খোংলেনগী শগোল লানশাঙ্‌ শামী লানী উডুনা খেক্ক খেক্ক খোংলক্লে। খোংলেন চংলগে নীংদুনা মতম ওইরব্রা য়েংগা নীংলক্লে। মাঙদা লৈরিবা খুল্লম অনিডু ঙেংকা লমগী বল্লম তাপ্‌ তাপ্‌ পায়দুনা শুমাঙ তম্ল হন্দোকখি। খোংলেনগী শুমাঙ মতোম্দ লমথুদু আনি চংকর ইরি। খুল্লম অনিন থুনু অমমমদ পানদুনা য়াইবী থরাই মাঙলে।

অফবা খেনফম ফংলে হায়দুনা খোংলেন মথোঙ থাংদুনা থোরক্লে। লাক্লোইনবা নুংশিং নোংলৈ কৌরক্লে। খোংলেনগী মঙ্গী শক্তিনা কৌবদা নুংশিং নোংলৈ খুংলরে। কৌদুং পংনা ভৈগিবগী উম বাম পুম্নমক প্রোক প্রোক নৈথেকখি। খোংলেন শগোলদা কাপংলে, খেক্ক খেক্ক লাউরকই,—"পাবি ইনুংগী নুংশিবা! ইগী লাকপা ভাইরমগী নংগীদমক ভাসাদ ইপানা কারোং খেৎনুমগে।"

অসি হায়না লাউদুনা শগোল য়াইনা কোগংলক্লে। খোংলেনগী মনাই অকনবা হুমকু অদুসু খোংলেনগী নতুঙ ইন্দুনা লাউনা খোংনা চেল্লক্লে।

ওসাই থাখিবা নুংশিত্তো কোদুং য়োথে। উমনা কংলা ময়াদা কেলিকদম পাম্বী আন হৌরি। নুংশিং নোংলৈনা মতোলগী শরুক অয়াম্ব প্রোক প্রোক নৈথেকদুনা মালেম থক থাদরে। নোংলৈনা হুমগংলকপনা উফুলনা কংলা মরুঙ পুম্নম য়মথে। মতম অসিমক্তদা খোংলেনগী লাল্লাউ, কংলা যৌরক্লে, মী পুম্নমক থকংনরে, কারি খোক্লগবা মিপাইনরে, মোইরাং কেথেল কায়দুনা চেন্নরে, কংলাদা য়ম্ব মী পুম্নমক মিহুল গুনদ্রে; মতাং অসি য়ৌরকুবদ, মোইরাং নিংথৌনা চাউবরু য়েংদুনা হায়রকই,—"ইপু নোংথোন কমদোমিগে? লৈবাক মাঙবা

"ইপা ইবুংঙো !
কেগে কল্লক চাউবনা, মোইরাং খুংগি য়াম্বনা
ইপা ইবুংঙোদা ওন্নবা পাউদম করম্ম হন্নরিবনি।
অদু খিবিক নেমথবিয়ু, শাট্টবিগন্নু। নচা অদোম থম্বা
করিমথং লোক্লে। অনা অয়েক লৈজদে।
কেগে লৈবাক মাঙবা ফাংদে পুম্নো পাইমা পীবুক ফারিয়ু।"

ফৈরোইজাম্বনা থম্বা শাজুনা লাইরকপা খোম্লেন খোংলেম্ব তায়,
যুবা য়েংজুনা হংলকই, "তায় তথুম যুবা ! অদা লাইরিবসে পাৰি
ইবুংঙো নোংয়াই নত্রা ?"

যুবনা, ওইগদৌবমাদে, খুমই।

খোংলেম্ব তৌরম্লিবা লাল অদু মশাবিগী খোম্লেন হাবদা থাক অমা
হম্বথে। অদুম তৌনা থাঙক থঙ্ক খোংলেনগী লামদো নম্বগ্গবদা চাইবা
খোরক্লে। খোংলেনবু য়েংজুনা হায়রকই, "মাহেক ইবুংঙো খোংলেন
করিগীনো নংনা অহনথঙদা হাওশিল্লরিবনু ? নপাগী নোংয়াই কারিগ
তৌদবু কনানা করি হায়জনা অদুক থীনা শাউবনে ?"

চাউবগী বা তাবদা খোংলেন্দ শাউবা থরগমুক হম্বরে। "পাখো
পাৰি থম্বা কদাইদা লৈ ?" হংলকই।

চাউবনা খুমই,—"মোইরাং খোংলেন অথোবা ! নিংথো থম্ম খুরুম-
জিসিনে, ফিংগন্নু।" অসি হায়না চাউবনা খোংলেনগী খুদাঙ পায়জুনা
সনা মাঙদা চঙখিন্নরকই। মপু ইবুংঙো মাইরাং নিংথোনা খোংলনবু
খুৎলাম তৌয়না কৌশিল্লকই,—"ইপু খোংলেন অথোবা ! নফম লাংদা
ফম্ম।"

নিংথোগী সনা য়াথং তাবদা খোংলেম্ব কোংয়াং চৈঙ তাবগুম সনা
মাঙদা খুরুমজে,—"ঐবু লোইবা ইনিংথো ! পাৰি নোংয়াই পীবিয়ু, কৌ-
জিক্ত ঐবু কৌয়্য ইচাবু লৈদম কৈদা চংথ্রবগে ? পাৰি মশক য়েংজগে।

অমুম তৌনা নিংথৌগা থোংলেনগা ঙাক্তনবিদুনা মতমদা চাউবনা খুজু খুৎলাই লাইনা লৌশিনখরে। মতুংদা চাউবনা থোংলেন খুদাঙ পায়রদুনা, —"লাকঙ, নপাবি মশক য়েংশি"

চাউবা থোংলেন খম্বনা লৈবা মখমদ থুংলরে, খম্বগী মনাক্ত থোংলেম্ন ফমদুনা, "পাবি ইবুংঙো কবিগীনো হিপ্পুনা লৈববু? নপা ঐ লাক্লে তৌগংলো, চায়না চাইরকপা, মতম অদুদা খম্বদি হেদো নাকে চন্দুনা লৈবনিবা তোগংপা ঙমখিদরে। মতম অদুদা থোংলেম্ন খম্বগী মখক্ত কুপ্পুনা লৈরম, খিম্ব হাইদোকপা য়েংবদ ইথাক পাক্তরম্মী, ঈমু পাবক্লেররম্বা খাংলেম মহুটবন, থক্লা লাউনা শাউরকই,—"পাবি ইবুংঙো লৈরমনে, ইচা শাকপা কনানো? যাইবী মথৱাই লৌরগে" অসি হায়দুনা খুজু খুংলাই মাংকপদা অমত্তা লৈরমদে, চানায় লৈত্রদুনা চাউবা য়েংদুনা শাউরকই — "ঐনী খুজু খুংলাই পীরকউ, পীরকউ চাউবা!"

চাউবনা থোংলেনবু য়েংদুনা হায়রকই, — 'নংগী খুজু খুংলাইম্ন ঐনা পীগনি। নচা লোংয়াইম্ন শিরোই, নংনা য়ায়্ম শাউরবদি থোইবীবু মথো ওইবা ফংলরোই, নংনা শাউদ্রবদি নমো ওইবা ফংগনি। নপাবি লোংয়াই খম্ববু অনাশঙদা লায়কহ্নরগা মমোম লাংলেন ইবেম্বু লৈবা চঙহনগে কা? নংনা হুয়েন লালহৌরবদি থোইবীবু নমো ওইবা ফংলরোইনে, পঙগনু!'"

চাউবনা মোইরেম ত্তৌবদা থোংলেনদো মনুক পেলকঅদুনা হায়রকই,—"ইকাও চাউবা! পাবিনা মশা কনদ্রিবফাওবা মজাইবেম্ম লাংলেম থোইবীদো অনাশঙদা লৈদুনা ইচাগী সেবা ত্তৌবকো, মতু লেংয়হনু।" থোংলেন মবুক তেথরে।

সনা মাঙদা চাউবা থোংলেন অনি খুংশয়রদুনা চঙলকই। মকম মকমদা চঙদুনা থোংলেনথোয় ফমথে। মতম অসিদা মোইরাং নিংথৌনা

মথোয় কুপ্পনা হায়রকই,—"সনামাচা য়োথ্রবনি ফুব ফংলয়োই, ঙাযদা থরা ফংহোস।" অগুম হায়দুনা ময়াম চঙদুনা নোংবানবু ফংবসি—শিরসঙ্গী মওংনি। মীফু থীরবা থোংকেলগী মনাইশিংবা চৈকখদি লৈহনগুমসি হায়দুনা থুংতুমগা কিনগা, কাওবগা লোয়ননা ফুগংলকএ। মপু সনা কংলাদা নোংবান ফাহুনা পুশিল্লকে। সনামাচাদা থম্লয়ে, নোংবান উপনা চাখয়ে।

কেগে মোইরাং চাউবনা নোংবানবু য়েংঙগা হায়রকই,—"হায় হায়, পাপি নোংবান কোংয়ানবা! মপু সনামাচাদা অশেংবা ব্রখ্ম, চুয় খুমদ্রবাদ নোংবান অবাবা ওইগনি। ঈপন বা হংগে তাও, অচুব নপাঙ খুম্লবদি নথবাই কনগনি ইংলমা, তাস অহিং থেঙলবদা মোইরাং থোরি কৈথেলদা ইমাক নোংয়াই থম্বু—শায় মথোডদা য়েংপাস নং য়াওই হায়কসি চুমব্রা?

চাউবগী বাহং তাবদা নোংবান, তসাই ময়াম চঙদুনা চৈ ময়াম তাখিবগা, পাখংপগা লোয়ননা খুম্লকই,— "ইবুংঙো নোংখোল, ঐ তশেংনা য়াওই।"

চাউবনা অমুক হায়রকই,— "নখোয় মী কয়ানো? শমু মীকোক মশীং থাউ।"

নোংবায় মশীং থারকই, বাঙ্গোল নিংথৌবু হায় থাই, শামু হঙবা পল্লি. মথাদা নোংবান ঐঙ্খ য়াওই, মীদি নিপা হুমফুনি, মমিং মথাদি অসি অসি হায়দুনা থারকই। মতম অদুদা মান থারিবদো—পাখংপগা লোইননা ঘুমলোন কৈয়োয়বা য়াওজদবা মীশিংসু হাপচল্লে। করিনা হাববু, মী হুক্ষ্কুগী মশীং প্রপ প্রপ নীংশিংব' অয়ামবা ন.ত. মচীন্দ নাকপা পঙহায় হায়জিনখে। নোংবায় চোইয়োল লোন্দুনা থুম্বসি তারগা, চাউবা নোংখোলনা সনা মাঙদা হঙ্গর্লি,— "ঐবু লোইবা ইনিংখো, ননাই নোংবায় তসি মীশিং থারিবা অসি অচুব ওইরমগনি

মসি লাউরম্লগা চাউবা খোংলেন অমিশু সনা খোঙগল থিদাই চিংগা লায়রশঙদা খোঙলেংখে। নোংয়াই মমুম য়েরবদা চাউবা খোংলেন ফৈরোইজাম্ব থম্ম খোইবী অসিনচিংবা কয়ানা লায়কয়রক্লে। মুমিং হুমান ওয়বদা অঙাঙগী জ্ঞান তাবক্ক্বদা চাউবা খোংলেন খোংয়েম। "থবসি পোয়ব তারবল্লে। চাউবনা খোংলেন্দ হায়রকই" ইত্তাও। ইমাক্কীদমক হোৎনবা হায়ববু অদাই মঙাবরে। মসিবু, ঐনা নীংঙক্রবা অমম্লু নৈরি, শলাং লোইবী মনিংথো, পাখো শলাং নিংথো হাক্ষ্বসি নংগী ঐগী ইয়ালনি"

"ফৈরোইজাম্ব, নং চংশু শলাংথেম্ম, নপা শলাং নিংথো কৌরু" অসি হায়দুনা ফৈরোইজাম্ববু শলাংথেম্দ থাখে। শলাং নিংথোদা ফৈ-রোইজাম্বনা তাকউরে! পাঙ হেক তাবদা শলাং নিংথো অঙকবা নৈতনা মোইরাং তম কুমথরকই। মোইরাং খুনয়াই শম্মকপদা শলাং নিংথোনা পারি মচাগী থবাই মঙানা কোয়পাই পাইদুনা লৈবদে উখি। ময়ম কদোতুনা উবনা লায়বাদ শলাং নিংথো অসি কনানো হায়বদা লাইনিংথো সনামহীগী শাংগোম্নি হায় । মমম অদু লৈবনা থম্বগী থবাই মঙানা কোয়পাই পাইদুনা লৈবদো মানা উবা ঙম্মনি হায়। পুরি মচাগী মথবাই মঙানা পাইবা উবদা মচাদা অবাবা তারবোইরে হায়বসি থঙখি। মুমিদাংবাইগী মতম ওইরক্লবদা, নোংয়াই চেক্লে পাংকি য়ুমদোম পোক থুমন লায়র—শঙদা থুংলরে। শলাং নিংথৌনা ডারি মাঙ্গাল কায়কপদা ইপাগী থম্ম হায়না কৌরকই। সন্ধ্যা ভবুম তবুমবদা শলাং নিংথোনা কৌরকপা খোঞ্জেলসি ঈমুং মনুংদা থথবু লায়কগ্রবিবা চাউবা খাংলেন, সনা ইবেম্ম, থম্ম মচিংবা পুম্নমক্ক তায়। পোনফম অহু তাবদা পুক্লিংদা বাথল তৌনৈ.— বাথলদি কবিনো— পারি নোংয়াই ইচাগী হাল্লাগী মতম ওইরহুনা মপারি নোংয়াইবু তৌবা লাকহত্রা পুৰেশনা, অম্লম নীংনৈ।

অমুকস্থ হন্ন শলাং নিংথৌনা,—"ইপাগী ইমোম থম্ন্ ! ইপানা লোইবী চীংদগী কুম্নকপা নত্নিংথৌগী মরমগী লাকপনি, থোঙজি নাত্তে কাঙউ,"—হায়রকই । ৱাক্ষম অদু তাবদা চাউবা খোংলেন খোয়রক্লে। মুংশিনৈদা অহুমদো। হেক উনবদা খুদাঙ প ল্লোইনত্না চেংনা চান্ন কোন্নৈ। "পাথৌ ! নহাক লাকপা মুংঙাইয়েদ।। পান্নি ইচা ফগদোবোই নীংলে।" অস্থম হায়না চাউবা খোংলেন হায়। ঙাঙনব্নিত্তৈ মতমদা থম্ন্ চেস্তোরক্ন্‌না শলাং নিংথৌবু খুমমই। থম্ন্‌না কপ্ন কপ্ন হঙ্গংলি, "পস্তৌ অপোকপা ! ইচেমগী ইবুংঙোগী ম্নাইবী থৱাই কনবীম্নু; মীপোক মীহিংবা ঙম্ন পস্তৌনি ।"

থম্ন্‌গী মপাউ তাবদা শলাং নিংথৌনা হায়রকই,—'ইপাগী ইমোম ৱাগম্ন, নপুৱা কৈদৌম্নুংদা শিন্নোই ! ইচাগী শিবা মতম ৱাংলি। ইপানা ম্নাইবী থৱাই কৌশল্ন্‌গে, ঙম্না চবান খোংঙ্।"

খুদক অত্নমক্তদা থম্ন্‌না ঙম্না চবান হৌথ্রে। ঙম্না চাক খোংবা লোইরবদা, ঙম্না চাক্ন্‌ম ঙরুক লোয়নন: "ই পাগী ঈমোম মহাকম্ন চৎসি। ঙাও লাম্লোই ঙানবা নহাকস্থ চৎশ। পান্নি ইচাগী থৱাই মঙা কৌশিল্ন্‌সি",—হায়না খোয়রক্লে। লম্লোং অহুম ফাংবদা ঙম্না চত্নম থাদ্রুনা শলাং নিংথৌনা পান্নি মচা কৌরক্লে,

"হাঃ লাংলুবি ! খম্নান অঙৌবদা তোংব শুক্নদে ;
কিল্লিং লাউই।
"হাঃ লাংলুবি ! খম্নান অঙাঙবদা তোংবা শুক্নদে ;
খিল্লিং লাউই।
"হাঃ লাংলুবি ! খম্নান অশংবদা তোংবা শুক্নদে ;
শিল্লিং লাউই।

কিল্লিং, খিল্লিং, শিল্লিং অহুম পুনশিল্লগা

হো: রো: শো: অকুম খোঙএ ;

"মাইবী থবাই মঙামক, মিগা থানা ভক্কমক
মিংহেক, শাহেক, হুমনিং কৌই।

"থবাই মঙামকপু লোয়নবা নহাক্
থুঙ্গেক পায়দুনা পূবকউ।

"লোয়নবা নংগী নমিংদি—
হো: রো: শো: অকুমসি নমিংনি।

"লোয়নবা নহাক্কী নখুৎতা
শুকুনা থবাই মঙা শিটে হায়,

"অক ফঙ চাকপিয়ু চায়না শিন্নাশিবঙ—
মংস থবাই মঙা পুরকউ।

"তৌনা ফম্ম তিথী কোনগে।
লাঃ অমুবা। লাউ, লাউ, লাউ,
লোয়নবা হেক অসি মিরেন তোনঙন নানথম্ কৌই।
অমু কারে কারে, শিরি কারে কারে,
লোয়নব নংনা পুরকউ, অমুবা লাউ লাউ।"

অসি হায়না শলাং মিংথোনা কৌরকপদা খঙনী মশবাই মঙা অসি লয়োং অহম ফাংবদুদা পাইরক্লে। শলাং মিংথোনী মমাংদা ভবা লুককম থম্নিবঙদা থবাই মঙাদু ফাবরে! শলাং মিংথোনা পারি মচাগী থবাই মঙাবু ফাবে, নোংমাই মুংদা চংলগে হাবদুনা মায় ভাম্বারকপদা থবাই মঙা অমুক পাইথোকখে। শলাং মিংথোনা— "হী; করিনো? অশোয়বা করি লৈদুনা পাইথোকখিবনে"।— হায়দুনা মম্ম হিক্লাংদুনা মেৎবদা উরে, ইমাশকপীনা কৌদ্রবদি হানিংদে। থমু মেংবদা শলাং মিংথোনা হায়রকই— "চপাগী লালেন থমু, নহাক কৌদ্রবদি পারি ইবুংঙো নোংমাইগী মথবাই মঙাসে লাকউ হায়বা মায়রোই।

শলাং নিংথৌ চাউবা খোংলেন অহম— "পাম্বি ইবুংঙো, ওক্নে ওক্নে, ইচা শিররোই হুংঙাইরেদা" শোল্লকই।

শলাং নিংথৌ, চাউবা, খোংলেন অহম্, সনা ইবেম্ম, ফেরোইজাম্বনা খম্বনা বা ঙাওলকপাসু তাবদা হরাওজখিবদি, কায়দ প্রমান তৌগনিগে, অতিয়াদা খোকপা থাজবা মথৌ লেম্ব নিপানা লাম্ব ফংজবগুম হেক হুংঙাইজখিদা—অসিগী মতুংদা শলাং নিংথৌ বিদায় লৌরক্নে।

"হতাও ইবুঙো খোংলেন চাউবা অনিমক, লৌজিক্ত ইপামি ইবুঙোগী খরাই হিংঙে বাক্নরগনু।" হায়রগা শলাং নিংথৌ চৎথে।

চাউবা, খোংলেন, সনা ইবেম্ম, খম্ মখোয় খিবিক্ত লায়কল্লবদা খবা নোংম নোংমগী কনখৎলক্নে। হীল্লম্বদগী যম্ব ওল্লক্নে ফম্নম্বদগী হৌগত্তুনা খরা খরা খোঙ থাংবা হৌরক্নে। মতম খরা লৈরগা— হুমাঙ-মাঙ্গোল খোকপা ওল্লক্নে। খবগী পাউ অাস সনা কোম্নুংদাদি ঙাইহাক লৈতনা তারি। খোংলেন চাউবা অানন্ম সনা চৎপ পাদ পাউ অতৎপা লৈতনা পীরি। পাউ খিবিক নিংথৌনা তাবদা হুংঙাইবগী ওমথৈ নাইখিদে।

খম্বম্নু লমেল লমজাও খোকপা ওল্লক্নে। মোইরাং নিংথৌ সনা য়াথংনা— "ইদাইরেম খম্বনা শম্নু পাঙ্গল কল্লবদি—কেগে কংলা বিচার হৌরনি"—হায়তুনা সনা য়াথং থারক্নে। নিংথৌ সনা য়াথংনা হুমিং অমদা কেগে লৈবাক মীয়াম তিনগদবনি লাউথোক্নে।

হায়রিবা হুমিং অচু শুরক্লদুনা কেগে লৈবাক মীয়াম অহম অখোং পুন্নমক সনা কোম্নুংদা তিনথে। হুমিং অসিমক্তদা খম্বম্নু লোলাইদা হাপ্তুনা সনা কোম্নুংদা পুখৎলকই। কেগে মীয়াম তিল্লবদা নিংথৌ সনা মাঙদা খবা থংলেমে। মপুবু খুরুম্নী। মোইরাং নিংথৌনা মনাইবু য়েংদুনা তাকপিরকই,— "তমুম ইদাইরেন খবা i হৈদক নহাকপু শামু

থোক্তদা ঙংপা কম্ব মীকোক কয়ানো ? মথক মখিং থেংনা কংনা মাঙসিদা ঙম্মু।”

মপু সনা য়াথংনা হংলক্লবদ, খম্বনা সনা মতুদা খুমজৈ,—“ঐবু লোইবা ইনিংথৌ! মতম অতুদা থোকখিবদো খাসিরমদাইগী অহিংনি। তথ শমু মীকোক মাশং থ'বা ছুমজতৌদে। ঐবু লোলাইপাবা অনিমা মপু সনা য়াথং শাতুনা কোকিরে। অহিং অমম্বদা মাঙগা ভুংগা লাকমীরবদা লমজেন ওকচিন থোংথোক্ত য়ৌরকপদা মীয়াম অমি লৈরম্মী। থওতৌদনা কোয়শিল্লক্তনা ননাই থম্বু নমজুনা হায়! মতম্ম অমম্ব শৈবনা ননাইনা মথক অমত্ত খচজতৌদে। তম্ব নিপা ময়াম্ম মনাইগী মীং অমি খুমজিনবীতুনা চরে তাবুন পুনশিনখি। অতুনা মফম কদায় য়ৌরকপনো শঙ্খথে ... ঐবু চিংদুনা পুরক্লে। ঐবু চিংব মফমতু ননাই ঐগাক খতজতৌদ্রে। চিংতকপগী অনাবগী মৈতোন্ম জ্ঞান অতুম মাঙথে। নুমিতুদা মী কনা কনা য়াওখিবা, ননাইনা অমত্ত খতজ্রতৌদরে।”

খম্বগী পাউখুম অসি তাবদা মোইরাং নিংথোনা লোংলেন থোংবত্তম কপ্লকই। “তয়ুম ইদাই-রম! নপাদি লাইমা মাল্লিদা!! নপানা মী কনবলা মথংই, খুমন নপানা পুন্সিরমদবা নহাক পোকপমা পুন্সিরমদবনি। খুমন নপাগী মচুং নংনা শিলহৌবন পুন্সিরমদবনি। হৌজিক্তি নংনা কম্নিংবা মীমখৈ কনজো। অতুমকপু তয়ুম, শামু হঞ্জবগা ইনাও ইবুংঙ্গোগদি নিংথৌ ঐগাক্ত কনবা ছুম্নরোই।”

নিংথৌগী য়াথং তাবদা খম্বনা খুবাং চাংজৌ তরা চেপ্ন লোম্নতুনা খুরুমজৈ,—“ঐবু লোইবা ইনিংথৌ। কারিগ খওজন্ত্রবা ননাই খম্বগী ইকমদা বাঙ্গোল নিংথৌনা অত্তংহাই লৌবরোই, মপু সনা য়াথং তাদনা লাঙ্গোই শামু য়াইশা পুথোক্রমগনি—নীংজদে ননাইনা। মনাও ইবুংঙোনা বাবা তাগদবা শক্লজো ননাই লাম্ররবনা থৌদাং য়াজগে।

থোদোক অসিগীদমক কনাগুম অমত্তু সনা চৈরাক পীবিদমবা নমাই তোঙমবনা থুবাং তয়া লোয়না সনা থোঙাল নিজবি। নমাইনা নিজবা অসিমতংদি মপু সনা লোংদখীবু, হনিংখো।"

মমাই থমনা অরেম ওইনা কল্লগে মীংথিবদু নিংখোনা উয়ঙ্গনা মনাও ইবুংঙোবু য়েংছনা হায়রম্বই — "শানৌশোন! ইচা নিংথিনা থারকউ। মীগী মচা থারকউবদা লোয়দনা চোংম্ল কংলবাশিনী। কৈগুম শঙদা লৈবা পুঙমক থাদোক্লো." মাথং হাকপিরে। মী পুঙমক লোইনা থাদোকখে।

— — -

# লোইকুম্ব

হুমিদাংবাইগী কান্দুক হুমিংনা চীংয়া থাংলকপা তময়ায়া কোরি চেল্লকপা ক ক্ষ মনাউ ইবুংঙো বাঙোলনিংথোবা কেপে কংলাদগী বাঙোল ইম্পাক শঙদা থুংলগা, অদুগা তরামাথোই চেনশিল্লবা মবুংঙোগী সেবা তৌবগী লৌকপকপা মতম্মদা ময়োম লাংলেন থোইবীবু লাইটৈ লৈদুনা থিরকই। 'ই'মায় লাংলেন উদেনা কদাইদা' চংথিবগে ইচাবো 'হুক কুইনা অরাকম ভাক্রবগী ওসিদা য়ুমদা চল্লকপদা ইচাগী মশক উদবাদ করি মতৌনে।" করম্মা চঙ্ংকদগে থনবদা তালোই তরা-মাথোইমক থকথক লৌকখি তালোই অতোম্বীনা হঙ্লি,— "মথংথনবা তাবিয়ু. নয়োম ইবেম্মদো মপল সনাম্মাথংনা লায়রশঙদা কুমহুনা অনা লায়কল্লক তাকলিবদগী লায়কল্লবা চংখি।"

মথঙথনবনা শাউনা লাউরকই, "করি নথোইদি চংপা য়াদে চায়দনা থিংদবয়া ? ঐনা পোকপা লাংলেনবু ঐগী তুংদা চাদ-শঙদা থাবা কনাগী মতীক লৈ। চংলু হৌজিকমক কৌরুচো।"

মমা তরামাথোই জৈন্নে, নং চংলু নং চংলু। মমৈদা মচেমশিংগী মাথং ফংলহুনা মমা অতোম্বীদো চেঙ্গ পাংকী য়ুমদোমপোক তম্ম তবি তবি চেনখ্রকই। মমাতোন উবদা থোইবীনা,—

"ইমাতোম, ইমাতোন লেংঙকপবু করি তাকপিগদবা লৈবগে ?" হংজরকই। মমাতোন,—

"ইবেম, নপাবুংদো ওসি সনাসঙ্গাইদা থংকোয়ে। ইয়োম লাংলেন কদায়' চংথিবগে হংলক্লবদা ইমাথোয়না লব ইনিংঙোল ওইহুনা চাদ-শঙদা লায়কল্লখি থুমলুবে। ঐবু হৌজিকমক কৌক্ল হায়হুন' থারক্লবনি। পাবুং সনা মাঙদা চেংলো শক উংলুসি ঙাহাক্তং।" মজ; ইবেম্মনা,—

মমা ময়ামন্না লোংলেন থোংবন্তুম কপ্পকই। কপচৈ হায়বন্নু মঙাথয়ে, উপাই লৈজরবী মমাশিং কপ্প কপ্প লৈহৌই। মপাবুংদি মাঙ্গোল্দ ফমদুনা লৈরম্মী, সনানা চঙজুনা থুরম্মী।

মনা:ও ইবুংঙো বাঙ্গোল নিংথৌনা মযোম যেংদুনা হায়রকই;— "নং কবো চংলেকে! ঐবুদি ফজে হায়গনু" হয়েং তুংদা থঙপনি। অসি হায়না যুবরাজ লৈহৌই। লাইরিক চহুম অনি, অয়োনবা অমা অকোংবা অমা, তুম্প কয়ুম হজ্জবগী মথুক্ত শিন্নখি যুবরাজনা। অসিগী তুংদা এমোম ইবেম্ম কবো লোইদা লেঙবা থোঙশানরক্লে। লমদম শুপ্প থমজয়ম্লগে; থাংজং কোম্বুং য়োৎরক্লে, থাংজিং লাইবু থুরম্মী।

মতাং অসিদা যুবরাজগী মাথংনি
হায়জনা মমতোন তফিং তফিং চেন্নক্লে।
অতুগা মমোমবু কাব লোইদা
অফবা ফি শেংহনগনু, মীনাই ওইনা
য়েংনথবনি, মফি মুলকৌ হায়বদগী মযোম থোজকপা
চরৈ ফি হোংদোকহন্দুনা ফিজম থোলহনখে।
থম্মোয় থ বা চীংথুবনি।

অমুক তম লাক্পনা লমদম শুপ্প থমজগে, লমলেন শ্রীবোন থবরক্লা য়োত্ত থুনদোন য়োৎথয়ে, কেগে ইরোইবাগী লমদম অতু য়োবক্লে। মফম অসি য়োরকপদা ইরেম্মনা চিংনা য়েংলকই।

মসিগী মতাংদা থম্বনা অসোমদা কমদৌরি,
নোং হেক ঙানবগা ইয়োইবাদা থুংঙয়ে
কোইরেল থাঙজো পায়দুনা ইবোমবা য়োবদা থম্বনা
ইয়োইবা য়েংদুনা হায়জৈদো, কেঃ ইয়োইবা নংদি লাইনি হায়
থোয়ুম লাইনা শায়োনবা বা! নংনা অচুম অয়ান থায়বিয়ুঃ
নযু পোংনা শোকলগা নযু পোংনা শিবা বা,

কাওরেল শম্ম শোক্লবম্ভ কাওরেল মরাই ভাব. রা !
তেকপী ওক্ল শোক্লবম্ভ তেকপী ওকপু শিবা রা,
রা নংবু য়াম্লগে, ঐনা নহাকপু য়াববনা
মজা ইবেম্ম' খোইবীগী থুংনগদবা লৈরবদি
থবা ঐ শিহনবীগম্ভ থুংনরোইদবা লৈরবদি
থুদক অসিমক্তদা য়াইবী থরাই লৌবিয়ু
অসি রাদি হায়রমলগা থবনা রা অমা য়ারো ।

রা অদু য়ানবদা থবা শিরুবদি হায়রুম্ভ মতু ফাওবা চুংখিদে । থবনা রাগী চৈগু মতাং তরুক পানব অমা কপলে ! রা মহোন অদুনা রাপুং মরক্ত চুঞ্জিনখে । রাগী চৈগু অদু পায়দুনা থবনা খোইবী ভাইদুনা লৈখি ।

ওসাই মথক্ত হায়জখিবা — ইরোইরা রৌবা মতমদা খোইবীনা কোয়েং য়েংলিবদো থবা লৈবরা য়েংলিবনি । ইবেম্মনা ফমদুনা লৈরিবা থবম্ম উথে । থবগী মনাক তম্ম সনা ইবেম্মনা ৎপ্ল ৎপ্ল চওলকই । থবনম্ভ য়েংলকপদা খোইবীবু ওকলদুনা হংলকই, "ইবেম্ম সনা ইবেম্ম. মীরৈবাক লেঙগদোবনু চরৈ অদুক মোংপনা করম লেঙগদোরিবনো ?"

খোইবীনা থুমলকই.—"থরাইগী মবুংঙো চুংশিবা, অশেংবা রাবু হজংকে তাবিয়ু; য়ুমদগীদি অচৈবা চরৈ শেংচরক্তুনা লাকচৈ; লম্মথাওদা পম্ভোনা পলেম ইমাতোন থারক্তুনা অফবা চরৈ লৌথোরগা কত্তবা চরৈ পীরকই, মরম অদু লৈবনা অমোংপা চরৈ শেংপনি ।"

খোইবীগী পাউথুম তাবদা থবা নৈ চাকপগুম শাউরকই, পাম্বোম অনি ভিংখোকই, খোওকম লৈদা থীরকই, ওংদুনা হায়রকই,—'মনাহল মরাহল কবো লেঙখিবা য়ান্ত্রে, লেঙথুম্ভ, ইগুং লাংগীদমক্ত অমংভা পোকপী মচারু ফদী শেংলহললগা কবোদা থাবা ওম মনাও ইবুংঙো ;

লাকও চংসি হৌজিক্তি, করো চৎপা ভোক্তুনা খুমন ইপাচা গোংবাই ঊয়েন্নুংদা তিন্নুবসি, কেগে লোক্তাক ময়ায়দা পল থোঙপা খুমন মোইবাং ফাওহনগে। খুমন লৈপাক্কী ইয়ম্বনা নিংথৌ ওইবি, খম্বগী করি বাং-কদবাগে, খুমন মীয়াম হৌদনা মোইরাংথক্ত লান্দাগে, তুয়াগী লমন শিংজগে।" অসি থিবিক হায়দুনা থোইবীনী খুদাং পায়দুনা খংনা চংলকপদা থোইবীনা পাম্মু পুক্লিং ফাবকই।

খম্বাইগী মপু থাববাবা। পাবুংগী ময়ালদি লৈরোইকো
হাকনা শাউবিরুপিস্নু চৈর অমোংপা শেৎপসে
শাবুংনা ইমা তোন থারক্নুনা চৈর অকবা লৌহৌবদো
ইবানিগী অকবনি থনবিয়ু
মৈরৈবাক শোন খওমদবদা লংকৈক চৎপা মতমদা
শক চুগা চাবা চৈর ফি শেৎলবাদ
খকায়বা, বাখল থোবকপা য়াই হায়না থনবিদুনা
পাবুং থঙ্মায়নু দনি কুপনা নৈনা খল্লপা
ফিশেৎ অসিনা চুমগদবাক্কে হায়দুনা
শিনবিরকপা ওইরমগী অমস্ত অসুম নীংথৈ মচলনা
শাউই বগমু তপথবিয়ু অতোপ্পা অমগা হঙ্গৎচগে
ঙাপাগী পাবো তুথৌংসি লমতাগী নিনি পানবনি
থাবুম অদুম সুরকপা কালেন থাগী শিরমদাই
তুরেং নিনি বাংলিটৈডদা করো শেম্বী লোইদগী
নপাও লাইবক চাউবীনা ময়ুম নাক্ত থংজবগে
হায়জরিবা থাফমসে শোমত্রে হায়না নীংবিয়ু।

থোইবীগী মপাউ ভাবদা খম্বদো বাখল তৌরকই, "সনাহনলনা হায়রিবসে অরেপ্পনি।" ঐনা লায়বা ইদোমতা থওটৈল ইয়েং চেংবনা,

খম্বনা থাঙলকপা চৈগ্গী অতুপী মতাং অমা ককতুনা যাংশেন চৈদা থম্মো।

"পামমুবনা পীরকপদা কোংয়াং বা নহাকম্
ঐনা হয়েং কায়রকপা মতমদা বু পাম্বী ওইবা থৌরম্
নংনা বা ওইবা থৌরম্নবশি অপাম কাদা থংগনি
থোইবী ঐনা থঙৎপগে।"

অসি হায়রগা খাক থাহরগা, ইপু কোঙুসি, হায়দুনা মঙু যপু ঈথায় তুরেনগী তোরবন্দা কুম্নরে।

ওয়াং নকান লোং তাখিবনা লম্লোন ইম্ফাল তুরেনসি ঈথৌরক্লুনা ঈথায় তুরেনসি থাঙতপ য়োন। চাউরম্লে লাইক ঈশিং চাউবগী থুদোংচাবা লৌদুনা তম্পাকযুম হক্লগনা ইবেম্মদা হঙ্গংলি, —"সনা'কল তুরেন অসি লাইক হেনগংলম্লে লাকবা যারবোই মোইরাংদা কল্লসি"

থোইবীনা খুম্লকই, — "ইপু বারুঙ্। মখা থংবা অসি থরা থেনবনি, মসিদা লানসি।

থোইবীগী বা তাবদা তম্পাকযুম হক্লবনা হঙ্গংলি, — "সনা ইবেম্মদি নোংমতা চৈকাই লাম্না চংথোক্লে, করম্না ঈথায় তুরেলগী অক অথেল থঙলিবা?" হংলকঅবদা থোইবীনা খুমখি, — "ইপু নাইজনকবা নহানযুক্তী মপোকি ৱারী তাউ ঐ লাগে। ঐনা কোই চৈমা ওইরিবৈ মতমদা মোইরাং অকোংচাবগা ঐথোয় অনি হেয়াং লোনচংবৈ, চৈয়াং লোন হাইবৈ। ঐনা নোংমগী সুমিৎতা অকোংচাবগী মযুমদা হাওরুবী শান্থনা চঙলুই, মতম অমদা অকোংচাবদি মযুমদা চৈরমদে, মায়োম শংদানবা চংখি। মাগী মচেম থোইদিংচাবী কোবী অমা চৈ। ঐনা অকোংচাববু হংলুবদা মচেম থোইদিং চাবীনা শাউখি। ঐনা ইবৈ অকোংচাববু থাইগে হায়রুবদা, থোইদিংচাবীনা ঐবু য়ৈগে তৌখি। মতম অমদা ঐনা থবাই হুংও ইতনা চয়ে ঈগফিনা মাগী খুমাঙ মথোংবাংদা কনবদা

কৌনা লোইবী চৌংশুব পৈহৌরে। অহুমগী ঐনা মায় মথা পাংনা লাকপদা ঈথায় চুংশসি য়ৌরকই। ঈথায় তুরেল লানগী হোৎনরিবদা, ঈথায় চৌংখঙ্গী শক্তী অমা ঈশিং থকে চেহরাম্মী। ঐনা ঈশিং অসি কদায়না লুবগে অমদি কদায়না থেদবগে হংবদা অঙৎবু মানা অদেনবনি হায়না তাক্লম্মে। মনা তাকইবহু অচুম ওইরবাই নীংতুনা কুম্মুবদা অক্লবা ওইরম্লমুনা ঐ শিবা তারমাল্লে হায়না থল্লম্মী। ঐগী অৱাবা উচুনা চোংথোরকপা কোঙ্গুংগা থম্বাংচাকী মতেং লৌহনা ঐ তুরেল লাক্লে। মচুদা থঙাখিবা মথেল অক্লনি হায়না তাকপিরক্লে।

বাকম অচু তাবদা ভম্পাক যুমন হজবং থাজবমুনা য়েংবদা অপেংবা ওইরমুনা ঈরাম লায়না লাক্লে। তুরেল লাক্লবদা ঈথায় চৌংদেংনা কা-থংলে। ঈথায়চৌংগী চাংদু [illegible] পুকচৌং কৌংমী। কহিমমনগী পুংনমচৌ-কৌবগে অমুপ্প হজংকঃ—ইথায় কাইরেম্বগী মচা মুপী কুমজারেম্বী কৌবীনা পোকপা অহাঙগী মপাদি য়েংইরাংনিংথৌ য়াংহনবনে। অঙাঙগী মমংদা উঙাহনবা কৌই। উঙাহনবা অসিনা মপুংবাক ইথম কাইরেম্ববু চৌং অসিদ নমহুনা কাংখিরেং, মচুগী দমক মমু নবহুনা হাংবি হাবহুনা পুনম চৌং হায়না তেংথানৈ।

অহুমগী ইবেম লাক্লুনা হিয়াংথাং চৌঙ থনম্লে। হীয়াংথাং অসিন্থ থাংজিনা ওইন অমা থাঙথি হাবহুনা কৌথি। য়োইরাং লম্বু থেংঙাইববু লোকথা নিংথৌ য়েলহোইবনা হাংকে তারবদা থাংজিংন মনাই লম্বু থোংঙ ইববু কনগে হাবহুনা হি ওইনা কৈথি। অদুগী-দমক হিয়াংথাং কৌএ। থবা চংথুগা পুকশ্রি লাইকোল য়ৌরে পুকশ্র নৈমা হায়বসি হাঙ নৈশাবীনা ওনবনে। ওশায়গী লোকথা নিংথৌ য়েলহোইবগী মচা মুপীনে। মপাগী পামযানিবদা হাঙ নিপা ঙংনা যানথি। মপা নিংথৌনা মমদগী মু লৌক হায়দনা থারকই মমানা মু পীরকই। নোংদমথোঙগী মমামগী মুদো মানা লোইনা

মনাই ঐগাক করিম্নু থোইদোকপা হায়জরোই
চুম্ চংথোকচরকপনি, খম্বা মানা খুমজৈদা
মপাগীদি মচানি পামেলগীনিমচৈনি, কৈরোইজাম্বত শিংঙিদা
শনগী থম্মোয়দ' লৈব ৱা কায়দোক্লমদোরে হায়বা উম্মুনা
মশেনদা হায়রকই, তোম্নুবা ইবুঙ্গো
ইবাইদা শেংনা হায়মুদা নবুক্ত করিগুম্ব অমা লৈখিদা
পোং অমা তাকহোবগুম লুনা থমজবা পোং অমা মাংখিবগুম
ৱাখল অমা ইবাইনা উই, চিংনগম্নু নবাইদা
ইকাইবগী পলদ্ মমথোক্তুনা খম্বা তপনা হংগংলকই
ইবাই ইবুঙোনা চানবিরবদি মোংমতদি লমদম তায় লেঙ্গুশি
তায়, নঙনা হায়রিবসইসিৱু কংবা সেম্বীপুংদয়'
কংবা চৎপা তাত্তবসিদি চিংনৈদা ইবাইদি ৱাখোক্লদয়া?
নুমথ্তু লজবমু নক্তুনা মকম থঙদবা করমদোবা
লেঙ্গবরু লেঙ্গবিরবদি লমদম অতুমোবগা থোকলবা অমা লাক্লনী
থোকলবা অতু লাক্তবদি করমতোগনী শেক্লোয়েন ?
মশেলগী অৱাবতুনা উড়না কৈরোইজাম্বনা হায়রকই
নংনা য়াম্না ৱাখিবতু ইবাইনা কেম্ন থঙলেনে
অমনা নোংথোন তাইনগুমসি, কেগে কনা থঙহনগুমসি
য়াংগোই শগোল তোংলগা কোয়েল মরুপা কবো চৎসি
মশেল মবাই চিবোন তাঙনরিতৈঙ্গ' চাওবা নোংথোন উখিদো
নোংথোং হেকতা থঙতীদা অশিংবদি নিপামিনা
লৈহৌই চাউবা লৈথোকতুনা চৎখিদা
মশেল মবাই অনিদো কবো লৈকাই কোয়কনৈ
সন্ধ্যা মতম ওইশকদা য়াংগোইগোল তোংহনা
শাজৈ কাব লাকতুনা তুংগা মাঙগা থৌরক্লে

হুংশিংগী লীচিং কল্লিদা থাপথুবা কবোদো ইনক নক্কা থল্লদা
মথাংশিংনা থৌবিরকপনা শেম্বী কবোপুক্ত মৌবসি
হুমিদাংগী মতম থেঙলবা নোংযাম্বই মকতিত্তা য়ে ৎযাংভাবিরৈ
শেম্বী কবো কাংমাদা লম্লোক্ত অহুম ফাংবদা
মশেন মমম্বাগী শগোলদো থুংথরেদো মত্তাংদুনা

লম্লোং অহুম ফাংবদু উবদা ফৈরোইজাংবদা হায়ৰকই, — "মেল্লোরেন লৈরিবা মাঙগী লম অসি শেম্বী ভুমুনি সনানা লৈবা লমদমদো শঙলবদি চঙশিল্লো, নঙুংইনগে নবাইনা।" থম্বনা থুমরৈ,— "ইব ইবুঙো, ঐঙ্গু থঙজগে, হংলগা থঙগদবনী।" বাহু ত বদা ফৈরোইজাবনা,—"করি বানো ইবুঙো ? তৌজিকপু কবোমীদা থোইবী কদাইদা লৈবগে হংলুরবদি থুদোংথীবা থোকনী। তাহন থঙলবা মাবা নাত্তু, মচুনা কারঙম্বা থঙথি তাথিবা মাওবদি মোইরাংদা চাউরবা বথেক অমা থোক্কনী। মী থঙগদোবগী শক্তকপুদ ডাস অসি মোইরাং চম্না হল্লসি। পাউ মুম্বা লৌরগা মতুংদা অমুক লাকশি"—হায়রবদা থম্বনা থুম্মী ইবাই, ইবুংঙো, চঙতবদি হল্লোরদবনী। চরবদি চঙজে'রবনি।" বাফম অদু তাবদা ফৈরোইজম্বনা মথা তারকই, — "মেল্লোরেন চঙতকলবদিনা হল্ল ওবসি। সনাগা নহাক্কা অনিনা থঙরবা থুদম কারি করি লৈবগে ?"

থুদম হায়বদু "ইবাইবুঙো, ঐনা বাঁশি থোংলবদা তারবদি সনা লেঙথোরকনি।"

"করে অদুদি নঙগী বাঁশি অহু থোংগংলো।"

থম্বনা বাঁশি থোংলক্লে। বাঁশিগী মরোলদি :

"পিথাদোর, ম্নিথাদোর, থাদোর, থাদোর, শকহেমবি" অসি হায়না থোংকই।

থম্বগী বাঁশি মরোলদো অচিকপা অহিং অসিদা সনা'না লৈরিবা মকম চনিংথোবীগী শক্লারদা মৌথে। থোইবীগ চনিংথোবীগা অনিদি

থোইবাদ শিল্লাইবন, কাচনা লৈ। মতাং অদুমক চংনিংখোম্বীনা থোইবীবু লকনরম মতাংনী।

ইতা থোইবী মহাকসে নোংমত হয়াওনা নোকতেদা
অদুক বাম্বিবা থবাবদো অয়েংবনি বাকচু
পুক্নিং ফাজিনবা ওমদবদগী তাইবংপান ৱাবনি।
নংনা ৱারিবত্ত নমহৎলু নংগী চুংশিজবা থবদো
থবা কৈদোঙ্গুংদম্ লাকলোই চুংশি থোকপ্লা লীরক্লোই
লাম্বুবদগুম থেংনবা মতুংদা মীতু লৈরবা,
নংগী ৱারবা মতমদা ঐ লৈ হায়না লেপত্রবা,
নিংথৌগী মচা অমনা মাগীদমক অবাবা হাবদা
নোংমতগুম মশক উৎলদবা মহাক্কীদমক ৱাক্নবা কারদে
অঙেম নোংবাল হায়বদো ঐনা তাবদা নিপানি
মাগীদমক নংনা ৱারবদি, মনাইগা মশনগা লোয়ননা
ঐ লৈ হায়দুনা ঙসি লেম্লগদোওম নীংঙিদা
অহুম্বা নিপাগী ৱাথদ তোবা বত্তিক ওই
নংগী অৱাবদু থদোকই, মীশক থঙনদি চুংশিনৌ।

চংনিংখোম্বীগী ৱা তাবদ থোইবীনা খুমকই—"ইতা ইবেম্ম হায়-রিবগে হায়রিবু, তাংজা লিম্না চাউখৎলবা মীদা হৈগী মওন থওবেদো। তংজা লিম্না চাউরবা মীতনা হৈগী মওন থওবনী লায়বগা মাগী চুংশিগী হৈদি থম্মোয় শীনবা থুংখরে। লাকেংবনা কয়মোই পুন্সি পকৃং মৌরি-ফাও কোক্লোইদবা চুংশি মাগী মওনী।"

অদুমদোনা তাওনবিতৈদা থবনা থোংলকপা। খাঁশিঙুগী থোঙ্কেনদো অমম্বুং মরোলদো থোইবীনা হেক তারক্লে। ফমকম লাংদা ৱরবী অদুনা থওহোদনা চুক হৌগৎখী।

চংনিংখোম্বীনা, —কৈদৌরে ইভা ইঙ্কিং ইঁকিং হৌগৎলিবদি?

খোইবীনা থুম্বকই, —ইভা হৌজিক খোংখিব বাঁশিদো মচু তাংহৌত্রা,?

চংনিংখোম্বীনা,—তাইরে তাইরে, বাঁশিখোংবসু কৈদৌবগে?

ইভা ঐনা থঙবা বাঁশি মখোলনী।

চংনিংখোম্বীনা লোকক লোকমমুনা করেপকৈ।

হাঃ খোইবী অভাওবী, ওটৌহইনে থম্ মু

নং মথঙনা তাওজবনি মাদি কম্বিমুক তাওয়ানু ই.

নিপা হায়বা তাংলিদি খোইমুনা পাংথক ওইবনি

খোইমুনা চংপা লমচংনি অ.নৌবা লৈয়াংতবু পাখনি।

নংনা খোইয়াংদা লৈথিকৈ, নংগী চুংশি খোইমুদো

নংগী লৈয়াং লৈকোল ক্সিভি বিভিগী ওংবনি

নংনা করো খোরকপ শীতেল নশক উত্রবদা

খোইমু মমুক হোংথ্রবনি। অনৌবা লৈকোল থিজুনা

লৈয়াং লৈকম কংছুনা অতোপ্প লৈকোল ওংলম্নি।

অয়েখদা বাগমু চাম্নবী ঐনা হায়বা ইনজৌদা

লৈয়াংগুবী পুন্সিদো শীতেল লৈমম চল্লিকো।

খোইবীনা, —ইভা ইবেম মচুমনু ওইসমু, ঐগী থখোয় অদিন' চাবা থকপা চুপ কবা চংপ পুম্মক কাউবা স্ত্রকলৈ লৈজদে। হৌজিকমক খোংজি নাইতে কাঙছুনা বাঁশি খোক্লেল তাক্লশি।

চংনিংখোম্বীব, —হায়রকই কিজরেদা ইভাবোই। নং অদি ম:ম্ ওম-শিন্নকদৌরে। অহিং মঙমদা খোঙ অদি হাংবদা পনৌ চুমুম্বাকপনা কম্বিওব তাথ্রবদি, হয়েং ঈমুংতানবদা নংগী মথিদগী ঐ কাওবা য়াওনা তোপকনী।

থোইবীন, অমুক হয় হায়রৈ, —ইতা ইবেম্ম পহৌনা শাউরবদু ঐব ফননব' ঙাঁবগে -অসি হায়দুনা চংনিংথোম্বীগী থুক্তেং পায়দুনা চিংলক্লে।

চংনিংথোম্বীদু মাদবা ওমদ্রদুনা সনাগী মচুং ইমক্লে। থোংজীল নাটৈ কাংদুন থে কৌনা পুক্নিং·দা থৈরে,—হৈ থাংজিং লাইনিংথৌ ঐনা ওসি থোংওসি হাংবদা 'থে'ং'খাল অমংত থোকহনবিগদু। অসি মীংদুনা থোঙদু হাংবদা থোংখোল থোকখিদে। মথোল থোক্লিবদু থাংজিংগী থৌজাগ ওইবা ত ই। চংনিংথোম্বীগা থোইবীগা থোরক্লবা মাঙ্গোল ময়ক্লে। অমাং থংবা ওয়খীদা লেপ, হয়দাং লোয়খোম লামদুনা পান্ন থুনীং মোদোম কাওদুনা হুংশিরবা থোক্লেম কোলোয় মপাউ ঊটৈশ ওইনা শক্লকই।

হোঃ কনাবে! লৈরিবা
ঠাশিথোংবা নহাকপু, লৈকায় কোইবা থোইমুনা
থোংবা নমুম চঙলমদাই মতাং অদুদা থোংবর'?
লমদম তায় পাইরক্লবা শীঙেল লৈকম থিবর ?
লৈকমথিবা ওইরবদি থোইরাংদা শাৎপা লৈরাংদো
লমতাগী নিনি পানবদা কবো শেম্বীপুওসিদা
শীঙেল লৈকম হোংলবী লৈরাং লৈকোল হোংলবীদো
মকম অসিদা শাৎচরি।

অলোমদা থবনা,— "ইবাইমুংঙো, ঊটৈগদি ভাবিজ্রা" হংলকই। কৈরোইজাথনা—"ইমুংঙো, ভানবা পাজিবা মাকোংনিনা ইবাইম ভা-রেদনা" থবনা—"ইবাইমুঙো লেওশিন্নসি শোয়রে। কৈরোইজথনা অনিগী হুংশিনবা বাথলসি কদাইয়ৌনবগে যেংনিলকখদুনা —"শেঙ্গৌবেন নতাক্ল শগোল অনিসি কোয় পুশিনবা চংওকউ ইবাইনা হয় চংঙগে হায়রদুনা কৈরোইজাথনা চওলকলে। মথাইনা চওথক্লবা ফুংদা থবনা শগোল অনি চিংনা তপ্প তপ্প চওলকই। হায়রা চওথিবা কৈরোইজাথদি থোইবীগী

মনাক মৌথে । খোইবীনা মী অমা লাকপগী শউম কঔহুনা "কনানো কনানো? লাকইবা নংবু কনানো ?

খোইবীগী মাহং তাবদা কৈরোইজাবনা তপ্পপনা,— ' ঐদি । ঐদি "
সনা ইবেম্মনা, —"মোইরাংগী তাশেন্নুংবগী খোঙেশ মাংথে ?
থুদক অহুনদা কৈরোইজাবনা—"সনা ইবেম নত্রো?" হংলকই
সনা ইবেম্মনহু ইকিং ফিংনা —"হৈমা ঙাদা শেন্নুংবা । লোংহকই-
বোইরে ।"

কৈরোইজাবনা, —"অচ ইবেম্মা নমাই ইবুংহু সনা ই.হমা পাউ দমজং হায়জগে লাকপনী ।

করি পাউনো? তাবিংথেদা হায়বিরোবা?

কৈরোইচাবনা—"হায়বদি হায়জগদোরিবনী অহুবু হাংকয়গা ঙৌ-
মকদোরিবসি উবদা ইবুংদি হায় মথেদা ।

খোইবীনা, —হায়বিরো, তাবিংলে হায়রিরো ।

কৈরোইচাবনা—"সনাহল, ঐ.থাবগী ইথেল মোংমাইদা সনানা কবো লেঙথিবা ফুংদা অনাবা থমা হেক্লিগী চংবা শিবা থঔরে । বিরুগা পাংথক ওইরে, হেক্লিকপা লায়নাদি ফুংশিবগী মৈচাক্ল হেক্লিনথিবনি করিগুম, হয়েং সনানা লোইদগী কাবক্লপা শাউবিরনি হায়হুনা নবুংনা পাউ অমতং হায়জগে লাকপনি ।" কৈরোইচাবগী পাউ অমু তাবদা খোইবীনা, ঐদি মাঙজরে, মাঙজরে হায়দুনা হায়মরগা মাপেম নৈমা-মথক হুংথ কৈরোইজাবনা — 'ইমাইপেম্মা করিনে' ঙৌরিবদিদে হায়দনা লমাইথক অমিংবা খোম কায়রে । তাইহাঙং নৈমগা খোই-বীমু মৈক মৈক লাউনা থম হয়মকই । "তা শেন্নুংবা, তাশেন্নুংবা, থম পীক্ল কৌমকই" —"ঐমু মোইরাং মোহনবিমু অঙমবা, নশেনগী মথক উহৌরোই পাওমেম্মবা নংনবা ঐমু থমা থ.বা পুবিমু" ।

বা হায়রকই, মহু থমু,মগী ইমুং পুক্লিং মায় হুংশি। হৌখিকী মতম অসিদি ঐগী মীথু লৈজবদি চয়া হেনবা তাই।”

ম'হু তাবদা খোইবীমা,—কয়েনে, নুক হাজখচ্ছ মতেং তৌমবা কোয়মোন থজিতং হাবিখো।

কৈরোমচাব থবা অমিমক শগোলছ পুনশিজমপা হুংব মাংব ঊমুংদা চঙলক্লে। মাঙ থাবী খোইবীমী, খোঙ অহু পায়হুনা ইবেমমা খোঙ পাঙনা হাংদোকই। ইমুংগী থাউবৈ মঙালমা থবগী ময়ায়দা হৈবদ খোইবীমা তিংমা থেংজখি। থবমা মথাইগী মীক্ষমদা লৈশিনবৈ। কৈবোইচাব থবা অমিমক ইমুং যৌয়ক্লে। অমিমক কিদা অমত্তদা কৎখিরৈ। মমা ইবেমমমা থুদোঙলেবা লাঙজয়ে। অহু লোইমগী অমুক হজংবৈচ,—তা শেমুংব নুক অদো, ঐদি কবো মীচাক চায়খনি, ঐদি হৌজঃরাই, তা শেমুংবমা হৌবিমগী থজিতং হানমবা তৌদি।

কৈরোইচাবমা থুমমী,—ইবেমমা, চাক চাবা মাবা মতম হেনথরে নোংমাই চবুক মতম হেনথরে, মোইমাংলোমদা চংখিবদা ইহুং শোয়া চায়বদি কেগে ম জাউ থোকনি!

কৈরোইচাবগী মা তাবদা খোইবীমা,—অদুদি কোয়মোন তৌমা হা-বিখ্রা লাঙবা থোংপা লোইজরে।

কৈরোইচাবমা মশেম মেংহুমা হায়রকই,—শেমোয়েম কোয়মোনদি লাঙবা থোংপা লোইয়ে, অমুতং তোংনু চাসিদমা।

থবমা থুমী,—ইখাইবুতে কবো ফাঙবা, লাকপবু কোয়মোন তোংন-বগী লাকপরা?

কৈরোইচাবন,—ইচল ইবেমবু তোংলমসি, কখদোই?

থবনা মোমোঃন লোক্হুনা,—মঙ্গল্বু ভাইকরিবঃন।

“মনা ইবেম, ইশের মনাগী থুংতা মেংনিংবা মাক্লে লেঙশিন্নে।”

ৱাকন অদু তাবদা থোইবীনা কোয়মোম তোংমনবা থৌরাং তৌখবে,

আগনি মামবী পুমবুমবী
খাঙীমগুমনা থোকচবী
তাংনাইদবী খুংশানা
লৈনা লৈনা তোখলকপা,
তংগিগীদি খুৎথেকনি, চানিগীদি খুৎতানি।
খুজিন তম্বানা লংখবে,
কঙবদা হায়মীংচাই লৈখিদে,
লকোইবে, চিনিবে, চেঙপাকবে কবোকবে,
চুমবে শঙ্গোমবে পুম্মকচু শিঙ্গাইবে।

কোয়মোম তোংপা লোইদুনা ভনি থোকনা খাইদোক্লে। মেথকা ওয়গা অদিমক খল্লাং চটনা খনজিল্লে।

"সেঙশিনখিরকনো, তাদা শেন্দুংবা, হাবিবা মারনি।"

মখোন মবাই লুকক অমমম কমদুনা কোনমোন হাবা হৌরক্লে। কৈদ্র ইচাখনা চানা চানা থরি—তখেৎ অনিদুনা থাই মী অনিদুবা তাই। চনাইদ্র চুপী অমা ঈপুংলোমদা চেনশিনখিবা ঊখি। মহাক্ক কদোমদা লোৎখে? লৈনা লৈনা মেৎওকই।

চৎনিংথোবীদি কদাইদা লৈ মতম অদুদা? মাথোমকদা কমদুনা মাথোমগী অকোবদ অদুম অশিনা লাঙজিবা মঙদা মানা মহাউ চুপচরি। কৈরোইচানবনা মরোল, অমা করি থরি, চৎনিংথোমবী হায়বীরু মশক মেৎনিংদুনা ঈবেমমা চংনিংথোম্বী চায়হুনা কোক্কয়বদি ইকাইদুনা লোৎখুগনি নীংদুনা থোইবীগা লৈনিন্নরিবনি অতৈ ওইরমোই চৎনিং-থোম্বী ওইরমগনী অদুনদি কমথৌনা কোথোকসিগে খন্দুনা খম্বগী পুক-নোঙ খুজিন্ন কক শিকই। খমন্ন ইরাং অদু খঙখি। কোংনা অমুক মখোন খম্বা শেংদুনা কৈরোইচাখনা হায়রকই,— "শেঙ্গোয়েন, ইবাইগী

ইনিংথৌ! ইচাও থবগ কৈরোইজাবগা করো কোয়কই, মনাই ঐগ: থেংনরে।"

মোইরাং নিংথৌনা লোংবানদা হংই,—"মহেনা থেংনখিদ কদাই-দাইদনো ?"

"মোইরাং থাউজ থু লাক্ল থে:নরৈ" — খুম্বী লোংবায়। "অদুদি মথোয়দা মহাক্ত হংথোর ?" লোংবায়- "হংথেরই" খুম্বী। "করি হায়না থম্মী ? মথোয়না খুম্বকপা প উখুম্হু ত্মু।" লোংবায়,— "চাইরেন চৎলুই হায়তুনা মথোয় অনিনা থুম্মী।" মোইরাং নিং-থৌনা —"অদুদি চৎলুরিদিদনা" লোংবায় অমুক থুমী,— মনাই অনিতুনা চৎলুরিবদু চাইরেন চৎপা মত্তে. করো চৎপনি। ঈথায় তুরেল লামথগী শগোল শংবুক চোংলি"

লোংবানগী বাসি তাবদা মোইরাং নিংথৌনা, -"হয়ে, চাউবা লাকখিসনু" —তাকপি। থমক অনুমত্তদা চাউবা থুংলরে। মপু মনা মাঙদা চাউবা লোংথোয় থুক্মরৈ।

মোইরাং নিংথৌনা চাউবদু য়েংতুনা হাইরকই,—'ইপু লোংথোল, মনাক মচাগা থাদুনা কাবো নৈকাই কোয়শনুরিবসি চুবরা ?"

"মনাই ইচাগা ইয়ংকদি চাইরেন ওংবী ইচমচু লাবে হায়বা শাউ তাদুনা মথেন মবাই চংতুনা হংকু শায়তুনা থাকই, চৌজিক্ত খুদনা থুংহৌবত্তা ওয়হৌরি কহিং টেনথংলক্কং"।

চাউবগী মপাউ তাবদা মোইরাং নিংথৌনা লোংবান য়েংতুনা হায়-রকই,—'হায় লোংবান, মহেনা বাকৎলিবদুবু কৈরোইজাবগা, থবগদি অবাবা হংবা চৎলুংনি হায়তুনা লোংথোবনা হায়রি। মহেনা হায়রিবদু মী মাঙবগা হায়বা মাল্লি। চৎলো, চৎলমলোই।'

লোংবায় অমুক হন্নরৈ সনা মাঙদা,—"ইনিংথৌ, অনাবদু মাবয়া নাদত্রা য়েংবা পামরৈ ?"

থোইবীনা হংখোই,—"ইপু থোংখোন অনাবসি লেংবন চুবগা?"

চাউবন খুমখৈ,—"চংহনবীবু ঐখোয়, ঙসাং কাওবগী অনাবগী পাউদি যেঙন মথাইনা তমথুনা তাকখ্রে। হৌজিক লোংতাপ্পকপদগী অমুকী পাউ তাকখ্রি। মপু সনা য়াথংনা খম্বা খুনা থাবিদুনা ইচনগী পাউ তাবিয়ু।"

"অদুদি খীরে, লোলাইপাবা অদি হৌজিকমক চাইরেঙ চংদুনা অনাবগী নাইদ লাক্লুরো।"

লোলাইপাবা অদি চাইরেঙ তুং চংখি। চাইরঙনা, মাওবা তাদুনা হায়দুনা মনাই মুক্তাগী খুজিন তৌরকই,—"মুক্তা, নং খীরে চংলু, শংগোল অসি তোংদুনা লোইলাইপাবা থাওরকনা লখোন হৌদুনা চাইরেঙ লৌখো। ঐগী ইচংবুদো তুসিদি কনবা থাদবা য়াম্রে, পাউদম্রে।" মুক্তানা শংগোল তোংখৎলুনা, লম হৌদুনা—চাইরেঙ ওথৌবা পাউ পুরকসি মুক্তা তম্মী। "ইনে ইবেম্মা, ইবুঙো খাংখোম্ম য়ামদুনা হায়রকই, কৈরোইচাবগা খম্বগা কবো কোক্কুবগী লোইবাক্তা থেংনদুনা কংলাদা বাকোওই। বাকম অদুগী মরীদ, চাইরেঙ চংলুবনি অনা হংবা হায়না খুম্ম অদুগীদমক লোলাই পাবা অসিনা য়াম্না মাদব্রা লেংবা লাককৌরে। ইমে ইবেম্মনা মাশিন্নবিরে।" মুক্তানা লখোন হৌদুনা অমুকহন্না থোইবীদা তুং চৌখি।

চাউবগী মচলদুপীনা কম্বাংদা কাদুনা অমাবা শাগৎলকপদু—ঊচান মরেকদু, মথাইবক কংও থৈবা থংওা থৈবা থৈশিনে। মরবা ওখোং অমা ইন্নদুনা অনবা শদুনা খোংগ্রাই চলুবা কম্বাংদা লৈখরে। দুবাও য়ম্বাদগী তেপ খাংগৎলুনা থম্রে। মখোও মরি মুংতি হৈখৌ মমা থৈখোং মমা লেংলি। মী পুখোয়কদবগী মওং শাদুনা লম্মী। লোলাই পাবা অসিনা চাইরেঙ খুজিন থৌরক্লে। চাইরেঙ খুজিন্দা চাউবগী মচলদুপীনা অঙাং অমি থাদোকই, লাকই লাক্লে

হায়রদো। মীনা কনবা পথবেং য়েংশিন্নবদি মংগী মফুংদা কয়া করোই।"

চাউবা নোংথোম্বনা সনা মাথদা হঙ্গলি,—'নোংবান থাদোকপি-খিদ্রে ঈনিংথো। ঐগী ইচলনা হন্দক শিবসি, দোলাইপাবনা লুখুমদা পথলাউ লাউবদা পাখংজুনা শিখিবা ওইরিনি। মেমনা তোকপা ঙম-জরোই। মসি পুন্নমকসি নোংবান থোকহনবা ওাক্তনি, মপু সনা নোংদমখিদ্রে।"

চাউবগী মপাউ তাবদা নিংথৌনা,—"ইপু। বিচারদি ঐনা তোয়রোই, শাঁগে মচানিনা ইপুনা অদুম বিচার তৌরো।" চাউবদা ঊরোমকই নিংথৌনা।

চাউবা নোংথোম্বনা নোংবানবু য়েংদুনা হায়রকই,—"নোংবান, নং কমদৌদৌরি? ঐগী ইচলনা হন্দক শিবশি নংগী থৌশিন্ন শিবনি; অতুগীম্ব মথক্ত নংনা ইচাগা ইন্নাকবু কবো চংলুবে হায়দুনা মতমা মরান শীজিনবসে অসিগীদমকম্ব নং লাম্রখনি। মংবু ঐনা লেন্ন থাদোকপা ঙমলোই।"

বাকম অহু তাবদা নোংবান মখুং লোয়দুনা হায়বৈ,—"ইপল ইবুংঙো, ঐনা লানবা ওাক্তনি, হক্কৌসিদদি ওাকপিরো।"

চাউবনা,—"নংনা হায়রিবা মরোলদো ঊপল মকম থগদে, মখিং কয়া পীগেগে?"—হায়রকই।

নোংবান,—"ঐগী হায়বদু পৈশাদি থজিজং চিন্দুনা লৈজরে। মচাগী ইরোই অঙৌবী মপী মচাদো ইপল ইবুংঙো লৌবিরো।"—হায়রকই।

চাউবন্ন মামা মীংবা হেক থুংই। নোংবানগী ইরোই মপী মচাসি চাউবনা লোগে হায়দুনা চানরি য়াংথৈ পীগে হায়রমখান। নোংবান পোত্তনা যোন্দুনা লৈরিখনি। চাউবা মাদি ওাওবনা, ইরোই

মোং হেক ভাবগা লোংলেম খুৎতা পায়দুনা লৌশী পাংতা খোইবীদু ময়ামগী ভুং ইন্দুনা লোং থোনবা মাওয়ে।

তৌরোক তৌবী খুবোম খঙ্গো মতা ভংজবী, ইবেম্মগী খুজেং অছুপা লৌশীগী ভীনকাবা চীক্লে। ইবেম্মনা য়েংবদা—ভীনকাবা চিক-পত্ত উথদা শিগদোবোহ নীংছুন, হা ইমা!, কৌহুনা কপ্লে। ময়াম চেনশিন্নরক্লে, খোটবীগী মাঙ কোমশিন্নরক্লে। ময়াম চওদুনা য়েংবদা ভীনকাবা চীকপ ওইরম্লে। ময়াম হন্থৎলি,— ইবেম; ভীনকাবি, মানা চীকপদা মী শিদে, কবিদু বাবীগনু। খোইবীনা—ঐঙোন্দ চিকপা ভীনকা, নহাক্তদি নবৈ লোম্নোকো হায়খি।

মীয়াম পুন্নমক্ক চংনিং খোঙবু শাউদুনা চৈথৈ। চংনিংখোঙবী কংতবী, অমুক নিঙখিজরবী অশিবু নংনা লোং খোঙ্গ হায়দুন খায়কপা, তমখিয়বা লিংজেননি। অসি হায়দুনা ময়াম পুন্নমক্ক চৈনখি। মনা ইবেম্মনা লোং থোনবদো লেপ্লেঙা অমতঙ্গু ফাবা ঙমদে। মীয়াম পুন্নমক্ক লেমথৈ ঙা খয়া খয়া খায়নদুনা খোইবীগী তুঙ্গোল খঙ্গে. ময়ামগা লোয়নদুনা সনা ইবেম, চংনিংখোঙবীগী মমুন তাপ্প কায়ক্লে।

চংনিংখোঙবীনা চেনশিন্নজ্নুনা খোইবীগী তুঙ্গোল য়েংলয়ে। "হায় হায় খোইবী; হৈতে হায়বদায়! লায়রা মখো পুবা ঙম্মী, ঙসি মায় কায়ক্লেদা। হয়েং শিহ" অমস্তু পীবিগে হায়রকই, চাদ লোদা কুমদুনা লো মান্ডচো।

মোং হেক ভাবগা চাদা লৌবুক্ত খোইবী কুপ্লে, কোইয়েন খাও পায়দুনা লৌবী কাচিন মায়কপদু, দুংশাগী প্রতাপনা শাবনা খাওবা ঙমগ্রদুনা লৌখিদা ভাহুনা পোংথাখি। মতম অছুপা ইশি শিনা তুম-খঙ্গু খোইবীদো, যোইয়াং খাংজিং ভুম্নিবী খোইবোগী মমঙদা খ্ংঙমে, খবগী মশক লৌহুনা চংঙক্লগা ইবেমবু খুদাং পায়দুনা হৌ-দোকই। খবা শাখিম খাংজিংনা, মঙ অছুপা খোইবী য়েংদুনা হায়রকই:—

"ইবেম্ম, ইবেম্ম, খরাইবু কেমখী চবেম্ম ! করিগী অচুক বাখগে ? করায় থাঙেলম্ পীয়ু, ঐনা য়াংঙগনী লোম্. ইমুং লাংগী করাদ বাফ্রা। ইমুং লাংগীদবক্তী, বাগনুকো ইবেম্ম। চম্কী কালেন শিরমদাই মোইরাং নমুন পাংঙকউ। অপাম ভু'ন খুংনসি. ঙসিদি ঐ চৎলগে, নৈলেহৌরোকো। লমদম তাম্মি ঐহাক্তি" অসি হায়রমগা খম্বা লৌমা য়ানবা লোইগুনা বিদায় তৌহুনা চৎখিবক্তম তৌই।

থোইবীগী মিকপ হেক থোকপগা ইফং ফিংনা কৌপৎথুনা পাম্বা নৈরা য়েংজকই। মতমদা খম্বা য়াক্তি লৌখম অচুদি নৈরগী মাতমদা, মচু উকবদগী থোইবী, মাইৎথুন ফুগা। কম্ম মথৈ কপজুরগা থোইবী চংনিংখোম্বীগী মমুম যৌখ্রে।

চংনিংখোম্বীনা,—"থোইবী নং লাকখ্রে ?"—হংজখী। সমা ইবেম্মনা হক্ক চৈ.—"হয়েংদি ইভা ইবেম্ম, মুমগী শিঙ্গা অমৎতদি পীবিরুগবা,! য়ারেগবা ইভা ইবেম্ম।" মখৎগী জুহেংক চানংখোম্বীনা মুমগী শিঙ্গা পীয়কলে, -"শিগ্নো মোইথাপ মনা অনা পীগে, মচুনা নাইবদা লংচুম অমা কাংবু, লংচুম অম্মনা ফাওবা অমা শাউ। কিন্তু ককলগা লংচুম অয়েব থম্মুনা মংনা মোইরাংদা পুরগা নরম্নাই ওইরো।"

থোইবীনা,—"করি বানো, ইভা ইবেম্ম ? মচুদি মীনা উমকদ থোক্কনা, ইভানা হৈরবদি ঐবু খম্বা ভাবিরু, ঐহু খম্বা হৈজগে।"

থোইবীগী বা তাবদা চংনিংখোম্বীনা শাউদুনা হায়রকই;—"হায় লমথোইবী, ঐনা হায়রা চীহক্তু মংনা অরাংবনা পুখদি নথা খেগায়রুরা নচৎথুনা মংরজদো অজোম নোংখান য়েনাকথুনবদা নৈমু মাক্রগা, চুক্তংনবা অমগীদমক লেপচক্ষা শাবা, নচৎথুনা চুংশিনদুনা নপানা মোহোরকপদা ঐখোয়না নৈখদি। মবেপ্পদা চীহক নখদি থক তৌগনু।"

থোইবীগী চংনিংখোম্বীগী বাহু তাবদা শাউবগী প্রলয় ওইখ্রে। মৈমিংদা নৈবা শীংপাম্পাক্তু পায়খৎথুনা চংনিংখোম্বীগী নমরাংদা থীহুখে

"এবেমনা অঙুক বানা সুবাদ—চায়রবা মাধু পন্নহল্লোই হায়বগী সুবনি। মতুং পনখিগদ্রা ?"—হং হংতুনা ফুরক্লে। চংনিংখোম্বীনা কবো মরোলনা, "অপো: অমে" হায়দুনা কপ্পকই। খোইবীনা নপাদোনা পোজক্কদ্রা হায়দুনা অমুকন্ন ফুধরে।

চংনিংখোম্বীদো, কৈ পাবুংদা তাকউবন, হায়দুনা চেংখে। খোই-বীনা তাররক্লুনা চংনিংখোম্বীগী দুক্কতু পায়দুনা লৈবাক্ত নমলে। মচীন অহু লৈবাক্ত গোঙ গোঙ অহুমনক্তং তঙ্কিনবু চংনিংখোম্বীগী মচিনহু পুক্কম হৈতুপমুক চান্তনা পোংখে। 'চৎলো''—হায়দুনা খোইবীনা থাদোকখে।

চংনিংখোম্বীনা চৎথবা মতুংদা খোইবীনা ৱ খল তৌরকই,—"ঐগীদি ইপা নত্তেলো, নংগীদি মপানিকো, ঐনা তম্ব পাউ কৌরাই, মচানা তম্ব পাউদি লোনিনি"—খনজনা পোংবান্দগী কন্থাল ফুকউরে, নখাল মকা অমু মৈদ: কৌরে, অশাবা পাংখোক মকা অচুনা খোইবীগী মশাদা তপ তপ নপানা, মুছিন মুনা কাহৎলে। ঈশিং পুল অমা ঈমুং নমরামদা হৈদোকলে। লৈখোম খেক খেক ভাংহল্লে মচুগা খোইবীনা থরো কাঙক্রম ওল্লে। লৈখোম লৈনাঙমগা তৈরে, চেকমগা যাম্না লৈরে, শমলাংমগা ইফা কারে অঙাঙবীঙম চেনথৎলক্তু, কোহুং অম। চংনিংখোম্বী হায় চেনখিবদো মপাগী মনাক চৌরল্লে। মানা মপাদা পাউ তান্নিবনি হায়দুনা তমলিবহু মরোল লোকম থঙল্লে, মচীন্দুনদি পোম্বনিনা। মপাদা পাউ তম্বদা যু—যুবু হায়রে।

কবো নিংথৌনদি, মচীনদদি যেম্বা লৈরে হায়বদি থঙদবনীনা,—"ঐঙোঙ্গ কয়েন্নত্রা" হায়দুনা অমুকন্ন ফুখিরে।

খোইবী থুংঙরে মতাংসিদা,—"ইপা ইবুংঙো পম্বো অপোকপা" হায়না কৌরকই খোইবীনা। "ইতা চংনিংখোম্বীনা ঐবু কুবিরিবসি যেংখিবু। চৌংদা কাহুনা শীং চনজৈ, পাংতা কুমহুনা লোং খোল্লু

থোনবৈজ, মানা ঐবু লৌ য়াম্না হায়বা ঐখ্ত য়ানবৈজ, ৱাযল্লে, য়ুমগী শিন্থা পীয়ু হায়রুববু, মোইথাপ মনা অমদগী থোকপা লৈনা চটৈ কীবুম ফানবা শাউ হায়, নমোয় ঙমজরোই হায়রুবদা কুম্ভিবসিনি য়েংবিয়ু।"

থোইবীগী ৱা তাবদা কবো নিংথৌ থরাই ৱায়ক্লে,—"ইবেম্ম, মাঙঙেদনা অন্নদী! ইপাংদি তাদেদনা, ইকাইদবা মাঙ্খীনা উশিংঙবা য়াত্র মবেম্মদা? শান্তিয়গনু, থোইরাং তাহনখিগনু, তাথ্‌বদি ইপাদি মাঙলেদো! হয়েংদগীদি ইপাগী চটৈ ফি অমত্তুম শারম্নু। নংনা হয়েং থোইরাংদা চবথ্‌নুগা ঙনানা ইথোয়মক্লি থন্দুনা য়েংহোগে। চংনিংথোম্বীগী লমাম, নংনা হয়েং লোই কায়মদাইদা ইপানা য়াবু মীনাই ওইনা ঊনগনি।"

নিংথৌনা মফুঙদা থোইবীদা লং পীয়ে। লংকি কত্রং লংনি, লংলম ৭ নি। থোইবীদা লং পীবম্ভু উবদা চংনিংথোম্বীদো মচীন্দো খিংজং শত্থরমাল্লে, "ঐগীম্ভ পীয়ু, হায়বকই"।

"নংঙ্গ নতাগা তায়বগা শাউ,—" হায়দুনা চংনিংথোম্বীদপ্ত পীরক্লে। চংনিংথোম্বীনা থবক য়াঙঙীবনি হায়দুনা মযুম হেক থোবগা লংদু শূদোক্লে পোম্নি পোম্লি কংঙকপদা লং অদো অচুক য়েংলে। লংথোদা কৌরে, ঙাক্লি তাক্লি কংঙকপদা লোশিল্লে। অচুগা লংচাক চাকশিনববু, ফি-হোৎকপা কান্দি মফুগী মফু ঙাক্ত ঙায়রে।

হৈদা, চংনিংথোবী! অমুক থেংবদা অমা তং, অনিশুক থেংবদা অনি তং, কিশিগী কিশি ঙাক্ত ঙায়রে। অত্তুম নমথা শাত্তুনা লোই-শিল্লে। চাউরে হায়দা, থায় তায়দা ফিদো! থুংলদুনা হাপচিল্লে হৈফয়োই জুবাক মথুমদা, লোইবা চীংঙন ৱাংলে। ইবেম্ম থোইবীদি কমদৌয়মী' চটৈ ফিহু শাগৎলম্মি।

কোয়বা অমা থাদা পাম, কোয়বা অমা তোপ্ন হাপ,
পাং'ঙোংদা চাপকংলে।

তোমগী হংদৈজ লাক্কুমা শুমা থয়াক মথিদো।
থজ অনি থাজংলি, থাদা অনি থাথরে।
উগী খোঙনেং মাঙতেকপী, খোঙবী নৈদা পৌশিল্লে.
খেৎনা নেং ওয়না কাঙ, ওয়না নেং খেৎনা কাঙ,
নৌঙংখোক তাংকুমছুবনা থজ থয়ো কাংক্রম ওন,
উশোইনানবী অবিথা ময়ায়দা লাংখোং তোংথাল্লে।
লংচাক মুংনা হাপ্পুনা, মেপ্পু নৈকনা থিংজিল্লে
লংনা নৈকনা চিংখোল্লে।
অগনা হন মেথনা ওক, মেথনা হন ওইনা ওক
খ্রিং খ্রিং. লাউবদো যেমুং শেন্দাং চাকথাইখোমজিন্নী।
থম লাউথা তেমথেংখোল. নৈকাই কৌয় খোমজগই,
চৈয় শাবা মতমদা, মথেক মথোল হাপ্পলে।
চৈয় কিপী ময়ায়দা পুথিব অমা মেক্লেদা
পুত্রীরগী মচুংদা ময়ুম অমা মুংজিদা,
লাইজা চোম থম্মিদো, তাহু কাংঙ ইরোইহল্লি।
থয়ো থবাল শাংহল্লি। খোইমু লাক্কুনা ইলহল্লি।
পুথিবগী খোংঙ্রা মথজ ছুমুমাকপা মপা কয়হল্লি।
লুপাগী চাইশেল পায়দুনা চাইথগেগী মঙংনি
চৈয় কিপী কিদোপ্ন লাংখোং অমা মেকশিলি
লাংখোংদুগী মচুংদা হম্মানা নেম নেম হোইল্লি
লাইজা ঊশিংদু অমুকথম্মা চেনথঙন উহল্লি।
তাথা চাবিদা মচানা লিপং লিপং চেলহল্লি।

তাম্না য়েম্বা উম্না তাম্না লাক্কে হাইরম্না
উমৈগী মুক্তুনা লৈহৌরি ।

অনিশুবা মতেক কয়া হাত্পা হায়রগা অইদ্রাক্লং পোশাগে হায়রদুনা চঙথি ঐবদা চংনিংখোম্বী থোইবীগী কি য়েংলা নংঙদে। থোইবীগী কি য়েংঙ্নবা এদি অতাঙবী ওইগনে, পুমতক তকগনে। কলাক চাউবী চংনিংখোম্বীনা থোম্বাউয়কতুনা কিচু মতুপ মতুপ চপথারকতুনা কনদে। থোইবীনা খোংনবক্নুনা

চত্রে শাগে য়েংঙ্নবদা মতুপ মতুপ তাথরে।
ইবেম্মা মচুবু উয়গা চংনিংখোম্বীবু শাউরকই।
কলাক চাউবী মাম্বী! মংনা ককথংদবা চত্রেদে
ঐ অমুক খোমজিনগে।
কবো য়েংতুন অপিথক, লংলা কাংলম চংতুনা
অতাংবা চীংলাই শায়, অমুবা তময় থিন্দুনা
অকোইবা খবাল লোম্বদু, হায়দগী হেম কজরেদা
চত্রে শাবা লোইতুনা নাংকী উতোংদা হাজিন্নে।

চংনিংখোম্বী, থোইবী অনিমক কি কংলুপি হায়দুনা কাম্বরক্লে। তুমুয়াকপগী মকমদা চংনিংখোম্বীগী চত্রে হায় কংলী। তুমুয়াকপনা মচাগী চত্রে উদুনা নোককেং নোককেং তোত্তুনা,— "ইবেম্ম মংগী চত্রে কি অসিদি ইপানা অহল ওইরগা থাঙংতুনা ইনবা তম্লোই। শাদান কৈদাম চৎপদা লৈথাক মীথাম তিনবদা ইপাগী থাংগোক ওইনরগে।"

থোইবীগী চত্রে কংলন,—"ইপা ইমুংতো, দি য়েংবিয়ু"—হায়দুনা নাংকি কিশা উতোংদগী চত্রেকিচু চিংথোরকপবু!

"কদিগীনো ইবেম্ম! ইপাদা দিন পুথকইবদি॥" হায়দুনা তুমুয়া-কপা চেনগে তোই।

খোইবীমা,—"ইপা ইবুংঙো। মোইরাং চহুদি লিন কাবা শুমজদে, কখো চহুদি হৈরমগদরা ?" হায়রকই। কখোনিংথৌ তাংজ লুক্না ইকাইখি। হঞ্জিনতুনা চুমুরাকপনা খোইবীমা কংপা কি য়েংখি। য়েংবগী পেনবা নাইখিদেদা। নমাওদন্থু উখিঞ্জি, মচুংদন্থু ঊরয়োই, অহুম থঞ্জি। লাংলেনবু য়েংলগা অপেনবগা লোয়ননা হায়রকই,— ইপাগী ইবেক, মমল কয়াদো বংগী কিসিগী? ইপানা পীবা মমলনা মতিক চায়রোই ইপাগী কাব্রং লনচৈগে থুগাইদুনা বংনা লৌনিংবা লৌজরো, তাকপি মচাদা।

———

# লোই কাবা

নোংমগী অহিংদা থাংজিংনা পাদ্বোইবীগা থাতাদৈ। "করমতৌসিগে পাথে'ইবী? মোইরাংগী শারগদৌবা চহিদি হুজিল্লে। অদুবু থবা থোইবীদি লৌজিক কাওবা শুংনিগ্রি। মংনা থৌরাং তৌদুনা থবা থোইবী অনিগা শুংনমবগী মরম অসি ওসি হয়েংমক শিল্লবা তৌগো" হায়দুনা তাকপিখ্রে। থাংজিংগী মাথং কায়হনবা পাদ্বোইবী অহিং তাংলৌ অথেংবদা যুবরাজগী কোনুং তম থোংশাল্লে। যুবরাজনচু চেক্লিদৈ, মমা তরামাথোইনচু ফুঙ্গিদৈ; নোংমাই চবুক থামবদা পা-দ্বোইবীনা থোইবী শাদুনা মঙকাওনখ্রে। থাদৈদি অসিনী:— অহানবা মঙলানচাদু পদ্বোগী মঙদা—"ইপা ইবুংঙো বাঙ্গোল মিংথৌ লেঙথংলো কবোদা লৈবী নমোমদি থম্মুং শবাং তান, অমং মাইথোঙ কুমলেদা। নমোম চৎচরগে, অমোইবা খিদাম পীবিয়ো!" মমা তরামাথোইগী মমঙদচু থোইবী শাদুনা মঙকাওদৈ। পলেম ইমা কথো তবী নমোমদি পলেমসিং উদবগী মৈচাক্ক মাইবী থবাম মাঙলেদো। তম্মা চাক লামখ্রেদা! তম্মা লুকলেমথাক লৈরবদি নমোম্মু থজিক্ক পীজৌবা!" মমা মরাম মিৎকপ থোকখ্রে। থোংনা লাকিনা থোইবীমু কৌদুনা মমা তরামা-থোই কমা তেংথারে, যুবরাজগী মফাংদা থগ্নে। "মমাও ইবুংঙো লেংথংলু, ওসি থোমলেন মঙলানদা ইমোম লাংলেন উবমী, তম্মা লাপ্পী চাগে হায়দুনা নিরমী। মাইবী মাঙলেম্ন হায়রমী। হৌজিক্কী ইচা লৈজ্রবনিনা কৈংদৌনী, মমাই ঐথোয়মচু ইচাগী মীনাই ওইকমদা, মীনাই পুরপ ওইজকরগে, খিদাম পীনবিয়ো, পাইম লিংজেল থাব ওঃ। পাইম লিংজেলচু থামজি। ইচাবু নোংমক শোনবচু তাজদে! ইচানা মাইবী থবাই মাঙলবদা ঐথোয়না হিংনুবগী কায়দে।" অদি হায়না মমার

তেংথায়রবদা—যুবরাজ, কৰ ওয়ত্তুনা হায়রকই,—'তাইথো, তাইথো, পলেম মমাথোয়, ইমোম লাংজোম শিয়ঙোই, নথোইদা নত্তে ; ঐশু থোয়েন মঙদা উরগনী। হৌজিকমক ইচা কোগনি। নমোমগী মখক উহনগনি ঐহাক।'' -

যুবরাজগী সনা মাথংনা তম্পাক মমহঞ্জবু কৌয়তুনা, —''হপু মাইজহনবা! কবো চংভবা মাত্রে চংলে। ইথোম লাংলেম্বো হৌজিকমক কৌথংলুযো।'' মাথং পীয়ে।

নাইজ চনবা লোলাইয়েং মরিগা লোল.ইগা পুডুনা, লেখী কবো পাংথে।

নাইজ হনবমু চংখিনমু। মোইরাংদা লৈহৌবা যুবরাজ নোং ভামবা কাপ মাথল তৌরকই। "তদি উমোম লাংলেম্দী কৌথংথেকো, ইচানা মোইরাংদা পুংতরগা মাথোক লোইবদি লে হয়োই। লোয়দমক থবা, নোংবান অনিদ হারগী মকৌতম চাইনা থোংজ্রেন হানবি। অহুমদি কায়রমোই, 'নোংবান্দু লমন কোকথোক্লনবা পীরগে'' থজুনা মনাইশিংবু য়েংদুনা হায়রকই,—"হায় হায় তমুমখোয়- নখোয় অদিদং চংদুনা নোংবান্দু কৌদ চৎলু।" পাউ হেক কংবগা নোংবান পনবা লৈতনা সনা কোমুং চেয়ত্নুনা বাঙ্গাল নিংথৌ সনা মাঙদা থুকমৈজ,—"বাজোল নিংথৌ ইবুংঙো। ননাই নোংবানবু কৌবিবা সনা মঃথং করি তাকপিগদবা লৈবগে ?"

মনাও ইবুংঙোনা নোংবানবু য়েংদুনা হায়রকই,—"মোংবান লং পরাগমু চংলে। ইমোম লাংলেনদো তসিদি ঐনা কথোদগী কৌথংলে। মরম অহুনা নং চংদুনা ক্ষেত্রা থাদা লোই ওকউয়ে', ইচাহু নংনা তব শক্তি হোংনহুনা তদি মথুম মৌনবা হোংনজো। কম্পিতন নহোকথিবা থোক্লবা ঐগী দাই লৈত্রেকে।"

সনা মাথং কংবদা অপনবা লৈতনা নোংবান চেলবএ। মোংবা মরানমাইদগী মনাই কুহ্রাগা, খুদৈসেন কাউশেন, শেহক শেনপা, চোং

কিয়ান, চোমং লৈনা, লোলাই লেংজাউ য়'ঙ্গোই শগোল কাক অসি-
খৈবীক পুদুনা লোই ওকপা কুমথখ্রে, থুগা তেরা থাদা ভাইখ্রে।

তেরা থা হায়বসি ওজাশিংনা কুম্বী তেরা থা হায়রি, ঐবু ভবীবা
ওজানা কুম্বী পনবসি য়ায়মদে। ময়ম কয়িনরে! হায়বদা———খম্বা
থোইবী হাকক কুম্বী হায়বসি লৈরমদে। মৈতৈ নিংথৌ কিয়াম্বা
মহারাজগী হাকক ভথেলদগী কুম্বী নিপা কুন্থ্রাখক থোয়কখি।
চীংলোল মাপল লান্দুনা লাকপসিনা ওাক্রম চীংজেল তায়ক্ত্রবা
লংজৌংগী চীংথোঙদা পোংথাখি। মথোয়না চীংদুংদগী মদুংনা
পায়রকপা চৈগুবু মালেম লৈদা য়ুংঙগা দুংশা থরৈ, মথোয়না চংথ্রবা
ভুংদা বা অহুদি লাইগী নোংদমদগী হোহোরে। লময়ম অহুগী মমিংবু
য়াঙম তেংথানবা কাঙবুনা 'বাপোকপী' হায়রি। মথোয় নিপা কুন্থ্রাহু
মৈতৈ কোন্নুং চঙহুনা নিংথোদা, 'মৈতৈ নিংথৌ ইনিংথৌ, নশাইকোন্দ
থুন্দাগে হায়জরুবদা' কিয়াম্ব মহারাজনা য়াখিদে। 'চৎলো মথোয়
মসিদা লৈবা য়াদে, ভাম্বোয়কলবদা, মথা পাংনা কুমথরক্ত্রনা নবোল
লাইতোনজমগী মনাক্ত লাইনিংথৌ থোইবী কাবগী চীংমাঙ পাংবদা
মথোয়না থুনদাখি। মকম অহুবু 'কুম্বী থাথোঙ' কৌরি।

মথোয়না অহুদা থুন্দাবর মৈতৈ নিংথৌনা ভায়দুনা মনাই থাহুনা
অমুক ভাম্বোক্লরে। মতম অহুদ! মথোয়গু লৈকম খঙ্গ্রহুনা মথা পাংনা
কুমথখি। মথোয় অমনিগু লৈথদুনা মকম অসিদা লৈহোরো অয়াম্বদি
চেহৃখিহুনা 'থুগা তোয়বান্দা থুনদাখি। থুগাগী তোয়বান মথাথংবদা
কোংয়াং হাওনা থুনদারে, অবাংথংবা তোয়বান্দনা কুম্বীসিংহুগী থুনদারে,
মথোয়না থুন্দারবা মতমগা খম্বা থোইবীগী হাকক অনিসিদি চহি য়ায়
থেয়বা য়ারী। লাক্ত্রবা কুম্বীবু খম্বা থোইবী হাকক নোংবায় লোই
ওকপদা কুম্বী তেরা থা, হায়রম্নীবসি, ওজানা য়ায়মদে। ময়ম অসিনা
নোংবায় লোই ওকপসি থুগা তেরা থা হায়রি।

মঙুন্ নৈ হায়দা নোংবান হায়খদে। ! অতোম নিংথৌনগা পোক-শিল্লে, থুরাঙ নৈনবী মচাগা ওইরে ; চহি ৭ লমথোইবা, মুক্তা থাজ্রা ফংবা মনঙ্গল লৈবাক তাদ্রবা, য়েনাক কৈবাক থুঙবা নিংথৌনসু চানবা, মচাকুব মপোক্পী অনিঙ্গুরা পোক্লোইদা। থোইবীগী মবুক্তো ওইবদা পংতা তাবা ঙিপা ওইরোই হায়দা।

থুগা তেয়া থাগী লমদমদা নোংবানসু লোই ওক্নবা নৈথিসল্ল! অহিংদগী চৎথিবা ভমপাকয়ুম হঙ্গবা সেম্বী কবো'দা ঈস্থং সোয়া তাল্লুরে। কবো কোম্থং চঙখনা যুবরাজগী চিঠিদো কবো নিংথৌদা পীরুরে। চিঠি অমু পারে কবো নিংথৌনা, চিঠিতুগী মরোলসু লোইনা থঙলম্লুনা মমোম লাংলেন থোইবীবু মনাই থাক্নুনা কৌহল্লে। নিংথৌনা কৌরি তাবদা, থোইবী, পনবা নৈতনা মপাবুংগী মনাক্ত থুংলরে।

"ইপাগী ইমোম ইবেম্ম ! চেংলো শকক্ম তেল্লবী, ওসিদি নপাবুং মনা য়াথংনা ইমোম লাংলেন নংনকপু কৌথংলরে। ওসমক য়াইরং য়ৌবা তারে, তাকপিরে।"

মপাবুংগী মনা য়াথং তাবদা থোইবীনা থুমজরকই,—"ইপাইবুংঙো ! শেম্বী পদাংনিংথৌ, মরায়বক থীবী নমোনবু লকনবিরিব্রা অপোকপা ? লোঙি অনেমদা ঈশিং পাবগুম নমোমনা লাইবকথীবীনিনা লুঙনবা য়ারিৈঙদা হায়বিয়ু।"

মমোম লাংলেনগী থাজদবা বাঙাও তাবদা কবো নিংথৌনা অস্তুম হায়রকই, —"ইপাগী ইবেম্ম, থাজয়বদি সে নপাবুংনা পীরকপা চিঠিসি পারো হায়হুনা পীরে। পাবুং মনা থুংদি থঙহুনা থোইবীনা — মমে থঙদদি কবো নিংথৌদা হায়বৈজ, —"ইপা ইবুংঙো, মমোম থঙদমুনা লাক্লবনি মমোমবু তাকপিয়ু।"

কবো নিংথৌনা হায়রকই, —"ইপাগী ইবেম্ম, ইচাগী নরাল করিস্থক নৈতে, ইপা বারৌদে। হৌজিক্তী ইপা বা হায়দে তাও; নহুম মোইয়াং

থাংজিং লাইমাংদা ইচানা শাখিবা জগোই, ঙপাগী মাকোংনা তাবদা কপ্পুখ্রে হায়দা ! ঙসি নংনা মোইরাং চৎলমদাই অসিদা, শরাং লাইগী লাইমাংদা ইচাগী জগোই অমুক্তং শারম্মু অহল ওইরবা নপাবু অমুক্তদি য়েংহল্লম্মু. সনাহল."

নপাবুংগী বা তাবদা — সনা ইথেম্মনা,—"ঐদি হৈজদে, মীনা তাও-নবীবনী।" খুমখৈজে।

থোইবীগী বা তাবদা কবো নিংথৌনা হায়রকই, —"ইবেম্ম ! নপাদা মীনম্ব হৌনদে। হৈতে হায়গনু, শানীংদে হায়বদি হায়মু। নয়ুম মোইরাংদা শাবা জগোইদো খম্বগ শামিন্নে হায়বা তায় ; ঙসিদি খম্বা য়াওদে হায়ত্নুনা হৈনিংদব্রা ইচানা ? নংনা খম্বা য়াওরগা য়াত্রবদি ইপানা চক্রগী খম্বা অমতং শারগা শরাং লাইমাংদা থিল্লগে।" মতু হেক তাবদা থোইবীনা ইকাইখুম্বনা খুম্মকই, —"ইপাইবুংথো ! মতু থোনা তাকপীবা নমোমদা হেক্লীনমনব্রা ? নমোম্ন হৈন্তে হায়বদি কবো জগোইবুনি মোইরাং জগোইদি হৈথৈজ. শাজো হায়রবদি মোইরাং জগোই শাজগে "

কবো নিংথৌনা হায়রকই, —"মতুনা হেন্ন পামজরে; অমুক্তদি শারম্মু।"

কবো নিংথৌনা লাউথোকখি, —"হায় হায়, প্রজা পুম্নমক, শরাং লাইমাংদা তিল্লুরো, ইচানা জগোই শাদৌরি।"

খুদক অতুমক্তদা কবো মীয়াম পুম্নমক শরাং লাইমাংদা খম্না তিনখ্রে। লৈবাকতা লেপ্প চনত্রবদা য়াদা কাবনা য়াতোল লোয়, উদা কাবনা উতোল লোয়, অম্নমদোনা তিনবা মীক্লগী ময়ক্ত, মমোম লাংলেন থোইবীনা, জগোই থোক্লমদাইদা বাথল তৌখি,—"ঐনা ঙসি শবা জগোই অসিনা, কৌওইবীগী লাংওন থোইবী ওইরকপনি নীংশিংলুরগা কবো মপাপ কোকপিগে, ঐগী শক্তম অথেংবা উজহৌরসনু" খাক্লে।

খোইবীগী শক্তম উবদা মীয়াম পুম্নমক অঙকপা ওইখ্রে। ইবেম্মনা বাখল তৌয়কই, অগোই অসি শাবদা তাল য়াওব্রবদি ফজগোই, কনাসু তাল থাহনসিবা থল্লকই। তম্পাকমু মহক্কদা ইবেম্মনা মিৎয়েং হুংশিবনা য়েংঙকই। য়েংলকইবা মীৎয়েংহু তম্পাকমুহক্কবনা, পুঙ মৈয়কউ হায়রিবনী খঙলহুনা, মাইজহনবনা পুঙ পায়খৎলে। পুঙ অহু মৈবা হৌরক্লে। পুঙলোনগী মচুং ইম্ম খোইবীনা অগোই শাযক্লে!

কচৈ হায়দা সনাহল!
খোঙদায় য়েংবদা থুক্কম খোঙদা মাঙ্গিদ',
থুবোয় ঙৌরোক ঙৌবদি
মকা হাওবা খেনদগী চোম চংবী ময়োল খোক
থুকউ কাংগোই অনিনা পুম্নিবগী শিনগুকাং
পুয়াবগী শিন্দম কাং, কাংলেন চক্র মওংনি।
পোংলপ তাবগুম কৈফ্লনা — চীংদা হৌবা চংবীগুম
তমদা হৌবা নেময়াগুম নীংথিজবী ফৈবোম্নি।
চেংঙ্গিক চেংবী থবাঙদাদো লাংবল উচি খোইগুবী,
খোইবীগী থবাঙক্কেং উবদা উচি খোইনা ইকাইজৈ।
মপুম ময়া মাম্নবী পাখোম অনি নীংথিবী;
থুৎহৈবা কনানা মাম্নবা
ঈংতুনা শেখদা মাজ্ঞয়োই। শাবদসু ওইয়য়োই।
ইবেম্মগী ঙকশমদো ঙৌরোক ঙৌনা নীংথিবী
তঙগী লিক্তি থুজাইগুম, ঙৌনা নীংথিবী ঙকশমনি।
সুমলপ তাবা থদাঙনা ঙাতেন মাগী চীন্দানি।
চীনবান মথক মথাদো বায়ক্ক তয়াল মুনকগুম
ঙাংঙাং ঙৌনা ফজবী, য়াতোল পয়েং য়েংবদি

ৱাকঃ কম্ফোই মচাগুম,—নীংথিজবী মাতাম্নি।
কাবোকপী হৈবুংনে শেম্বীদগী চাহুম্রে
মৈথৈ লৈবাকী মাপিদাক্লে মাখোঙ মুম্না শঙ্কিল্লে।
মাতোম লংনা ক্ষেংদোকপা নোকপম্না থোইহৃম অমুক হৌ
মাগী মতম নীংথিবী যুগিনী নোংথ্রাং কুপকুপী।
নাতোন নাকচী অমিদা হুমাং মনীক কাবদ্রি;
থোমদিং নপাল শাঙ্গী।
ইবেমগী মিৎতাদি শজিনবু ইকাইবী,
পীতম পাগোই মেংবদা য়েকপদা মচু মাম্লোই,
ডৌয়োক ডৌবী লাইবক্তো ওকসাবীগী লাইবক্নি।
মাঙদা তাবী শমলাংনা অতৈপ লাংগী মওংদি।
নিনি পানবা থাজগী কোমরপ তাবা মকোমনি।
নাপদা তাবা শাইনোমদো, থম্বাল লৈমিকী মওঙনি।
থুংবা অমি থাংগৎলে,—লৈনা থেকপা থুংথেক্তি,
অপনি মানবী থুংথেক্তো মথক্ত থেক লৈনা শাবদো
হুংশিরবী মম্নিথনা থুদোম হৈহুনা মেংবদি
ভাহুনা হুংশা মেংবগী মও নি,
থুংনা শাবা জগোইনা মোংগ্রেন জগোই কৌইদা
থোঙনা শাবা জগোইদি লৈতাই জগোই কৌইদা।
শাম্রিবা অমুবু ঊম্রিবা কবো মীয়াম থৈরিক্তো
মনিং কুপ কাউথেদ্রদো ময়া পুমকা কাথেদ্রদো।

অমুমনা চাইহাক জগোই শারগা মোইরাং মোনীংবগী পুক্লিংনা তিক্লিমক্তুনা জগোই অহু লোইশিল্লে। "হপা ইবুংগো অপোকপা। নমোম জগোই লোইজরে;।" কবো দিংথৌদা হদংলি।

"ওল্লে, ওল্লে, ইংবম, ইচাগী অগোই. অসিদি - উরুবা ইপাগী ইমিংসে মহৈ যাম্লে। মথা তাব' থাকম অমগা ইপ না নঙোন্দ হায়গে তাউ; মহান লোংবা নত্তাগা নংগা থংন'থ। নত্তানা মরৈপাক ওইবনা থম্না লাকচখিবা, ইচানা নরৈবাক নত্তবনা তাংজ নম্ব লুকখিবা মচুগী থাখল ইপানা চুত্তাইতব মরম্ম হয়েং নং০। লোই কারমদাই, চংনিংখোম্বীবু নঙোনদা মীনাই ওইনা উনগনী ইপান কায়খিবা থাকম ওসি মতম ওয়রেদো; চংনিংখোম্বী নত্তাসে মংতাম্নগা পোকপীনী. মহাকপু পুথিবদা মপাগী কনা লৈরে। নত্ত' অসি ৩াদ ইপ না নিংহৌবগে মং শাউরম্ব।"

থোইবীনা খুম্লকই, -"ইপা ইবুংঙো, নমে ম্ব ইত্তাবু করিগী পুজ-কদগে ?"

ইবেম্মগী বা তা'বদা চংনিংখোম্বীগী মপানা পেন্নহুনা চংনিংখোম্বী মচাবু কদাইদা লৈবগে হংলকই। চংনিংখোম্বীম্ব মপ মা' রেবীব অ'বদা চেনশিল্লকই। ঙক্ষংচৈ মপাদা,—'ইপ ইবুংঙো নমোম কৌবিবু করি তাকশিগদবা লৈবগে ?''

"ইপাগী লাংলেন, চংনিংখোম্বী, নবেম্ম থোইবী ওসি মোইরাং চৎক-দোনে,। নংদি মাগী মীনাইনা। ইপান অযুক হঙ্গ নিবদা নত্তানা পীবিরে। নংগী নমল কথানো মবেম্মদা কংশি লাউ। সনা কংকে হায়বম্ব সনাগী মবেম্মনী পাখিরোই। নমিৎত্তা নপি অাহুনা নণ্ডক্ষ মফি য়েংহুনা নমাদা মাপী চীক্লগা, নবেম্মগী মংখোঙ থাদ খুক্লমজো, তক্বিনা নমল ওইজহৌ।"

মপাগী বা তাবদা চংনিংথেম্বীদো, মপাগী মাথংদু ওাক্লবা মাদবা, থোইবীবুম্ব থংনথ বনিনা ইকাইবা, ইকাইরবম্ম ইকাইনা মপাগী মাথং ওাক্লমী। চঙশিল্লক্ক্না সনাগী মখোঙ পায়হুনা, ননাই ঐনা লামবা ওাক্লনি, খুক্লমী।

চানবীহৈবী থোইবীনা চংনিংখোম্বী য়েংহুনা, —"নমা মপক থঙদবী লৈহৌরো।"

চংনি থোম্বীনা খুম্মী,—করি ৱানো, ইবেম ? ইমা কৈজরীববু, ইমা মশক থঙদবী হায়ববু, করি লৈবগে ভাকপিয়ু।

মনাইনা হংজরবদা থোইবীনা অচীকপদা ভাকপিথি,

নংবু পোকপা নমাদি ঐহাক্তি। নহানবুকী মপোক্ত ঐনা নংবু পোক্লম্মী। মতম অতুদা ইমাগী মিংদি পাম্লোইবী কৌরম্মী। নংবু পোকপা মপাগী কোলোই মিংসেন নিংথিব নোংপোক হায়না কৌরম্মী ইমানা নপানিংথৌগী মতুং ইন্দুনা চেনখি। মরম করিগী চেনখবনো হায়রবদি খাবা নিংথৌ শূরেসামবনা ইমাবু পাংজবগী ক্লাগে হায়দুনা ভায়থি। ইমানা নপলগী তুং ইন্দুনা চেনখনি। চহি কুইনা চেনখিদা। চৌংলোন মাপল লান্দুনা চেল্লদো; নপল ইবুংঙোগী থৌজাল, ইমাগী থোইজি মিহুন ভম, ভাউজিং মক্ক পাক্লবদা, লোইদান খংদুম ৬০ স্তয়ক্লবদা, জক্লম নিংথৌগী মশাইকোন্দ ইমানা নংবু পোকইদো। মতম অতুদা ইমানা নঙোন্দ লানখিদে। ইমান্দা নঙোন্দ লানবগী মরমদি অসি ইমানা নপলগী লিনা কাইহল্লীংদতুনা ময়ান কৈতবী নহাকপু লৈরোন চন্দুনা খনম্মী। পেংম্রাং লাইজঙ্ক ইমমদে। কয়েংবুকী মপোক্ত ইমানা মোইরাং থোইবী কৌতুনা পোক্কেকো, নংবা চংনিংথোম্বী কৌতুনা কখোদা পোকউকো, হায়রম্মী। মতম অতুদা ইমানা মোইরাংদগী কখোদা ল কে। মংগী মীনাই ওইরগ, নংগী লুখাক চায়গে হায়রম্মী। মরম অদু লৈবনা ঐনা কখোদা লাক্লুনা নংগী মীনাই ওইখনি।

কৌজিক্তি, ইমানা লমজশিংবা লোইরে ঐ চৎলগে লৈহৌরো। মরম অদু লৈবনা মমা মশক থঙদবী হায়বনি।

মবেম্মগী ৱাকন ভাবদা, চংনিংথোম্বীদো কপচখি। কপ্পা—কপ্লদুনা হঙ্গংখি,—"ইমা ঐবু পুখিয়ু, ইমাগী তুংইঙ্গগে।' মখোয়না ভাঙনবদি ভাদনা চংনিংথোম্বীনা কপ্পসি, মীয়াম পুরমক্ত অঙকপা ওইনা পোকই।

অসিগী মতুংদা থোইবীনা মপাদগী বিদাই নিয়ক্লে।—"ইপা ইবুংঙো

মচোম চৎচরগে, থোজাবগীদো" খুরুম্মী।

কথো নিংথৌরা,—"ইপাগী ইবেম, ইশা থিদোকে। থিদোকই কথো নিংথৌনা লোলাই অমা তোং, থোইবীনা লোলাই অমা তোং নৈথাক মীয়াম্বগা লোয়ননা থিদোয়কই। কবো মীয়াম খুদিংমক থোইবীগী মথক উকপা থোংনা লাউনা কপ্লথি।

হাঃ ইবেম শকহেনবী! মোইরাংগী থাজ মীংথিবী,
নহাল লমতা থাদগী কালেন থাবৈ ফাওবসি
কথো লেখী ইবৈপুওদা তাহোইবিরবনিদো
তসিদগী হোচ্না
মোইরাং কংলা উত্রা মতোমদা থাজ নং থোক্লুরো
কথো ইবৈবাক, লেখী ইবৈকাই অসিদী
থাশিগী অদিংতম মমজহোয়েদো ঐথোয়দি।

মমান কপ্লকপগী মতুংইম চংনিংখোম্বীন্থ কলি। লোম কপ্লকপত্থু থাওবা তম্জ্রুহুনা কোংনা কপক্লে চংনিংখোম্বী।

চংনিংখোম্বী থাওবা মারকনা — 'ইমা, ইমা' কৌহুনা থে ইবীগী লোলাই তানরক্লে। মবেমগী লোলাম পাখোম পায়হুনা মাক্তরক্লে। 'ইমা ইবেম চুংশিবী!! ঐহু পুবিরুনে' হায়না কপ্লরে।

কম মথৈ কনুবগা চংনিংখোম্বী খয় চিংথংপা। চমত্রুহুনা থাহখে। মও-ওই হা-ওই উয়কই,—থোইবীনা লোলাইথম্বগী কুমহুনা থাবু মতথাক্ত পমথবলে, অহুগা হায়মকই,—"ইমাগী লাংলেন চুশিবী! করিগী মাহখি-বনো? ইমা মচোম বা শিরগে। ইমাগী চুং ইপুনা নংগী চুংতাইরা শকক ওইখোই। ইমাগী চুং ইমবুম নংগী অমাংবা ওইগনি। নং ইমাদা হায়রিবা বাসি কাউগন্থু। ইমানা তসি চংলিবা অসি চুংতাইকনবা

চৎপা মন্তে, লিলা লোইশিনবা চৎপনি। ঙসিসি কালেন্দগী শিগদবা নিনি বাৎলি। ইঙা থা পানথৎলকখগনি। ইঙেন থা লোইরনি। থবান থাগী ১৭নি পানবা জুমিৎতা ইমাগী লিলা লোইগনি। ইমানা নৈজবা ফুংদা, নংদী কনাদা ইমা কৌহৌগনি।

মহৈরোইবাক্তা স্থম নৈন্থু, নংগী মমম পুন্নক ফুংদা ওইথকদবা — ইমানা শেম লোইরবনি। নংগী নবুঙো ওইগদবা নিপাদো হৌজিক নৈত্রি।

নবুঙোহুবু থমখিসি। নবুঙোহুবু পোক্তোব নবেমবোক্তো পোক্তি।

নবেমবোক ওইগদৌবী অহুনা পোকদৌরব..লমদমদো ইমানা শেংনা ভাকলমগে — কোহৌজমদা পোককনি। মমিংনা তমকা কৌগনি। হাওবোক চাখন মীওোন্নি। মানা লাইনিংথৌ সোনারেঙ্গ ওওগনি। পান্নি মচা অমা কংগনি, কোরৌকাবা কৌগনি। মহুনা কাওদোং কাঙ্গুগা নংবু থিবা লাকনি। মানা লাক্তি ফাওবদো, নং অহুম মহৈয়ু। নংগী চহি ১০০ সুরবহ্ন নবুঙোহুনা থিরকপা থুদাং পান্নবা জুমিংতা, অমৌবা শক্তম ফংগনি। বাগহ্ন নৈহোরো"

চৎনিংথোক্কী নৈহোরে। মীয়াম পুম থনরে। ইবেমগী দোলাই মোইরাং পাংলক্লে।

লমলেন ককচীং থনম্মে। ভাঙবা চীংজেন লাহোক্লে।
হৈবোং পোকপীগী লমদমদো খুম্নুরাবদি থনম্মে।
থাম্মু চীংমাচ লাক্তুনা থাইবী নৈমা মৌরক্লে।
লমলেন বাইথোঙ ফুংওইনৈ খোংলেন চীংজেন শমলক্লে।
ফুহৈদবী মৌরক্লে। অগ্নদগী অমুক লাকপনা
চোন্নাং পাংমাই শমহুনা, মোরী মোৎসুংবগী মশাইকোন
লমলেন মোম্নুম থনরে।

লমলেন চীংদা কাহ্নবা মে ইয়াং লমদম য়েংলকই
থম্বা অমুক চৎলগা লৈমুং শুরুবা য়োরক্লে
সুচপ'ক থাবী থনয়গা তোকপা য়েনকৈচীং য়োথরে।
মোইয়াং থাংবর্ন থনয়ে।
শরিক কোক্লিল লৈতোরে।
মায়ৎ সোইদি থনয়গা পুকত্রি লাইকোল ত'য়ক্লে!
হিয়াংথাং চীং থনম্মী। ঈথাই পুনম চীং য়োরক্লে।
তুয়েন কৈনা লান্দুনা পেবা পুচ পুচংথোক য়োথরে।

মহাল লোইকুমংঙদা লাগা বাগা থাম্বল্ন্ কৌয়রে। থোইবীনা তমপ'কয়ুক্ত্রবদা হায়রকই, -"ইপু, দোলাই লেপ্লিথো, সনা কোন হনথিগে" থোইবীনা সনা লুপা পায়দুনা, –"ঐনা পায়রিবা সনা অসিনা থুমন থম্বা ওইবিয়ু। লুপা নহাক্ত নোংবান ওইবিয়ু, অপাম কাদা থৎংগদবা লৈরবদি, সনানা মথক থংবিয়ু, থৎংওইদবা লৈয়বদি লুপানা মথক থংবিয়ু।"

সনা কোনয়'ই হনবদা, সনানা মথক থংথরে, লুপানা মথা থাথরে। মতম অহুদা থোইবীনা হু শি কাদ থৎংঙনি থঞ্জরহুনা হয়াওরে।

নাইজহনবু য়েংদুনা হ য়রকই, —"ইপু! ঐ মোইয়াং লমদম য়েংগে চোমং লৈরা হাইগংলু" চোমং লৈনা হাইগংথে। ইবেম্মনা মোইয়াং লমদম য়েংলকপদা মোইয়াং লমদম উত্রে। মোইয়াং লমদম উয়ক্তুবদা পুক্লিং মুংশিন্নবা কয়কই।

অপায় লমদম য়েংবনু, লৈচিন্ন প'ক্তি তাথরে। শায় পুংকুপ কুপথরে। হাওগী পামলো লৈচাক্ত্নবু তৌবয়া? মোইয়াং লমদম উাবনু মুংশি থৎংবয়েইদব থুদবলা? অসি হায়না কয়কই।

মতাং অসিমক্তদা অবাং-পাংবা মায়লৈগদা মাক্লোই শগোল অমা

থোংলকপা তায়। শগোলদুগী খোঙ্গেল তাবদা থোইবীনা তমপকয়ুহঞ্জবদা হংলকই, —"ইপু! অবাং অশোম পাংবা মায়টৈগদা শগোল অমা থোংবা তায়। মসিবু ইপাগী মনাই কনাগুম য়াম্নৌ শাদানবা লাকনি হায়বা ত য়ব্ব ?"

তমপাকয়ুহঞ্জবনা, - "ইবেম্ম ইপুদি কয়িগ্ন থোইদোকপা তাবা থঙবা নৈতে।"

থোইবীনা অয়ুক হায়রকই, "ইপু, মসি অটৈ অতোপ্প কনা ওইরোই, নোংবান ওইরমগনি। ক-ত্তদা, ইপা ইপুংঙো!, নচাম্বুপী অমত্তং পোকপবু মাঙননব শীঙ্গিদা। নোংবানপা বাতাম্রহুনা ঐবু মাঙননবা শিঙ্গিবনি। নোংবানবু লোই ওকহনবা, পাবুংনা ঐবু কৌথংপিবা হন্দকমুক্তী মপোক্ত মচানিপা অমংতা পোক্ত্রবা, নিচোল ইতোমতা শাংপা, হৱেংমুক্তী মপোক্তদি পায়ি মমোম অমত শাংতবা ওইসনু।" অসি হায়রুরগা থোইবীনা কপ্প কপ্পবুনা তমপাকয়ুহঞ্জববু য়েংহুন। মথাওরকই,—"ইপু! ঐ মোইরাং য়ৌবরোই, কবোদা হল্লগে।"

বাকম অসি তাবদা তমপাকয়ুম হঞ্জবনা মিপাইরহুনা খেমজিল্লকই, "সনা ইবেম্ম, পাইমা পিবুক বাগন্থু, ইপু য়াওয়িটৈ মতমদা নোংবাম্ন লম হেক্সিল্লকপা য়ারোই। সনানা খাদবা মকমদা মানা লম হেক্সিল্লকলবদি নপুগী প য়য়িবা চৈতনা মাগী মকোক থুগাইগনি।"

বাকম অম্র তাবদা থোইবীনা পুক্সিং থয়দং হুংঙাইজয়দুনা,—"অহু ওইরবদি ইপু, নত্ত ঐম্ন ওবমথৈ নোংবানগী পুক্সিং হনবা হোংনগে। ইপুনা থ'জদহুনা নোকলক্কহু।" শিম্নরে। কবো হন্থুবা মঙা অসিম্ন হায় থাগৎথিম্রবদি ঐগী তুং ইম্নবদা নোংবাম্ন কাম্ন কাকৌয়নি। নথোম্ন হাম্ননা থাগৎথ্রগে হায়হুনা কবে হন্থুব' মঙাবু য়েংহুনা থোইবীনা কায়রকই, "ইপু নথোম্ন মঙা চংথ্রে, ঐগী চিঠী অসি পুহুনা মোইরাং কাম্ন য়ৌবম্নো। নথোমনা থুংগদোবা য়ুমথুংদি লায়য়া কাওয়েল থনকাব;

ভাংলো পাংতা য়ুমদাবা, থুমন চেঙতৈগে লমজাউ তাবা, অমুদোম নোংমাই থবা হায়না থিরগা ঐনা পীবিবা চিঠি অসি মাগী মখোঙ থবালদা কৎপিয়ু। সু'মদাংবাই ঐ থ্বংজবগনি হায়না তখিরগু।"

কবো মঙামক্ত মনা মাথং তাবদা, চংলগে তৌরকপদা থে ইবীনা অমুক শিরৈ,—"মখোয়না অমুম চৎখিবদা অথাইদা নোংবান কৌবা নিপা অমা থেংনগনি। মতোঙ্গ মখোয়না অলেংবা হায়কপু, খোইবী লাকহোরা হংলকনি, থঙদে খুম্ম্। অঙননাইবা হায়রগা মখোয়না মক্তে হায়মু।" অসি হায়না শিরদুনা কবো মঙা মোইরাং পাংনা থাখে। মতুংদা খোইবীসু তপনা তপনা লাকহোই।

কবো মঙানা লাকপদা নোংবানগা লম্বথাঙদা থেঙনরে। নোংবান হংঙমী,— মখোয় কবো মৎত্র? অঙননাইরা?

কবো মঙানা খুম্মি,— অঙরাইদি মক্তে, কখোনি।

নোংবান হংলকই,— মখোয়গী কবো নৈবাক্ত খোইবী কৌবী মোইরাং চহু অমা নৈবহু থঙরা?

ঐখোয়দি খঙদেনা।

নোংবান,—নরৈবাক্ত নৈবরু করি তৌদনা থঙদবনে'?

কবো মঙানা খুম্মী,—ঐখোয়দি হমুবনি, নৈশাবী থঙবগী মরম নৈতে।

কবো মঙানা খুম বাহু তাবদা নোংবান,— চুম্মী, অচুমকপু লম-থাঙদা কনা কনা লাকহোই।

কবো মঙানা,— খোইদোকপা থেংনদে।

কবো মঙাদুগী মতুংদা অহল মায় মবুক লুবা অমা মাওয়নলদুনা অমা থক্তি লাকহোই, মশক্তি উরক্তে।'

নোংবান শাউরদুনা,—মশক উদনা কয়মদৌনা লাকহোই হায়রিবে?

মহু তাবদা কবো অদুনা বাকমহু হন্দোরকই,— লাকহোরিবহু

লোণাইবি, মী কমবরি উদে। কিনা কুপশিন্দুনা লেলোই অমঃ লাক্লহোই। ঐথোয়না অহুক তাবকপদি কিনা কুপ্লিহুন্নি মহুংদ যায়া কয় শোন-হোয়বা মরোলদি ইতৈ নোংবান ইতৈ নোংবান হায়রোই।

পাউদম অদু তাবদা নোংবান পেল্লনা কপকএ,—"ইবেন্থ দনাহল! ঐগী ইশক উদবা মতমনদি কুইশিল্লক, ইশক উদ্রবদু হুংখিবদি কোক্তবনিমা কপচরিবনি!"

নোংবানগী মকপ অহু উবদা কবো মতাহু মচীল থুমহুনা লোল্লপা মোইরাং তম্র হাইগৎথে।

মোইরাং লৈবাক্ত যুবরাজগী কোন্নুংদ', মমা তম্রামাথোইবা বাতায়না বাকম অমতং কৈদোকচক্লগে। অমুক্ত মোইরাং নোংবানমু কৌহুনা লোই ওকউ হায়হুনা থাদথি। মমা মমায় পামজরিবদি — তাকপিগে হায়রবদি নোংবাত্ত তাকহু থবমুত্র তাকউবা, অহুদি তাকপিন্ত্রবনা মেনাক থুমবা মতীক চাবা শাগৈ চাউবা নোংবানমুদি তাকপা, লায়রবা কন্না অমৎতা লৈজদবা শাগৈ মাতৈ লৈজদবা থবদু ঐগী মী ওটয়পা কায়রোই হায়হুনা তাক্তবা, মাগী ওইজবা থিবদা ইচাইবেন্মগী পুক্লিংদি থতবিদে।

মেনথুমাংবী শীজ অহনবা মনাও মমাম থোংনহুনা বাতাবৈ 'ওদিদি ইনাওশা! ইচেম বা অমা হায়গে তাও, যুবরাজ হায়বা দিপাসে হুমিংহুম মতাদ লৈবা হুপা মচে, অতিয়াদা থোকপা হুমিংমা কনাবু হুংখিদে, কনাবু হেম চায়মদে, কনাবু চাদবদ্ তৌরমদে। মাদি পুম্রমকী মপুজিমা পুম্রমকী মমাওদা হুংশা শিনবা থংমা পীখি। লবাই মুক্তাল থায়দে, লায়রবা মেনাকথুনবা মাইদে পুমমকী মপুদি হায়বদো মাগী মওং অহুমা তাকই হুংশা মায়না শাহত্রি। যুবরাজদি পুম্রমকী মপু মচে, নোংবানগী মমুংতোনি। মশাগী ওইজবমু কংগদোবা লৈরবদি মচা হাংপদা পান্ন্দবা থিপানি। কায়দে, তোমী মং চংনু, থবদা পাউ তাকনু। মংমা চংলপা যুবরাজনা থাখিুবা নোংবানগী 'পাউতাহল। থোইবী

শাক্নৌ। মতম মতম চৎনা চুমলবদি, মনানা থোরদনা নাহরণতা লেত-শিল্লকনি।"

খম্বু মচেন্নগী পাউ তাবদা খম্বু চৎপা তমত্রন্নবা হক্সিলক্লুনা কম কমদা অমুক কমলয়ে। মচা ঊরগা মনেমতোন হায়খিন্নকই,—"ইনেনগী নোংমাই? ইনেন লোইনা খতলে, নৈহৌরো, ইনেমথোরনা নংগী পুক্রিংগী মচুং ইন্না কান্নদবা শিল্লকখগনি।"—হায়রগা মনেমতোন হনখ্রে।

তম্পাকখুম হেক মৌবগা মচেন তরাদা পাউদমখি। তোম্বীগী পাউদম তবদা মনেম তরাক্কু পুক্রিং হুতাইনরছুনা বাকন অমা তান্নয়ে। 'তসিসি ইনাওথা, নোংবানগী মুমদা থোইবী মৌথুবক্কু এথোর তরামাথোইমক্ক থোইবী নোংবান খুংগাইরগা ইমোম লাংলেনবু খম্বগী মখুম মৌহনবা মসি খায়েপ তান্নসি' — হায়ছুনা তাখ্রে।

তসাইগী কবো মতা অছুবা খম্বগী থোঙ্গাল মৌরকপগী অমুক লৌজগে। কবো মতা অছুবা চুমিদাং বাইগী মতমদা, থাংজিংগী নোংদম থোম্বগী চেততৈগে পাং মৌরক্লে। অতাংগী থোঙ্গালদা লেপ্লয়ে। পুন্নেম্বগী মরুমদি খবাইদগী হেন্ন কৌজদো; তোমযুত লমজাউদা, পাম কৈকেল মাপল কান্নগা নিংথৌগী খুবাই কন্নম, মতাং অন্নদা নিংথৌবা পেনছুনা মহারাণী অতোম্বীবু নংগী ওইকৌ হায়ছুনা পীথোকখিবনি। অঙম তোনা চানখৌবা মনাইগী মরুমদো নিংথৌমক্ক শাখিছুনা অওং অউন লোয়নবা নৈমা অতোনবীবু পীখিখিবনি। হৈকোনগা নৈকোলগা, হোজংগা পৈথোপকা, মেংখদা পুকনিং চুবা মকমনি। কবো মতানা মেংলকপদা শঙ্গাইসি ঊরুয়ে। মতা মেংতৈন, কৌজদা মোংবা শঙ্গারসিদে। অমুক্কবু হংলিগবা কনাগী মরুম ওইরিগবা, খম্মছুনা অহল মখি থোঙ্গালদা কমহৌরে। খম্বগী চুমাঙদা বিপা অমা চতলক্লে। খম্বা মাংগোলদা কন্নবী! অছুক অহল ওইরবছুনা ব্যাবহার কখিরবনি হায়ছুনা খম্বদা মখুং লোররছুনা,—"তাদম্বু, বা অমংতা হংজগে? হায়রয়ে।

থবনু ইকাইবগা লোয়নবা,—'করি ওইরবনো হৌপল ?' খূমলকই ; অহল অদুনা মবৈদদি ইকাইরক্লদুনা,—'ইবুংঙো মিং অসি করদুনা ! হায়খি। 'মদুম অমত্তা হংজগে, কাউরেল নিংখি শনকাবা, চেঙপৈ পাংতা মদুদাবা অমুদোম খোংয়াই থবা হায়বদিগী মমসিনু কয়া য়াম্ন বাংলিবগে, অমুক্ত তাকপিমুগবা ?'

থবনা অহলদুবু যেংদুনা,—'মমদি অসীদি, 'করি' তাকপিগদবা নৈনবগে ?'

অহল অদুনা,—'ইবুংঙোমক্লা থবা হায়বমে ?'

'মাদি, মাদি, করি তাকপিগদবা নৈনবগে, হায়বিদু ;"

হদুবদুনা হায়রকই — 'মখোয় লাংলেন মজা ইবেমনা ইবুংঙোদা চিঠি অমা পিরমমু হায়দুনা পীরকই। চিঠিসি অমুক্তং লোখীহৌ।'

বা অম তাবদা, থদুনা মাঙনা; 'লেঙশিনবীরকউ' খিদা থাই। অহল অদুনা মখোয় মরি মঙাদু কৌশিন্দুনা পুরূপ কবলয়ে।

চিঠি অদু কংলগে হায়দুনা মকোক্তগী কোয়েং হ.ক্তাক্লগা নৈমায়থক্ত থয়ে। কোয়েংকী মথক্ত লাইরিক চদুম হাপ্লগা কংলে। কংলিবা লাইরিক খুংকং অসি মমাংলোম হায়রবদি " আত্ম সমর্পন" কৌই হায়।

থবনা লাইরিক চাদুম অদু লেগায়রগা মদুংদগী চিঠি অদু লৌথোক্লগা পাখি। লাইরিকী মখোল দুংশিবা হায়নিংঙাই নৈরমদয়ে। অদুম ইঃ—

ওসি তাইবং ঊপাক মমাংদা,
বাথলগী হিয়েল তোংদুনা, দেহেমা লোয়েল ওইদুনা
পুন্সি ঊপাক লাক্লগে থাকটৈ হিদু হোৎজখি।
থাকটৈ হিয়েল পদুংকম লায়রশঙ্গা ওইজগে,
নীংজদুনা হোৎকপা কদুবা যুবরাজগী

থৌশিল্লগী মুংশিং ইরৈরমা মাঙহনেগে হায়রক্লে।
অচুম্বীবু মরক্ত ফজ্জুবা লোংবামগী ইথক
ইপোরমনা চাউনা হল্লকই।
মুপী মচা ওইবমা নোংদমখীবী ওইবমা
ইথক ইপোম অসিদা হিনাউ চুপ তমদে।
মুংশি নংগী নফমদা হিনাউ চুথিবু হায়জরি।
হিথাও চুম থাওজগে, পৈহনবিগনু মুখাবু
পৈহনগেম্ম নহাক্কি, চুমহনগেম্ম নহাক্কি।
ওসি মমিদাংবাইগী মতমদা; ৱাকটৈ বিবেল অসিবু
লায়রশঙদা থাওজগে মীংজরি, শোয়হনবিগনু লোংদমখা।

চিঠি অসি পাম্লবদা খম্বনু নোং থোংবওম কপ্লকই। খম্বা কপ্ল উয়গা কবো মঙাম্মু মফমমবাং থওদন কপ্তবা তমরক্লুনা কপ্লকই। মথোম মঙাতফম্ম ৱা ৱা কপ্লদি, ইমুংদগী থম্বুনা তারক্লুনা চেহোবক্লে। হংলকই থম্বুনা, 'ইচেমগী ইবুংঙো মুংশিবা। কনানা করি হায়রুনা কপ্লনো ? নথুংনা পায়রিবা লাইরিক্কো করি হায়খিবনে', পাউ, তাগে ?'

খম্বনা খুম্লকই, —'ইচমহল, মসিগী চেক্কেং অসি মপুম্বানা মুনগী মিরাং কহবদা মনিং শূমজীদা থেংজুনা লৈরম্মী। মপুম্বানা লৌখোক্কুনা য়েংবদা, পাবুংনা শীজিন্নরম মন্ত্র অরবা ওইরম্মে। ইপাইবুংঙোদি উবদে পাবুংনা থম্মমবা থুদমসি উবদা মুংশিজুনা কপ্লমি।'

থম্বুনা, 'অদু ওইরবদি ঐ অমুক য়েংগে চিঠিদু পীরকউ, ইপা ইবুংঙো য়েংহুনা কপচগে।',

থম্বু ইবেম্ম মপুম্বাগী মথুংতগী চিঠিদু লৌরগা মকোক হাপহুনা পম্বৌ পম্বৌ কৌহুনা কপ্লক্লে। মদু উবদা কবো মঙাহুনা অমুক কা—কাহুনা নোকপদা পুম্নী তংলে। হহয়কপদা থম্বুদু কবোশিংনা নোকপদু উবদা

ইকাইহুনা ইমুংদা চঙখ্রে। মচেমগী মতৌ উবদা কয়িমুংগী হায়জকখবনো হায়না থবনা বাজয়মই।

অসোমদা, নোংবাম্ন কম্নীবা লমদমদা ভাঙোই নিংখোগী মচা থাদোই দো চঙশিন্নগে থন্নঃক্র। দোলাইদগী কুমখয়ে। সনা খোঙ খোংনা লেঙশিন্নক্রে। মুংশিয়বা বাঙাঙনা হ য়য়কই, "ইতৈ নোংবান কোংয়ানবা, মঙং লাংগীদমক্ত ঐনা কবো চংপব ঐনা কবোদা লৈম্নিতৈ নোংমতা লেংবীয়কখা কবি পাইমা লিংজয়ে?'

খোইবীগী বা ভাবদা নোংবান 'ঐ লাকে ভৌবনি, তান অমা চাম্নহুনা ............।'

অসি হায়য়প্নগা নোংবাম্ন,—'ফিদা ভাইয়ে, ফিদা ভাইয়ে, লাউয়কই। শৌয়ানা ফিয়াংজি পায়ছুনা চেনশিন্নক্রে; নোংবান য়েংহুনা হঙ্ংচৈ, 'কয়া পাক্ল থাজোগে. ইবুংঙো অচৌবা?'

নোংবাম্ন খোয়বগা লোয়নন,-মীনাই নিপা! অনি কম চয়বা থ.উবে।'

শৌয়াম্ন মীনাই .হায়বছুদা ইকাইবোই শ উবোই ফিদা লংখেক্লগা চংখ্রে। শৌয়া অমুক কোনয়বদি নোংবাম্ন ফিদাহু নংঙয়োই হায়হুনা মথুংমক্ল তিংখোক্ত্ম থায়ে। য়েংখংবা ফিজীন্দ নোংবান কমখ্রে। ওয়য়োম থংবদা ইবেম্নী শক্লক থাকখে, মহু উবদা, মাগী ওয়দা কমহমগদোয়ে হায়বা থঙলম্নন', খোইবীনা পাইমা থম্নোইহুদা খোয়ুম লাইবু নীংজখী,—'হে খোয়ুম লায়নিংখো। অমম অঙাল অনিমক, নখোয় অনিনা থঙবীহৌ। ঐনা শাক্ষী থমজয়ি। ঐদি নোংবানগী ওয়দা কমজবা ঙমজয়োই। নোংয়াইনা পীয়কপা চৈঙসি থমমক্লি নীংজয়ি। চৈঙগী ওয়দা কমজগে, নোংবানগী ওয়দদি কমজয়োই।'

চৈঙনা মমক্ত থম্নগা চৈঙগী ওয়য়োম থংবদা খোইবী কমখ্রে। সমা ইবেম্নমা পানা থুদণ অম: লৌখোক্লগা নোংবান্দ লাক্লকই, বাহৈদি,

'ঐদি কৰিমত্তা মাওঙদে, পানা খুদপ অসিমত্তা হাবীয়ু।' উবা অকংবদা হাপ্লগা নোংবানগী মমাঙদা ঊংলিল্লি। তাবদা নোংবান ইতাও তাওই।

খোইবীবু য়েংহুনা নোংবাম্ন হায়মকই,—করি করি হাবা মাবগে, মীংশিংবিয়ু হেক্ত?

খোইবীনা খুমই,—নশক উরবদু করি চানীংলুগদগে? ঐগী পাঙল নহাক্লি। ঐগী খবাইম্ন নহাক্লি। পুক্লিং লৌশিং পুম্নমক নহাক্ত ওইরিবনি। পুম্নমক ওকচয়ে। পুংপেল পেজে, খঙয়ে। নহাক্কী মনাক ম্নোবদা।

নোংবাম্ন. অমংতদি খক্তদা, হায়জিল্লকখবদা খোইবীনা,—হৈয়াও মাওবীরিব্রা?

নোংবাম্ন,—হৈয়াও ভাইয়ে ভাইয়ে, ভাইয়ে, নবেম্মনা হানমবা।

শৌয়ানা ফীক্ক অমা খাংজিল্লক্তনা মবেম্মগী মমাঙদা থিল্লয়ে।

খোইবীনা ফীক্ক মখুম অহু হাংদোকই, হৈয়াং চয়োং অমা লৌখংলি হুয়াগী হৃমী মখুংওনা হৈয়াং মকু খোকতোক্লে। অখোকপা হৈয়াওহু লুপাগী চাইখেল মহুংদা হাপচিল্লে। য়েয়াদা শূম চুহিদো পুরফলমই নোংবান। মহু মহুংদা হৈজিল্লে। হৈয়াওগা চুহিগা লোয়মনা লৈনা লৈনা য়েংলক্লে।

হৈয়াও য়েংপা মতমদা, কোঙ্গোল মরিক মরিক শৌবদো সমানা চেংওম শৌওপি, লুপাগী কোঙ্গোল কাওগী। হৈয়াং য়েংপা লোইয়ে। খোইবীনা হৈয়াও খুংনা পায়হুনা চায়গে হায়হুনা খাঙ্গংলকপা উবদা পাহোইবীনা খোইবীগী খুদাং হৈথয়ে। খোইবীমু খংনীং মীংশিলকই' 'পায়দবগী হৈয়াংনিকো, চাগে ত্তোক্রয়েমা।'

মতাং অসিদা, পাহোইবীনা খুদাং হৈহৈ হায়বসি চিংনখিগনি, খোই-বীসিমু পাহোইবীনি হায়; পাহোইবী অমনা হৈয়াও চাগে ত্তোয়প পাহোইবী অমনা খুদাং হৈহৈ হায়বসি চিংনকম খোকপা ৱাকমনি। খোইবী হায়বী

ইবেম্মসিদি লৈমাইতাবীনি। পোইবৈতোনগা লৈমাইতাবীগা পোইবৈ থুহোল্লকপদা পোইবৈতোন লোংপোক চৈংদ থুনাহোই। লৈমাই তাবীনা কৌক্ত চী'খোঙ থোরকই। কৌক্ত্রনা লৈনাইতাবীবু খৌশিল্লকই 'ইপাগী ইমোম ইবেম্ম, বাংঙন খুনদাবী, তাইবং খুনশেম্বী, ঙসিদগী হোড়না মংলে ইপাগী ইমোম ওইরগে, নমিংদি ইপানা আপাননোইবী কোগে, মরমদি ইপানা আপাম থোঙদা কংজবা ইচানি হায়বগী কৌবনি।' মহুগী মরম লৈবনা পাহোইবী হায়না চংনখিবনি। আপানথোইবীনা কৌওই লৈমা ওল্লকপনি। কৌওইলৈমনা থোইবী ওইরক্লিবনি হায়।

খাংজিং কোইরেল য়াইফবগী ওইরোমদা থৌগল্লিবী, পুরমহৌ অবা মুংওাই, হুংশি, অক—ফম পুরনক পুখিরিগী অহুবুনা অমাওলৈমা পাহোই বী কোই। অমাওলৈমা পাহোইবীনি হনক থোইবীগী খুদং প'রহুনা য়েথর্বলে।

থোইবীগী খুদাংবু পাহোইবীনা য়েথবগা পোইবী কবোয়াই হোয়ে হায়হুনা ভুথখে। মহুদা লোংবায় পাথংমনখিহুনা 'কৈদোরে, কৈদোয়ে, হায়না চেনশিল্লক্লে।

থোইবীনা, 'কবোয়াই হোৎরি, কবে'য়াই হোৎরি, মকশিনবীরকহু। কবোয় ই হোৎরিকৈদা বিপানা থুদাং পাযরবদি চয়োল থুদিংগী হোৎরনি, তৌইহদে।'

লোংবানহু চওশিল্লকপা ওমক্রহুনা লেগু্না লৈখে।

থোইবীদো, —'ঐবু শোয় হোনবা ওমলক্লে, হায়রম্লগা পওখখে।

শিয়বোই নীংহুনা লোংবায় বাথুহুনা তেংথাহুনা কপ্পকই, —'হো ইবেম ইবেম!! ওাইফাকপদি ওাইরমখো।' কপ্প কপ্প চেল্লকপনা তেয়া ঊচুং অমদ চেল্জিল্লুনা কোমুরে। লোংবানগী মথ অহুদা ককচেং তরেৎথক্ল অমুক্তং চীকপবু। লোংবান ক্লিং ক্লিং চোংহুনা কপ্পক্লে। লোংবায়

পেবত্থু উবদা থোইবীনা নোক্লীংমনথ ত্থুনা,—'তেম্মা থাগী ইতৈ অপেম্মা !' হায়রকই নোংবান্ন,—"খম্বা কন্নত্রা, ইথেম ?' ফিংনা চেন্সিন্নকই।

থোইবীনা,—'শোয় হোনবা খজিক্তং য়াজরে।' থুমদৈ।

অন্নদগী নোংবান্ন,—'ঐ কবোদা হৌদাক লোক্লগে।

থোইবীনা, —'লেঙবিখিত্থু, থাদোকচবা তমজদোই মীকুপ অমৎতং উদবদা ঐগীদি যুগ চামনি।। তুমুন্নাকপনা তাকলকই — কবোন্নাইনা হৌরবদি শগোল তোংঙু, হেক্ত কনি, হায়রকই। শগোল কাকখীনি তোংলগে, মন্নাইনা কনখিগনি।'

নোংবান্ন,— তুপীনা শগোল তোংগে হায়গত্থু, মনাহল!

থোইবীনা—,অনাবগী হীদাক্তি য়াবা য়াদবা থিবিক্তু, কয়গা লোৎরে।

নোংবান্ন, —'নিপাগী চীত্তক্ত নমত্থনা তাঙগত্থু, চুবাদা থোয়গনি।' হায়রকই।

থোইবীনা কপসিন্নত্থনা তম্পাকত্থুমংঙবদা হায়রকই — ইপু তম্পাকত্থুমংঙবা, নত্ত লাইবক থীবীদি নিপানা পাখীদবী তুপীনি। ইপু মথাক মোইরাংদা চৎতুনা লায়রবা খম্বদা শগোল পুন্নকউ হায়বিক্ক। লায়রব। মাগী শগোলদো ঐনা তোংলগা কবোন্নাই হৌবা কয়খদি মাগী মনাই ওইক্লগে।

নোংবান শোইরেদনা হায়না পাখৎখয়ে। হায়রকই —"ঐগী শগোল লৈবত্থু, মীগী শগোল কন্নিগী তোংগনি ?" শগোল কাক চিংশিন্নকই।

থোইবীনা, —'অওইবগী তোঙ্ হায়রবয়া ?'

নোংখান্ন, —'অওইবনি, তোংঙুনে। শাউগন্নিবদি, কয়মতৌনা পান্নোন্নিবা য়ুমনে: ? খজিক্ত হায়রবদা হেক্ত শাউই !'

থোইবীনা —'শিদোয়বত্থু কনবিগে নীংদবা, অত্থুক্ত খজোয়ত্থু কনি লিংজেল কৌথগে ?'

নোংবান,—"হাংঙোনেসে"—চীংখিংহকপা।

খোইবীনা শগোল মথক্ত কৈনা লেঙখৎলে। সবাহম য়েংখিবদা মমাই নিপা কুহ্‌সে শোয়দনা তাক্লকখি ফন্দুনা,—ইতৈ নোংবান! অদুক মাথ মীয়ামদে কৈদৌনথ থম্বিবনো? অঙোম তাম চৎকনে। অদোক ইবেম্‌গা ইকু ইবুংঙোগা মথক ফংনা লৈবীরম্‌, খোইবী মৌরকপগা থুক্লমগে পাউ হাংজরবিরু।

খোইবীগী বা তাবদা নোংবান পুংঙাউ ঙাউই। অদু নীপা কুহ্‌দো মোইরাং অদু থাদে খোইবীগী মাথং পাঙথোকখুনবা।

মোইরাংদা অঙোম লৈক মীওবগা মথোয়না খোইবীমা হায়রকপা পাউ পূরক লোইনা তমথে। কয়া'মক হয় মুম থম্বগা নোংবানপোকপী মমাদো, মনৌনা মথক থক্লবা হায়দুনা, ইরোই থরোইবীগী কণ্ঠ মানখে নোংবানপোকপা পন্থৌনা শামুগী শরীক লিখে।

ঙৈরাখাদনা অঙোম নোংবানবু য়েংদুনা খোইবীনা হায়রকই;

ইতৈ নোংবান, কোমানব। দোলাই থক্ত ফাম্বিয়।
ইবুংঙোনা দোলাইদ লেঙবিয়, ঐনা শগোল তোংজগে
লায়রবা মচা থম্বী চেঙটৈগে পাক্তি মৌরগা
নোক্লকসি ইবুংঙো।

নোংবানগী খোইবীগী বা তাবদা দোলাই থক্ত কয়াউনা কাখে।

সমা ইবেম্‌না নাঙদা শগোল অদু থৌরকই। শগোলদুদা খোইবীনা কৈমা তোংথবু শগোলদগী খোইবী তাক্লিবা করি মরম লৈবনো হায়গনি শগোল অসিমু খোইবী মাগী মনাইনি। অপাম্বোইবী হায়বীদি মৈতৈনোম্বি। মরাংলোম্বী দুর্গা কৌই হায়। দুর্গা ওইখিবৈঙেদা তোং-লম লোংশাদো হন্দকী শগোল অসিনী হায়!

মরী অদু লৈবদা মবেম্ম্রু তাহন্দে। লৌরাক অমা থোদোকপা, শঙম অমা হঙ্গরবা, পম্বি অমা থোদোকপা মরাক অমা হঙ্গনবা, অঙম-লৌনা .থোম্বি। নোংখাল্দি কমদোম্বি? লোলাই মথক্তা কমলগা, মঙল মঙল থম্বি চুংঙাইরবা থাখলদা তাউম্বি। থাখলদা অসিনি।

সনানা ঊৈশে হলহনগে, তোয়োনা চুহাম ওইহনগে।
ঊমাবোক্ত থোবাংবী ওইহনগে,
ত্ত'ন্দাই মঙানা পালা ওইবগা—ঐনা পুঙ লৈহুনা
ঊৈশে শক শক্তুনা পুন্সি অসি লেম্লগে।
ঊৈশেম্ব ঐহাক্ত তখিনি।
কাম্লুনা লোলাইথক্ত চুঙাইব থৈথীক থরুনা লৈ।

সনানা হম্ম য়েংবদা, নোংখানগা মাগা থাপ্‌ন্নবসি লৌপম্বি মম্বিয়োম থাপ্পরক্লে।

ইবেম্মনা থম্বি, — খামদগী হেন্দোক্তুনা চেম্লগে, থম্মুনা —নোংখান তম্ব য়েংলগা লাউরকই,—

হ: নোংখাম কোংমানবা।
ঐনা ইচৈ কৌরম, মুংশিবগী নপ্তোকা।
পানা খুদপ লালম, অপাখগী নপ্তেকো,
নখুক হগে তৌখনি। ফয়াংজি কিদা মথক্ত
ঐনা ফম্লখহুনা নংগী লমন শিংলখম্বি।
থোইবী লাইবক থীথোম্বি থখগী মমুম য়োথ্রগে।

অসি খিবিক লাউরম্লগা থোইবী শগোল চৌহুনা থোথে। নোংখাম্লো, ম'রামদি শেংনা থঙহোদে, শোয়া য়েংহুনা হংলকই,— শোয়া, নবেম্মনা হায়বহু করিনো।

শৌয়ানা,— মীওইবগী লোইবেনা।

নোংবান,— অদুক কক্কবদুবো ? মীওইবগী লোইবে হায়বদি কয়িনো ?

"ইবোচৌবনা কয়ম হায়না তাবিবা ? অমুক্ত তাজগে" হায়রকই শৌয়ানা।

"থবাইগী মপু খোইয়াবা ! ঐগী থবাই কনবিয়ু, শগোল চেনবা কাবা ঙমগ্রে হায়বনিদনা"—হায়রকই। শৌয়ানা মহু তাবদ নোকখিরনা শিয়ে। নোংবানবু য়েংহুনা হায়রকই,—"হেঃ তাইবংজাব ! থঙগদবা মীকুপ অমৎতা তাইয়ে।"— অসি হায়রগা নোকখি।

নোংবানদো খোইবীগী শগোল কাগে হায়দুনা দোলাইদগী চোংথহুনা শগোল তায়রক্লে। নোংবান তায়রকপবু খোইবীনা উয়গা মথবাই বাহুনা থাংজিং লাইবু খুরুমখি। হেঃ থাংজিং লাইনিংথৌ ! নত্তবু থৌজাল পীবিয়ু। ঐগী শগোল অসি লায়রমঙদা য়োহনবীয়ু। নোংবানবু ফংহনবিগন্নু।

থাংজিংলাইনা উহুনা, 'পাহ্মোইবী, নং চৎহুনা খোইবীগী তেঙবাংবী-ফয়ো।' থায়রক্লে। পাহ্মোইবীন্নু থীজনা শগোল তোংদুনা খোইবী শাদুনা থৌরক্লে। মোইরাংগী তেন্নাপোকপী খুন্জোনবু পাহ্মোইবীনা শৎ চিংথরে। চিংথয়রক্লিবা অহু,খোইবীগী মমাঙ য়ৌরক্লে। খোইবীগী শগোলবু চিংথরক্লিবা লম অহুদা কানশিলহল্লগা চিংশিলথ লম অহু পাহ্মোইবীনা অমুক থাদোকপদা খোইবীদি মোইরাং অহুম য়ৌখে। অদুগা খোইবীনা শগোল থৌরথ মফমদুনা পাহ্মোইবীনা শিলহোরে। নোংব মল্ল লাইনি হায়বদি থঙদেদো ! খোইবী ওইরবোই নীংদুনা, শগোল কাগে চোং-শিন্নবদা মাঙথোকখে —শগোলগা খোইবীগা। মাল্ল জ্ঞান মমদুনা লমদম অদুদা খোইবী কোইথি থিহুনা লৈরকলে।

মোইরাং য়ৌথিবী খোইবীনা তেন্নাপোকপী খুন্জোনদা শগোল অহু থোগৎলকপদা, হুংশিংনা লিথি লিথিবু শিংপনে, শগোলনবু

চেবথনে, মাঙদা তাবী শন্নাংদো, ফুংলোমদা হুংশিংনা খোমগৎখে্। শন্নাং খোমগৎপদু উবগা থোইবীগী পুক্নিং হুংশিখি।

তোমবুঙ হুংশিং নংনু তাওনম্নি।
ঐগী মাঙগী শমলাংবু ফুংদা পৈরে খোমগৎপিরিবা,
কঁরি হুংঙাইতবা লৈবগে?
ঐনা লোংয়াই মথুম চঙ্দুবদা,
লোংবানগী থুদম ওইরবোই মীংলমগনি লাবরথনা।
মতাঙ অহূবাইদা ঐনা করি থুমগনি?
হুংশিংকী থুদমনি হায়জক্লবা যাবিরোইদো মহাক্ক।
য'না লৌশিনবীরবদা ঐনা যাইবী থবাই মাঙবদো,
নিংতোল হাৎপগী পাপ্তি হুংশিং নংনা পুরোকো, মালংবা
অহুমদোনা চেরকপদা লখীদা মমাতোনগা সেহুগা তাইরম থেঙনমে।

সেহুবু যেংহনা মমাতোম্না হায়,—'ইমাগী সেহু ইবেম্ম, নবেম্ম লাকপ্রা যেংঙু হায়?
মতাং অহূবাইদা সেহুনা য়েংলকপদা উথে্, মমাতোনদা হায়রৈ,—'ইমাতোন! মথারোমদা, হুপীম্ব মাবষ মিপান্থ মাবনা অমা লাকলে। নিপামি হায়রি চটৈ কোয়বী কিমান উই। হুপী ওইগরা হায়বগু মাঙ্গোই শগোল তোংই। ইমাতোম্ন অমুক্ত য়েংবিয়ু।'
মমাতোম্না হৌগৎহুনা য়েংবদা মথোম লাংলেম্নি হায়বা থঙলহুনা লাউরকই,

ইমাগী ইবেম্ন হুংশিবী
শগোল তোংবা কিত্রবী, পাম্নু মৈনা কম্পুনা তৌরা
মাঙ্গোই শগোল থারথো
ইমানা হৈয়াঙ লৈমাং পুরকই চামিরথিনি তাইথোগবা লাংলেন

থা অমদু তাবদা খোইবীনা শগোলথঙগী নাইরকই,

হাঃ পলেম ইমাচৌন! শামান লেঙম মবীও
ওলি থুগা তোয়বানদা থাবী মৈ চাকথৌই
মৈদি পহৌ অপোকপনা থাবনি। মৈগী মরক অমুদা
মাঙৌ শঙাই ওইবী নচাবা মৈগী মৈমুং লাম্বুনা চেন্নকই।
শাদানবা নোংবান মাঙৌ!! মাঙৌ শঙাইবু তায়রকই।
শাদানবা নোংবাম মাঙৌ ঐবু কাথ্রবদি,
পুন্সিগী পম্মুং মৌরমোই।
মযোমবু থারগমু ইমা, লায়রখঙদা মৌথ্রগে।

মযোমমা মাদমু উবদা, সেমু, মং অমুক থাম্ম্ হায়রবদ', সেমনা থায়রকই,

হাঃ ইমা ইবেম্ম! ইমা হায়না কৌগেদা!
তোম্নবী সেমনা ইমাবু থামজরী।
মমাই মীনাই মুপী সেমুবু কাউরব্রা?
মীংকূপ অমংতদি লেম্মিখোগবা মৈকৌবগে।

সেমুগী মপাউ তাবদা খোইবীবা থুম্নকই,
অচাম্নবী! মমেং তাজা উবেদা,
পহৌ যুবারজনা তম্না পিবুক থম্ন পীজব্রা?
ঐনা নহান লোই কুমমদাই, খোইমাং চেংগৈ পাংকী চেক্লাদো
মংবু মেকউ হাবহনা শিন্নমম, পোখী কমা চাউমে?
কোম্না পাইবা ওমলব্রা? প উদম্ম্।

সেহুনা খুমজনকই,—চেক্লা মহাক্কি থিংবা য়াক্রে, কোয়না পাইহুনা চৎপা ঙমলে।"

সেহুন্দী মপাউ তাবদা,—"নৈহোরো অচানবী! ঐহাক মমুতোপী মনাক লোৎপগে, মংম্থু অমুক পরম্থু মমুতোপী মনাক্ত লাকউ; মংম্থু ঐম্থু ঐথোয়নি, মমুতোপী সেবা তৌরুসি।"—অসি হায়য়রুগা খগোরু থোথয়ে। মম্থু উবদা মমাতোম্ন অমুক থাম্লকই,—

ইমাগী ইবেম মহাকপু, ইমানা নৈশাখিরইঙদা ইতা শামম্নবনি। মতাম্ন হুংশিন্নবম্না? মীৎকুপ অমৎত্তংদি লেপপ্পুদনা।

থোইবীনা অমুক খুমলকই,

ইমাতোম, প্রেমগী মশক খঙদবী।
পাবুংগী সেবাম্ন ইমাতোম্ন তৌবদি, হুংশিবগী সেবা ওইম্নরোই,
হৌমিন কামিন্নদেদো, শীজক্ম পামজবী নিংথেমহুবী ওইবীংবী
অচগী বাথলনা পাবুংগী নাক্ত নৈজবী ইমানী।
লাইবকথীবী মচাগী লাম্নবগী নৈচাকসে ইমা মহাক্তি খঙলিরোই।
নৈকোক থাগী মতমদা মাঙবীথক্ত হৌবা শহুম্ন
থাবীনৈদা মথোঙ থেংনা চাকথম্নবদা,
কালেনগী হুংশা মম্নক্ত কম্নবা নৈকংহুংদগী
নৌম্নবা হানৌশিংহুনা মতোম মাম্নবা হৌমিনৈ
হৌমিন্নরকপা পাম্নুগী নৈচাক, ইমামা পহৌ হুংশিবগা
থক মাম্নবা মারোইকো। প্রেমগী মশক খঙদবী।

হাম্নয়রুগা শগোল থোথয়ে।

মমাতোম্ন হায়হোই,—"ইমা শাউরোই ইবেম! হায়নিংবতা হায়প্ন, ইমা লমবেল তাকেদো, পাম্না হিদেন লানথরো, তাংলো কৈথেন তাবনী।

থুমন চেঙৈপেপাৎ উগনি। চেঙৈপেপাৎকী নমদমদা থবু কোথোক্‌নুনা মাঙ্গাই শগোল থামহল্লু।

খোইবীদু মমানা তাকলকপা লবেলদুনী মতুংইন খোথবে, চেঙৈপে পাৎ থোথ.র। চেঙৈ পাৎকী বুমদোমপোক হেক উবদা খোইবীনা কুকুংবগা লোমননা কৌরকই,

> হাঃ ইবুংঙো হুংশিবা! চেঙৈ পাৎতা লাংথাকপা ;
> কবো তাবী চেক্লানা চেঙৈপ পাৎতা চাক্লাগে
> পাইজরক্লি চেক্লানা ঙসি কোরৌ অশিদা
> পোথী কারদোং থঙদবে, কদায়দা তোংজোগে তাকপিরো।

খোইবীগী খোক্লেল হেক তাবদা থবা কনকমদগী কুক হোৌগংভুনা চেথোরকই। শুমাং যৌনা চেথোকলুববা মতুংদা মচেম কিন্তুনা অমুক শৎ হল্লিরকই।

অসোমদনা খোইবীনা মবুংঙো খোরকপ্রা হেৎবদা, খোরকপা উরকুনা, মনম থরুবু অমুক কৌরকই,

> ইমান শেথী ইনম!
> নচম নপুবা কৌবদা খোরজিবসিবু ইঙ্গনা থামবরা ?
> থামগদু থাদোরকউ নপুবাদু ; ঐগী শগোল থামহল্লু
> লেমনা থাম্মু চারজবা নৎচদে, লমন শিংথীম্মু হারজবনি.। ইনম।
> থাম্মু থোঙদা হেৎতৈদ', লায়রবগী থরাইদো
> নচলনা কনজখিবনি। ঙসিদি মতুগী লমমদো শিংহল্লো।

বাকন অসি তাবদা থরু কুমিন কথা মারক্‌তুনা,— "ইচেমগী ইবুঙো কবি তৌরি ? শিবা মারে, শিরুরো। মতাং অসি কৌরবদা সনাবু থাদোকে নীংলবদি ইচেমবু হাৎপা পাপ পুরো।" —হায়রকই। "ইচেম নংবু যোকপদা বাথিবগী লমমদো, ঙসি শিংবীরুরো।

"খম্বনু মচেত হৌদোক্লকপদা' ঙ.ইখরবদি, পনবা মাক্কহুনা থোরক্নে।
থোক্লাদদা চপ লেপনগা লাউরকই,

হাঃ ইবেম' হুংশিবী !
কবো চেকলা শকহেনবী মোইরাং চেকলা অথোয়বী
লমখাঙ পাইরকপগী বাথিনি ।
ঐগী পহৌগী শঙ্গাম কাবুপ মাপনদা

বাংলেন মীৎকুপ অমতং ওইরবসু পোথাবীমসু থোইবীনা অদুক
খুমখৈরই,—''অদুক হুইনা কৌজবা হৌজিক্ত লেংথোকপিরকপদি
হুংশিবা হাৎলি থওজরে।"

অসি হায়রগা মথা পাংনা খগোল থোক্লে। খম্বনা খল্লি, কম্বিদো
থোক্লিবা সিবে ? ঐনু লওনগে লাকপরা ? অসেংবদি থওনগে অদুম
মীৎলহুনা লাউনা লাউনা ডায়কই,—"হেঃ ইবেম থোবীমো ! অতোব
ময়বা থোবিমো। ঐম মথোয়গী খোঙ্গালদা কাগে।" খম্বনা ডায়রক
পদিদা থোইবীনা অদুক কম থোক্লিবদো পান্মুবগী পাঙ্গল হঙ্গিলম।
হঙ্গিনত্রিবরা যেংলিবদি ।

থুদক অদুমত্তদা খম্বনা খগোল কাথে। খগোল কাবা লোইরগা
থোইবীদু লেওখয়লি, হায়রক্নে। ইবেমনা ইকাইখগা লোয়মনা,—'থোংনা
থোংনা টঙ্গথা লৈরাংদি, খগোলদগী হেক্ত চিংখবীনু।'

খম্বনা,—'লাকওনে, পোয়গে।'— অতাং মনম ওহোয়কই।

থোইবীনা ডাইরিবসু অতাংনা মনম ওহোয়কপা ডাইরী খাসু থোওদা
যেৎপগী উমথা খবং খবং ওৎহোবা ওইশিন্নবা যেংখদি। খম্বনা মনম
ওহোয়কপদা খম্বনা ডাক্নো অমা, খগোলনা ডাক্নো অমা ওইরগা ইবেম
মমক্ত লেওখরে।

থম্মুনা থ্‌মজা পুথোয়ক্ত্‌না খগোলদু পেন্নবা মীচৈদ। থোইবীনা
মাচলগা শাটৈবগা লোথোক্ত্‌না খগোলগী মথৈদা পুমখিনে। খগোল

থাদোক্লবগদগা, ইবেম ইবুংঙো' অনিমক মমাবমাংমদা চংঙলকুনা' হুংঙাই ম ইথী মরাং কাবনা থুৰক্খে ।

হুংদাংবাই হুমিং তাশিল্লকবদা থমহুনা থবু য়েংহুনা তাকপীরকই, 'ইচেমগী ইবুঙো মোংবাই, নংনা ফুমীন নৈমিবসি চুমদবনি, ইপাথোংলেম্ম তা'কউ, উমান তাকউ । থীল-বাই মোংবানগী লান অমা থুরেলমনি । নংগী ঐগী মী কনা লৈতে।'

থমহুনী বা তাৰব থুদক অমমক থবনা চেনকংহুনা কৈথোইচাবদা তাকয়ে । কৈথোইচাবনা মপা মোংথে'ম্ম তাকলে । চাওবা মোংথোকপু অমুক থীমমদনা, মমাক থবা পুহনা থোংলেনগী মুমদা থুৰলয়ে । পাউ-থীথীক তমখে । থে ংলেম পেমহুনা হায়রকই —"হাইং মুবা, হজিকমক ঐগী ইমাগী হুব, চংলো অমহুং ইত ও মোংথোন নংগী মমাই হুব হ থাখে। পামি মোংবাইগী মমু দা মোংবানগী লাম্মো তাকহল্লু ।

অহুমনা লানথোং শীনদে'ক-থ । অসিগী মতুংদা থোংলেনগা চাউবগা অমিম্ম অচিকপদা বা' ত'মংথে । অশোমদা থবগী মমুমদ: নীপা হক্ষুম লানথোংশিন্নুনা তাকখে ।

অদোমদনা, মোংবানগী মঙা' করম তৌরি ? মোংবাম্ম কমাওম কৈথেন কাথীশিংনা হায়মমই, "ইবুংঙো মোংব'ম, নংগী থোইবী হাঁয়বীদো মোইয়াং থুমক মৌথোয়ে । নংদি অসিদা করি তৌরিবগে ?"

মোংবাম্ম ইঙক ঙকুনা লাকপনা বাঁজোল তমপাক শঙদা থুংলয়ে । মুথয়াজদা থুমনবৈম মনা'ওইবুঙোনা মোংব ম্ম তাকপীরকই, "তমুমমোংবাম, নংগী মমুমদা ইমোম থোইবীমু থুংলবমা ?"

মোংবামাঁ খুমবৈম, "মনাও ইবুংঙো, মমোমদি শগোল তোংবনা চেমখে ।"

মোংবানগী পাউদম তাবম বাঙ্গোল নিংথৌনা শাউরকই, —"হায় মোংবাম হাযব, অচাওবা', হুপী মচা করিমু থঙমবী অমুদা শগোল তোংবী

সীং মংগী মম রী, ইথোমমা শগোলগী তাহুন শিরবদি মরূপা মথোং মথুং ভেক্রবদি নংমা শিংগথোকবনি হায়বীরে ।

মনা মাথং ভাবদা থোংখান্দু ভাউরদুনা 'থিজকথিগে' হাইরমলগা চেনখে । মতোমত মকম খঙদনা চেকৈপাত্ত নৈবমা মেংলুমখগে নৌংহুনা লাকলে । চেকৈ লমজাউনা মাগী শগোল কাকম্ব শজিক চাহুনা নৈরখ্বু মাগী শগোলমি খঙখিদে ,—'মোইরাং লৌমী লাকপদগী শগোল অমুবী অসিদি মচা অমা পোক্লবোমে'—খন্নী । থোংখান্দু মশা গী শগোল মশক খঙদমখৈ ভাওরে । খমা অমুক মকথিলক নং [illegible] শগোলনি হায়বা খঙলে । থোংখাম্ব শাউমনথিহুনা শাগালদা চৈরকই,—"হায়, মপু খঙদবা শগোল, মংম্বু ঐনা লোইবদু শজিক ঐগী চরগা হুপীদি মীগীথিমবা থাকপমা ? —চৈথি । ভহাক নৈমগা থোংখাম্ব শ খমে শাকৈদবে হাচমবে শমাইদে পুমমক অহু লৌথোক্‌-না মমমদা পোশিজে, অহুগা শগোল ক্‌হুনা ভাৱখে । অসিগী মতুংদা থোংখাম্ব থোইবী নৈবমা মেংগে কাহুনা খবগী হোৎনদা চঙলকই,

মতম অহুদা থোইবীদি খবগী মকোন পানা থুদপ মথুংনা পারহুনা খবদা ইৈবগে লাক্লরি । থোংখাম্ব উরহুনা খন্নী পুক্লিংদা, ইকাইদবী থোইবী মীরম চাউবী মনা, ভশিদি মানা খবদা পানা হেক ইরবদা ঐনা নৈহুম থাগে মীংলহুনা নৈহুম পায়হুনা ভাইখে । থোইবীদু খবদা পানা হেক ইজি । থোংখাম অহু থাগে থমম কাউথিহুনা নৈমাই খক্ত থাদিরে । মতুংদা খমা মেংহুনা হাইরকই, —"ইভাও খমা কায়থোই থোইরীদো থাদোকলকউ । মাগী মহৎ মমাগা লুপাগা মমেপ ভম ঐনা শীংগনি ।"

খবমা ভাবহুনা কমকম লাংদগী হৌগত্‌না থোঙকম মঙাদং চেহোক-হুনা লাউরকই, —" হাই থোংখাম চীনথিবা, ভাইরমথো । মথোইগী হুমদা নৈবী ভাগোই মঙাদো লৌমথো, ঐগী হুমদা পুমকউ । মথোই

মতা অহুপ্পী মমম চপ'চানা হনবী.গ।"—হায়হুনা থমনা তানবদা মোংবান্দু শাবোৎ শাকৈ শাবাই পোল্লুনা চেনখ্রে।

মোংবান অহু মাপ্পী মহুমদা থ.ংখ্রে। মমশূক তৌমদা মোংবান থোঙ্গান্দ চঙলকই। মচম তে যোমা ইশৈ শক্.না হংলমই, —''তাবো অচৌথ', ইমম্ব শীঙদি কদায়মো ?"

মো'বান্দু ইকাইবনা মচন্দু ক.থীমে। তোমোম্ব কগ্.না চেনখ্রে অহু উমদা মোংবান্দ মমাম হংখি,—''কমি তৌমে মোংবান, মনাদি কদায়মো ?

মোংবাম্ন থুমখি—"তেমা পোকপীদা নীপা হমহুপা থমগা তাইয়মই। মথোই মীমাম ঐহু মৈহুনা থোইবীহু মুনখ্রে।"

মোংবানগী পাঙ্গদম তাবদা মীথাম পুম শাউমমহুম,—"মা'তুম থুঙ্গাংবা মী থোমদি মৈমগা অতোম অহুক চাউমমু কিদবা থঙগমি চংসি অতোমগী হুপা মথৈ থুংলাম পাইমু থমদো হাংতোকসি অহুপা থোইবী মুনসি" লেপ্পচুনা মুংদাং মতম তাইহুনা মৈখ্রে।

অসোমদা থমগী মহুমদহ তমথ নীপা ও'মা লামথাহুনা তাকখ্রে। মোংবানথোইগী মীদি মীশিং মামখ্রে হাই। মীমাম অমদি মোংবান থোইগী মমামশি মুংদাং খেঙলমদা লান চঙলকলে। হুপা অমিথক্তী, থোইবীমা হুংদাং মনিঙথোঙদা চিঙ্গেংবা থোমকপদা, মমাদা কিহুম মমহুনা ঐথোইমা পুমকনি হায়হুনা থ্.াইগী মীমাঙ থাহুনা চঙখ্রে। থমগী মনিঙ-থোংদা লুপহুনা মৈখ্রে। অহিং অসিদ; অতোমগী মীমাম অসিমা চঙলকপসি থোংলেনগী মমাই মুমনা থঙখি। মপুক্কিংদা থমি, মীমাম অসি থেংনবা অমা তেক ক.মগে হামমু ঐথোইগী মী তইমম থোক্লমদি কমমোই, অহুমদি হুংশা মমিম মম পোকহমগে মীংহুনা মথুক পাইথা চৈহুনা মালেম থক ক.মগা লাউমকই। অসোমদা মুকথাম হংলকই,—"ও কমাবো' ক.মিথা অহুমু ?"

# কংলা ব্রাক্ষোঙবা

মোং হেক তাবদা মোংবান অহ্ মপূ ইবুংঙো মোইরাং থিংঙৌ সনা মাঙদা থংলদে। সনা মাঙদা থুম্মী। থিংঙৌনা মনাইবু হেংজনা হংখিখি,—তদুনে মোংবান! নংনা অয়ুক ঙম থিংঙৌ ঐগী ইমাক লাকপনু কম্রি হায়মীংবা তৌখদে?

মোংবান হংলংঠৈ,—"হামংঙৌ, বাক্সেংল থিংঙৌ সনা মাথংনা ঐবু অয়ুক কৌখিহ্না ঐহ চংচরই। তাকপিরকপা মাথংদি, মোংবান কোংমাদবা, ইবোম লাংলেন ইবেম্বদো কবোদগী ঐনা কৌথংলি, লাক-খবি লোয়রবোই। নংহ্ চংদুনা তেনা থাদা ওকচক, নমুম লাক পুবনো—অদি হায়খিহ্না, মনাই ঐহ সনা মাথংক মকদনা চংচহনা লোই ওকঠৈ।

"ঐনা তাইবা মকমনা খুপা তেনাথাদদি। ইবেম্মহ্ কবোদগী লেংঙক্ননা তেনা থাদা,'ঐগা উটৈ, পাবুং সনা মাথং মচুং ইম্ন ঐনা তাইকফিবদী হায়হ্না ইবেম্বদা হায়ঠৈ, সনা ইবেম্মনা অয়ুক তাকপিরকই ফুডাইযেদা ইঠৈ মোংবান। তাইখিরখ মায়া করে। ঐহ ইঠৈ মোংবানঙু লোম্নুনা তৈনবা মতম কৃইদে হায়বী, অম্রব হায়না হায়না হয়াউ হয়াউবা লেঙখীয়ক্কনা অঙোম ইম্ম মৌজদে। ইবেমগী পুকনিংনা চিংনবা তৈনজনা লোঙ্কনা থেহ্না অঙোম ইম্মদা তৈরীদে।

"ঐথোযগী অঙোমগী অহল ললন মরাম থিরহ্না অহল লমম মখামহ্না তাকপি,—সনা ইবেমন ফুম্মিদাংগী লুকপি অয়ুকং হৌখিহ্না ঐথোয় থরা থখলংখি কংলগে। ইবেমন মাখিরহনা লুক হৌখিদে। লুক হৌবা লোইহ্না মনাবা পীজদে, হাউই, হাউই, চাবদে।

মথায় চাবা লোইমধুখদা মখিঙথোঙ পৈথোপতা সনা ইবেম্মনা

চকচীক লাংবা লেচখোকই। মতম অহুম্না ঐখোয়গী কম্বিষ্ণ থঙনদে। তাইহংক লৈরগ। "ঐখু কাযে ঐখু কাযে লাউরকই সনা ইবেম্মনা। অহু ভাবদা, ঐনা, "কনাবো কনাবো" হায়রুনা চেখোক্লে। ঐনা চেখোলখিবা মতমদা, মশক্তি অমংত থঙদে অহিং ওইবনা, খুংলাই পায়বা মীদি ওখোকন' য'মথরে। মসিদি হৃপী হবা লাকপা লান ওইবা তাযে থঙহুনা ইমুংদা খুংলাই লৌবা চঙৈজ। খুংলাই পায়হুনা ঐনা থেংনমগে চেখোরকপদদি অমংত লৈরমক্ষে।

"ওসাই ইবেম্মনা লাউখিবা খোঙ্গেম্ম হয়ানবাসিংহুনা ইবেমগী সনা চিনবানখোংদা কিবুল নথদা মেক লাউবা ওইবা তাই। খোজেন খোক্ল, "ঐখু কাযে কাযে" হন্না লাউরক্লীবা মতমসিন ঐখোয়গী চিজোল মনিংগী সথল লাহোকপদা য়ামগী কিবুল তাহুনা লাউরকপা য়াগ্নি। মতাং অসিদা অকোয়নবগী ঐনা খোকচনবদা লৈরমক্ষথুবা মৈয়াপা মৈয়াপা থিজবদগ্ন ইবেমগী খোকুল কংল্লে: অসিনা পেজহুনা মীযায চঙহুনা য়ুমথোঙ য়ুমথোঙ চঙহুন: হংবদহু লৈজে। খোং পুংভান তানহুনা থিনবহুনা খখগী মযুমদা চঙহুনা মেংলুবদা সনা ইবেমহু খখগী মযুমদা লৈরমদে। হয়ানখগা মালপা লোয়ননা ফংজয়ে। ফংলবা উয়বা অদুদা ইবেমমু খুদাং পায়হুনা চিংগদোখমু চাইনা খোংজেন হানগক্রা হায়হুনা পুজয়ক্কে।

"মপু সনা যাথংনা থবু ফাবিযগা মনাইগী অভোমদা সনাইবেমবু থাবীমু, হঙ্কচরি।"

নোংথাম হায়রিবা যাকমসি ভাবদা মোইযাং নিংথৌনা খোইঙ্গন মোমোন নোঙ্গ্না নোংথাম মেংহুনা তাকপিরকই, "ভুমে নোংথাম, নংনা হায়খিবা যাকমদো নিংথৌ ঐহু অঙকপা অমা ওইযে। মমদি ইপাগী ইমোম ইবেমদো অহুটৈ নহানবোং 'ইকোপপুভদা কাতকাটৈ, লৈথাক অনি কিমবা নিংথৌ অনি কথদা, ভমুমনোংযাই নহাক্ত ওসি

কেগে লৈবাক মীয়াম পুন্ড লৈখিবা তাবদা শাকম ল নকম ওইরবা তারে হায়রুনা নংক্রীংদা চিংনবগা লোয়ননা অচম অথৌ পুন্নমক কংলা ভুম চেনথংনরক্রে সনা কোমুংদা মীয়াম পুন্নমক খুংথরে। মীয়াম পুন্নমক্না মপু সনা মাচুদা হঙ্গংলি,—"ইনিংথৌ! ঙসি কংলা মাইথুং অকুপ্পু মত্তাং চাদনা লৈবিবা শাকম লানফম লাকপরা?"

মীয়ামদা পাউ তাবদা মোইরাং নিংথৌনা খুমলকই,—'তন্নম অথৌ লিচা অচেনবথোয়, শান্ব কৈরেল শকপা কৈরেন নোংশাওখাশিং মথোয় তাও. ঙসি মাইথুং লৈবদি শাফম লানফমগা নত্তে, নোংবায় লৈবা পুভনী। মসিগী মতিক চবা দন্দিদি মীয়াম লাক্লগা পীসি হায়রুনা নোংখানবু চৈরাক শন্তদা পুন্দুনা থম্মী।"

মীয়াম পুন্নমকসু মফম মফম লাংদা ফমহুনা লৈরম্মে। পুন্ডগী পুন্ডখোল তংবদা খোংচেনংসু স্নমাং মথোইবুংদা থোক্লুনা শাম্মী লাম্মী উবদা কাপদুনা লৈচিন মমি য়েংলকই। কোরৌ থঙ্ক শাম্মী মচা অমতমক উথি। ঙসিমক থোক্লদবা শামী ওইনা উখিদে। খোংলেনসু নোংবায় তৌবা খুৎশিন ওইরিবনি খন্দুনা মফম লাংদা চক্রিন্দুনা ফমহুনা লৈখি।

খুনক অতুমক্কদা চাউবনা নোংথোন খোংলেনগী য়ুমদা খুংলরে। চাউবা তফিং তফিংনা খোংলেনদা হংলকই,—পাথৌ খোংলেন অথোবা!! ঙসি কংলা মাইথুং লৈবসি করিগীনো?

খোংলেননা মোমোন নোকঅতুনা চাউবা য়েংদুনা হায়রকই,—ইতাও চাউব, নংনা অতুক হুংশা খীরিবা করিগীনো? নংনা ফবদি শেন চাবদনি, মথবাইদি ঙবতাংনরে.

চাউবা নোংথোননবনা,—নংনা মীগী শেন চাবা পত্রবত ঐনা হংলিবা থাকনসি খুম্নু।'

খোংলেননা —লান নত্তেনতৈ, অতাওবা, শামী মচা অমতংদি উই,

ঙসিমক থাকদব শামী নত্তে, চিংনগন্থ. মসি নোংবায় শীনবা খোয়াং ওইরমগনি। কৌজিক্তৌ চ উব নংদি নিংথোঙ্গয় পাঙ্গিবনি. মনাই নশয় লৈরিক লৈয়াক থাজিবনী। নংনা গাইবুঙ মথোল তারগা অদুক কিয়বদি পাঙ্গি নোংমাই কনা লৈজদবা ইচাদি কয়ামুক হায়মগনী। মময় অদু লৈবনা কোঙ্গুঃ কাবা তেংকথিাস, নংগা ঐগা খুংশয়হুনা নোংমাই ইচাগী মনাক্ত চংলুখিবা তাই। অসুম হায়নয়দুনা অঙম অনিমকসি খুংশময়য়হুনা থম্বগী ময়ুম ক্তয় লাক্ল। নোংমাই থোঙ্গালদা অঙমবা অনি চঙলক্লে। থম্বগী ময়ুমদা্দি চেঙবা খোংলেনগী মনাইনা থয় লৈরবনীমা চাউবা খোংলেন কেক উবদা চেপ্সিনজ্জুনা থম্বদা তম্লযে। মপা ইবুংঙোগা মমানগা লেংঙকই হ'য়ব পাউঁস ওবদা থম্বা অমুক পল্লমত্রে চেহ্নোয়রক্লে। মপা ইবুংঙো, মমান ইবুংঙোগী মথোঙ শোক্ল থুকল্মী থুকম্বদু লোইয়গা হক্সিলদুন থুক থুনক কুন্দুন ফমলৈ, মথুং অনি লোয়হুনা তাংজা লুক্ল ওঙ্গ চৈ, ইয়ান ইবুংঙোনে ইপা ইবুংঙোনে লেঙবীয়কপবু তোল্লবা নচ'দা ত.কপিবা ম বমথৈ তাকপিয়ু।

চাউবা খোংলেন থনিনা মমাকপু শিং শিং নামলগা তাকপিয়কই পাম্বি ইবুংঙো নোংমাই, হেজিক কংল ম ইবুং লৈয়িবদু নহাক তাহোন্ত্রা ?

থম্বনা, ত লৈজ অপোকপা, খুমলৈগ,। মোইরং মীয়াম্ন কোঙ্গুংওয় চেনথংহুনা বানয়িবসি নহাক উবরা ? থমন, ইপা ইবুংঙো তোল্লবা নচাম্ন উলৈজ, খুমলৈজ।

"মীনা লাঙডিবসি উরগা নপুক্লিং হাবরা ? হাগন্থ ইপা লৈ। নপা লৈতে, নয়াম্ব ননাও লৈতে কপ্রমংতা চিংনগন্থ, থোংলেন ঐসে থম্বা মংগী লমনতোল্লিবা নপানি কাউগন্থ; অঙাং মংনা পীকলিলৈ, নপানা শিরবদাইগী মতমদা, থোংলেন ঐঙোন্দ নচা ওইহৌয়ো হায়হুনা শিরমখনি। নংদি ঐ ইজানি। মচা অমগী মপানা পাঙথোকপা

য়াবা থবক্তো ইপা খমন্ত পাংথোক্লি, হন্দক্তি লমনশিংলগে পাওথোকে যুবরাজ কে হূংদো, ওয়বদি ইপানা থাবো মৈ থাগে,. অচৌম শাটেগসে নিপাগী জাৎ থমগ্নে য়াই। ইপাগা কোয়না শিমিয়খিগে, থোংলেম্ন শিখিবা ভূংদা, পাম্রি নহাক্তি মেক্ক তিংথং লৈতনা পানহোবো। কিগন্নু, ইপা লৈ, নংগী করি বাৎকনী।

থোংলেম্ন পাম্বোম তিংবন্ন উরগা চাউবনা মমাক য়েংতুনা হায়রকই, "মাকলোয়েন ইবুংঙো মাম্ন বা হায়গে তাও, নপা থোংলেম্ন অয়োইবা বাশক পীংখ্রে। মাম্নগীম্ন ঐনা চমক্লগদবা মথৈ নঙোন্দ হায়গে তাও খম্বা নোংবান নথোয়' অনিগী ময়মাস, শাকম লানফম তাবদনা নপাগী দাম্রি ওইখ্রে; কংল. বিচার তৌবা তাবক্লবদি মহূগী দাম্রি মাম্ননা ওইগনি। বিচারদি থমখিসি, বিচার হোবদা তারিক পংথৈদা মৈথোকনি। মথোম অনিনা চাকচন চাহুনা কাবসে বিচার শুকতৌ তৌয়োই, তারিক্তা মৈথো-মৈথোক্লনা থমগনি। য়াম্ন কুইনা মৈথোকপা ওমজ্রবন্ন চহি মঙাদি তারিক তৌতুনা থমগে।"

চাউবগী য়াঙাও তাবদা থোংলেন পেনমনথ্রতুনা চাউববু চেক্লেং কোম্নি, হূংঙাইদা ইঙাও চাউবা!! বিচার শুকতৌ তৌদন চহি মঙাবু তারিখ চৈথোক্লনা থমগনী হায়বসি তাবদা পেংলে। অতুবু মথোম লাংলেন্নো, তারিক তৌরিঙৈ মহূংদদি কদাইদা থম্ন তাই?

চাউবনা থুম্মী, ইঙাও ইবুংঙো, বিচার লোইত্রিফাওবদি দোথোর পাম্বনা কল্লি। হমেং বিচার লোইরগা অচুম্বগী ওইখিনি, লোইত্রিঙৈ মহূং অসিদি নপাম্বগী পুজারি ওইগনি।

চাউবগী বাহু তাবদা থোংলেম্ন ওৎথবমথৈ হেক নোক্লকই, অহূগা মচা নোংমাইদ হায়রকই, পাম্রি ইবুংঙো নোংমাই, বিচার লোইত্রিঙৈগী মহূংদা, নমুমদা থোইবীনা পূজারী ওইদুনা লৈরবদি, খম্বা লৈরগা থোইবী

চাউবা খোংনেমগী ৱা তাবদা — মোইরাং নিংথৌনা থাগৎকই,— "ইপু চাউবা খোংনেম অনিমক, মকম লাংদা কম্বু, তনিগী মাইথুং থৈখিবা, নিংথৌ ঐগী মাথংনা থৈখিবা মতে লোইবম করিগুম লৈজবা বাকমগী মরম তকলে লৈতনা থৈখিবনি। মতুগী মরমশিংদমক লোইবাম কাপনা অতৈ বিচারগী মথাক থেক্না তৌহো লাউ।

নিংথৌগী মাথং কংবদা শংতাইদু খাঙলোই লোলাই পাবদা, 'নখোয় চংতুনা লোইবাম লৌরুচংনু, তাকপিরে। লোলাইপাবা অমি থোরকলুনা লোইবানবু চৈরাকশৈদগী পুখোরক্লে' লোইবানশু শনা মাঙদা থুংলরে। থুংলবগা, ঐবু কৌথিবা করি মরমগীমো হায়রবগী মহৎতা, ঐবু কৌব কনানো, হায়রে। চাউবনা লোইবাম থেংনুনা হায়রকই · হায় হায় লোইবান কোংয়ামবা! করিগীনো মহাক ভসি কংলা মাইথুংগী মরম লৈতনা থৈ হায়বসে ?

লোইবাম থুমী - সনা ইরেম্বগী মরমশিংদমক থৈবনি।

চাউবন অযুক হংলকই,—সনা ইরেম্ব করিগী থোকখ্রম্মা থৈখ্রবনো ?

লোইবাম থুমী,—ভরাং অয়ুক অতৈবদা মাঙোলনিংথৌনা ঐবু কৌথি, লোই ওকউ হায়, সনা মাথং পুতুনা ঐশু লোই ওকপা চৎলি। কবোতাবী ইরেম্বশু ঐগা লোয়নতুনা অতোম যুমদা থুংলরে। তুমি-দাংগী লুক হাবা লাইবগী চীনচেংবা খোকপদ খুবলাই পায়রবা হয়ানবা ময়াম ময়া কিবুন নমতুনা ফাতুন পুবিখে। ইরেম্বগী খোজুল লীতুনা যুমথোক নমগুনা চংবদা কংলে। লোইতাকপদা খবগী যুমদা চঙ্লুবদা হয়ানবা খবগী মরুমদা সনা ইরেম্ব লৈরৌরে। হয়ানবগা মালগা কাপরে, হয়ানবা দপি খৌথিরো মাল অদুদি অতোমগীনি পীবিয়ু, হায়দগে হায়তুন লৈবাক মীয়ামগী তিয়রবশিংদমক থৈবা মাইথুংনি।

লোইবানগী পাউথুম তাবদা চাউবনা মোমোন লোক্তুনা হায়রকই অদুদি লোইবান নংনা মাইথুং থৈকখদি মজা ইরেম্বদি কংলম্না ?

লোংবাম, —কংজত্রী, কংজগে।

চাউবনা অমুক হায়রকই, —নংনা ননিং তমজুন্না ইবুংঙ্গোনজুনা যৈরগা কনাদা কংজগে হায়রিবনো? হোজিজ্জী, — লৈবাক থুগাইবা নহাক্নি। মোইমাং লৈবাক অসি নংনা থুগাইরবনি, লৈবাক থুগাইবা নহাক্কী থমকম লোজে।

চাউবা লাংথোমবু যেংজনা মপু ইবুংঙোনা মোইমাং নিংথৌনা অমুক তাকপীরকই,—ইপু চাউব লোংথোম বিচার মক হকনা লৌ।

চাউবা লোংথোম থুবৈজ,—ইনিংথৌ বিচার কুইগদবা মজে, সনা মাথং য়াওদনা মংজন মাইবু লৈরনবা মানা নিংথৌ শায়মব, নিংথৌ মানা অইরু হায়বগী প্রমাণি। মরম অমতীক মোইমাং অসি মইবুং লৈরকপদা লেপ্তিবনা, মাংলৈগী থচদনা চেরথি। লৈবাক থুগাইবা হায়বসি লোংবান মক্ক অনৌ। মরম অনিসি লৈবন লোংবানগী মতীকচাবা বিচারদি। কেগে মীওংপুক মোইমাং মীতুকম অদুনা পুশিনবা তাই।

চাউবাগী বিচারসি তাবদা লোংবানদ পোকপা থম্রাকপা কমকমদা কথ য়াংলে, মাঙ্গ মথং চি ঙুংঙ ইতনা কনখিসনু। মোইমাং নিংথৌনা অঙোম যেংজুনা হায়রকই, হায়ঃ হায়ঃ অচোমশা!! চাউবনা তাঘিবা বিচার অসিদা লেংনিংব কঙ্ঘি য়াওবগে? য়েংচব য়াগনি।

সনা মাথং কেক কংবদা, লোংথোম পোকপা থম্রাকপা, থম্রাক হুংঙাইতনা কয়বদগী হোগংনক্রে। সনা মাঙদ থুক্কমলৈজ, মথুং লোয়মনা থক্কংলৈ,—ঐবু লাইব ইনিংথৌ!! নন'ই লোংথোমমা তাঘিবা বিচার অসি থম্রাকপনা চিংনলৈজ, কংলাগী মাইবুং লৈরগী লৈবাক মীয়াম কায়গে, নিংথৌ শাজনা লৈরগে, চায়বগীদমক লোংবানবু হাংজু হায়রমসে চুম্মোই-দমাকে ইনিংথৌ। মরমদি — কংলা মাইবুং লৈরবসি শাবাউ লানথাউ-গীদমক লৈবা চংবগী লিয়ম অমা লৈ, পাথাউকোক চংমবা, পুথাও

কোক্ন যানবা ৱানি। ঙসি অহিং অতোয়দা থুংলাই পায়বা মীয়াম লাক্তনা অতোম হাংলু হায়না কোইশিল্লগা মযোম লাংলেন হৌখিবু থুংলাই পাইখশিংনা মশিং যাইদনা অহিংদা লাকইবদো — মতুম লাম মথন অমনি। লানগীদমক য়েবা য়াই হায়বা চংলবী লৈবনা ময়ম ওইত্তনা — নোংবাম্ন য়াইবুং য়েবসে লান্দবমা থনখৈ।

খড়্র কপম: মচাগীদমক য়েংলকপা ৱাকম অহু চুম য়েংপন', চাউবনা নোংবান খাংদ্র হায়বগী বিচাম ভাথিবদো ককথংলে। মপু'ইবুংঙো সনা য়াথংনা, — ইপু চাউবা নোংঃথাব। নোংবান শিবমক্তি য়াম্মোই।

চাউবা নোংথোব, ৱাফম অসিদা থক্তুং ইকাইবা কংখি। কমকমলাংদ হক্তিন্দুনা ফমথ্রে। ভাইহাক পুদোই লৈমগা মপু'বুংঙো মোইরাং নিংথৌনা চাউব: য়েংদুনা হায়খি, — খম্বা নোংবান অনিগী নোংবানবু বিচারদা, খাংভবা ভাই হায়বাগী য়াভনি, বিচারদি লোইক্রি, নোংবানগী য়ুমদগী লাংলেন হৌখি হায়বা অমা লৈরি। মতুগী হবগী হুদবগী বিচাম অমু মথ চংথরকউ,

চ'উবা নোংথোবনা সনা য়াঙদা থুমখৈ, — ঐবু লোইবা ইমিংথৌ !! মনাই খম্বা নোংবানগী বিচাম্দা মনাই ইপু য়াওনরমোই, মপু সনা নোংদথীয়ু।

চাউবগী ৱা ভাবদা মোইরাং নিংথৌনা হায়রকই, — কখি মমমগীদো ইপু বিচাম য়াওরমোই হায়বসিবু?

নিংথৌগী ৱা ভাবদা চাউবনা থুমখৈ, — ইনিংথৌ, খম্বনা ইমাক্তি, নোংবাম্ন ইচানি। ইচানিপাগা ইমাকনিগপা থংনম্নবদা মনাই চাউবগীদি ককক ইহৈ লৈমমোই, অচুবনি অমংতা হায়বীমোই। খম্বনা চুম্নবত্ত মমাক মীচঙ চঙঙী হায়গনি নোংবাম চুমবহ মচা মীচঙ চঙঙী হায়মনি। হন্দক্তী বিচাম অসি য়েংপা হৈবা কাঙবুনা য়েংলকপদা মোইরাং চাউবগী লোমকম লৈক্ত্রে। মচানা ৱা খোকলগা মচাগী বিচাম মপানা ভৌমবদা

খম্বা চাউবা তম্বা মুন্দং চঙলকউ হায়রক।

থুংক অহুমকুদা মুক্তা মহু থোরক্লনা — খম্বা খম্বা চাউবা ফমনাইবা নিপা তম্বাদা কংলাপী মনিংগী লৈকোল্দা নোংথোম্বনা মথোয় অম্বা দং লাকউ লামরি, হায়রক্লে। চাউবা কিবা ঙাক্তনিনা লৈকোলশুংদা থংলরে। নোংথোম্বগী মমাংদা তম্বাতুনা থুরুম্মী, —ইবুংঙো নোংথোম্বনা ঐখোয়বু কৌবিষবু করি তাকপিগদবা লৈবগে, হঙ্গংলী। চাউবনা তম্বাদা হংলকই, —ইমাম্ব ফম্নাইংশিংমকপু, ঐনা হায়গে নীংজবদি মমম অসিনি — হন্নকী বিচার অসি ইমাম্বশিং মথোঃম হন্ফনা তৌবা তারে। ঐখোয়গী ঈতিক লৈত্রে, মখোয়না ফহনগে হায়বদা ফংনখিবা তারবনিনা থবসে. মপাগা ঐগা মরুপ শাম্ববা ইমাক্নী, নোংবান হায়বসিনা ঐগী শাপৈগী ঈনি। ঐনা শিবা মতমদা ঐগী ইকোক পায়গদবদি নোংবাম্নী অত্তংন্দাইন্দু ঐগীদি নোংবান মহাক্ক থোকই। হন্নকী বিচারগী মতাংদা ঐগী ইমাম যেংবিগত্রা হংজনিংতুনা কৌবনি।

চাউবগী ৱাঙাঙ তাবদা, চাউবগী পৈরে কিশি থঙদব; ফম্নাইবশিংতুনা মবুক ইত্তেং ত্তেংনা হায়রকই, —করি বানো ইবুংঙো অঙথ! ইবুংঙোগী মায়বু য়েংজগে লৈজরিবা ঐখোয়নি। নোংবানগী মীচঙদা শিম্বম্বু লেপচনি।

চাউবনা মথ তারকই, মখোয়গী ৱাদু তাবদা —ঐন্দু ঙৱাং হুমিদাংদা থেঙলবদা অঙোমদা চংথোক্লম্মী। মপা মচাদা ঐনা হায়রম্ব ৱা অমন্দু লৈজৈ, মরোন্দি মপা মচা পঙগন্দু, মীওইবা হায়বদে পাম্না মতপ অমনা চীন পৈবনি। লৈ পরেং অমংতনা ঙক পৈবনি। পঙগন্দু, তুমদুনা চীপতুনা লৈগন্দু, ৱা ঙমগে হায়রবদি, হায়রম্মী। ঐনা শিম্বম্বশিংদুবু মথোয় মপা মচানা ময়ামদা অমংতা লাকঅমদত্রা?

মথোয় তম্বা অদুনা চাউবগী মপাউ তাবদা থুম্মকই, — নমাই ঐখোয়দা নোংবান লাকঅম্নী, খম্ব খম্বদং হায়রগা তোকখি।

চাউখৎনা বাক্তম অহুম ফারে, পৈশা চাখে হায়বসি চাউবনা খঙলে, মখ তারকই, —"কুইরম্বু লেঙখে, ঐখোয় ফজীরিবসি খোংলম্ ইয়াং খঙথবদি হুংঙাইরোই। চেকসিনবাদ খর চেকসিন্নকো ইমাখখোয়। বিচারসে মোইরাংদদা লোইরোই, থুমন মোরনি। থুমদা লিংখো ওইরিবসি শবগী ময়াম্বনি। মোইরাংগী বিচার লোইরবদা থুমনদা আপিল তৌরনি আপিল য়াদনবা তৌবিরোকো।" আসি শিন্নগা থা দাকখে।

মখোয় তম্বাজুন্ন কর'উবা লোকখে। অসিগী মতুংদা চাউবন্ত কংলোকথুনা ফমফম লাংদা ফমরে। ওইহাক পৃথগোই ফমগ চাউবনা লাউরকই,—ইয়াম্ব ফম্ব'ইবসিং, মতম খেতথনি, বিচার তৌরে।

চাউবগী মপাউ তা'দ ফম্ব'ইব'শংগী ম'তুগী বিচার তৌরগদবা মী থম্বরক্লে। লাইরিক লইস্ন থেব' চটিদি মরা ওইদ্রবা অনিংবা শক্লে', মখোয়না লৌবা লাবে বিচারদি। মখোয়না বিচার খোকঅমদাই মতমদা ময়ামগী মরুগী অশল খর লৈবা ফজাইবা অমনা হায়রকই,—ইয়াখ, নখোয় অনি, বিচার তৌগদৌরিবসে চেকসিন্ন তৌ, শোয়হনগন্ন, ঙসি চাউবা মমিং মপাঙ অমা উচুম চুমদে, বিচার চেকসিন্ন তৌ।

অহলজুগী বাহুদ বিচার তৌগদবা ময়ইবা নহা অনিদুনা থীনা চৈনকই কায়দা। বাটৈদি, - থৈ অহল নবা চংজবা, লাইরিকন্থ থৈজবা মংনা করি ঙঙই। অহনজু উপায় পৈত্রজুনা, থে থৈফ, শোয়দনবা তৌ হায়বনি, লৈতৌরে ফম্নাইবা নহা অনিজু খোয়ক্লে, মপু সমা মাঙদ, —ঐখোইবু লোইবা ইনিংদৌ !! ননাই ঐখোয় বিচার তৌজগে — হায়রম্নগা বিচার তৌরক্লে। "ননাই শম্ব লোংবান অনিগী মযিদা বিচার তৌজৌ হায়না তাকপিরে, তাকপিরিবা মরম অসে, ননাই ঐখোয়না খঙবদি, খবনা লাংলি, নোংবান চুপ্পি হায়না খঙজে। ঙরাঙ অদি ননাই

ঐখোয়না সনা থোগল লোইরম্লা য়ুমদা কুমজখিবা মতমদ ঐখোয়না লমাইদগী নোংবানথোংগী ঈমুংদা য়াম নীনবা অমা তাকৈ। ঐখোয়নি লেম্নগা চাইহাক তায়, লাউনবদু ঈয়েপ লেপতে। ঐখোয়নিনা থকৈ, মখোয়সি থৎনবা তারে, থাম্মুসি, হায়দুনা চেক্সিনখীববু ঐখোয়না চেন-সিন্নকপদু উরমাক্লে, সনা ইবেম্মনা অঙোমগী নাক্লেংদগী,—তাদা লেঙ-শিন্নকউ হায়দুনা কৌরকই। ঐখোয়সু সনা ইবেম্ম লৈরবা উবদা ইঙক ঙকউরে, ঐখোয়না ঙকপদু উবদা সনা ইবেম্মনা অমুক হন্না তাকপিরকই, —ঙক্ষু তাদা! ঐ কবোদগী লাকপনি, হৌজিক্ক ইকৈ নোংবানগা লোয়-নদুনা থংগুম্মি। সে ঙক্লোবগী শরুক পানা খুদপ অমম্মতং চাখো হায়দুনা লনা খুৎনা তপ্প পানা খুদপ চাজরকই। অদুদি ইবেম্ম ঐখোয়সু চৎচরগে, হায়দুনা সনা মখোগ্ত থাদা খুক্ষমলগা ঐখোয়সু হকৈ। মরম অদু লৈবনা ঙয়াং নোংবানগীদা লৈহোবা ইবেম্মচুনা খম্বগীদা হৈন হ য়াম্বিব সনদি সনাসি খবনা নোংবানগী য়ুমদগী অহিং হুরুবা তাবনি। হুরানবা খম্ববু মতিক চাবা বিচার তৌবা তাই। মনাই ঐখোয়গী বিচার লোইজরে, সনা নোংদম্বিরো।" হায়দুনা মিংথৌ সনা চরন্দ পীশিন্নে।

মোইরাং মিংথৌনা চাউববু য়েংদুনা হায়রকই,—ইপু চাউবা নোংথোম্বা!! বিচারসি লোইবা য়াররা য়েংশিন্নু।

চাউবনা খুমকৈ,—"সনা মাঙদা, ঐবু লোইবা ইমিংথৌ, নিপা অনিসিনা তৌখিবাসে বিচার নত্তে, সাক্ষী জবান তৌখিদবনি। জবান লৌখিদৈদা সাক্ষীনা হাল্লকইদবসিবু বিচার মনিঙ মমাঙ ওইরে। বিচার পত্তিনা হায় জবান লৌবগা কোন্ন সাক্ষী কৌথংকদবনি। খম্বা নোংবান কৌশিন্নগা জবান হংগেদি হায়দুনা মখোয় অনিনা ঙয়াং অঙোমদা সনা ইবেম্ম লৈহৌই, ঐখোয় উরকই, হায়রিবা অনিসি নোংবান্ন লেল পীদুনা নেকপা সাক্ষী ওইগনা নীংই। মনাই চাউবদা তাকপিবগী

মতুংইন্না হন্দংঙবনি, মখোয় অনিসি বিচার তৌবা মী নত্তে।" হায়রক্লে। চাউখনা।

মপু ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌনা,—হায় কম্লাইব, মখোয় অনি কময়কয়দাংদা হল্লিজ্ঞ্, হয়েং থম্বা নোংবানগী বিচার তৌরক্লগা, মখোয় অনিনা থওই উই লায়নদো হায়বকপা হাগনি, হয়েং কোয় পুমো মকম লাংদা চঙশিল্লো।

সনা মাথং কল্লবদো তাবদা অনিদো মফম লাংদা হল্লিজ্জুনা চু হুন কমদে! মখোয়না কময়থরক্লবা মতমদা ঙসাই মখোয়না থীনা চৈথিরম্ব অকনবু তৌগংলকঅগা নিপা অনিচুদা হায়রকই,—ইবুংঙো কম্লাইবা অসিংবা। লাইনিংক চৈবা অনিমক, কমদৌই নমিৎলনা তশিং তশিংরা? মখোয় অনিনা চৈবা লাইনিংকসিদি ক.চিন্দ চৈব, সাইক্লিক ঙউরক্লে।

অনিচুম্ম খুমঙম থঙক্লচুন তুম্মিন মরূ নুকথতুনা চৈ.থ মপু সনা মাথংদি শোয়ন্দবনিনা অনৌবা বিচার তৌব মী থোয়কনমথা থম্বক্লে!

অসিগী মতাঙদা মখোয়ম্ম থম্বিম্মু, অতোমদা চাউবা লোংথোয় মাগী মতম কুইনা থুমনত্রবা নু, মতাং চানা চান, থুমবা নু থুমমগে। মীংলদুনা কংলাদা নু থুমখে। কলকী চাউবগী নু অসিদি ঊশিংদা থুথুবদা কবিশুব অনংঙ চঙসে, পাং তুরেন কায়দে চাউবগী নু থুমফমদি কংলাগী সম্রথাঙ অচৌবচুনি। চাউবগী ভাবনা শাথ লুস থুমবা লোইখে।

অসোঅনস্ত কম্লাইবশিংগী মরক্তুদগী নৌনা বিচার তৌগদবা অনি থকসু থোয়রক্লে। মপু সনামাঙদা থুরুশী, নলাই ঐখোয় বিচার তৌজম্মগে, হঙ্গংনি: মপু সনা মাথংনা. তত্বম অনিমক, অচুম বিচার তৌ, তাকপিরে। অনিচুনসু বিচার তৌরক্লে। "নমাই থবা নোংবাল, অনিগী বিচাব অসিদি নমাই ঐখোয়না কংজবা নমদদি — থবনা লাক্লে,

নোংবান্ন চুপ্পে হায়না নীংখৈ। হয়ানবা হায়ৎসিদি, অহিংদা হয়াঙ্গুবগা লুংখিন্দ মপু উনি হায়দুনা লোংলি। কেগেগী নিপ পুন্নমক কংলাদা চোন্ন তিল্লয়বদা খম্বা মাদি য়াওব্রি। মসিনা ভাকপদি ঙয়াং মজা ঠংবশবু নোংবানগী য়ুমদগী থবনা হকুবনা মপু নোংবানদো উগনি হায়না কিবদগী হয়ানবা মানা লোংপা ওইগন্না হায়না নিংখৈ। হয়ানবা নিনা লোংদিবত্থু খিবগা মতৌক চাবা দান্ত ভোবনা চুমগন্না হায়না থখৈ। মসিদা ননাই ঐথোয়না তোগদবা বিচায় লোইজয়ে, মপু সনা চয়ন্ত কৎচয়ে, সনা নোংদাখিরো।

মে ইয়াং নিংথৌবা চাউবা য়েংদুনা হংলকই,—ইপু চাউবা মোংথোম্বা ফন্নাইব অনিসিনা তোৎরিবা বিচাবসি চুমলব্রা য়েংশিন্ন।

চাউবনা ফন্নাইবা অনিদুবু য়েংদুনা হংলকই,—ইয়াম ফন্নাইবা অনিমক, নোংবানদগী থবনা হুরিবসিবু ইয়োই কয়ানো ?

চাউবগী বাংদং ফৈরেংনবত্থু তাবদা অনিত্থু মকোক ঙাওয়দুনা,— ইবুংঙো মোংথোম। নোংবানগী হুপীবু থবনা হবনি ইয়োই হবা নংঙো।

ইয়াম অনিমক, নোংবানগী হুপী হায়ববু মাগী ঙাক্লোই মঙাহুগী মহুংদা অহলনা য়ায়মরা থবনা হুরিবসে ?

চাউবগী বাফম তাবদা অনিদুনা অমুক থুন্নকই,—ঙাক্লোই মঙাহুগী মহুংদগী নত্তে, ঙয়াংদা কবোদগী লাক্লা থংলবা হুপীদুনি হুরিবসে।

অনিগী বাঙাঙ অসি তাবদা, চাউবনা সনা মাঙদা ঙখিল্লুনা হঙ্গংলী,—হানিংথো, মনাই অনিসে, বিচাব লানবা চুমদি থমখিসি, থোগজোন মচেৎ অমা ফাওবা য়াওদে। মথোয়সি মকম মাইবদা মতিক চায় চাদে, সনা মোংদখিবু।

মপু ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌনত্থু চাউববু য়েংদুনা,—ইপু মোইরাং মোংথোম, ফন্নাইবশিংসে থোগজোন হান্ন তখিথো, কোন্ন বিচাব তোহনশি।

চাউবনা মুক্তাম য়েংহুনা, —মুক্তাম, চৎলু মখোয় ফয়াইবশিংসে মপূ সনা মাচদা সনা ইবেম্মগী হুপী, হুপী হায়বগী থোগলোন কায়রে, নকম লাংলগী থোকখ্রো হায়রু।

মুক্তাম কৈনবা অমা হেক থোকএ। মখুৎ হেক লোয়রুন ফয়াইবগী মমাংদা হেক চেল্লহুনা অয়াংফম সোয়াংকী ফোলা তাকপগুম, মখুৎ লোয়রুনা, —লেঙথোকপিখ্রে ফয়াইবশিং, মপু ইদুংঙোনা থোগয়োন থঙদনা ফয় ইবা য়াদে তাম্লোকলে। ফয়াইবা ময়াম অদুনা খুমকই, করি বানে মুক্তাম? ঐখোয়দি সনা মাচদা করিমৎত হায়রুদেনা। হায়-জদবা তাঙজদবা ঐখোয়দি করিগী থোগয়োন কায়গনি? মখোয় থোগয়োন কায়রুবা অনিসে ইল্লে কাখা, ঐখোয়দি তোগংলোই। মুক্তাম অমুকসু হায়রকই, —নখোয় ময়াম চঙহুনা বিচার তৌকনবদা মাতিক চারে হায়হুনা খাদোকনা নিপা অনিনি। অহুনদি নখোয়সু মাওবা তাঙ্গনি, পম্বমু কায়রবোই।

মুক্তামগী বাহু তাবদা কনা অমংতা হৌগৎত্রে। মুক্তামনা খুজিন তৌরহুনা —থাইনহৈদা চগ্রপিয়াং কৌজিকহৈদা চম্প্রাসি — কৌজিক 'চম্প্রাসি' হায়রিবসি অহুহৈদা চগ্রপিয়াং কৌরম্মী। অহুগুম মখোই নিপা তরা থক্ত মুক্তাম থৌজিন্দুনা ফংহুনা তালহল্লে। মরোম্দি করি হায়, —মপুনা য়াত্রবা নখোয়নি, করিগী চকায়দহুনা ফমজিবনো। চৎখরো থূমমক, হায়দুনা তাম্লোকলক্লে। লৈফম থঙত্রহুনা ময়ামসি সনখোঙ তম চেম্লোকলকপবু ঙসাইগী চাউবনা থূম্মী হায়রিবা লুহুদা লোইনমক চঙখরে। মশাহু লোটমা চঙবা নত্তে, ঙযাং নোংবান্দগী লৌকবা শেনদে চাউবগী লু মকুতদা লোইনা তাহোরে হায়বনি; অদুগা সনখোঙ বাংমদা থোকহুগা তিম্লোই লমপাক্ত লোইনা কপহুনা লৈনখরে। চুম্লিদা তাইবংমী॥ বাযবা কান্দ হিক হিক কপ, পাংলব কান্দ চীক চীক চীক, শোয়ত্রব প্রমাল্লী, নোংবান্দগী শেল কৌরিহৈ

হৱাওই, মফম তাররবা মতমদগী হিক হিক লাউবা কপ্লক্লে। থুদক অত্থবক্তদা মোইরাং চাউবা নোংথোম্বনা ফমফমলাংদা ফম ফম ৱাথল তৌরকই; তাহোকথরিবা ফম্লাইবশিংসি, ঐগী থুজিল থোরাংনা লৌথংপিনব লাকনগে, অত্থুগা ওয়মথৈ পৈশাম্বু লৌথোক্কে থক্লকই। ফমফমলাংদগী হৌগৎতুনা মুক্তা খগ লোয়নতুনা মপু মনাই চৎকে তৌবত্থু থোংলেম্ল উবক্লে। লায়ওম তৌওমদবা থোংলেম্লিনা চাউবা য়েংতুনা হায়রকই.—হায় চাউবা !! নংগী চিন্নবা কন নং শেন চাবা থোক্তুব্রা?

চাউবনা খুম্মী —করি ৱানো থোংলেন? ইশা অসি পাতুনা ফমবা মাত্রগুনা মপালনোমদা থোক্কে তৌবনি অত্থুম হায়না হায়না চাউবা থোকথরে সন্নথোক্ত মপান্দ। চাউবনা থোরকপা কেক উবদা ফম তাররবা ফম্লাইবশিংতুনা চেনসিন্নকুনা চউবদা খুক্কম্মী, মতাং অত্থুৱাইদা চাউবনা,—করিগীনো? নথোয় মরাম্ন হায়নিংবা ৱাত্থু ঐহোক্ল হায়বু? মরাম্ন হঙ্গৎলি - মনাই ঐথোয়দি সনা ইবেম্মম্ম হায়জদে, জুপীম্ম হায়জদে শুকরাও মাওজদবনি। থোগয়োন কাখরুবগীদমক কাখবদি জুপী জুপী হায়রুবা সনা ইবেম্ম হায়দবা মথোয় অনি মফম তাথিসল্প, ঐ:খায় হায়জদবত্থু পুন্নপ্ল ইহোকপিবসি মনাই ঐথোয় পেক্লে। ঐথো:য়বু ফম হক্লিনবা য়াবগীদমক মতেং পাংবীয়ু হায়মা ইবুংঙো নোংথোম্ব ৎংগৎচবনি। মরাবগী ৱাম্ন তাবদা চাউবন খুম্মকই, মথোমনদি মাওদে কায়রিবা নিংথোমদি মাত্রিবা, ৱাফম অসি লুথরে।। অম্লমকপু ঐবু মতেং পাংতু হায়রবদি —ঐনা ওমগদবম্ব নথোয়দা হাযগে তাও,— অতাং নিঙাই চাউবত্থু নিঙাই ফনবা থেম্মবদি কবোক থরদি চঙগনি। অহাও অথ্থুম চঙবা অতাংত্থু নক্তে নিংথৌদা হঙ্গংপা তারবদি সনা কাগোক থরহানবা মরেক্ল তাবনি। লাইদা হায়জগে হায়রবদি হৈতোন লৈতোন হৈরাও লৈরাং থরদি চঙগনি। ঐবু নিংথৌদা হায়জক্ল হায়রবদি — লুপা কয়া কৎশিগে? সনা কাগোক হায়নবা মরম থন্নসি। মথোয়না

কংপা ওমগদোবশিংদো. অশুক মথৈ কংশি হায়বদো হৈ'য়ু, তাশি।

ফম্'ইবশিংনা থুমথৈ,—ননাই ঐথোয় মঙাদং কংচগে।

চাউবনা—মঙা হায়বসে লিশিংমঙায়া চামঙায়া ? ঐথোয়না কংপা ওমগদবা মশিংদো মরোন লেংনা হেক হায়দাবউ।

ফম্মাইবশিংনা হায়থৈ,—ননাই ঐথোয় চামঙাম্ভু ওমজরোই লিশিং মঙাম্ভু ওমজরোই লুপা মঙাদং থাজগে হায়বনি।

চাউবনা,—চৎথোকউহৈ; নিংথৌ অংদমু লুপা মঙাদং কংপা য়বরা ? চামঙাদগী তাবা য়াবোই। ঐনা চামঙা হায়রিবসে ঐনা চাগদোবোই নীংগনি, নত্তে, থাজগা লেল পীগদোরিবা মীশক্তো ঐ মীশিং থাগে তাও; মোইরাং নিংথৌনা চাময়াংথৈ অমা কংকনি। শাহৌ ইবুংঙোদা চাময়াংথৈ অমা কংকনি, থোংলেন্দ চামা পীগনি; অতোম থক্লাকপদা লুপা য়াংথৈ অমা, থাজরাকপদা য়াংথৈ অমা পীগনি মশি থৈবিক পুম্শিনগা লুপা চামঙা তাবনি। চাউবা ঐদি মীনা পঙহায় হায়বনি; ঐদি লেল চারোই।

বাকম অমু তাবদা, মীয়াম অদুনা থাজরদুনা হায়রকই,—ননাই ঐথোয় পুম্নমক পৈশাসে স্তনবা অমুক্ত লাওজথিগে। ইবুংঙোম্ভু হোয়েম ঙাইহাক থৈরগা অমুক্তদি লেওথোকশিরকই।

অসিগী মতুংদা চাউবা কোমুং মমুঙদা চঙদুনা কমকম লাংদা কমথে, ফম্মাইবা মীয়ামশিংমুম্ভু মগী মাগী থৈজবা মাল ইম্রামীদা অশেংবা মহারাণীগী মিংদি কেগে থৈনা অঙম্বী কোই থম্নগা পৈশা পুনরে। ইম্রানি হায়বী অসি নিংথৌগী মহারানী অহলনি। পৈশা পুবা ফম্মাইবশিং মশিং শুনা পুমজুনা লুপা চামঙা পুম মোয়্নগা চাউবা পাইজুনা থৈথে! অসোমদা কোমুং মমুংদা চাউবম্ভু থঙঙী, পৈশা পুবা ফংথরে হায়বসে। থদক অদুমক্তদা চাউবনা মুক্ত্রাম য়েংদুনা হায়রকই,—হায় হায়, মুক্ত্রাম ঈশিং থৈয়ু, তপ্ত য়াত্রে,—হায়রকই,

খোংলেম্ন চাউব' মেংলুনা হায়রকই, —হায় চাউবা, শেল চায়মদাইগী তাং অমুক তৌরক্লব্রা ?

চাউবনা খুমখী,—ইতাও ইবুংঙো, ঐ শেল চাব নত্তে, চুংশং অসিনা কমবা মাত্রহুনা তৌবনি ।

খোংলেম্ন থোমোম লোক্লহুনা হায়রকই,—নংগী চুংশং অদো পেরে ককনবা থাঙ ঐনা পামখি ।

খোংলেনগী বা তাবদা চাউবনা,—পায়নীংঙগ: পায়জো, হায়রমলগা খোকথেং চাউবনা শনখোঙ মপান হেক মৌবদা, মীয়াম অহুনা কি অমা থাহুনা লুপা চামজা পুমপ চাউবদা কংলি । চাউবনা মহু উরগা,—লাইখুক্লমম্, ঐম্ন লাইবক মেংলুখিশে, অসি হায়রমলগা লুপা পুহুনা কোম্বং মহুংদা চঙলকই । তাইহাক কয়গা, মপু শনামাজদা চাউবনা হফংলো ঐবু লোইবা ইনিংথো, লৌবাইদগী কম্বাইবশিং খোঙরোম কামক্লবদগী তাহোকথেং হৌজিক অসিদা মথোয়না ইনিংথোবু কৌদুনা কোমৌ লোংলেন খোংবত্তম কপ্লখি । মনাইশিংনা কম উরগা চাউবনা মেংবা ঙমজদে, মপুসনা লোংদবীযু লায়নিংথো ।

চাউবগী মপাউ তাবদা মোইরাং নিংথোনা হায়রকই,— ইপু চাউব লোংথোকপা, মহুংদা মহুক্তব অকাইবক্ত তৌদ্রব নীংথিনা বায়কউ ।

মোইরাং চাউবনা মপুসনা মাতদা হঙ্গংলকই,— হনক মথোয়না ছিবী তৌমিবগে, মহুংদা ছিবী অমুক তৌরক্লবদি চাউবনা ছিবী তৌজগনি ।

চাউবনা অহুত্তব বাতাও ছিবী পল্লকলবদি, চাউবা নৈশা চায়ে হায়বসি নিংথৌনা মহৌশামা থজ্জী । অহুবু অচানবা মনাইনিবা মনিং তৌজনবা—হায়রকই অসিগী মহুংদা—দনা মাথং কংলথদা চাউবনা

চেখোযঙ্গ্না কয়াইবশিংবু কৌশিল্লয়ে,— হায়ঃ হায়ঃ কয়াইবম ! মপুনঃ চানবিরে, নকমলাংদঃ কমলবা য়াবনি।

চাউবগী মপাউ তাংবদা কয়ৈবশিংদু মকম মকমলাংদা চঙলক্লা কমলরে। মখোয় মশেনস্থ বায়কনৈ, বিচার তৌবা হৌগংলঙমশি। হৌগংজুরপা শেল য়ায় ভিংঙি। অমুক থবদুনা বিচার তৌবা অমংতা হৌগংনদ্রে ভাইহাক পুংগোই নৈরগা অহল ওইরপ তৌবা কয়াইবা অমনা য়াগী ইরকি অদু ইশিজগে হৌগংদৈ, ময়াম চঙদুনা নয়ডুনা কায়গা কমহল্লে। কংয়গীনা মংনা হৌগংলকপিবা? হৌগংনঙমসি হায়রগা য়য়ামগী বা তাবদ', মানা ঐ কি ইমগে তৌবনি, বিচার তৌবা হৌগংপা নত্তে। তারবদা ময়াবডুনা—হৈঃ হৌগংকমু, মযম থঙদনা বিচার তৌবনি হায়দুনা হেক হৌগংলুই, খোংল্লোন হেক কায়কয়ে, মীয়মদা দশা হেক ভাই, মথাং মথাং থায়শি হায়ডুনা হেক থায়, নখোয়মা নচিন শীরগা মতাম বাকোংমিয়রবদা যুম পানবা ঙম্মরোই। অয়ুক দোনা কিমডুনা মী পুম্নমক কমা অমংতা বিচার তৌব হৌগং-থিজবদা, চাউবা নোংখোম্বনা মীয় যু য়েংদুনা হায়রকই,—হৈকোয়ে ইঘাবশিং, বিচার হৌগংলো। য়াদবা মতাং থোক্লা অহল ওইরপ তৌবা কয়াইবা অনিথক অকিবগা লোয়ননা সনা মাঙদা চঙলক্লে। হঙ্গংনি,—ইনিংথৌ, থম্বা নোংবান, অনি খংনবগু, মোংবানগী বা লৌরগা থবগী বাদি তাদনা বিচার লোইশিনবা য়ায়রোই, ননাই থবা হৌথং-চগে। অনিজুগী বাহ্ তাবদা মপু ইবুংঙোন,—চুম্বী নখোয়না হায়বা, থম্বা মহাকম্ম হৌজিক ফাওবা লাক্তবা করিগীনো, হৌথংলু।

চাউবনা সনা মাঙদা চঙশিল্লক্লা থুদক অদুমক্তদা হঙ্গংলী,—ঐবু লোইবা কেগে নৈবাক মপু তাবিয়ু, অহুকৈ শামু খোংঙরেংকৈঙদা কংলা বিচার তৌকৈদ', মপু সনা মাথংনা ননাই থবদা তাকশিখিবা বাকম অমা নৈ—তমুম নহাক্তি অকিং মুংথিল থিগনু, কেগে নৈকায়

কোয়গম্বু কোন্থুং ফাওবা কায়কন্নু, ঐগী সনা মোকোয়না মংবু কৌংথলয়গদা নং লাকউ, —ঐগী ইনাই মপক থওবনা ঐগী লাইথিক অমিবা পুন্ননা কৌথংলয়গদা —নং লাকউ তাকপিথি। ময়ম অছু নৈবনা ননাই থবনা কোন্থুং ক'য়ক্তবা ওইগরা মিংচৈ।

চাউবগী ব ছু তাবদা মোইরাং নিংথৌনা — চুম্মি ইপু, কৌথংহন্নু

দে'লা'ইপাবা অনিদং সনা মোহোয়গা লোয়ননা থবা কৌব হায়ন্নুনা থ'থয়ে। থম্বগী থোঙ্গাম্দ' মুবমচিংবা ফম নিপা' কয়ানা চৈবুন পায়দুনা থোওখন্থত্তী। মকম অছুমত্তদা দোলাইপাবা অনিম্ভু থংগুন্নুনা হায়রকই, —হায়, হায়, কনা কনা নৈ? মপু সনা য়াথং লেত্তকই, থোঙ হাংদোকউ।

দোলাইপাবগী পেত্রাউ তাবদা মুপনা শাউরন্নুনা, হায় হায়, হায়বদি উশিংমনদে — থন্নুনা পুন্নকই, — সনা য়াথং লেত্তকইবা অনিথক, থোঙ হাংদোকপা য়াদে। সনা য়াথং লেত্তকপদি সনা য়াথংনা ওকদবনি। নশা নশা তাব তাউ, সনা য়াথং লোক্পিগে।

দোলাইপাবা অনিদুনা অমুক হায়রকই, — লম অসিবু সনা য়াথং নৈথয়া?

মুবনা, — নিংথৌগী মঙাইথেম্ব অসিবু সনা মংত্রবদি মথোয় ইমুংদা নৈবা ফুপীদুনা সনা ওইগরা? চৌজিকমক সনা ইথেম্বগী সন' য়াথং লোক্কয়গা মপান সনা য়াথং ওকহনগনি, নৈয়মথো।

মুবন্নু চওশিন্নুনা থম্বগী মখাও মৌয়ক্কে। বাহৈদি অহুম হায়না হঙ্গংলি, —ইবুংঙোতোন, নকু ইবুংঙো — মোইরাং নিংথৌ সনা য়াথং থোঙগালদা থংলবে, পুশিন্নকদৌবনু ইবুংঙোগী বা তাদবদগী পুশিন্নক্তে।

মুবগী পাউদম তাবদা থম্বা পাথংলদুনা হায়রকই, —মাওলে মাওলে তাদ; অমুবা, সনা থৌগন্নোন কায়রে, মপু সনা য়াথং লেত্তকপনু

লায়রবগী খোঙ্গালদা, পন্থুনা লৈবা ইতীক করি লৈবগে ? ইশামক চংখুনা সনা য়াথং ওকচক্লগে। থবা হৌগংলক্লে। মুবনা খাঙ্গী,—ইবুংঙোঙোন! শাউবিবিগদু, মখোয় অনিগী য়াওঙদু তাবদা ইমাথনা দুংশিদহুনা থম্মখনি। ইমাথ পুশিনক্লগে, - হায়রক্লগা মুবা খোকংরে। খোঙ্গ'ল হেক যৌবদা মুবনা লাউরকই,—মপু সনা য়াথং লেওতকপা সনা ইবেম্মগী সনা য়াথংনা লেওশিন্নকপা য়ারনিঔরে, চংওকও।

খোঙ হ রংদোক্লে, দোলাই, পাবা অনি চঙথরে। চঙকইবা দোলাইপাবা অনিদুবু সনা ইবেম্মনা লেওথোরক্‌না কৌরকই, লেওশিনবিয়কউ, তাদ খোয়, ইশন সনা য়াথং লেওকপবু মকম কদাইদা লেওশিনগনি ? মতিকচাবা কিদাপ্ন লৈজদে। অদুবু নচলনা খাজিরিবা অসিদা চিংনবা লৈতনা কখীয়ু।

থবনা হায়দনকই, — ইমাথ অনিনা লেওবীরকপবু করি তাকশিগদবা লৈবগে ?

দোলাইপাবা অনিনা, —ইবুংঙো! মপু ইবুংঙো সনা য়াথংনা হৌজিকমক সনা কোদুং কায়জবা য়াদে হায়রকই, সনা মোহোরস্ন মাওরি।

থবনা হৌগংতুমা মনমদ: ইনবা কিছু লৈবাক্ত থাহুনা,—অসিদা লেংশিনবিয়ু সনা মোহোর। সনা মোহোরদু কিদাহুগী মথক্ত থম্মি। মমাইবক শোকনা কংলগা, থবনা লাইরিক অহুগী মরোল পায়রই সনা য়াথং মরোল মরেক শে:না ত.ব তান থওলহুনা, দোলাইপাবদু য়েংহুনা হায়জরকই,—য়াথং অসিতবু ওাইহুনা লৈজখনি, ঐ পঞ্জয়রোই, ইমাথখোয় হায় লেওবীরম্মে।

দোলাইপাবা অনিগী চংলমদাইগী মতমদা খোইবীনা, পান খুদপ অমমমশিথক্তং হাবীরগা পেনখীয়ু, মতাং চাদবা নমন শিংজগে। দোলাই পাবা অনিস্ন মবেম্মগী পানা খুদপ অদু কিরৈদা য়েপলগা খোকথরে।

অমুম অগুম লাকপনা সনা কোয়ুং মৌদুনা সনা মাইদা হঙ্গংলৌ,—ঐবু লোইবা ইনিংথৌ, নমাই খম্বদো শোয়দনা শাকচরনি হায়রোরে।

লোলাইপাবগী ৱাত্ত চাউবনা হেক তাবদা মুক্তামা য়েংদুনা হায়রকই,—হায় তমুম মুক্তামা, নং চৎলু, ঐগী সে অসি লোংয়াইনা লাকপদা খল্লবা পীরুরো চৎলু।

মুক্তামা সে পুদুনা চৎলে তাবদা খোংলেন লাউরকই,—হে চাউবা পুককংবা, নিং ঙোবা য়াবরা? নংনদি সে পীরগা খোংলেন ঐনদি কদাযদা পীরবদি লোংয়াই ইচাগী মথুক ফুংশিলগনি। ঐগী শগোল লানশাসি মুক্তা নংনা পুথো। ঐগী জানকুপ থাওশাংসি পারি ইবুংঙোদা পীবীয়ু অমাঙাই তেন্দোং থাও ছুরি মাপললিন্ন পারি ইবুংঙোদা পীয়ু। ঐগী য়ুমদা অবাং ছক — ছকলাউ মরি লৈবনি। মদুসু পুদুনা লাকউ হায়য়ু। অতুদসু নত্তে, তম্ব নিপা ছক্ফুমক ঐগী ইনাই অথনবা অমুম্ম লোয়নরকউ হায়য়ু কায়মতা চিংনগনু হায়য়ু। মপামা মত্ত খুমগদবগী কংলাদা ডাইহৌরি হাইনা তাম্বয়ু।

মুক্তামসু হায়রিবা পুম্নমক্ক লোইনা পাউ পুদুনা খম্বগী মমুক য়োথরে। খম্বদা মুংজ্ঞ খুংলাই সে, পাউ পুম্নমক লোইনা তমথরে। খম্বনা মপাগী য়াথংসু কায়হল্লে, মমানগী য়াথংসু কায়হল্লে, কংলা কাগদবগী চরৈ কি হোংবা লোইখরে।

খম্বগী চৎলমদাইগী মতমদা লোইবীন শরাই ৱারপুনা পাম্বগী মমাংদ, পোক্লি পোক্লি চঞ্চলদুনা, হঙ্গংলৈ,—খরাইগী মপু ইবুংঙো, কংলা কাবদি লেঙদৌরি। ঐবু ছল্লোকপিগনুকো, ইবুংঙো। ঙোয়েন কংলা ৱয়েনশঙ লেপ্পুংকপা মতমদা মীনা বা ঊমখিবা তাবুবদি তরেৎ শেক্লা লৈতে হায়দুনা পাম্বনা মায় লৈবিনু। য়েংলোম থংবদ খমজ্জবিবা কেপ অসে মতাং অদু ৱাইদা হাংদোকাপমু, মঙ্গুংদা সনা মোকেংয় মাওথৈ মাওবান, কবোদগী তাক্লরকপা লনাই লায়। কংলা কমাইবদা

মোহোর অমমম য়মবিয়ু মতাং অদু য়োয়বা মোংবানগী শেন্না হেক্তিমক্তংসু লাইবক থীবী থোইবীবু. মীনাই ওইনা য়োনবিয়ু, ঐবু পোকপা পহৌনা কবোদা য়োনবদি যাবগা থবাইগী মপু নংহাক্তু য়োনবদ কনানা কবি হায়গনি ? ঐগী ইমল অহুনা কংলা বানোমশেল ওইবীয়ু । অহু ফাওবা লেপচগে, লাইবক থীবী থোইবী ঐবু ঙসি ঙুমিংডা ইরম লায়না থাদোকপিবদি তৌবিগনুকো ইবুংঙো ।

থোইবীগী মপাউ তাবদা থবমা চিংনা চিংনা য়েংবগা মীংলুদগী পী তাথি অসিগী মতাংদা থোইবীনা মুববু য়েংদুনা হায়রকই, — তাদ মুবনা ফিদা পুবিয়ু, ফিদা অসিগী থাকমদি নচলনা তাকচগে কাউবিয়ু । অপান ফমগী ফমফমদা অহাওবা মফম অমা লৈবনি, মহুদা ফিদা অসি থাবিয়ু । থবাইগী মপু ওইবা নোংয়াইবু মফম অহুদা ফমহনবিয়ু । অমনা, তাদ শেল্লংবনা পে অসি পায়বিয়ু, নশেনগী নাক্ত নক্ত পে পায়দুনা লেঙবিয়ু । তম নিপা ছুন্দুনা পাম্পবু কোয়শিনবিয়ু অহুগী থবাবগী মপান্দ ৫ উবা হুইজাউ মরিসে মপাম্বোংদা চংহনবিয়ু ।

শীক্লোকপা লোইরা, মবু'ডোগী নাক্ত অমুকস্থ চঙলকই, ছায়া চনবা মিংথেল অচৌবা থবক মঙদা থমজিল্ল, ঈশিং পুল অথনবা নোংয়াইগী মাঙদা পুশিল্লে. অহুগী মতুংদা থম্বনা মচেম থম্ভ কোয়রক্লে, —ইমা শকপী ইচেমহল, অমুক্তদি লেঙথোকপিরকউ, নপুবানা অমুক্তদি থুক্তমজগে।

থম্ভস্থ থোয়ক্তুনা মপুবাগী মনাক্ত ফম্লরে। মচেমগী মথেঙ অনি পায়হুনা থবনা থুক্তমহৈজে. থম্ভনা মোপুবাগী মনবদা থুংনা শিং শিং নওলগা বয় পীরকই, —ইচেমগী ইবুঙো শুংশিবা, নংনা লানবনা নংনা কংচ. নতাওন লানবনা নতাওন ফংসনু, লানদবা মীনা ঙমসনু ।

থম্ভগী বয় মপিদে. থবম: কয়াওনা লোম্বথি। অমুক হন্না মপুবাদা তাকপিরকই, -অহানবদা ইচেমগী ইবুংঙো', মোইরাং থাংজিং, নোংশিংড

ইমোম লাংলেনগী মরীদা নংগী নথক্ত বাকম থরা হাররি। অচুগীদমক কৌথংপনি মংবু।

থবনা অমুক হঙ্গৎচৈ, —ঐবু লোইবা লীক্লাই ইবুংঙো, মনাই থবমু, সনা খুরাখাদা বাকম অমা হঙ্গৎচনীংঙি।

মোইরাং নিংথৌনা,—ঙমুম, হায়বু হায়বু ঙাশি, ঙাকপি।

অচুটে কাও কাটেওগী মতমদা নিংথৌ অনি কম্বদা নৈবাক অনি ভিনবদা নমোম লাংলেন কংজো হায়না লায়রবা ঐঙোন্দা নমোম লাংলেন থাজবি, অচুগীসু মতুঙদা হৈজিং থবায় পুটৈওদা নমোম লাংলেন অমসু থাজবি। অদুগী অমুক মতুংদনা লামু থোঙবেংটেওগী কংলা বিচারদ, থবগী লায়কমক চংলু হায়দুনা নমোম লাংলেন থাজবি। থাজবিখিবা অহনচুগী মনুংদা অমদি ঙরাং কুমিদাং বাইরম ননাই ঐগী বুন্দ লেঙশিনবিরক্লে। মপু সনা মাথং অনি রাংলিনাতে নীংথৈ বা'থাপিরিবা অনিনিবু, মনাই লায়রবনা কংজবা মাবা মতম নিজরি।

মোইরাং নিংথৌসু থবগী বাঙাও ঙাবদা ইকাইখিবদগী ঙাংজ মরাই লুক্ত্রবা লৈথে। ঙাইহাক পুঙগোই অদুম লৈকরগা মনাই থবদা হায়রকই, —ঙমুম অচানবা, নিংথৌ ঐদি ইকাইদা, নংগীদি ঙানকন থোক্ত্রবা ঙানবনি, মরাম লৈতে। অচুবু, মচুম ওইনমক নোংরাই, নোংবান অনিমক, নিংথৌ ঐনা বিচারগী মরম নত্তনা হায়রবা মাবা বা থরা লায়গে ঙাও।

নিংথৌনা নোংবানসু কৌশিল্লি,— ঙমুম নোংবান চঙলকই, নিংথৌগী পাউ ঙায়ো লাউ।

খুদক অচুদা নোংবানসু চঙলক্ত্রবা সনা মাঙদা খুক্লমী।

মেংঙা নৈবা থবা মংনা মেংকী পানা খুদপ চাও, পীনবী। ওইদা নৈবা নোংবান নহাক্ত ওয়গী পানসি চাও, পীবী। মতুংদা মনাই

মথঙদা খুমন পোকপা নীংশিংথ, অরোয়বদা পলেম পম্মৌ অনি নীংথুনা থোঙশাল্লু। হোরেম কʼমুৎ য়ৌবগ, ইপাগী ফমফমদে নং থঙনক্রা ? ইচেম তাকে. চৌজিক ফাওবা হাঙথুনʼ লৈবনি। মফমদি আপানফমদনি। হায়রিবা মফম থম্লনা শিন্নরিবসি — ওসাই থোইবীনা ফিদা থাউ হায়খিবথুনি। অসি শিবিক শিন্নবা লোইথুনা খম্বা, য়াংগোই শগোল তোংথুনা কংলা কাখৎলক্লে। খম্বনা মীয়াম্ন য়োমদুনা লাকপসি মোইরাংগী মী থৌবক য়েংবখি। থগৎলৈত্রেয়ে ময়াম্ন। ফজেদা ইবুংঙো! থোইবীগী মবুংঙো ওইবদা মতীক চায়দা! হায়না ময়াম্ন চাগৎলৈ।

অঙ্গমবৌয়া লাকপনা খম্বদেʼ সনথোঙ য়েৌরʼক্ল। ফিদʼ পুবা য়ুবনা হাম্নʼ চেল্লিল্লক্ত্লনা লাউরক্লে. — লৈম-শীজ মতৈ লেঙলকপা ফিদা থাফম অসিবু কদাইদা থাদোগে ?

কনানা খুম্ব ঙমখিদে লাউরকলিবা রাহংথুগী। য়ুবম্ন পনবা লৈতনা চেনশিখিথুনা ওসাই থোইবীনা তাকপা মফমথুদ ফিদা থাখ্রে। পল্লমবা লৈতনা চেম্লোগক্ত্লনা য়ুবনা খম্বদা হায়রে, — ইবুʼঙো, ইয়াম পোগে লাউ, ননাই অম্নক য়াম্ন লৈববু করিগী থোগʼনা লেঙগদগে। অসি হায়থুনা য়ুবনা মনমদা পোখৎলে, পুশিল্লক্লগা ওসাই ফিদা থাখিবথুদা ফমৎলে।

তৌরিবা মতৌসি উবদা বিচায় লোইরে হায়না ময়াম চৌগৎকে তৌবখি। ওাইহাঙং খম্বা ফম্লনলগা খম্বনা মপু সনা মাঙদা হক্লৎলৈ, — ঐবু লোইবা ইনিংথৌ! ননাইবু লোইবা কেগে লৈবাক মপু !! ননাই লায়রবনা সনা খুয়াদা থুক্লমজরি। ননাইবু কৌদংপিববু মরম কারি তাকপিগদবা লৈবগে ?

মনাইনা হক্লৎপা তাবদা মপু ইবুংঙো লোইয়াং নিংথৌনা, — তমুন, নফম লাংদা ফমু. — ঐনা নংবু কৌবগী মরমদি নতাও লোংবাম্ন

নোংবানবু য়েংদুনা তাকপিরক্লে,—তন্নুম নোংবান মং তাও, নতাও নোংয়াইগী মচুমদা ওয়াংদগী থুংথুবী ইচানি। নোংবান মংমা চৌথিক বিচার লেপনচুনন্থ মংগী ওইবা তাচুনা মচুমদা থোইবী নোইনবা তাবনবু খচোবগী মো চংশংবনি হায়বদি পাইথমলেবদি মায়মোই। মরম অদু লৈবনা য়েংলুগদু কোংয়ানবা। অপাম তামোই কমানো ? মোইরাং চুশিংদগী খনথনা থিনু, মাহিংদবা তৌগদু তন্নুম।

সনা মাথং ও মদা নোংবান খুমহৈ,—ঐবু লোইবা ইনিংবো, নমোম লাংলেল ইথেমবু নোংবান থাদোকপা হায়বসে, খবাই হকচাং তংনক্রিকাওবদি ওমজমমোই।

নোংবানগী পাউখুম তাবদা নিংথৌন, খম্বু য়েংত্তুনা হায়রকই,—তন্নুম নোংয়াই, নহাকনু ওয়াংদগী হৌখনা ইচানা মংগী লেমা তৌরে। হৈমন তাবনী হৈচানি। লৈমন চমথীবু নোংবান মমামথাইদা পীথোকখ্রু। হায়বরু তন্নুম নহাক চিংনরা ?

মপু সনা মাথং তাবদা খমনা খুমহৈ,—ঐবু লোইবা ইনিংবো, মপু সনা মাথংদো মনাই ঐগীদি মাজগে। নমোম লাংলেল ইথেম্বু সনাখা করিঙ্গ মায়মদবা থোম্নবদি সনা হকচাং পীথোকপদি খম্বীথে। সনা ইথেমগী খুমাদা পকপা ইহুলদু খম্বগী খবাই হকচাং তংক্রিকাও অচোম মমান মাইদা থাইরমোই।

খম্বা নোংবান অনিগী মানদবদো উবদা মপু ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌবা চাউবা য়েংহুনা হায়রকই,—ইপু চাউবা নোংথোম, খম্বা নোংবানগী বিচারসি মোইরাং অওবশিংমা তৌবা ওমলগোই, চাউবা নংনা তৌগদবনি।

সনা মাথং পীথে, চাউবদা, চাউবা নোংথোম খুমজরকই,—মনাই ঐগীদি ইচাগা ইমাকনি, মনাই ঐদি ওমজমমোই, মতিক চাবা থোংলেন লৈদ্রি, বিচার তৌহনবিয়ু,—ইহোরক্লে।

খোংলেনবু য়েংদুনা মপু ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌনা হায়খি,—ইপু খোংলেন অথোবা !! মহাক্কি মোইরাংগী কমথোক অহন ওইবনি। থবা য়েংবার বিচারসে খোংলেন নং তৌরো।

বাক্ষর অসি তাবদা মোইরাং খোংলেন খুমখৈ,—ঐবু লোইবা ইনিংথৌ! ঐবু বিচার তৌ ঙাকপিয়বদি বাঙাও মঙাবক বিচার লোইজগে।

বাঙাও মঙাবক বিচার লোইগে হায়বসিদা নিংথৌনা পেন্নদুনা,—অদুদি, ইপু খোংলেন বিচার তৌরো,—হায়রক্লে।

খোংলেন সনা মাওদা হন্দংলি — ঐবু লোইবা ইনিংথৌ, চুরেল লাইজ ইশিং থেবদি ইরুদা থেত্রবদি য় রোই। ইদান হাবব বাক্ষরদা থোঙ্গলোন থয়া কায়রগদ্র ? নিংথৌ থিজ্জং পঙমক্লি। অঙিকপা বাক্ষরদ, মনাও ইবুংঙো থৈরেং অনি পাম্ল চহমক্লবদা, লোহব ন চুংশিদে। মরিমবা বাক্ষরদ, পারি ইবুংঙো শবক কুপী মাক্লি মঙাক্লবা বাক্ষরদা, মমাদ লাংলেন্ন বা থোকচনবনি। বা থোকচনব লাকনবদি সনাদা লাংবা অমংবনি। মথ ত্রাবদা লগ্লোনবা নিপাদা লম্লেনজ-মবু—লগ্লোনদবা নিপা অমম শেল্লোং য়েনসি হ মবশিবু-কনানা শেল্লোং পীকম থোক্কে, ইনিংথৌ। বিচার লোইজগে। বিচারশিংগী শংলোক্ক থৈবাক থঙনবা হায়বদি, চুমিদাং বাইরম হ মজগে অসি হায়বমগা খোংলেন মকমনাংদা কনদুনা থৈরে।

ঙাইহাক পুংলোই থৈরগা মপু ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌনা খোংলেন য়েংদুনা হায়রকই,—ইপু খোংলেন অথোবা !! ইপুন ওসি হায়খিবা বাহৈ মঙা অদুগী অর্থদো খুনা ত্তাংনিংলে। অর্থদু হন্দোকলো শন্দোকনা তারসি।

খোংলেন মকম ল্লাংদগী হৌগংদুনা সনা মাওদা হন্দংলৈ,—কেগে থৈপাক মপু, তারিয়ু। ইহান হানবা বাহৈগী অর্থ,—' মপু ইবুংঙো

মোইরাংনিংথৌবু মতিক চাপ্রবা থোংলেম্ম পওশী হায়না হংজংখিবা মচুগী অর্থদি —নিংথৌ ইচা পোক্তে, ইনাওনা পোকপা ইচানি, ফুংদ কবি থোক্লগে বাখল তৌবিহৌদবা, কনাগী মরাল ওইরোই, মপু ইবুংঙো সনা পুক্রিং থেনবগী মরালনি। কবিদু লৈতবা বাসিগী মপু ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌ লৈরেম্রবনি। অথসিনা লোইজরে। মথওনা- মনাও ইবুংঙো বাক্লোল নিংথৌবু লৈরেং অমি পাম্মি হায়বসি অর্থলো হন্নে,- কচমক্কে, লমলেন ইকোকপুংদা কাও কাঠেওদা নিংথৌ অনিগী মমাঙদা লৈপাক অনিগী মমাঙদা, ইমোম লাংলেন কংজরে' খরা মং, হায়ফুনা পীথিখ্ৰগা মরম অমু লৈখি হায়বগী বাখল তৌবিদনা নোংবানবু লোই, ওকউ চংহনবগী অর্থদি লৈরেং অমি পানবগী খুদমনি, অনিজুবগী অর্থ মসিদা লোইজরে। অহুমগুবগী বাওাওদা অর্থ তৌজরক্কে,— নরাই নোংবান কোংয়ানথু, ইমাই লায়রা জুংশিদে হায়বগী অর্থদি — ২পু সন রাখংনা নোংবান মংনা য়েংপসি য়েংলমু, ইমোম লাংলেনসি অঙোমগী মৌনি হায়বদা প্রমান ওইরমোই, খবগী মৃদা লৈখরে, মীরমলেনদা রায়বগ লাইরমলেন্দ রাবরোই তাকপিখবু নিংথৌগী চীহক্ত নমফুন মথা তাবিরগু ওমকরোই হেক্ত হায়বা, নিংথৌবু ইকাইখুম্নবা কবিমক্ত লৈতবা মওংনি। নিংথৌবু থৌওইদবগী খুদম নোংবান জুংশিদে হায়বনি অহুমগী অর্থ লোইজরে। মরিজুবগী অর্থদি নরাই ইচা খবু মপু সনা রাখংনা ইমোম লাংলেন পীথোকখরো তাকপিরে পাম্মি নোংয়াই খরনা, ঐদি রাঞরে, নমোম লাংলেন অমুক্তদি কৌথংপিরগা কংশিংখ' খুশিবা পাউখুম অহুনা তাকপদি, ফুপা থোক্তবা ফুপীনা ছাত্তবা মানবা বাকমনি। পীথোকওই হায়বগু নংতনা কংনা বায়েম শওদা, মমোম লাংলেনং কৌথংপিবু হায়বসে নিপা থোক্তবগী খুদমনি। মরন অহু লৈবনা — পাতি ওবুংঙো' ফুপী মান্নি, হায়বনি মরিজুবা বাক্ষন অসিদ লোইজরে

মতাঙ্গবগী অর্থদি — মহোম লাইদেন ইথেম্বু লোংবাদগ নৈহম্নাংবদগী কয়ো লোইদা থাম্ব। থবা ইচম্বু পামদবদা কয়ো লোইদা থামদে। উপাদা মাঙবদি, লোংবাদগা মহৈথগী হায়বদু ইথেম্বদা থলে। লোই কৌমংপা চুমিংজা পাদি থম্বু মমাও ইথুংহোনা তাকপিদে, লোংবা-বু তাকলগা লোই ওকপ: চংলছি। মহোম লাইদেন লোইদগী কাম্বক, লোংবাবগা লোই ওকপা থেংনদে, থেতনবিবা লোংবাগী মতুং ইন্না উথেম্বদা অতোম মোথমবদি অমুক চাউবা বা থোকনমলোইদোবনি লোই ওকলিবা লোংবাবু উথেবা হৃদোকলংদুনা পাদি লোংম্বাই উচাগী মহুমবা, চেমজ্বুমা হাপথনেলো। সিংথোগী মজ; ইথেম অমদা ঐদি মশিদা নৈমবি হাম্বুনা লেতশিনচবদা কমায়া থিংবা তমগনি ? তাংথা-কচবা তমম্বুনা ইচা থবদা তিতক ম'মতক নৈজদি। বা অদি চাউনা থোকংলিবসি কমাগী মথিনা থোকপগে? সমাগী থোমাংদগী থোকপনি। মসিনা বা মতাঙ্গী অর্থ লোইজগে। মথা তাবদা পাদি ইথুংহো লোংবাইমা মহোম লাইদেন ফংবদু লেম ফংবা মতে, হুযাংমমবু ফংবনি। ইকোম্রংদা থমাই থুবাক হাপথুনা কাংকাম্বগী হুযাংমম মজা উথেম ফংজবু লোংবাম লেংপদি মাকম থোকে হায়না লৌজগে, থোংলেম ঐগী বিচাম অয়োইবদা মশিনি। হুযামথি হায়বা অমা থাক্লংক্লি। হুযাংমমবু হুযাংথি হায়বগী বিচারদো মমাই থোংলেম মাওজগোই, অশিংবা কমাওব অহৈবদা বিচারসি তোইমথিবদা মতীক ওইগনি।

থোংলেমগী বিচারসি তাবদা,—মী পুমমক চুমদি চুমী কাম্বসি থৈয়ে, অচুম বিচার লোইশিন্নমগে। অসিগী মতুংদা মপু ইথুংহো মেইমাং নিংথৌনা চাউবা মেংদুনা তাকপিথি।—ইপু শিমো চাউবা নোংথোম, বিচারসি লোইশিন্নবা চাউবা মংনা বিচার তো, হায়মক্কুবদা চাউবনা পংখাজদ,—মমাই ঐদি মমকী বিচারসি মাওজগোই, লেং-থোন মনুবা কোবীমু, মানু বিচারসি তোইমথীমু।

মপু ইবুংঙো খোইবাং নিংথৌন,— করে অদুদি, মমাঙতৈদা নোংথোন ওইরব, অহল ওইরবা মকম ফাখ্‌বা, নোংথোন হঞ্জবু কৌথংলুরবা,-- চাবদুনা মাপং তাখে । খুদক অদুমক্তদা নোংথোন হঞ্জবা কৌথংলুদুনা সনা মাঙদা থংখে । মপু সনা মাঙদা নোংথোন হঞ্জবনা হন্দংদৈ,— ঐবু লোইবা ইনিংথো, ননাক্ত অহল ওইবা নোংথোনবু কৌথংপিবদু ভাকপিগদনা করি নৈবগে তাকপিরো ।'

মপু খোইবংবনিংথৌবা,— ইপু নোংথোন ।, থবা নোংথান অনিগী বিচার লোইবা চমত্তে, ইপু নংনা বিচার তৌ হায়দুনা কৌথংলিবনি । ইপু, নোংথান ইচা খোইবীগু নোংথানগী মচুমদগী থবনা হংখে হায়রি । ইদাইরেম থবনা, ঐদি হকবা নত্তে, সনা মথক্তনা ঐগী মুনদা চঙলকপনি হায়রি । অনিমিনা হায়রিবা বাকমাস কনামা চুমলিবনো করাদা লাল্লিবনে ? অচুম বিচার তৌরো ।

নোংথোন হঞ্জবনা থম.নাংবান কৌখিংরে । নোংথানবু নোংহুনা নোংথোখনা হংলকই,— নোংথান কোংথামবা ! নংগী মচাগী হখি শারবশিবু মথোম লাংলেনসি করদৌনা থবদগী হাখ্রবো হায়দু ।

নোংখান খুমী,—ইপু ! ঐনা লোই ওকটারগা — ইবেম্মগা লোয়মনা লাকমিরৈ । ইবেমনা চুমিদাংগী ভয়: লুকোই হৌরমী । অচুমগী ভয়া লুকোই হায়গ চীনখেংবা খোকথিবদা, ময়াদা কিদুল মমচুনা কাথিবনি । মাঙলিখ্রবা ইবেমবু খিবদা থবগী মযুমদা ফংলে, মরম অছু নৈবনা থবদু চরামবনি, মখিক ওকপা খোইবীগু হায়জবনি ,

নোংথোখনা অমুক হংলকই,— নংন লোই ওকপা চংপদা । মী কয়া চংপগে ?

নোংখান খুমী,— নিপা মুখ্রাগা, লোমাইগন্দ মাওই, শগোল কাকবন্দ পুই ।

অদুদি নোংথান, শগোলদো লাখ্রা অমোমদা ?

মোংবাম,— লাখমি ।

অসিগী মতুংদা মোংবোম্বনা মোংবানগী তাখন লৌখা লোইখে্ মথঙদা, খম্বু মেংচনা হংলকই,—'থুমন মোংমাই খম্ব', তাও, নপা নপু হাকচঙগী চায়গা চাম হয়গা হয় থুবসি, মংম্ব অচুম বা থুম্ন্ । মোংবানগী মুমদগী মংমা মচা ইবেম্বু হবগি হুমিদাং কয়া থেঙবা মতমদনো থুম্ন্ ?

খম্বনা হায়মকই,— ইপু নোংবোম ঐদি ইতাও নোংবানগী ম্নমদগী মমোম লাংলেম হকদে। মমোম লাংলেম ইবেম্বনা ঐগী ম্নমদা লৈবদি, ওবাও হুমিদাংবাই মুমিং তায়মদাই মতমদা হুপী থোক্লেল ওইবা অমনা, ঐবু শিবা তাবে খরায় কম্ন্ কম্ন্ লাউরকই, থোক্লেল অম্ন তাবদা মম্ব লায়রম্বা খম্বনা কনাবো শিদোয়ম্র', মেংগে হায়দুনা থোরকই, লাউরম্লিবচু অমা ওইরমগ্রে সনা ইবেম্ব ওইরম্মী, শগোল অমা তোংদুনা থৌরম্সি। শগোল অদুনা কম্ন চেনখমখিবনা থাব ওমজ্রদুনা লাউবা ওইরমে।

মমক অদুদা মোংবোম্বনা অমুক হংলকই,—সনা ইবেম্বনা তোংদুনা লাকলিবা শগোলদো মচু করিমো খম্ব' ?

খম্বনা খুমকৈ,— শগোলচুদি মচু মুই, লাবনি। শগোল অদুনা কম্ন চেনমমখিবনা ইবেম্ব তাদুনা শিমগন্না কাতদুনা ইবেম্বগী খরায় কম্নীংদুনা মম্ব খম্বনা শগোল অদুবু তাম্নদুনা ফাখমি। শগোল থাম্নবদা ইবেম্ব লেঙখরে, ঐম্ব ম্নম তাম্ন চঙলক্লে। ঐনা মাঙ্গোলদা কমদুনা লৈজরবা মতুংদা সনা ইবেম্বদি শগোলচু থাদোক্লম্লগা লায়রশঙদা লেঙশিন্নক্লে। মনাই ঐনা খুং লোম্নদুনা কম্নি তাকশিগদবা লৈমিবগে হায়দুনা হক্লংগদা, ঐহাক নমশাং অসি লাকপদা মাম্ন বাম্নে, মংগী ম্নম অসিদা পোংথাখিবা তাম্নি হায়দুনা তাকশিম্নে।

মনাই ঐহাক্ন পোৎখাবা য়াদে, হন্জৎচক্নবু ইত্তীক ওইদে, লৈবিদু চায়ত্নবু ইত্তীক মত্তে, মরম অদু লৈবনা, ঐনা ইচেম লায়রবীবু ইমুংদগী কৌথোকচৈ,—ইচেমহল, সনা ইবেম্মনা পোৎখাদি হায়রি। অদুগা থংবা লৈথোপ অসিদা মনাবু লেন্সিনহল্লগা, ইচেম্না সেবা তৌতুনা মনাবু পোথাহল্লু হায়রক্লে। ইচেম লায়রবীনা সনা ইবেম্বু সেবা তৌদুনা ওয়াঙদগী হৌজিক ফাওবা লৈহৌরি। ঐদি হন্দবা মত্তে, অতোম তৌগা লেন্সিন্নবগদি খুদে। খম্বগী পাউখুমনে, মোইরাংগী পাউখুমনে অদি অসি মরি খজিক মরূপে। মোইংথোৎনা নোকখেৎ তৌদুনা হায়রকই, —খম্ব মোইরাং অমিমক, মখোয়গী অখঙবা সাক্ষী কনা কনা লৈবগে? খম্ব! নংগী সাক্ষীনা ইবেম্মনা খুংঙবসি উবা মী কনা লৈবগে?

খম্বনা খুমলে,—ইপু মোইংথোংব হন্দুবা, ইবেম লেংঙকপা উবা মীসি থোইদোকপা লৈজদে। চেঙৈগে পাৎতা মুমথোমপোক অসদা ইত্তোমত্ত লৈজবদা ইবেম্মনা লেন্সিন্নবদা কনা উগনি? ঐগী সাক্ষী হ'য়বু চেকৈ পাৎতা চেন্নকপনিনা চেকৈ পাবনা উবা যাই।

"অদুদি, মোইরাং নংগী সাক্ষীদি কনানো পুথোক্কউ।"—অতোম হায়দুনা মোইরাঙ্গ হংলক্লবদা

মোইরাং খুন্নি,—ইপু মোইংথোং! ঐগী সাক্ষীদি মনাও ইবুংঙোনি, —হায়রকই। মোইরাংগী ৱাঙাও মতুং ইন্ন মনাও ইবুংঙোদা মোইংথোং হন্দুবনা চঙংলৈ,—বাঙোল নিংথৌ, তাবিয়ু মোইরাংগী মরমদা মনাও ইবুংঙোনা কনি থঙবিবা লৈবগে? —হংলকলবদা যুবরাজনা খুম্মী,— ইপু মোইংথোং, ওয়াং অমুক অঙমবদ: মোইরাংবু ঐনা কৌরগা, মোইরাং নং লোই ওকউ হায়দুনা থাখি।

মতুগী মতুংদ সনা কোমুংদা মোইরাং অসি কয়াম্বক লাকলমবগে?

মোইরাং হুমিদাংবাইগী মতমদা অমুক হন্জনা' ঐগীদা লাক অখী! মখোম লাংলেন ইবেমতু শগোল তোংদুনা চেনখদে সোমদা

মকমবু লৌবায় কৌই, ওসাইগী চেক্লা অমু পাংতা চাকতাইয়ে, চেক্লা মামা চাঙ্খাবা লোইরগা পাথেন উকৈদা পোংখাইয়ে; মহক্কী মীয়াম নৈবা মকমদা চৌব উদো চেক্লা মাবা তোংবিংদে, লৌয়ায় লৌথ্রাউদা চোংবা উদো চেক্লা মামা তোংজবিংবা উ থোকই। অদুগুম লৌথ্রাউগী উচুদা চেক্লগী ইযোম মচাক তোংজবিংবা উ ওইরমা তোংথে। মরম অদু নৈবনা, মোংবান নং নেংমাংতাই নৈরয়োই তোকও "

অসি কাওবা প্রমান তৌথ্রদ নোংবামা, ঐদি মাবা ওমলোই, হায়রে। নোংবানগী বাসি তাংদ, থোংলেন্না সনা মাওদা হঙ্গংলি,— ঐবু লোইবা টৈবিংথো, খম্ব নোংবান অনিগী বিচায় লোইবা ওমলয়োই। খম্বা নোংব ন অনিগী মরক্তগী অমগী মথৱাই মাওনরগদঃ বিচায় লোইবা ওইগনি।

থোংলেনগী বা তাবদা নোইরাং নিংথৌমা হংলকই,—'ইপু থোংলেন। করদোনা ? মথৱাই মাওমবা হায়বা অসিনা করদৌবনো ?' থোংলেন্না খুমকৈ —'খম্ব নোংবান অনিসি চাহনবুং অমি থোক্লবা, চাহনবুংগী মথক্ত অসিমক লেপ্লহল্লগা মথুম্ব তা অমমম পীরগা চাহমহল্লসি। তানা পাবমা মিপা অমু ৱাইবি মাওজখিবা। তাবু তাক্ন্না পালহল্লবা ওমবা মিপা অদুনা মযোম লাংলেম কংজবা, মসিনা বিচায় অয়োয়বা ওইরসি, টৈবিংথো।'

খম্ব, নোংবান মেংচুমা নোইরাং নিংথৌমা হংলকই,—'তম্র নথোয় অনিদি হায়রিবা বা অসি ম'মীংবর ? নোংবানমু খম্বমু তা চুরজরগে হায়চুন' মানথয়ে।

নিংথৌনচিংবা অচম অথৌ পুন্নমক লোইনা সনা চোজংগী মমাও কাওজৈবুংদা থোক্লরক্লে। চাহনবুং থোক্লমদ'উদা নো'বানবু থোংলেন্না তা হলহলি। তা অম্ব লম মাপল চংখি, মতুংদ, খম্ববু অমুক হলহনবদা লম তব চংখি। থোংলেন্না হায়রকই,— পাবি ইবুংতোগী লম তমা

চৎলিবসিদা লৈপুং খোম্নবদি, নোংবাম্নদি তা হনবদা য়োয়রোই। নোংবানগী নম মাপলদা লৈপুং খোম্নগা তা হম্নবা ঙাদে। নম মাপলদা লৈপুং খোমবা লোইখ্রে।

খরা নোংবান অনিমক লৈপুং মথক্তা লেপ্লখ্রে। ঙাইতাক্তগী মতুংদা কাওলৈবুং অচৌ মীনা পুমযোম য়োমখ্রে। খরনোংবান তিমেন তা চামন-শদোয়ে হায়বসিদা কেগে য়োইম্নাং লৈবাক্ত খোঙতেক মীঙাং ফাওবা য়ুমদা অমত্ত লৈহৌরে। পুন্নমক চপ মান্নবা কাননকপনি।

খরনোংবান অনি তা অমমম পাম্নদুনা তাচিংনবা হৌরক্লে। মসিদা য়োইম্নাং নিংথৌনা পাইমা থাথল তৌখি,—অনিমকসি ইমাই ঙাক্তনি। তা অসি কমানা ওাম্ন হৌ হায়সিবা, কনাবু কোম্ন হায়-সিবা! তম্নুম অনিমক চপ মান্ননা হন্নরো হায়রবস্ল. অনিমক পান্নুনা পুন্নপ শিনিন্নখরবদি ইপাগী ইমোম ইবেম্মদি মতুংতা অমা লৈতৌদনুনা মাঙহৌবা ঙাই।

পাইমা থাথল তৌদুনা তাংজ নুঙ্গ্না নিংথৌ লৈখ্রে। লাঙলম নিলম পুম চপ লেপখ্রে। মীঙনা ক্রক ক্রক ইন্নরবা লম্পাক অহুদা জীব পানবা অমত্ত লৈতবগুম চীকপরে। মী পুন্নমক্তী নিংদোল পিং পিং চোংলক্লে। করি থোক্লগবা? কনাগী মন্নামবক ওইরগবা? অন্নম তৌরিবৈ মতমদা, থুংখিল পোবোপ অসিদা, অহল অমা লৈন্না অমা চমদুনা থংলরে। থংলন্নিবা অহল অচু কদাইদগীনো হায়রবদা লমলেন ফুবালাদগীনি। লোমী লাকপনি। লোমী লাকপনা পুন্নক্লিবা অসি লৈহৌম য়োয়োক্তী। সনা মাঙদা হক্তংচররে,—'ঞৈবু লোইবা ইনিংথৌ!!

চয়াং থুংখিল পোবোম্নদা, উন্নাংকাইগী লমদম, হাওম্নু লোক্তী লোকমাঙদা, লমলাং কোয়কক্লবী চম্নু অমা পাম লৈক্লা শোক্লে। থুপী মচা অসিগী মমিংদি লাংঙাইবী কোই। য়ুন্নাক্তী থোংম্নাংবম নিংঙোলনি মাবু পোকপা মপানা হাওমু লাইতোনম্ন কোই। মাবু পোকপী পলেম

মমাদি থম্‌ংশবা তানখরে। পলেম পোক্তবীনা মাঙৈমোকই। মপানা চৌংলোন মাপল লাপ্পুনা ভরেং শেঙ্গা তানবা চংথি থৈ, শংলৌ মথেল লাওগনি হায়দুনা লোইবী চৌংথোক্তা চংপদা পাম্ব কৈনা শোংক্র :

শিরিবা দূপী মচা অঙৌবীদমক অহুগা অতৈ শোক্তনবগীদমক পাম্ব কৈথন শাবিপ্পুনা, কৈ অসি য়াইবি মথবাই লৌবিয়ু। ভোজবী দূপী মচা মশাক্কী লমম শিংবিয়ু হায়দুনা হকংচস্বিবনি, ইনিংবৌ।'

. বাকম অসি তাবদা মোইরাং নিংথৌনা,—'অহুদি, লৌমীয়াকপা হায়রিব দূপী মচা অদুদি, মতম কয়বদা চংদুনা শিন্নস্বিবনো,— হংলকই।

''ঐবু লোইবা ইন্সিংবৌ, মাগী শিগদৌবা অহিংদগী লৌমা মথানা থওনবে হায়, মমদি থোমলেন পাম্ব মওলানচাদা মাবু পোক্লমবী মমা থম্‌ং শবা তানথ্রবীনা লাক্তুনা মংনা লৈবসি ইমানা য়েংবা ওমক্তে, ইমাগী ডুং ইম্‌ চংলি হায়রম্মি হায়, নাম্ব চবৈ ফিজোল হোং-দুনা মমাগী ডুং ইন্দুনা মমাম মথা পাংদুনা চংলক্লি হায়। মীকপ, থোকলকপা মতমদা অহিংদা—'ঐবু কম্বিনো ভৌস্বিবসিবু' হায়দুনা কপ্পকই। মমা পোক্তবীনা,—হায়! কৈদৌরবগে? হায়দুনা হংলকই, দূপী মচা অসিনা—ইমা উরম্মী হায়না থুমতৈজ, হায়। পোক্তবী মমানা —হায় ইকাইদবী। সেয়ান ডুমানবা ওাক্ত থন্দুনা পওমও মওবা মওনি হায়দুনা চৈথি হায়। মমা পোক্তবী কিদুনা দূপী মচা অসি ডুশ্বিম লৈথবে হায়।

''মদুং শোয়া ওারগা মমা পোক্তবীদো লৈকাই কোমথোকথবে— থূদক অদুমক্তদা মতা খিবিক লাক্তুনা শংলৌ মথেল লাওলুসি, লোইবী চৌংথোক্ত চংলুসি হৌরবে। মতা মমাম্ব ফৌবা তারগা দূপী মচাসিনা থুরতৈজ,—ইভাথোম ওজিদি ঐহাক চংলরোই, থোমলেম পাম্ব মও যাম্ব হুংওাইরবে। মানা মও কত্তে, হায়বদুদা মতা থৈথিক চংথবে।

মখোয়না মুখ মুখ চংখিবগুগা মম! পোক্তবীচুগা থেংনয়ে লমথাঙদা। হা ইবেম্মথোই, কৈদৌয়ে নতাচুদি হৌবিরক্ত্রবা? চহূ ময়ামচুনা খুদি, -ইত্যাদি মঙ ফত্তে, হায়দুনা লৈহৌরে। পোক্তবী মমানা শাউরকই, —মরিম তন্দুনা তৌরিবনি, শ্রীমৌংদবা হুমিংত্তা মঙ ফত্তে, হেক্তমক হায়! ঙসিদি লৈরমসহু, মশম লোইনা ফোয়দোক্লে, —হায়দুনা চেপ্পকলে। হূপী মচা অহুবু মমা পোক্তবীনা খোঙ্গালদগী শাউনা চৈয়কই, —"হাই হাই লাংতাইবী! নশম ফোয়দোকে লৈরম্ম্।"

লাংতাইবী হায়ৰিবী হূপী মচা অসি হৌজিক চংনবদা কুঞ্জমালা হায়রিবী হূপী মচাচুনি। মীয়ায় কুঞ্জমালা হায়রগা নথন্তনা লাংতাইবী হায়বা করিগীনো হ য়বিনি। মমাং লোনবু পাম্মা মমৈদা খোঞ্জিনবনি হায়বিরম্বী ওজানা। ওআগী কোলোই মিংলেন কাৱ কোবগে হায়বদু, মাইরুমগী ওজা ইবুংঙো চাউবনি।

"ওসাইগী মমা পোক্তবীনা চৈয়কপচুদা লাংদাইবীনা, ইমা,—ঙসিদি শাউখিগহূ, হায়দুনা খুক্লমজে। পোক্তবী মমা অদুনা গর্ভগী ডীল নত্তবনিনা অশাউবগা লোয়ননা মৈবিরে। মতম অতুদা গতি লৈত্রদুনা লাইওইথরবী মমা কৌচুনা কপ্পকই; অঙ্গুম থন্ত্রবদ হূংঙাইরক্ত্রচুনা তাইবং থাদোক্লগে মীংলক্লে, পোক্তবী মমাবু য়েংচুনা, —ইমা! ঙসিদি বিদায় পীবিয়ো। নমোম অমুক হয় চপ্পকলখোই।

'পোক্তবী মমাদগী বিদাই নিচুনা য়েন্দায় থুংত্তা পায়দুনা লাংতাইবীনা মমামচু তায়রক্লে। খোঞ্জেল খোক্ল শাউরকই, —হ', ইত্তা ইবেম্মথোয়, হৌমিন কামিম্মরক্লবীশিং, বাংলেন মিকুপ অমংতদি ঙাইরম্ম্। নতা লাইবক থীবী লাক্লে।

"মখোয় মত্তাশিংচুহূ মাগী খোঞ্জেল তাবদা চপ মান্না লেপখি। মতম অদুমক্তদা লাংদাইবীহূ থুংঙরে। মতা মমান্ন, —ইত্তা লাংদাইবী, মঙফত্তে হায়চুনা লৈহৌরগা করিদৌয়ে চেপ্পকলিবদি? মুজা মানা

থুমথৈজে,—ইতাখোয়, নখোয়দি পলেম অপোকপীমা য়োকপনিমা লাইবক কৈ। ঐদি লাইবক থীবানি, পোক্‌পবী ইমানা ঐবু থৈদুনা তাল্লে। ঙসিসি মখোয় ময়াম খোঙ্‌জাল পীবিয়ু, ঐ অমুক হন্না হল্লক্‌রোই তাইবং মালং খাদোকলগে।

"মাগী মপাউ তাবদা ময়ামদুনা — কপ্পি ৱানো হায়রৈদে, মফম অসিদা ফমদুনা লৈরোয়রো। কোরেন ঐখোয়না লোইংবী চীংখোঙ্‌দগী শংগ্লো মখেল লাংচ্রগা ঐখোয়না নংগী নপোং থন্নবা থরা থরা থাইগনি।

"ফুজা মামা য়াথিদে। ময়ামগা লোয়ন—লোয়ননা লোইবী চীংখোঙ য়োনবা লাক্লে। মফম অদু য়োবদা, চহু ময়ামগা লোয়ননা শংগ্লো য়েনশাং মনামশিং লাঙলক্লে। মাগী মাগী মপোং থম্মদুনা অকোকপদা থোরক্লে। মীয়াম থৈবিক কুম্মিনরসি তোবদা লাইবকথীবী লংদাইবী কোবীপ্পদি পুঞ্জ পঙ্গং য়োরবনিনা ওয়োকপা ৱাথল অমা থম্মোয়দা থল্লকই। ইচা ইবেম্মখোয়, মখোয় ঙহাকতা ফম্মখো, ঐ পুক্লে পাম্বী অমনিদং ফুকউগে।

"মীয়াম,—কপ্পি ৱানো ইতা, চৎপ্রু; থাম্বু লোংদমখোম্ম কমবনা য়াথিদরে মহাক্না পুক্লে ফুক্লে লায়দুনা পুক্লেনা কৈবা লমদমদা চঙলক্লে।

"লাওয়ুয়োক্কি লোকমাঙদা পাম্ব শখা শারবা মমা লাংলুবীগী মচা কৈ, মুপী মচা অপুনা চঙলকপ দুদা কৈ মহাক্কী খোয়ুমলাইগী শংয়োম্নিনা মসিগী মুপী মচাসি ঐগী ইথুংতা থবাই মাঙগদৌরি থঙবনিনা মোংমা নিনি কৈজখিসমু হায়দুন, ঐ কৈ হায়বসিগী শহুম তাকলকই। পাম্ব কৈনা পীয়ক্লিবা শহুমদো ফুজা মামা থওইনা তাখিল্লে। পাম্ব কৈনা শাউয়দুনা, লোইশিল্লগে হায়দুনা হোঃ হায়না চোংথোরকই। পাম্ব কৈগী খোঞ্জেল তাবদা ফুজা মানা, ইমা! ইমা! কৌদুনা চেল্লে। অকিবগা লোয়ননা মামা পাথৎতুনা চেল্লকপদা উরিনা লোতুমা তুরে পাম্ব কৈরেলনা চোংশিল্লকতুনা, কৈরেল চীঙ্গোয় চন্দুনা য়াইবী মথবাই

লোৱে। পাম্বগী থোক্লেল তাবদা নুপী মচাশিংদুম্, ইমা! ইমা!
লাউদুনা চেম্রখে। মোংবা ময়ুম য়োবদা পোক্পী মমাদা পাউদমখি। পোক্পী মমা অসিনা লৈকেক লৈকায় থোমজুনা কমদৌসিংগে বা তাম্লখি।

লোইবী চীংখোঙদা য়াইবী থৱাই মাঙলবী লাংদাইবীগী থৱায় মঙানা পোম্বী চেক্লা মচা অমা ওনখিজুনা পামেল উকৈ থক্ত তোংদুনা লমদম তায় য়েংলকই। নুপী মচা মাবু পোকপা হাওমু লাইতোনম্ব কোবদো চীংলোন মাপল লানজুনা তরেং শেনজা ত'ল্ল বা হৌকপদো মচাগী থৱাইনা ওইরিবা চেক্লাদুনা উরে। পোম্বী অয়ুক পম্লমদে. মপানা লাকলিবা লমদমদা চক্লা মানা পাইরক্লে। হাওবু লাইতোনম্বগী মমাঙদা, পোম্বী মামা থংনা থংনা পোংলক্লে। চেক্লা মাগী মরোলগা শিন্নবনা, মপানা চেক্লাগী মরোলদি থঙ্গিদে। চেক্লা মান' খোংলিবা মরোলদি অসিনি,—'পাক্লৌ ইপা' ইবুংঙো' মুংশিবা! ষাংকেম মিংকুপ অমা লেপ্লিখে', নচান পস্তৌনা লোইবী চংকম্লদাইগী মতমদা, চরৈ ফি লৈরক্লনি হায়রবদো লৈরিক্লুবদি পীবিরমলো, নাংমোম ওসিদা লৈ'-হায়রবনি।

"পোম্বী চেক্লা'না থংনা থংনা পোংবদুদা, হাওমু লাইতোনম্বনা হায়রকই,—চী'মুংগী থুমু মচা-ও, লাংঙিং থুমু অপিলক! পো'ম্বী নংনা কবিনো ঐগী ইমাঙদা থংজুনা খোংববু? খোংগলু, নংনা পো'ব তারগা ইপাগী লাংলেন ইবেম্ম লাংদাইবীগী থোক্লেল ওইনা তারে।' অসি হায়দুনা পো'ম্বী চেক্লা মাবু ত'ম্বো'য়কই। অমুম তৌনা মামা লাকপনা মোংবা ময়ুম মোবদা মীয়া'ম তিন্দুনা লৈরমলে। মরোল পুম্লক তারবদা, লোইবী চীংলোমদ' ওয়গা ঙম থোইনা কপলকক্লে।

অসি "থৈবিক তারগা ননাই ঐন। পাম্ব কৈবাক্ত লাকচরিবসিনি।"

মতাং অসিবাইদা মোইরাং বিংথৌনা লাউরকই,—হায় হায় থম্বা নোংবান অনিমক চায়নবুংদগী কুমথরুকউ।" মপু সনা য়াথং তাবদা

খম্বা নোংবান অনিস্থ পাবোৎ শনগুম চঙশিল্লক্লে। কোংয়াং বাগী চৈস্থ তংগুম অনিমক মপু সনা মাঙদা ডুররে।

নিংথৌনা তাকশিল্লকই.—'নথোয় অনিমক চায়নবা তোকপা তারে, পাম্ব কৈরেন ফানরে। কৈবু হাংপা ঙম্বনা ইমোম লাংলেন ফংজৌ, কৈনা চাখিবনা মরল্লাই ওইনা মাঙজৌ। তা হুয়বনা পাম্বরা? কৈ ফাবনা পাম্বরা? অপাম্বা হায়রু, ভুমুম অনিমক?

সনা য়াথং তাবদা নোংবায় খুমজরকই,—ননাই ঐদি কৈ ফাবনা পামজরে। খম্বা হায়বা লায়রবসি মক্লপকী হুপী হৃবনি, কৈনা লেপ্ল চ সশু। ননাই নোংবান পাম্ব কৈরেল ফাজগে।'

নোংবায় খুম্রকলিবা প উথুম অসি তাবদা মোইরাং থোংলেন নোক-লকই, লাউরকই,—কেগে মীয়াম তাও, মোইরাং মীয়াম তাও, নোংবানগী মমিং য়াওবা কোর্কেক পুয়মক্ত নোংবানগী মমিং থেৎজোকও' মতুংদা মপাবি নোংয়াই খম্বু য়েংহুনা থোংলেন্ন হায়রকই,—'পারি ইবুংঙো নংবু ভুমিন কৈল, কিদুনা তৌরিব্রা? নোংবানদি মপান্না কৈ ফাবনিনা মচংস্থ কৈ ফাগে হায়রে। নংগী নপা পুরেম্বদি পাম্ব কৈরেম ফাবা ঙমলমদবনিনা নংবা ভুমিল্ল কৈলবনি' হায়মু হায়নীংবা বা। ফাবা ঙমগনি ঙমলোই হায়মু। করিগী ভুমিল্ল কৈলিরিবনো?

মপাগী য়াহং তাবদা খম্বনা তপ্প তপ্প খুম্লকই,—'পঙ্গৌ অপাকপা মপারিনা তাজবদা পাম্ব কৈ হায়বা অাৎসি চাম লাক্লে চংমগী পাঙ্গল কল্লি, লিশিং লাক্লে লিশিংগী পাঙ্গল কল্লি, হায়না তাজৈ; অতুক কনবা কৈজুবু নপারিনা ফাবা ঙমগনি নীংজদে। ইমাগী থোয়াংনা চাউরকপা ওইরবদি ঙমগব্রা হায়জগদবনি। ঙম্মোই হায়রবস্থ চেনবা য়াদবা মতাং থোকলবনিনা, ঐনা চেল্লরগা মরাল কৈলভদবী সনাগী মগুন ঙংক্তবা থোক্লদোরিবনিনা, কৈ ফাবা ঙমগদবা নোংবানগী মতুংদা কৈ ফাবা ঙমজদবা মক্লাস্থ ইঙরুবা তাই।

মচাগী মুংশিরবা পাউথুম তাবদা খোংলেম্ন মচাবু চেঙেৎ কোম্লুনা হায়রকই,—'পাখি, নং শোয়দনা কৈ ফাবা ঙমগনি। নোংবান নত্তাওসিদি শোয়নম নম্বে।'

মপু সনা মাঙদা খোংলেন্ন হঙ্গংলি,—'মমাইশিংসি কৈ ফাবদা লেপ্লরে, কৈবন শানবগী মওং চংথজরগে।' খোংলেমগী মা তাবদা মোইরাং নিংথৌদা,—থৌম্নে ইপু কৈবম শাথুনা থবা নোংবান কৈ ফাহল্লে।

চাউবনা মীয়াম কৈথিক পুত্থুনা কৈফক কৈরাং, থুজু থুলাই কৈথিক লোয়ননা হাওমুয়োক্ত কৈবন শাবা খোঙশালথরে। কৈবন শাথরে।

নোংবান মমুম মোয়রকপদা মাগী শাগৈ মাচেনা নোংবানগীদমক বানথি। অসোমদা থবা শায়রশঙদনা নোংমাইনা মমুম মোয়রকপা মতমদা সনা ইবেম্মনা মবুংঙোগী সেবা ঙোফম খোকপা লোইজরে। মতুংদা মবুংঙো থবু য়েংলুনা তপ্প তপ্প হংজরকই,—'থহাইগী মপু ইবুংঙো, বিচারবু কয়ম তৌরবগে? অফবা পাউ তম্নীয়ুগবা?'

খোইবীগী বাহং তাবদা থবনা মীৎমা ফল্লপ য়েংলগা থুম্রকই,—নিংথৌগী মযোম ইবেম্ম, ঙসীমক্তী বিচার লোইরক্তে, হয়েংদি বিচার পুমলোই লোইরগনি, মরমদি—হয়েং হাওমুলোক্তী লোকমাঙদা পাম্ব কৈগী মমাঙদা ইত্তাওগা ঐগা লেপথবা তারি।

পাউথুম অসি তাবদা সনানা থম্মোমদা মায়া বাথি, অহুগা চীম-বানখোংদদি নোককেৎ তৌথি। অন্নম তোনা তোনা হুমিদাংগী মতম ওইরমুনা চাবা থকপা লোইনথে। খোমলেম মীকপম্ব তায়থে।

নোংমাই চবুক থায়রকপদা তোম্নবী থম্বদো খোজেল খোক্ক কপ্লক্লে। কম্বিদমক কপ্নদো হায়রদা—হয়েং ইবুং তাম্নগা মপুবামা কৈ ফাবা চংপদা পায়নবা তা কৈলেত্রি। পলেম পঙ্গো কৈরবাদ ইছুনিংথৌগী

তা অসি খিনীগদবনি। পলেম পঙ্হৌবদি লৈতবনিদা, লায়রবী থম্ভ্রবদি অহল ওইবা লাই, করি ঊপায় তৌগনি, অসি থৈবিক নীংশিংলুবদা পলেম পঙ্গৌ কৌহুন' হায়রকই।

হাঃ পঙ্গৌ ইবুংঙো। পাম্বি নমোম লৈহৌই হায়বসি কাউথ্রবোই, তোঙ্বী নচান: ইপাইবুংঙোবু কৌজরি। অস্তক বারম্বা তাইবংদা থম্বিরগদবা নমোমবু লৌশিনবীরো পঙ্হৌনা।'— অসি হায়না তেংথাহুনা অহিং ইমুংবদা হায়রকলে।

থম্ভ্র মানা থমোম কায়না কম্নদা, করাম্বা ঊথি? থাংজিংনা ঊথি। থাংজিংনা, পুরেম কৌরগে থম্ভ্রহুনা চীম্ভু অরাং পাংনা খোঙ্গশানখ্রে। খোংঙাক অশিংথেল মৌরক্লে। চীংঙ্ক মাগী ময়াথংনা পুরেমবু কৌরকই। পুরেমনা, ঐবু কৌবা করানো', থুদ্রকই। থাংজিংন,—'ঐ মৈইরাং থাংজিংনি। নপাম্বি নোংমাই থম্বাদা হয়েং কৈ ফাদৌরি, পাম্ববা তা লৈতহুনা মচিন মপুরঃ কপহৌরে।

থাংজিংনা পাউ অসি তম্বীরগা চীংঙ্ক মরাদম্ব'রদা হনথরে। অসিগী মতুংদা পুরেমনা বাথগ তৌরকই,—' ঐনা তাইবং মালংপাম্ব লৈরিতৈ, ঐনা পায়রম তা অদে খোংলেনগী মথুংতা শিন্নরম্বিনা। খোংলেন`মানা তাহু মাঙোম্ব লৈ তাকপিদবনা, ইচা অনিনা কপ্ন ওইমমগনি। তাইবংমালংদা ঐ চংতবা মাদে,— হায়হুনা পুরেম অশা-উবগা লোয়ননা কেগে মোইরাংদা থুংলরে ইহাম চানবমক্তদা খোং-লেনগী মমুমদা চঙলকই, মাঙ্গোল থেঙ্গোংলাংদা লেপ্লগা,—' ইতাও, ইতাও, নতাও পুরেম ঐ লাকই, খোঙজী লাতৈ কাংঙ্ক। ঐনা নঙোম্ব তাইবং মালংদা শিনরম তা অহুবু পাম্বি ইচাদ নংনা পীবিদবনা মচিন মপুবা কপ্লে। করিগীদমক তা লোৎশিন্দুনা থমগে? তাগী মপু ঐ লাক্লে, পীরো লাউ। ইচা অনিনা কম্লিবসি নংগী নচা অপোকপা

হংখি, —ইচেমগী ইবুংঙো নংবু, কৈ ফাবদা পায়রনবা তা লৈরম্রা।"

খম্বা, —'ইচেমহল, তা লৈজরি।'

মচিন মোপুৰাগী ৱা লোম ঙাঙনবসি থোইবীনা উরদুনা, পাউ অদু তানীংলদুনা চঙশিল্লক্লে। থোইবী লাকপা উবদা খম্বনা মপুরাদা ৱা ঙাঙগদৌ হায়না ঈজীং তৌদুনা ফুরিন ফুরিন লৈনখয়ে। থোইবীনা পুক্রিংদা খল্লি, —'ঐ লাকলগা ৱাসি ঙাঙনশিল্লিবসি, ইনগ খন্ন অসিনা মপুরাবু কৈ ফাহনীংলদুনা থোইবী থারনখো হায়না থৌজিনবা ওইরমান্নে, হায়না খল্লি। নিঙোলগা মোগা তিন্নবসি লাই হাওজগী পুক্রিং লেং মরক্তে, মত্রু লৈবনা থনবনি।

থোইবীনা তাইহ'ক লৈরগা শোনবোইনা হায়রকই, —ঐ যুম পানগে লাকপা মুপীনি, লৈকাই মী কংমজবনা কারহনগদৌরিবাক্লে।

মচনগী ৱাঙাও তাবদা খমজুনা,— কৈদৌরবগে ইবেম? লৈকায় কনানা কায়দনবা তৌরিবনো? দমাই ইনম্মদা তম্ম।

থোইবীন', - ইনম্মনা মপুৰাদা থৌজিনবদো, ঐবু থারবো থৌজিনবনি, ঐ লোইনা খঙঙী।'

খম্বা,— নত্তে, নত্তে, ইবেম, লৈত-লায়র। ৱা তারবদা মনা নাকোং তাখ্‌গা পুক্রিং ওনখিগনি চাংনহুনা ইনমমনা তাজনবনি। হৌজিকপু, কৈ ফাবা চংকদৌরবসিদা তা লৈত্রিরে, ইবেম।

থোইবীন —অদুদি ইনম্ম, তা হায়বদুদি কমদৌবা জাংমো?

খম্বা খুমকম খঙদ্রদুনা, - তাদি ইবেম তাদৌনা অদুম তৌই।

থোইবীনা, —তা হায়বসিবু ৱানা মখোক পাল্লগা মচীন মোং হাম্নদুরা?

খম্বা, —মানি ইবেম।

থোইবীনা, —পাবুংখোয়দা মায় লৈ, অমনি লৌরগে।

খম্বনা ফুংশা থীদুনা মচন্নবু চেজেং কোন্দুনা কপ্প কপ্প পাঙমেল্লি,-

—সনা ইবেম, তা থাইবিরগদ্রু, সনা কোক্তুং মোথ্রগা পাবুংমা কাজিন্দুনা থরথ্রবদি, সনানা হন্নক্ত্রবদা নমাই ইনম্মনা কয়রা হিংগনি। তা লৈরবন্থ তোকচগে, সনাবু থাদোকচবদি ঙমজরোই।

মনম্মনা মুংশিনা তৌবন্থ উরগা থোইবীনা পেন্নচুনা,—ইনম! ঐ হন্নকনি, লৌক্লগে।

অতুদি ইবেম, লেঙবিবা তারবদি পাবুংদা তা লাম্ব পীবিয়ু হায়বিয়ু।

থোইবী সেন্থু অনিমক তা বায়কদি হায়তুনা পাবুং শক্লাই ফরক্লে। সনা থোক্লাপ হোজংদা চঙশিন্নক্লে। থোইবীনা মপাবুংবু খুক্কমজরগা হায়জরকই,—ইপা ইবুংঙো! নমিংঙ্গ কাউথ্রে, কৈ ফাবদা পায়রদে কম্বিঐয়ে তা লথ্ন, হায়রদো অমৎতা পীবিয়ু, কৈ ফাবদা পামনবা লৈরে,—হঙ্গংচৈ।

যুবরাজনা মথোমন্থ মুন্না য়েংলগা, মাঙ্গী বা তারগা মীৎলুদা পিশিহনা কপখি। ইপাগী ইমোম, ইবেমা, নবুঙোগী মথো পুবা লায়রদো মচুমতৌনা পুগদবনি। ইপানা মংবু থাগংকে, ইচাদি মরাল লৈতবনি। চৎলো চঙশিন্লো, যুমসি নংগীনি, ইপাগী লৈরিবা পুম্মকাসিন্থ নংগী তাক্লনি। তাদো অনি পুগেরা, অতম পুগেরা? নথুৎনা ফংবতা লৌ অম্মন হায়না তাকপি।

থোইবীগী পনবা লৈতনা চঙলক্লনা তা অপাম থম্নুরে। খুপীনা থনবা তানিনা কৈ ফক্লে, থঙদবশ্নাঃ অমা পুত্নুনা থোয়ক্লে। তাখোক অহু শূমজাবা ওইরকহুনা চুমকুপনা ময়ি ময়ি তারক্লে। মনাও ইবুংঙো বাজোল নিংথৌনা মহু উবহুন',—'তাইথো ইবেম, তাম্ব ফক্লে অসি পীগে,—হায়রহুনা সনা খুংগ্ন—তাম্ব পুথোরক্লনা থোইবীগী মখুৎতা শিন্নরে। তা অহুবু পাবুংনা পথোরক্লনা পীবদো উবদা থোইবীনা পক্লিংদা থক্লাখি,—এথোরগী ইবুংঙোবু, পাবুংনা খুংশিদবদি মঙবোইরে।

ঐশিবু মচ মচেৎ, হায়রে।' কপ্প কপ্প পাউদম্মকই মমাদা। মহাক তাবদা মমাবা চেথেৎ কোন্থ্রবা— 'ইবনা পোকপা নংতমা কমায়না পোকপা ওইগনি ? নপা থোংলেনদি মীয়োল মায়দে তামথসি মপানা থওয়া ? লাউ,— মতমপাক্ত থবু পমথংলগা হন নম চুপ্পকই। অহুমী মমক মমক্ত থবগী মখিৎ হুংশিনবদুনা থোংলেনদা কম্প—কম্প মেংলকই। মচানা পিশী ইমা চৌহনা মপাদ .মংলকইবদে— থোংলেন হেক উকয়ে। থাওবা ওবলক্লুহনা থোংলেন পখোম শাংনা ক্লিংথোক্লুবা মচাবু কৌশিন্নকই,— 'পাম্মি ইবুংঙো হুংশিবা। ইপ না মতৌ মেংবনি, চিংনহু ইপা পমগে লাউ,— 'কৌশিন্নকই। থবা চেক্লিন্নক্লুবা মপাগী মতমথাক্ত কল্লয়ে। মচাবু চেথেৎ কোন্সুনা থোংলেন কপ্প কপ্প হাবমকই, —'পাম্মি ইবুংঙো হুংশিবা! মপানা থম্মব তা নৈদ পীগনি। ওসি অহিংগী মওলামচান্দ পহৌ মপান্স লাকলম্মি। মওদা তা কেংঙম্মি। নপা লাকলবগী খুদম মেংথোকাস। ইপাগী লুখুমদা তা লৈবনি, লৌথোকলু।

থবনা পমথা নৈতমা চওলক্লুনা তা অসি লৌথোক্লয়ে। মপাগী মমাওদা তাহু পুংথোমকলগা, মশিন্না ইপা ইবুংঙো, উংলদে থোংলেন —পাম্মি ইবুংঙো, তাথুম অদো শংঙোকউ, ইপা মেংগে।' থবমা তাথুম শাংঙোক্লে। থোংলেন মেংব মতমদ হাক্লিক হুচাক পকথমে। থোংলেন হায়মকই, "নপা লাকলমহুনা কেংঙহনি, অহুনা হুচাক পকইবনি। হৌজিক্কি তা অসিগী মাগী নচোন্দ তাক্লগে। তা অসি থাম্ন থোক, কমাংথোক কৌইদো, থাংজিংথোক থোকলাবা মমা নৈমা লৌন তা কৌইদো, মমা নৈচেং মাইনথোকক্ল কৌইদো, মসি কৌথিবা মমমদি ইপা তাক্লে তাও। তাথোক অসি কম্ং চৌংগী হুওবী মথক্ত হৌথা মাদি। মতাং কুনমঙা পাম্মি, মনিংনা মাংথৈ লোংজি, মনিং শাথৌ লৌমবা কৌই। তাথোক মহাকসিদি হুমিংকী থামনি। ঐনা

নিংথৌপনবা হুন্বিংকী মচা অমা কংখৈদ, অহিং অহিংনা অঙাং ওই, হুংখিদ হুংখিদনা বাগী চৈ ওই।

"মোংঙদি ঐনা নিংথৌগী নপানা লৈকাই কোয়খোকপদা চৈথদ্ পুখোকখবে। মরূপ খম্বরবগী মমূমদা চঙ্দুবে। মতাঙ থাদররখবা, চৈথসি মায় কখবে, ঐথোঙ্গ পীরমো তাবদুনা নি। ঐনা লাকপনা মরূপ অমনা নিংথৌনিমা পীদবা ওমতুনা, খম্ববদা পীখোম্লগে। নদিগী মতুংদা ঐনালাকপগু মমূন য়োথবে।

খম্বরবগী মমূমদা লৈহৌখিবা চৈথদে। অহিং ওইবরুদুনা অতাং ওইবরে খম্বরবনা কিমনখিদুনা অতাংদু পাকদুনা চম্পোয়কপদা মালেম লৈদা হেক তাবদা বা পাবী হেক ওইরে। মতম অদুদা, কোয়মৌ থঙগী লাইবাউ অমা লাউরকই,—"হৌখিবা বংচু খম্বু থোইবাং ফুরেল থাদো, হায়রকই, থুদক অচুমতদা, খম্ববনা বা অচু পুদুনা, থোইবাং ফুরেল থাখ য়। লাইদ মৈশিং ইচেম পুখিদুনা লোঙ্জাক্ত তাউখবে। মৈখক ইপোয় পুরক্তুনা থাজ কমাং চীংদা খেংঙবে। হুতবীদা বারুনা খেংনুমদা বানৌ মথিং অমা তেক্তুনা তাহৌবে। হুংগৌহুগী মখক্ত বানৌহুনা বা পাবী অমা অমুক ওইদুনা হৌহৌবে। বাদি উতখবে। মহুনা তাখোক ওইখিবনিনি।

বাহ কমাঙখবা পুরক্তুনা, থোইবাং নিংথৌ কাং কাং পোংলেমহমবা নিংথৌদা কংখি। নিংথৌনা মাইকি হায়বা থঙহুনা তাখোক ওইনা পায়রখি। নিংথৌয়োল খুদিংমক্কি নিংথৌতগী ওইবা তানি। নপাগী হাক্তকদা, ভোয়মুং কৈ কাউৈদা নিংথৌনা পীখিদুনা নপানা পায়খিবনি।

ওসাইগী লাইনা হেক পোকপা তম্ংবা বাংহুদি, লাইগী মচানিমা থোইবাং ইপুমদা হজিন্দুনা হৌরুংগে মীংহুনা, মৈয়োই মৈয়োইনা লাক্লগা, থোইবাং অয়োমবা খুন্দোল, বা মতোমভা হৌবরে। বাপুং অহুগী মথিংবু থোইবাংদা লৈখাবদ, মৈয়োমহুনা লাকপনি, অয়োমবা খুদোল

ওইবিদৈগী মতোংদো মচোন্দ থোক্লরবনিনা, নমুংদা হয়নো।"

বাক্তাবুদা ইকাই ইকাই খম্বা মপা পুক্লরগা থোংবা মরামরাই ভারক্লে। নিংথৌগী মচা ইবেম্মদ খম্বগীদমক ভয়া লুকোই চেৌবা থোইরমদে। লুকক নমচুনা থৈনদোক্লুনা থমলম্মী। খম্বা লাইহল লিগী ভুরেনদা ঈক্লমায়থক্লগা, লুকহা কিদাদা করুচুনা ভয়া মথেল লুকোই চাথরে। লুকহা শঙদগী থোক্লক্লুনা মাঙোল থেক্লোংলাংদা চৈর ফিজোল হোংবা থোরক্লে। চৈর ফিজোল থৈবিক থোনবা লোইরচুনা ফরকমলাংদা ফম্লগা মচেম থম্লু কৌরকই। থম্লুনা ইবুংদগী চেথোরক্লুনা মপুবাগী মনাক্ত লেপ্লরে। মচেম থম্লুনা লেপ্লরবদা খম্বা মচেমগী মথোঙ লোক্ল থুক্লম্মি। বাহৈদি,—'ইমা শকপী ইচেমহল, চৈংভু লাইবিং চেথলিয়ম্লু, পাখ কৈরেনদো কাবা ভমজক্লরবস্ত ইভাওগী মচুং ইম্লুগে, পুক্লম্মী। থম্লুনা মপুবাগী মনমদা পুংনা নাম্লগা হায়রকই,—'ইচেমগী ইবুংঙো চুংশিবা, ওলিগী চুমিংতা নংবা লাক্লব লৈরগা নংনা অচুম ফংগনি। নংনা লাক্লদবা ওইরবদি পাখ কৈযু ভমজোকো।"

অসিগী মতুংদা মথোম লাংলেম থোইবীবু চিংনা থেংওকই খম্বনা, নিংথৌগী মথোম লাংলেম ইবেম্মদ খম্বু থেংলকই। থেংনরিবা নিং-থেংচুগী বাথলদি খম্বা খনবনা, লাই মীংয়ুন লৈবিরম্লু, ঐ চৎচক্লথিগে হায়বগী বাথলনি; থোইবীগী থেংলকপগী বাথলনা, ঐনা নশক ইশক থঙনয়কপা চুম্নিংতগী পুক্লিং অনৈ লোওদবী ওইরবদি, পাখা কৈযু ভখিরকউকো হায়বগী বাথলনি।

অসিগী মতুংদা পখম্ব থোংলেনগী মনাই ভব নিপা ভয়ামঙাগা লোয়মচুনা হাওমুংলোক্লী লমদম পাংলক্লে।

নোং ভাক্লকপা মতমদা, মপানা নোংবানবু কৈ কাবা ভোকলো খিংথী। পাৱি ইবুংঙো নোংবান, পলেম পম্নো ঐথোয় অনিনা হায়বা বাসি মং মুম থম্লু, থরাউ হায়বসি লৈবা ফংবা নত্তে, মোনবা মকমনু

খুংনাইগি লোয়নবা নোংবান খাঙ্গা চৌরক্লে। মামা চাক্লি চায়। কোকুবী থোং নাক্লগা, খম্বা নাকপা নোংবান ভাইহে। খম্বা কোন্ন নাক্লবদু নোংবান ভাইহুনা লৈরবদা, উমরে অনিমক। খম্বা নোংবান উনরবদা খবদু থেনগদৌবনি মায় হৌই। অদুদু খম্বা নোংবানদু য়েংদুনা হায় —ইভাও ইবুংঙো কোংবানবা, নংগা ঐগা থেনয়গ কদি চোংজবগে? ঙসি হাওমুলোকী লাক্লুবা হৈবা শাক্তী লেপচৌখিবনি। নংগা ঐগা মিন্তাই শংদানদুনা কাযদে, চংসি নাকও, — হায়দুনা খম্বা নোংবান অনিমক ভুংথ মাঙথ নাক্লে।

হাওমুলোকী লোকমাঙদা শগায় শরেং শায়রই। নিংথৌমা, অঙম অথৌ পুম্নমক শগাই মখক চাদ্রেইদবি। খম্বা নোংবান অনিদু মপু সনা মাচদা থুরমজে। মসাই অনিবু য়েংলগা থোইবাং নিংথৌম পাইমা পিবুক থোইবাঙখি: 'অয়ুম অনিমক মংগী নংগী শক্তৌগী শগাই মখক হৈরাঙ চাগদবা চানারা খিঙেল চিনগদৌবা চিন্নরো, ভাইবাক পুংগোই লৈরগা পন্নু চঙবব কনয়ো, --সনা য়াথং ভাকপিখি। খম্বা নোংবান অনিদু মপা মপাগী মখক ভাইবাক কমদুনা লেখে।

মোইরাং নিংথৌনা ভাউবা হইবোই নখোং মরিবু কৌযে, মরিদুগু চঙলকই সনা নাক্ল। নিংথৌনা নখোয় মরিমকপু খম্বা নোংবান পুসিন্দুনা পন্নুং চঙ লা, য়াথং পীথরে। হইরোয় নখোং মরিনদু খম্বা নোংবানবু কৌথাক্লুনা পন্নুং চঙলসি হায়রে। খম্বা নোংবান অনিদু সনা নাক্ল চঙলক্লুনা,-- মনাই ঐখোয়, পন্নুং চঙজবগে, থুকনি। মখোয় অনিবু য়েংদুনা নিংথৌনা ভাকপিখি, —'অয়ুম নখোয় অনিমক অমমা লেংনবা হৈবা অনি চঙদুনা কামিদ্রো, নথবাই কম্মো।' খম্বা, সনা য়াথং লৈবাক ভাকদে, থুমৈখে। নোংবান মানিংদবা উংলি থুমদে।

হইবোয় নখো: মরিনা মাঙ থাদুনা, ভাউবা হইথোঙ হাংদোক্লগা

পন্থৎদা থবা নোংবান পুশিনথরে। নোংচুপ পাংনা চঙখিনরকপসি থবনা মেৎলোম থঙভি, নোংবার ওইরোম থঙভী। থবনা হুইরোম মখোং অনিদা পানা খুদপ লানবৈজ, বাহৈদি, —ঐগী হুইরোম মখোং অনিমক, থবা ঐবু কৈ নৈঙবা লমদা পুসিনবিয়ু, —হায়রৈজ। নোংবার মাগী হুইরোম মখোং অনিদা —হুইরোম মখোং অনিমক, কৈ অদো কদাইদা লৈবগে, মকম তাকউ, নোংবান ঐ কৈ হায় থেংনদবা বাদে, —হায়খি।

থববু কৈ থেংনদনবা হায়দুনা হুইরোম মখোং অনিমা পুথিবসিনা অরাংগী লোকমায় যৌথরে। নোংবারবুনা মাগী হুইরোম মখোং অনিমা পুসিল্লকপসিনা মথা থংবা লোকচুঙ তয় কৈ লৈকম থিরক্লে। অরাং লোমদা চৎখিবা থবদি চৌংগী চৌংমাদদা শাগুমাতান শাবদা, মসিদা ফম্ থবা প ম কৈ লাকলোই, হায়দুনা হুইরোমনা লৈকম পীথরে। মথারোমদনা লাংদাইবী হায়বী মুপীমচাছুগী থবাই যাওবা পোম্লাংদো মমাঙদা তাদুনা লৈবগু উদপা নোংবার লোক্ লোক্ লাউরকই, বাহৈদি হেঃ ইবেম্, পাম কৈ ফাবী, মহাক্তী করিগীদমক লোক্ং চঙদুনা কৈ থিক্লবগে? যাইবী মথবাই মাঙলদো, পাম্ইদা।

নোংবার লাউরক্লিবদুবু থবনা তারদুনা হায়রিবা মুপী মচানিবু পনবাগা পুথোক্না মপাদা শিন্নগে নিংথি। হুইরোম মখোংদা থবনা হায়রকই, —'ইমাম হুইরোম মখোং অনিমক, কৈনা শোকপা মুপী মচাদো', ইতাও নোংবার থেংনমমালে, শিরবী মুপী মচা অনিবু পোদুনা পুথাক্লগা মাবু শোকপা পঙ্খোদা শিন্নবিকগে হায়ববু যাগম্লা?

হুইরোম মখোংনা খুমকই, —'করি বানো নোংযাই থম্বা, থরাম মাংথ্রবদুবু নংনা শোকউরবদি ফত্তবা ওইগনি, অমুক হম নীওদু, থিংথি। হুইরোম মখোং অনিশু পনথাম লোমদা থোকথরে।

মথা থংবা মায়গৈদা লোংবানগী হুইরোম নখোং অনিনা, কৈ লবা মকমদি সিদা লৈরে, হায়দুনা খুদোংবী থিন্দুনা তাক্লগা থোকখে। লোংবান্দুগী মখোয়না তাক্লগা কৈ লৈবা নমদমছু তম চঙলক্লে। মতম মতুংদা লোংবায় মময় অমা ফংখি, শাহিং তাহিং মমম্মি। কৈগী শোয় হানদোয়কপছু মালং চুংশিংনা পুয়ক্তুনা লোংবানগী মনাক্তোমদা তৈথরি। থম্বা চঙশিল্লগা লোংবায় থেংনকপদা কৈ অসি ফুমদুনা লৈরমলে। কৈনা ময়া অতৈবা মথৈ কাখংদুনা ফুখিদা হয়িং মরাম ইরম্মি। থাগ্ন থেংবদা লোংবায় উবদা কৈ অসি শিরমাক্লে, খল্লি। মী চায়বা কনিনা মথক্ত নপুন্সি লোয়নদুনা শিরেদো, অম্ম হায়না মীংতি। লোংবায় পুক্নিংদা খল্লি, —অচৌবদি থেংনম্নবনিনা অশিবদা থিল্লগা, কৈ কাদে, লাউবা তাই।

কৈ অদুনা ফুমদুনা লৈরিবদো করিমরমগীমো হায়রবদি ওয়াংদগী ফুরকত্তবা, কদাইদা পল মীংথোকসিগে হায়দুনা থিরকপদা, মীংথোককম লৈত্রদুনা মকম অসিদা ফুখানি। কৈোস মপুঙ ফামা ফুমখিবনা লোংবানগী ইয়াংসিগী মাসোল ফংখিদে। লোংবায় কৈ অসি থিল্লগে, অশিবা ওইরবন্ন, হায়না মীংতক্লে। থিনগে লাংতিতৈদা পাখ কৈছু মনাদা চয়বা হয়িংনা নাক্তোলনোমদা থোরক্তুনা নাক্তোল মচুঙদা মরেং মরেং চৎপদা হাকথি থল্লক্লে। কৈনা হাকথি থকপগী তাবদা লোংবায়,—হি শিত্রিনা! নাদি ফুমদুনা লৈরিবোইরে, ঐনা মাথু থিনগে খল্লিবসি লালম্লে। অদোমনা হায়রৈ, ফুম্মিতৈ চাখিতৈ হাংদৈহনদে ফুদৈনদে হায়, অদুনদি ফুখসি হোদোক্লগা হাংনগে হায়দুনা পাখ কৈদা লাউরক্লে, —হায়, হায়, পাখ শাহিং তাহিং নখ, লোংবান লাক্লে, থেংনসি চৌগংদু — লাউরকই। লোংবানগী মাবা থোক্লেন তাবদা পাখ মমীৎ শিংতক্তুনা ফল চোংতকই। লোংবানলোমদা ওনসিন্দুনা অকিবা বিকারনা লোয়নদুনা তংলকই কৈনা। কৈনা তংবছু লোংবায় উরগা, মাগী

খম্বু চৈরকই, —'হায় খম্বা হায়বা মাঙখাবা। ঐনা কাগে তৌবা কৈবু নংনা তাহোকপা করিগীনো।'

খম্বনা খুম্মী, —'কৱি ৱাদো মচাপলোয়, নংগী নখরায় কনবনিনা।'

মোংবায় —'কনবা নত্তে, ঐবু নংনা কমচুনা তাহোকখিবা কৈনি, লেম তোকপা ঙমলোই, ঐ সনা মাঙনা ৱাকংকনি, —হায়দুনা মোংবায় লাউবগা লোয়নমা, কৈনা হুন্দোকখিবা তা-মিছু অক্তেবদুনা যুংদুনা লৈরম্বগ মখুৎমা পায়দুনা সনা মাঙনা ৱাকংকনি থোকখ্রে।

ইতাওনা থেংকথবনিনা ঐবু হৈনা মঙুং ইনগে, —হায়দুনা খম্বু মোংবানগা লোয়নমা থোকনিররক্লে।

ত ওবা হয়খোঙ কাংদোক্নুনা মোংবায় লাউরকই, —ঐবু লোইবা ইনিংথৌ, ঐনা কাগে হায়দুনা কৈ অচু তানা থিন্দুনা নমদুনা লৈজবু, খম্বা লাক্নুনা কৈ অচু কুদুনা তাহোকখ্রে। মপু সনা মোংদম্বীবু ঐ লেম তোকপা ঙমলোই।

মোংবানগী ৱাঙাঙ তাবদ, মনাইরেন খম্বু নিংথৌমা মেংদুনা হায়রকই, —অদুম মোংবাই, মকাক্তা নতাও মোংবায় থিমবা কৈবু কৱিগীদমক কৃদুনা তাহোক্লগে ?"

খম্বনা খুমখৈ, —ঐবু লে ইবা ইনিংথৌ!! মনাই মোংবান অসি কৈনা কোন্দুনা চীংচেঙ ওইরিররক্লে। মনাইনা অতৈব লমদা তাইজগা, মপু সনা মাংলন ঙলাই থবাই কন্নৌ, তাকপিবদু ঙাকচদুনা কৈদুগী চাক্কোবদা তানা থিজগা কৈ তাহোক্লগা ইতাওগী খবায় কমকপনি।

অসিগী ৱাকল তাবদা মোইরাং নিংথৌনা থোংলেন মেংদুনা হায়রকই, —ইপু থোংলেন অথৌবা, অসিসি কনানা কৈ থিনবনো কনানা থিজবনো ?

থোংলেন খুমখৈ, —ঐবু লোইবা ইনিংথৌ, কৈ থিনবা মীগী

তাজিদি ঈথেং পকদি  কৈথিদবা তাজিম্বি লৈতাও পকদি। মসা মীথেবেং তাথিবু।

মোইরাং নিংথৌনা থবা মোংবানগী তাজিম মেংবদা থবগী তাজিদী ঈথেং পকএ, মোংবানগী তাজিদী লৈতাও পক্লে। মহু উবগা মোইরাং নিংথৌনা মোংবান মেংদুনা হায়রকই,—মোংবান, নংগী তাজিদ লৈতাও পক্লিবসিদি থোংলেনগী বিচার মচুং ঈন নং লাক্লে। থবগী তাজিদ ঈথেং পকপনিনা থবনা বিচার চুমথক্লে। অচুমদোবগী শকতং কৈ কাবসি ঐ তোক্লগে, মখোয় লাংলেনবু থবা মথান মাইদা লৈশ্নসু হায়দোকই।'

মোংবান্না খুমখৈ,—মখোয় লাংলেন থাদোক্নদোবগী শকক কৈ কাবা অমুক হন্না চঙজগে।

নিংথৌ মসা মাথংনা,—'কয়ে অমুক হন্না চঙজো।'

অনিমক পন্নুং তম্না চঙনিরবদে' অঙোমদ মোইরাং থোংলেন্না থবা মেংচুনা লাউবকই,—পাম্বি ইবুংঙো মোংবাই নংদি, মোংবান নতাওদে। শিক্রিবমৈথ মথবাই কল্লু, শিদোয়ে থঙনব কান্দ চেক্লিম্লু।

থবা মোংবান অনিমু ঙস ঈগী মকম মকম লৌনরে। মোংবানবুক্ত কৈনা ঙহোক্ত থৌরাংনা শাইরলে। মোংবান কেক উবদা কৈগী শাউবা থেংথরে। কৈনা মোংবান কেক উবগ চেপপ চোংবা তৌরক্লে। মাক্তৈগী অহানদা কল কল কৈনা চেপপ চোংলক্লবদা মোংবান্না মাগী তা অমু কৈ তম্না হুক্লিন্নবদা লৈবাক্ত যুংহুনা অরোন্ন তারে। মখুৎক' তা লৈতব উবদা কৈনা ঙসাইদোনা চোংশিন্নক্লে। মোংবানন্দু উপায় লৈত্রদুনা কৈগী মায়োক্কহুনা কোম্নরে। মোংবান্না কৈগী মথবাং অচেংবদ খুৎথাদনা কোনখিবনা, কৈ শোয় থিংথিদুনা মোংবানবু লাকপ্ল ঙমক্লে। মোংবানন্দু কৈ অদু লাকসিন্দুনা থবদা কৈ অহু শিকনবন্দু ঙমদ্র, মতম অসিদা চীংতু মোংদম থোঙগী ওয় কৈতনবা বাথল অমম্ন লাক্লুনা তৌরিবা

হৌরিবা তেম্বা অসিগা পাম্না কৈ অসি চপ্থাইগে হায়না নীংজুনা কৈমু থাংজুনা পুরক্লগা তেম্বা মথোং তাম্ পুশিল্লে। তেম্বাগা পাম্না কোন্সিনগে হায়গুনা মথং কোমগোম তৌম্বকপদা পাম কৈ শোম চোনব কংথবে, খুদক্ত পাম কৈগী খুমুংনা তেম্বাদা খুঙম ওইজুনা নোংবানবু লোংম ঈল্লকই। নোংবান লোংনা তাথবে মালেম কৈমাই থক, চোংশিল্লকতুনা পাম্না চীনগে'ম চক্লে, কৈমা শম্বাক তমথবে। পাম্না লাকইব মফমসি নোংবানগী খৌরিদনি।

মতাং অসি থম্বা থাপতক চীংদোংদগী ঊরে, মপা খোংলেনগী মাথংগী মতম্ অদো ওইরক্লমাগে হায়জুনা চেন্সিল্লকলে। কৈগা নোংবান পদি কৈমা মথক থংলম্মী। থম্বা চোংশিল্লুমা কৈ অমুগী কাকতোং-কবগী মমাদা তানা থিল্লক্লে। পাম কৈ মামমথুত্তুনা নোংবানবু কাও থোক্লমগা চোংথবে। খুদক্ত থম্বা চেন্সিল্লক্তুনা নোংবান মতাওমু কোমথংলি,—ইতাও ইবুংঙো, করিমুক তৌরোই, মতাও লাক্লে।

নোংবান অদো কৈগী হুনা হায়গংতুনা মমিং অনি ঊথিজে, শোম থবেং থবেংনা থম্বা হায়রকই, বাঙাওদি মপুং কাদবে,—'ইতাও ইবুংঙো, ঐবু থাদোকপিগন্নু। ঈমাগী মশক ঊবা ফংতরোই. শিরমদাইগী মতমদা পম্বোগী মশকতদি ঊজগে অদুগা লাইজ ঈশিং থক্তিজগা থক্কে।'

নোংবাম বামা বামা তাওবা বাঙাওত্তু তারগা থম্বা,—'ইতাও, ঈশিং থকপা ফংলমোইনে।'

নোংবানদো শিক্রিবনিনা, জ্ঞানদি হায়কেং কৈরিবনিনা বাঙাও অমা তৌরকই,—'ইতাও ইবুংঙো, শামু থোঙদা লেংকৈদা ঐনা নংবু লাইজ ঈশিং পীথকথিদবদো ঙসি লমন শিংগে নীংবমা?'

নোংবানগী মাব তাবদা থম্বা,—'করি বানে, পাথৌ, ঐদি মতু থন্দেনা। করে ঈশিং কদাযদা কৈনবগে নেংগে।' অসিদি হায়রগা থম্বা মবুক্ত বাথল তৌই,—ঐনা নোংবান থাদোক্লমগা ঈশিং

থিথি তৈদা পাম্ব তৈনা নোংবানবু অমুক তমগনি। কমদৌশিনা থজিটৈ থাংজিং লাইনা উত্থা নোংবান অসিবু থবগী পুক্রিংদা লেপ্পনি হায়না থমখিনি, নোংবান মাগীদি মরাল তৈদে, মাগী ত্তোফম খোকপা মপৌনি অহ্নবদি, ঈশিং পীবগে থাংজিং ঐনা নোংবানগীদমক হায়না থনথরে। চীংন্ত মাগী নোংদমখোনদগী থবা নোংব'ম তৈরিবা লমদমদা থওহোদনা ঈশিং কাওরক্রে।

থবনা তৈমায় থক্তগী ঈশিংদো থুজোক থুজোক লৌরগা নোংবান মখাদা থিরকই। ঈশিং অদু থক্লগা নোংবান হায়রকই,—'ইভাও থবা বংনা ইরিবা ঈশিংশিবু থৌনি কাওবদা মখিংথি, থঙোম হুংদগী তাদে।' থবন্ হহনা য়েংবদা পাম্ব য়াথুল মরিদা ঈশিং হাদোলকল্লে মহু উবদা থবনা চৈগ ফিজিনা য়াথুলদা মেলগা, ঈশিং পীথরক্রে নোংবান্দ। নোংবানসু ল'ইজনা থঙোইতুংদ ত্তারবদা তাঁদ তাবগী পাল্দমওর হাইরকই,—

ইভাও থবুংঙো মুংশিবা! ঐবু অমুক্ত পুথিবু
ইপাগী মনাক কাওবদদি ঐবু পোহ্নুনা পুথিবু।
ঐনা নচেনদ ল'নখিব: ময়ামদো নং খোয়থা লিমথা থাম্বু
হৌজিক্তী নথস্তন মনিং ত্তোত্নুনা মোইরাং তৈবাক্ত পালহৌয়া
পাথৌ নাঙাদ ঐনা শিরয়মগেকো
ঐগী পলেম পংথৌ অনিদো পাখি অনি মুজদবনি।
নোংবান ঐনা তৈত্রবদা পলেম পথৌ অনিনা
কনা য়েংহ্নুনা তৈহৌগনি?
অরল অনিহুবদি মবুক মুংশিহয়কহু,
ঐগী ইহুং অহুদি ইভাও নংনা শিনবিহৌরো।
মচম ত্তালোই অত্তোথী দা খোইজি মীরন তমহৌরবনি

মচুনা ডাইবং মালং কাওরক্লবদা,
চুপী ওইরে হায়রগা মতম চানা নংনা থাজোকো
নিপা ওইব থোকলগা, নপাম্নি ওইনা য়োকউকো।

অসি হায়রমলগা মোংবান লৌশিং মাওলক্লে। মতাওগী মওং উবদা খম্বনা খুদক মোংবানগী তা অনি মাগী তা অমি, তা মম্নি লোয়ননা, মোংবানবু পোজনা পুথোরক্লে।

খম্বন মোংবান পোজনা পুখিবজু উরগা কৈনা শাউরজনা ওংলজনা চোংলকই। খম্বনা মচু উবদা, কৈবু যেংজনা হায়রম্মী-শাউগজু, নঙ্গথাকনি খুব্লগে।' অসি হায়রগা মত্র খিদ্দারম্মি।

খম্বা তাওবা হুৎথোক হাংদোক্লুনা লনা মাংও তম্ন মোংবান পুত্তনা থোরক্লে, লায়জরকই,—ইনিংথৌ! লীকলাং পরেং অমা খুনজরকই, লীকলাংগী মপু তাকপিয়ু।

নিংথৌনা খুম্নকই,—'তবুম, 'মচুগী লীকলাং অচুদি নিংথৌ ঐগী নত্তে, অঙোমগীনি, অঙোমদা পীয়ু।'

খম্বনা অঙোম নিংথৌদা মতাও মোংবাম শিন্নরম্মে। অঙোম নিংথৌমা পেনমমথ্রজনা মতাও মোংবান লৌশিঙ্গিদৈদা খম্বু কোন্দুনা কপ্পকই,—

পাম্নি ইবুংঙো মেংগ্রাই, মক্তাও পুথোরকপগী লমনদি
সনানা লূপা'না মতৌক চায়রেগ্রাই
মোংবানবু হৈনবা ইচা অমনি হায়দুনা ইপানা কোনগেকো নহাকপু
খম্বু চেজেং কোন্দুনা অঙোম নিংথৌনা কপ্পকই।
খম্বনা হায়জৈ; ইপা ইবুংঙো অঙোম নিংথৌ
ঐবু ফাজিনখিগজু, ইতাও থবাই কম্বা শলাং নিংথৌ কোজক্লগে

মোংবান থমম্লগা শলাং নিংথৌ কৌগে হায়দুনা
থবনা মমায় লৈয়কপদা থোংলেন মচা য়েংদুনা হায়রকই,
পারি ইবুংঙো, য়েক্লবা মোংবানগী মথবাই কন্দুনগা
করি কাম্নফগদগে চৎখিদু।
থবনা খুমজয়কই মপাগী বা তাবদা, ইপা ইবুংঙো!
মনাই নোংবান, ইতাওনা মচাদা করিদু লাম্নমদে।
ঐগী ফমথতা শেমমবা অঙোমচাদি মোংবানি।
মোংবানগী মথবামনা লৈত্রবদি মপারি মোংমাইগী অমাত্তবনি।
নোংবান হায়বা নিপাসে মঁনা য়েৎপিরবমা থবনা থাক বাংবনি।
মানা য়েৎপিত্রবদি মপারিগী কনগৎকদবা থাক লোইরে।
থবগী পাউখুম তাবদ, থোংলেন কপ্প শায়রকই,
পারি ইবুংঙো ফুংশিবা; ইপানা মত্তৌ য়েংবনি।
মতাও মোংবানগী মথব'ম কমবা কম্ন হোংনৌ।

থবনা লোইবী চৌংদা চেনথংলক্লনা শলাং নিংথৌগী কৌবা লাক্রে। মতাং অদুদ শলাং নিংথৌদু কৈনা মী অমা শোকথরে তাবদা মচা ওইরম্লবদি মথবাই কনগে হায়দুনা কৌদাক থাউগা লোয়ননা কুমথরকই। থবগ মপা মচা নমথাংদা চেক থেংনৈ। লোইবী হাওবী অথুবদা থবনা মপাবু খুমমৈজে, শলাং নিংথৌনা,—মং কনাবো হংঙম্মী। থবনা, ইপা ইবুংঙো, মনাই থবনি, খুমৈজে।

পারি ইবুংঙো' ইপাদি অফব মতম ওইবনা মীৎমি ইমম মংম্ম। পাম্ব কৈনা শোকএ হায়বদে নোংমাই মহাক ওইরবোই মীংচুম ইপা লাকপনি হৌজিক্কি মং ওইরমদ্রবনিনা লোইবী চৌংদা হঙ্গৎথরগে।'

থবনা খুমমৈজে,—'ইপা ইবুংঙো! পাবনা শোকপদু নোংবান ইতাওনি থবামদদি কমবিম্ব।'

পাহি ইবুংঙো নোংবান এন্তাওদো কৈনা শোক্লবদি, মপুন্সি লোই-রবনি, ইপা চৎলুরনা কাররোই।'

খম্বন, —ইপা ইবুংঙো, তাইবং মীগী মপোক্ত কনাহ্ শিনাইদবা ফংলোই, লেঙদদি লেংবিয়ু।

শনাং নিংথৌ মচাগী মমায় য়েংহুনা কুমথরকলে। নোংবানবু পায়হুনা য়েংলয়ে।

'হিংঙরোই, পাহি শাজো, নতাওসি, গুরুগী ফাংথোক অনিমক, কোয়ো নোংদা কাথরে।' হায়রমলগা শনাং নিংথৌ লোইবী চীংদা কাথরে। নোংবানগী দেহে অচু অঙোমগী মীয়াম চঙবনা কাইদা হাপকৎহুনা অঙোম ময়ানরাইদা পুথরে।

অসোয়বদনা চাউবনা সনা মাঙদা হঙ্গংলি, —ইনিংথৌ! নোংবানগী মাইবী মাঙলে' মনাই খম্বতা মন্তাররে। পাম কৈরেন ফাবদি মনাই নোংবাইবু পয়ংদা থাজিরগা ফাহনবিদিগদ্রা? অম নিপা অমা কুমং খম্বগী হৈনা মজুং ইনহনবিবনা কগদ্রা?

মোইরাং নিংথৌনা খুমকই, —'ইপু নোংথোন! কৈ থাদোকলম্লদি, কেগে ইয়ুম মাইরাংদা হল্লগা ইমোম লাংলেন ইচাগী অঙৎ অউম তমলগে।'

চাউবগা মোইরাং নিংথৌগা তাঙনরিবা বাকমসি থোংলেন্না তারহুনা হঙ্গংলি, —'ইনিংথৌ! মতু সনা য়াথংদা তাকপিখিবা বা নৈ, —কৈ ফাবা ওমবনা ইমোম লাংলেন ফংজবা, কৈ ফাবা ওমদবনা কৈমা চাহুনা থোকচবা। সনা য়াথং লৈবাক তাকদে, নোংবান শিরে হায়হুনা পাহি ইচাবু কৈ ফাহন্দবদি, মনাই থোংলেন য়াজনীংদে, মনাই পাহি ইচাম পাম কৈরেন ফাজনদ্রু, ওমব্রগা শিজখিনদ্রু। খম্বা নোংবান অনি পুন শিথরগা মমোম লাংলেন ইবেম্বনা শীঙেন লৈমন চন্দুনা মাঙহোবা', কনাগী মযাল মন্তে, মনাও ইবুংঙোগী মযালনি।'

খোংজেল্ল য়েৎলকপদা মোইরাং নিংথৌনা তাকপিরকই, –'অহুদি মী তয়া কুনগা লোয়নদুনা থবা পল্লুং চঙহল্লো।'

খোংজেল্ল অমুক হঙ্গংলি,–"থবা নোংবান, অনিনা কৈ কাবা চঙবদা মী কনা অমৎতা চঙহল্লগা, পাল্লিগী অত্তংতাই তায়রুবা মতমদা মীয়ামগা লোয়ননা চঙহনবা, খোংজেল্ল য়াজবা ঙমজরোই।"

খোংজেলনগী য়ারোইদৌব মতৌ উবদা মোইরাং নিংথৌনা লাউরকই 'পল্লুংদা লৈবা শাংঙিবা ময়ামসি থাদ্বী লৈরম লৌদুনা লৈ থাদোক্লো। অকোকপদ: পাম্বা কৈবু ফাহনশি। থবনা তম্নগা ফাসদু, ঙমলোইদবা লৈরগমা লৈবাক চঙদবা য়ারে ই, চঙগনি।'

সনা য়াথং ত বদা মে থাগদোবগী মৈরেক্ষু পায়দুনা মুঙ লৈনরক্লে। মৈরেক্ষুংদো লৈবদা লৈ তৌ হায়বা রাবক্লুবদা অকংবা উ থিদুনা য়াইরি লিক্লোম থ মদুনা লৈব চিংক্ত হায়দুনা লৈবা চিংবা তৌরক্লে। অশাবা দগী লৈ খোক্লুনা লৈরুং মমতুনা লৈ লোরে। লৈ তৌতুমা চাক্লকলে, হৌরিবা লৈদু লৌদুনা মাগী মাগী মপা লৈ থাবা তৌরক্লু পল্লুংদা লৈরম্ব উবানচিংব নাপিশি বী শীক্লোই বোং শীংউং-শীংলাং, মতু য়াংবী পুম্নমক লৈনা তুম্ন চাকখ্রে অতুব লোইবী চীংমায় হায়গৎপা ফাওবা চাকখ্রে। মৈথু অতুনা নোংলোন কারকপা মালং মুংশীংনা শীংপা মতম খোক্লুদুনা মৈথু ময়ামদুনা মীয়ামদা হায়থরক্লুনা মী পুম্নমক শোর তোনব বানরে।

য়াংলৌ লম্বথ ঙ অহাম্নদা, কৈফা কুমৈ য়েংগনি হায়দুনা লাকপী মমোম লাংলেন মজা ইবেম্ম সেম্ন দম্ন মথোয় অহুমদো মোইরাংগী অরাং থংবা থুংন্দান্দ খোক্লুনা য়েংলৈ। মৈথু কাবদু উবদা খোইবী না মনম্ম য়েংদুনা হংঙকই, ইনম্ম! মৈথু য়াম্ন কাম্নিবা মফম অসিধু করি লম কৌবগে?

খম্বনা খুমখৈ, — 'ইবেম্মা, ইদুনিংথৌথোরনা, পান্না কৈ কাপনি হায়ডুনা চংখিবা লমদম, হাওমুলোক ঊরাংকাই হায়বা লমদমদো মসিনি।'

মদু তাবদা থোইবী ঢুম্নুংখি। 'ইনম্মা! মৈথু অসিদি করিগীদমক কারিবনো? নপুবাগী মাইবী মাংলব্রা? নঙ্গা মরম করি লৈদ্রনা থাবনো? ঐবু লৈবা ঙমদরে, ঐবু লমদম অসিদা থিনবিয়ু।'

থোইবী কপ্লকলে। খম্বনা, — ইবেম্মা! ইদুনিংথৌদি মুকসিনক শিরে'ই।

থোইবীনা, —'করমদৌনা থঙলিবা, ইনম্ম?'

খম্বনা,—'ইবেম্মা, ইদুনিংথৌ শিগদৌবা লৈরবদি লাইবক মরাই চোংঙকনি, য়েংথংবা পাম্বোম চোংঙকনি, মীৎ য়েংথংবা চোংঙকনি। মদু চেংগ্রিবমখৈথদি ইদুনিংথৌ শিনি হায়বা খাজদে।

অদু হেক হায়রবদগী থোইবীনা ওাইলাক লৈডনা হংলকই খম্বদা। 'ইনম্ম, পম্বোম চোংব্রা য়েংঙ্গু? লাইবক মরাই কমদৌরি? য়েংথংবা মীৎতু চেকসিল্লু, কোক হেক চোংঙকনিকো। সেম্মু নংনা ইনম্মগী মীৎসি ফাও, ইনম্মগী লাইবক মরাইদো ফাজিল্লো, ঐনা য়েংথংবা পাম্বোমদু ফাজিনগে।'

থোইবীগী ৱা তাবদা খম্বনা মোনোন নোক্লডুনা,—'ইবেম্মা, ফাজিল্লগা করি কারগদগে?

থোইবীনা, —'চোংঙগা শিনি হায়রিবনিনা, চোংহনজ্রবদি শিজ্রেদনা।

অদুম তৌডুনা মপু মনাই মথোয় অহম মোইরাংগী অরাংথংবা থুম্বোনদ লেপডুনা য়েংলি। কপম্মু কপ্পী, নোকম্মু নোকই, অদুম তৌদুনা লৈরিয়ে।

অসোম হাওমুলোকনা মীয়াম ৱাবা, মৈথু থাঙবা ঙমদবা উরগা, থোংলেম লাম্লোইনবা তোরবুং মুংশিং মোংলৈ কৌডুনা মৈথুদু

হৃমদোকহনথরে। মীয়াম পুন্নমক্ত পন্নুং অদু ইকোক কোক্ত উম্নকলে। লোইবী চীংমী মীয়াম্ন চীক, তাংখুল, কবুই, খোংজাই, লোইবী চীংমী শিংনা, তাকক পামদুনা লেপ্পদু মতৌ'মওম্ন কজথরে। মথা তমপাক অসিদা, মোইরাং ময়ামতুনা কৈরূপ অমগী মীয়াম্ন, থাঙজিন তাজিন প মখুনা মিনখিবা মতৌদু মতৌ অমওম কজথরে। লোইবী হাওয়ামনে তমগী মীয়ামনে, অনিমক্তী ঙব্রুং ঙব্রুং মিমবা খোঙ্জেলনা মতৌ অমা ওইনা পুক্লিং হৃথরে। অদু খিখিক উরগা মোইরাং নিংথৌ পাইমা পুক্লিং নৌতুনা কোলোই মিংলেন অমা খোম্নকলে,—'ঈপু চাউব', খোংলেন, অনিমক তাও মীয়াম অসিন তিনবগী ঙংবগী খোঙ্জেলসে খোইবী খোইয়েন ঙংবওম তারে। মসিনা মিংথোল অমা লৌসি, খোইরেন কৌসি। পন্নুংদ হৌরব অশোংবা ময়াম তুম্ন চাকখিবা, তাকখিবাসিদগী তাক হায়বা অমা লৌসি, অদুগী কোলোম্ন মিংলেন লৌদুনা, পোইরৈ হেমবা খোইয়েনতাক হায়না মিংথোম্নগে নিংথৌ ঐমা। ওসিমথৈ খোইয়েনতাক কৌয়ো হায়বিথরে। নিংথৌনা। মুমিং অসিদগী খোইয়েমতাক কৌখিবনি।

অসিগী মতুংদা, মনাই তমুম থবা য়েংদুনা, —তমুম মতম খেঙখিনি পাব কৈয়েন খেঙনয়ো, তাকপিয়ক্লে। সনা যাথং হেক তাবগা, থম্নু, মপূ সনা মাংদ খূক্মম্নগা হাক্তং তা তায়োন তা অনিদ্দ পাম্নতুনা পন্নুং চঙথে।

অতুক কোক্ত চাকথুবদা পন্নুংতুদা হাওয়োক কৈফেদোম্নুক চাউবা চাক্তবা মফম অমা কৈ। মফমদো মথোঙগা মথুংকনা কৈ মুৎথংতুনা, পাম্না কৈনা অমুদা মাথুমিয়ে। থম্বনা মসিদ কৈয়ম্ব তারে হায়তুনা হায়রিবা মফমদুদা চঙলক্লে। তাথোক্ত দম দম কুতুনা কৈ কৈক্ত্রা য়েংওক্লে। কৈ অদুম্ন দম দম লাউবা খোঙ্জেল তাবদা, অকোকপদা চোংথোমক্লে। থম্বনা ওসাই তানা অনিমক খিনথুবা কৈনিনা, থবা হেক উবদা অফিবগা

লোয়মনা পাম্ব কৈ মথা পাংনা চেল্লকপন্থু উরগা, লাক্লে ! লাক্লে ! হায়দুনা খাঙজিনগা তাজিনগা ইরাং লাংনা থিক্নোক্লবা মীয়াম য়া ! য়া ! লাউনয়কই। মী-থাক্লে থুংলাইবে য়রামথু উরগা কৈনা নোংপোক পাংনা অমুক চেল্লকলে। নোংপোক লোমদগীম্ব লাউশিল্লকপদা, অরাং পাংনা চেনখৎখি। খম্বনা কৈগী মতুংদা তা অনি পায়দুনা তান্নখি। কৈম্ব চেনকম খঙদ্রবনা অকোাকপদা নৈতুনা নৈরে।

খুদক অমুদা খোংজেম লাউয়কই, —'পাম্বি ইবুংঙো নোংমাই। কৈদু মযুক চুমদে, পল হেন্দোরে, চেকাশিল্ল।'

খুদক অতুদা থীব্দে, কৈম্ব পলগী উমুংদা চোংখৎতুনা নপথি, খম্বা চেনশিল্লক্লবা মপাগী তাখোক অতুনা কৈ অতুগী মরাংলোনদ কুই। কৈগী মখৰাঙ অংশাবনবদা কুবদা চৈন থেম্ব মথক্ত কৈ অতু মতুংদা ওহদুনা তাঙ্গকই। তানগা অনিরক থিনথিবলে, মথরাংগা শোকপনে কৈ কম চেনবা ঙমদরে। মতু উরুবদগী খোংজেম কুৈম্ব তৌরগে হায়দুনা লাউরকলে, —'পাম্বি ইবুংঙো নোংমাই, নপানা কৈ মাপল ফাবদি তা য়াওদে, মথুংনা লমতুনা ফায়। মংদি কৈ মচঃ অমুমৎতং ফাবদা তা য়াওগদৌরিবহুবু ঈকাইদবরঃ? তা খম্লগা তাক্লৌ। চঙনা ফাতুনা ইপাগী মাক্ত পুশিল্লকউ।'

খোংজেমগী ৱাম্ব তাবদা খম্বু তাম্ব খুদক্ত লৈবাক্ত হেক্ত য়ুংশিল্লি, খুতুম শিংতুনা কৈ তাম্ররক্লে। মতু উরুবদা মোইরাং নিংথৌ খৰাই ৱাম্বন, —'য়াঙলে! য়াঙলে! তমুম খম্বা, তা খাদোকহু।'

খোংজেম অমুক হন্ন, —'পাম্বি ইবুংঙো! তা পায়গন্থু। ইপানা ঙসি হায়খিবসে ইল্ল। ইঙাই কৌফম খঙদ্রতুনা ইপা নৈরি। ইমৌ হৃপীবু পোকপা ইঙ'ইদো কদায়নো? ইপা থিরিরে।'

খোংজেমগী ৱাফম অতু তাবদা মোইরাং নিংথৌনা, —'ইচাই

খোংজেল অপোকপা, সে সে, পামা থুদপ চাবেৎলে, ইঙাই পোংলাদগে, মপাম্বিদা খৌজিল্লমশক, মাঙবা তাথরে।’

খোংজেলগী হৃদয়দৈ সনা মাঙদা, —‘মপু ইবুংঙোমদি মনাই খোংজেলনু ঙাই অমনি হায়না লৌখিরে। খাইদোংশেংবা ইঙাই মতি মখুমাদা নীংথৈ ইচা শিজখিনহু মপু ইবুংঙো, মপুন চানবা মনাইনু থৈদোকপগনো।

খোংজেলনু খেংহুনা মথঙথমথম হায়রকই, —ইঙাই খোংজেল অপোকপা, ঙসিমথৈ অশেংবা ইঙাই অশেংবা ওইরবনি, পামা থুদপ লাকগে খবর তা পায়হনো ’

মহু তায়বদা খোংজেলগী অমুক হন্না মচা'বু কৌরকই, —

পাখি ইবুংঙো নোংমাই।
শখি তাকখদি য়েংশাক্ত তামগদবনি।
মালেম থৈজিন খোঙগা মাংশাক্ত শখি মখু খিরগা ফাগংদোকনি
কোংমাল থাবু মানগা হায়রবদি খাঙজোনা ম নগদোবানদো
পাখেল উরাং মানবদি শীংজমা উরাই থাবনি।
পাখ থৈজেল হাংশদি চিংদেন তানা হাংকদোকনি
খৌজিল্লী তা পায়রে, পাখ থৈ হাংজেজে।

খরনা তা পায়হুনা অমুক হন্না থৈ তারগে। থৈনা শোনবগা কন্না চেনবা ওন্নজবগা, খরনা খেজিন্নকপগা কংগদোর থৈদো খরনা খোংজেল উরহুনা থৈবোইচাবগা হইজাউ অমা থাজিন্নরে। চেনসিনজুনা পাখ থৈবী মথৈদা খরনা নেংথরে, থৈনা চৎপা মায়হুনা মমাম থৈ-শিন্নকহুনা খরু নেংঙকপদা খরনা তা থহুনা থৈবী মথনাউদা খিনবদা লুপমদা তাখিন কাওথরে। থৈবোইজাবনা চেনসিনজুনা থৈবী লুপম লোমদা খিনবদা মমাবোমদা তাখিন কাওরে। খোংজেলবী হইজাউনা থৈবী মনা অমা চীকথংলে।

অহু থিখিক উরদুনা থোংলেন হায়রকই,—'পাখি ইবুংঙো, পাপ
কহু তা শংথিহু, পাপ মথবাই নৈসিরৈঙদা থাংজিং লাইদা কংলো।'

মপানা হায়বড় তাবদা থবনা পাপ কৈদো নিংথিনা কোনথললে। থাংজিং নৈবা লমদমনা কৈহু কংথরে। অনিগী মচুংদা তা শংলপা পাপ কৈ মরাদা কবা থদুনা সনা মাঙদা থমথরে।

মপু ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌনা তাউবা, থোংলেন মেংচুনা সনা মাথং তাকপিরকই,—'ইপু! মনা মথ্ মদি কোমুংদা পীরসি। অচুগা কৈ অনিহু পুথরো।'

নৈবাক মীর'ম হৌচুনা নিংথৌ মচিন মমাঙগা লোয়নচুনা মোইরাং কোমুং পাংলক্লে। সনা কোমুং মৌরক্লবদা, অচুক মাপ মীরামদো অমত্তা মমূমদা হন্দনা মনা পীবা তাথিসি হংমচুনা সনা কোমুংদা মীরাম পুরমক তিনথি।

থবনা কৈগা লোয়নচুন' লাকপা মতমদা মোংবানগী তালোই মচানা ফিপা তেম অমম পায়চুনা চেনথংলকই। মাংদো লমথাঙদা থেংনৈ। থব' উরগা তালোই মচানা কপ্পী। 'ইবুং মোংমাই থবা ঙঃ মতাও শোকপা প ব কৈ, মচন ঐথোমদা পীথিহু, পাম্ম লমন শিংচুনা ফিশা তেমনা মামগে, কৌপ্পৌ থোক্ মগে।'

বা অনি তাবদা থবনা খুম্নকই,—'ইচল তালোই মচামক, ইতাও শোকপা কৈসিদি ফিশা তেমনা মামবা মায়মোই, থাংজিং লাইশা চিংথরে। মথোমনা লমন শিংনীংলবদি নৈচুম অমমম নথুংনা পামবগা হনজিন্।

থবগী বাহৈ তাবদা তালোই মচানা নৈচুম খুদুনা কৈদা হনজিন্নি। অদুম তৌনা লাকপনা পাপ কৈমেনচু সঙ্গায় চুমাঙদা থম্লে। পাপ কৈগী মথৌ তৌগদৌবা পূরমক লোইশিন্দুনা নৈরোল চনথরে।

অনিগী মচুংদা, চাউবা মোংখোলগা কেগে থোংলেন অথৌবগা অনিনা, থবগী খুদাঙ মাম্ নাম পামচুনা, মেৎলোম থংবদা থোংলেন,

ওয়েরোম থংবদা চাউবনা, মরাক্তদা থম্বা, মপু সনা মাঙদা, কোংয়াং চৈফু ভাবওম থুরুমখি। মপু ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌনন্থু মনাইবু থুংলায় তোয়না কৌশিল্লি,—'লাউ, লাউ, চঙলকউ, তম্বুম থম্বা লায়রবা মপা হাওক্তক শেম্নীংবা পব্বো মপানা পুক্নি তেমবনা, নিংথৌ ঐনা শেম লোইবা ওমখিদে। থুমম মহাকথক অসিদা লমন শিংত্নুনা মতীক চানা পীগে। মপা লৈবিরৈঙে মতমদা কংলা ফমথোল মাপল ওইরবদো, থুমন নংগী ওইজয়ো ও'সদগী হৌদুনা।'

মপু সনা মাথং তাবদ' থম্বনা মথুং তরা লোয়দুনা হঙ্গংলি,—'ঐবু লোইবা ইনিংথৌ। পীবিরিবা ফম মাপল সিগী মক্তদা, মনাই ইচেমদা উনজবা যারবদি, নথোল হঞ্জবা কোবা ফমসে, ইচেমদা উনজনবা টবাইদা লাপ্পিয়ু। টবাই কৈবোইচাথবু নথোল হঞ্জবা ওইকনখিয়ু।

মপু ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌনা য়াবরদুনা কৈরেইচাথ কৌশিন্দুনা নথোল হঞ্জবা হাপ্পিরে। মপু ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌনা অমুকক্স হন্ন মনাই থম্বা য়েংদুনা হ ঙররকই,—পব্বো নপা লৈবিরদ, হাওকপ চীংশাং কবুই লোইশঙ চারম লোইপোংক্তে ওসিদগী ওইজরো থম্বা নংগী। তাংথল লোইস্থ ফংজরে, তোত্ত থুমথোঙ অক্রম'ন, অহমন্তুদগী থম্বাম্নদগী হেন্ন চাউরব হোমকোক মাপলন শোকপদা কংবা লেত্রব থুমথোং অমদো নং লৌজরে।

অসি অত্তুক পীবিরম্লপা, নিংথৌনা চাউবা থোংলেন য়েংত্নুনা হায়রকই,—ইপু চাউবা, থোংলেন অনিমক। ঐমা পীরিবা মনা অসিদা নিংবা থুংদবা কবি লৈরিবগে? ভাসি?

শিকৌ চাউবা মোংথোলনা থুমরৈজ,—পীখিয়ু লায়নিংথৌ। তোম্নবা লমজা থম্বনি, রাজরক্তবা অগুংনি।

থোংলেন থুমরৈজ,—ঐবু লোইবা ইনিংথৌ, মনাই থোংলেন মীংবদি

থোংলেনগী ৱা তাবদা মপু ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌনা অমুক হয় পীরকই,—

'তম্মু খম্বা মাকনৌরেন! খুমন নংগী নমুমদা,
কোন্সুংদা ছত্রী শঙবগুম, ছত্রী কুম্হা শঙজরো।
নংনা কোন্থুং কারকপদা, মোনাই থক্ত তোংলগা
পজেং ফিরাল থেংচরো শেম্লিল অঙৌবা হায়বসি
নিংথৌ ঐতনা খনবনি। মথোল মাপলগী মগুংদা
সেম্লিল মথোল মরিদি খুমন নংগী ওইজরো
শেম্লিল মথোল মঙানা নিংথৌ ঐগী ওইরগে।'
শেম্লিল মথোল মরিথক থাইদোকখরে মনাইদা।
'ইপু থোংলেন কমদোই; পীরিবা মনা অসিবু
থোংলেনগী নীংব খুংগ্রিব্রা?'
ৱাকয় অসি তাবদা মোইরাং থোংলেন খুম্লকই;
মনাই থোংলেন নীংখদি সুকখুঙ খুঙবা ওমদরে,
পেক্রিদা ইনিংথৌ! খুমজরকই থোংলেন।
কয়ি পীখিসিগে খনবদা খনকম খঙলক্তুনা
অমুক হয় তাকপিরকই,—
ইপাগী লাংলেন ইবেম্ম অমৎতা পোকপী থাদোইদো
খুমন মঙলেনদা তীন্দুনা খুমন নংগী ওইজরো
ওসিমক লুহোংবা লাঙলসি। ইপু থোংলেন, কমদোই?
থোংলেন মখুৎ থাজংক্তুনা সনামাংদা জগোই শায়কলে!
পেক্লে, পেক্লে ইনিংথৌ! মনাইনা নীংবা খুংজরে।
থোংলেনগ জগোই শাবদা মীৎজুদা পিরাং শিন্দরকই।
কোয়ো নোংদোল মেংলগা পুরেম্বু কোয়কই,

হা পাখৌ পুরেম, মচাগী নমৌ লুকোংবনি
কৌরো থঙগী কুমকউ, নচাগী কুমৈ য়েংলোনাউ,
পাখৌ মায় কৌরগা, খোংনেম্মো মালেম মথক্তা
ওন্দুনা থোইদুনা কপথিদা।

অসিগী মতুংদা মপানৌ ইবুংঙো মথক্তখনবু য়েংদুনা নিংথৌনা হাকপিখি, —পানৌতোন, ইয়াম্বগী পুক্রিংদু লোইখরে, পানৌ পুক্রিংদা করি লৈ ?

যুবরাজনা হন্নংচৈ-নমাই ঐগী ননাও পুক্রিংদু পেঙ্রে। মাকলৌরেন লোংয়াই চঙলকউ, ইকুমা নিংথৌ ওইবমক্তা নংতমন পীনিংবা ইনৌ থুংদেদো! ইপাগী লাংলেন ইবেম্মা ঙমি ল্হাবো, মথক্তখনব ইরাক্তী সনা কোয়ুং তমপাকয়ুম, ইচা ইবেম্মদ উত্ত্রবনি। খুমন মংগী ওইজরো।"

তমক যুবরাজগী মন মপৌদি ইন্দা কেন্দা লৈবাক পুম্নমক থুরাক থুত্তবা হয়াউনখি। অসিগী মতুংদা, নিংথৌ মচিল মমাদ কাংদুনা মমোম লাংলেন কৌশংলগা, সন কোক্তুংদা হম্বা থোইবী অনি লুহোংলে। নিংথৌনা মজাইবেম্মদা ঊনবা য়াবা লৈখিবকপু উরে। মনাও ইবুংঙো না পীবা য়াবক্তু পীদুনা লোংয়াই চেঙ্গ পাংকী য়ুমদোংপোক্তা নিংথৌ মচিল মনাওগা লৈবাক মীয়ম চংদুনা থোইবীবু থিনংরে। থিমবা মতমদা থোইবাং নিংথৌগা যুবরাজগা অনিনা ইমোম লাংলেনগী মবুংঙো ওইরবনিনা আপানকমদা নংগী কমকম ওইজরো, হায়না হাকপিখরে।

অমুম তৌনা হুংজাইমা পানকপা, কুমিং শিংবুং নোংমা নোংমা কৌদিবনা ঙরানি মস্তানি সুক্রিক্তকলে। নোংমা থবনা কোয়ুং কারকপদা মপু সনা মাচদা হন্নংচৈ, — ঐবু লোইবা ইনিংথৌ! মনাই ইচেম লায়রবী, খুমন ঐবু য়োকপদা বারক্তবী, কিংথম চংবী লাতোম থাবা

উমলেন নংঙবী, যানা কৌরবী ইচেমবু, ইপাইবুংঙো পন্থোনা ইবাই কৈরোইজাবদা থাজবিরম্লে। যাজরক্লবী ইচেমসে, ইবাই মদ ইকাদা লুকোংঙরগে, মপু সনা লোংদখিযু।"

খম্বনা হঙ্গৎলকপা তাবদা মোইরাং নিংথৌনা খুমখি,—'ঙসুম অচুম হ'ন্নি, নংনা কায়বিবা যাদু নিংথৌ ঐ যাঃয়। লাংলেন নচেং খম্বদি সনা লৌক্লাই মক্তনি, নিংথৌ ইশানা থঙ্গি অচুম্বু খুমন চাগোক শনাইদা চিংজরে, নিংথৌ ঐগীম্ম অঙৎ অউন চপ চান' পীগনি। অদুগা নগাম্ব খুমন নিংথৌ কৌরগা লুকোংবসি যাওহনসি, নয়াম্বু দান পীহল্লে।'

সনা যাথং তাবদা খম্বন' মশামক্ক চৎতুনা খুমন লোংয়াই শিংগ্রোং থেংথ্রাইবা নিংথৌদা খম্বনা পাউ নৈবিক ভমজহনা ইচেমগী দান পীবিয় চ'য়তুনা হঙ্গংলে। খুমন লোংয়াই নিংথৌম্ম তুমিৎ অকবা য়েংতুনা খুমম মীয়াম পুতুনা থ'ংলরে। মোইরাং নিংথৌ খুমন নিংথৌ অনিমক ং'ক' ওয়গ ফম্মিইম খম্ব কৈরোইজাব অনিবু সনা কে'মুংদা লুক'ংলে। খুমন নিংথৌনা খম্বগী দান পীখি, মোইরাং নিংথৌনা উনবা যাবা পুম্মকম্ব অমম্ব' খুমন নিংথৌনা উনবা যব পুম্মকম্ব পুথোক্তুনা ঙ্গল্লে। খম্বনা দগুক মখি লৎতুনা মচেম মবাই অনিগী মমাঙদা খুরুম্মী। কায়রবী মচেমবু য়েংলুন',—'চা ইমা ইবেম! ঐবু পোকপা পালেম পম্থৌ অনি নৈত্রবম্ব ইমা নকাক্ক ঐবু য়োকলকপনি। ঙসিগী তুমিংতগী হৌড়ুনা লায়রবা নপুবাগী ইমা কৌফম নৈত্রেদে! অদুবু নোংদম থোকনদি যাদবমিনা, ইবাইগী মরানয়াইদা চৎশিরো। অমুক্ত সনাগী খম্বাল শাং, তুমিদাংনা মুপাগী খম্বাল শাং, মৃংঙাই মরাং কায়না নৈবিরুরো।' অসি অদুক হায়রমগা! মবাইবু য়েংতুনা হঙ্গংহৈ,—'ইবাই ইবুংঙো তুংশিবা! ঐগী ইচেম তোম্ববী, মরানয়াইদা পুবিরো; যানা হৌজরকপী ইচেম্বি। অরানবা কোক্সায় লাক্লবম্ম যাবা মথৈ ওাকপিম্ম।

মখেনগী মাথ খেংথিল্লুনা, থুমম· থুমদি মোৎনবিরকনু। অসি তাবন: পাওমেল্লি।

মোইরাং নিংথৌ খুমন নিংথৌ অনিম্ব লোলাই অমমম ত্তোংশুন' কৈরে'ইত মগী মরানমাইদা লৈবাক মীয়াম হগুবা খন্নবু থিল্লে। খন্নবু ফুংঙাই মরাং কায়বা কৈরোইজাবগী মরানকায়দা লৈখরে।

অহুম তৌনা লৈথরবা তুংদা, মোংয়াই চেটৈঙ্গ পাংকী থুমলোম্পোক খো:ইবী খবা অনিনা ব'ভাইগ্র। সেন্নু কায়বী অসি যাজৎরুবীনি। তদ থুবদা সেন্নু থাজরসি খম্রজুনা, নিংথৌ মচিন মনাওদা হন্দংলে থম্বন:। নিংথৌ মচিল মনাওহু মাহক্কুনা লোংমা থুহিৎ অকবা অম· খোংলেগা লৈবাক মীয়ান হগু তিল্লগা খোংলেনগী-মনাই মুবদ লুহোংলে। মোইরাং খোংলেম, ওসিদগী হৌজুনা মুবা হাৎবসি মীনাই ওটদরে নাইজ কে'ক্লে, লাউখোকখরে। অসিগী মথাদা লুহোংবদি হে··লে, অহুগা চানদি কনানা পীগদগে সেহুগীদমক কায়জুনা খিনরকপদা, থুবর'জনা ঐ পীগে য়াখিরে। দ'ন অহু গুনগ'জন· পীখি। গুবরাজন হন্দক পীরীব' দানসি করমদোনা পীরিবনো হাবদ', মহুঙদা লৈরিবা কিশিদে', লৈবাক মরাঙদ' কোংদোকখিদ॥ কনা লৈজজুবী সেন্নুনি কাযজুনা, যুবর'জ ঐনা মাগী দাম পীবিবমি হায়ন' লাউখোকখি, মহুংগী অথু প্ল বাদি মোইবাং কনা থঙখিদে। সেন্নু লুহোংলদুনা মুবগী মন্নুমদা থিল্লে। মুবা হায়বসিগু খোংলেনগী মনাই ওইজরবন্থ, মতীক চানা মুমবান কৈবান লৈবদি। নাইজ ওইরে হায়দুনা নপজুনা হাজুনা অরেম অপ· চাদুনা লৈবা মুবা নক্তে, মাগী নিপা অমা ওইবগী তৌকম খোকপা মথৌ, পানকম খোকপা মুমবান মতীক চানা লৈবা নিপা অমা ওইরম্মী।

ঘন্নুম তৌনা লেন্নকপা, মতম থরা লৈরগা, ফুংঙাই মরাং কায়বা মোইরাং অমা ওইরক্লে। হান্নগী ফুংঙাইরবনা, মোইরাংগী বাখোক হোং-নবদা বায়ম্মী। হন্দক ফুংঙাইরকপা অসিদি, অচৌক অপা থায়দুনা, মসিনি হায়কম থঙদবা ফুংঙাইবা অমা হাপজুনা ফুংঙাইখি।